# পোলিটিকেল ইকোনোমিগী

## মচং ওইবা ৱাফম খরা

(মীওইবা সমাজনা মপুং মরৈ ফাগৎলকপগী থিওরি)

## THE FUNDAMENTALS OF

# POLITICAL ECONOMY

(THEORY OF DEVELOPMENT OF HUMAN SOCIETY)




সলাম ইন্দুভূষণ

# পোলিটিকেল ইকোনোমিগী মচং ওইবা রাফম খরা

(মীওইবা সমাজনা মপুং ময়ৈ ফাগৎলকপগী থিওরি)

## The Fundamentals of
# Political Economy

(Theory of Development of human society)

অইবা ঃ-
সলাম ইন্দুভুষন

# পোলিটিকেল ইকোনোমিগী মচং ওইবা ৱাফম খরা

The Fundamentals of Political Economy

## য়াওফম

| হিরম | | লমাই |
|---|---|---|

| | হিরম | লমাই |
|---|---|---|

| | হিরম | লমাই |
|---|---|---|




# লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরা

লাইবিক অসি অপাবশিংনা দ্রাফ্ট (Draft) অমনি হায়না লৌবিযু। মসি সাইন্সকি লাইবিক অমনি। মতমগী মতুংইন্না up date তৌগদবনি। তুংদা লাক্কদবা মতমশিংদা, শেমদোকপা অমসুং চুমথোকপগী মথৌ শোইদনা তাবক্কনি। মতম অদুদা সোসিয়েল সাইন্সকি স্কোলারশিংনা শোইদনমক্কি চুমথোবকখিগনি। ইংলেজি লোলদদি 'মার্ক্সিষ্ট সোসিয়েল সাইন্সকি লাইবিক' যাম্না লৈবে অদুব মণিপুরিদদি ইলৈ লৈতে হায়র্জানংই। খব লৈবিবা অসিসু পোন্নিংঙাই ওইদ্রিবনি হায়না থমজানংই। মবম অদুনা মসিগী অৱাংপা অসিব খজিক্তংদা ওইবরসু মেনখংচবা পামজদুনা লাইবিক অসি ইজবনি।

সোসিয়েল সাইন্স হাযবা অসি সমাজগী সমস্যাশিংব মশক খঙদোকপা, মদুবু লৈনবা অমসুং হায়বিবা সমস্যাশিং অদুগী অশেংবা পাওখুম, নৎত্রগা, মতমদুগা চানবা পাওখুম (solution) পুথোক্ক বা হোৎনবিবা পোৎশক অমনি। ঙসিদি সোসিয়েল সাইন্স (social science) হাযবা অসি মখল অনি শুবে। অমনা, তেংপানবা অসি তেংপানবা মপুনা শেম্বনি হায়বা ৱাখল্লোনদা (creation theory) যুম্ফম ওইবগা শেম্বা অদুগা অতোপ্পা অমদুনা, তাইবংপানবা অসি মেটরনা (Matter) হোং হোংদুনা চৎলকপদগী ওইবকখিবনি হায়বা ৱাখল্লোন (Evolution theory) অসিদা যুম্ফম ওইবগা শেম্বনি। মার্ক্সিষ্ট সোসিয়েল সাইন্স (Marxist science) হায়বা অসি অকোনবগী যুম্ফম অসিদা শেম্বনি।

অসিগুম্বা সোসিয়েল সাইন্স অসিবু খঙবা ৱাৎপা মীওইশিংনা সমাজগী মরম নৈনবকপদা, অইবগী মিৎয়েংদদি য়াম্না পেন্নিংঙাই ওইদে। অইবনা অসুম্না থাজে মদুদি, মাইবা (Doctor) নৎতবনা অনাববু লাযেংবা হায়বা অসি মীপুম খুদিংদা পেন্নিংঙাই ওইরোই। অদুবু অসিগুম্বা সাইন্স অসিবুসু তমদ্রবদি কনাসু হৈরোই মদুনা তম্ফম থোকই। থৱাই য়াওবা, সাইন্স অসিবু তশেংনা হৈনিংবা মীওইশিংদা, মরু ওইনা ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিংদা, খজিক্ত ওইরবসু তম্বগী খুদোংচবা ফংহন্নিংবদগী অইবনা মার্ক্সিষ্টি সোসিযেল সাইন্সকি শরুক অম ওইরিবা পোলিটিকেল ইকোনোমিগী মচং ওইবা ৱাফম খরা হায়বা লাইবিক মচা অসি ইজবনি। লাইরিক অসিদা মরু ওইনা নৈনরিবদি ঙসি ফাওবদা লৈরক্লিবা মীওইবা সমাজ অসিগী মরমদনি। হায়বিবা সোসিযেল সাইন্স অসিবু হৌদোকপিরম্বা লময়ানবশিং মখোয়দুদি কার্ল মার্ক্স (Karl Marx, 1818-1883), ফ্রেডেরিক এঙ্গেলস (Frederic Engels, 1820-1895) অমসুং ভি: আই: লেনিন (V.I. Lenin, 1870-1924)। মখোযগী মতম অদু ফাওবদা লৈরমখিবা মীওইশিংগী, ইশিল্লবা (Recorded) ৱাখলগী পোৎথোকশিংবু (Produce of minds) নৈনরুবদগী ফংলকখিবা, অনৌবা মখোয়গী ৱাখল অদুনা শেমখিবা (created) পোৎথোক্লি সোসিয়েল সাইন্স হায়বা অসি। ঙসিদি মখোযগী মতুং অসিদা, অনৌবা মীওইবগী ৱাখল কয়া থোরকখ্রবনি। মবম অদুনা মখোয়না হৌদোকপিরম্বা সাইন্স অসিসু ঙসিদি মতমগা চুনরবা সাইন্স অমা ওইনবা শেমলগদবনি। ৱাফম অসি তুংদা লাক্কদৌরিবা মহৈরোইশিংনা কাওফম থোক্তে।

তুংদা লাক্কদৌরিবা নহারোলশিংনা, সাইন্স অসিবু হৌদোকপিরম্বশিংদা তৌবিমল খঙবা উৎননবগী মরু ওইবা মরম

অমদি, মখোয়শিং অসিনা মীওইবা সমাজবু মশক তাক্লবগী নাপচৈ (criterion) অম শেমলম্বা অসিনি। হায়রিবা নাপচৈ অসিগী শক্তম অসি মতমগী মতুং ইন্না খরা হোংলবসু, মসিগী নুংগী ওইবা মচল (Essence) অদুদি ঙসিসু লেংদনা লৈরি। হায়রিবা নাপচৈ অসিবু মখোয়না সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন কৌরমখি। নাপচৈ অসি শরুক অনিথোক্লা খায়দোকই অমনা য়ুম্ফম (Basis) হায়না কৌরমখি অদুগা অতোপ্পা অমদুনা শঙলেন (super structure) হায়না কৌরমখি। শঙলেন অসি য়ুম্ফম অসিগী মথক্তা শাবনি। হায়রিবা শঙলেন অসি অমুক্তুংবু শাগৎখ্রবদি মসিবু থুগাইদুনা মাঙহনখিবা হাযবা অসি মীওইবা হায়বা কাংলুপ অসিনা মুৎখ্রবা মতমদা ওইথোক্কনি।

যুম্ফম অসিনা খঙহল্লিবদি, মীওইবা সমাজ অসি অহিংবা মীওইশিংতনা শেম্বনি। অশিবশিংদি সমাজ শেম্বদা য়াওদে। হিংবদা পোৎ- চৈ য়াম্না চংই, **'material wealth'** কৌই। হাযবিবা **'material wealth'** অসি সমাজনা হোংলকপগা লোইননা হোংলকই। খুদম ওইনা হাযববদা, মীওইবা সমাজনা হৌগৎলকপদদি, উহৈ- ৱাহৈ অমদি ঙা - শা খবনা ওইবম্বা অদু ঙসিদি মশিং থিঙমদনা লৈরে। হায়বিবা **'material wealth'** অসি মীওইবগী শু -নোম্বা (labour) হায়বা অসিনা পুথোকপনি। খুদম হায়ববু, উহৈ - ৱাহৈ চাদুনা হিংলিঙৈদসু উদা পাল্লিবা উহৈবু হেক্লুদ্রবদি চাবা যাদে। মসিদা হেকপা হায়রিবা অসি মীওইবগী শুব-নোম্বনা তৌবিবনি। মতৌ অসুম্না ঙসিগী লৈরিবা মযাম অসিসু মীওইবগী শু-নোম্বগী মপাং দগীনি। অসিগুম্বা **'material wealth'** অসি কবম্না

পুথোক্লিবগে (mode of production) হাযবা অসি যুম্ফম অসিনা খণ্ডহল্লি। **'material wealth'** কবম্মা পুথোক্কদগে হাযবগী আইনশিং অসি সমাজদা যাওবিবা সরকার (state) হাযবা অসিনা লেপই (determine)।

নাপচৈগী অতোপ্পা শকক ওমা ওইবিবা শঙলেন (super structure) অসিনা কবি খণ্ডহল্লিবগে হাযবদা, সমাজ অমদা যাওবিবা অহিংবা মীওই খুদিংমক্তা বাখল (mind) হাযবা অসি যাওরে। মসু মপুং মরৈ ফাগৎলকপা (develop) পোৎশক অমনি। অঙৌবদদি মসিগী শক্তি কবিস লৈবমদে হাযবা ফাওবা যাই, খুদম ওইনা, অঙাংগী বাখল অসিনি। অদবু মসিসু মপুং-মরৈ চপচানা হৎলক্কনা (mature) শক্তি লৈবক্কনা মতমদাদ, অচৌ অচৌবা থবক কয় তৌবা ঙমৈনকই। খুদম ওইনা, মপুং মরৈ ফানবা মাওইশিংগী বাখল অসিনি। মমৈদাদ, মাসগী শক্তি অসি অসুম অসুম হৎলক্কনা পুমম মাঙাখ। খুদম হাযবদু অহল ওইবক্কনা শিবা মতমদা ওইরবাদ্দি। মরম অদুনা বাখল হাযবা অসি অহিংবগী মঙুল অমনি সমাজ অমগী মনুংদা যাওবিবা অহিংবা মীওইশিংগী বাখলশিংনা পাংথোক্লিবা অপুনবা থবকশিং অদুবু শঙলেন হাযনা খঙই। অমক্তা শেমখ্রবা শঙলেন কৈদৌঙৈদা মাঙহনবা ঙমদে। অহল ওইরক্লবা মাওই অমনা শিখ্রবসু মতাক্কি বাখলনা তৌরম্লা থবকশিংদি অদম্বাক হিংদনা লৈহৌই। আর্টস (Arts), লাইবিকশিং (literatures) ধর্ম্ম (Religion), ফিলোসোফি (Philosophy), রাজনীতি (politics), সাইন্স (science) অসিনচিংবা অসি বাখলনা তৌবা থবক ঙাক্তনি। সমাজ অমা কযাম কুইবদগে হাযবা অসি সমাজ অসগী শঙলেন অসিনসু খণ্ডহল্লি।

মীওইবনা লৈবিবা মখৈ, মাগী ৱাখলনা শেমলম্বা শঙলেন অসিদি অদুম লৈহৌবগনি। খুদম হায়ববু, মহেঞ্জোদাবো অমসুং হবাপাগী সমাজ মুৎখ্রবসু, সমাজ অসিগী শঙলেন্দি ঙসিসু লৈবি অদুনবু ঐখোয়না অসিগুম্বা সমাজ অম লৈবম্মি হায়বা অসি খঙলিবনি।

সোসিযেল সাইন্স অসিবু হৌদোকপিবম্বশিংনা, মখোয়না পুথোকপিবম্বা নাপচৈ (Socio economic formation) অসি শিজিন্নদুনা, ঙসি ফাওবদা লৈবকখ্রিবা মীওইবা সমাজগী মখলশিং অসিগী মবমদসু খজিক খজিক লাইবিক অসিদা নৈনজবি। ঙসি ঐখোয়গী সমাজ, 'শেঞ্জাও পাইবগী সমাজ' (Capitalist society) অসিগী 'যুম্ফম' (Basis) অসি যাম্না কুপ্না নৈনবা মতম ওইবে। যুম্ফম অসিদা মরু ওইনা যাওবিবা অসিদি, সবকাব (state) অসিগী **'material wealth'** কবম্না পুথোক্কদগে অমসুং মদগী মপ কনা কনানা ওইগদগে হায়বগী আইনশিং (laws) আসনি। আইনশিং অসিবু শেঞ্জাও পাইবগী আইনশিং (capitalist laws) হায়বগসু খঙনৈ। হায়বিবা আইনশিং অসি সমাজ অসিগী শঙলেন অসিদা যাওবিবনি আইনশিং অসিনা শেঞ্জাও পাইবশিংবু (capitalist) মতম পুম্বদা ঙাক শেন্দুনা থমই, লাইববশিংগী শরুকসু যাওবা মালহল্লগা যাওবদি যাওহন্দে।

মান্নদবা সমাজশিংগী যুম্ফমদি খেন্নবনিনা, যুম্ফমশিং অসিগী শঙলেনশিংদা যাওবা সবকাবগী আইনশিং অসিসু খেন্নৈ। শেঞ্জাও পাইবগী সমাজদা যাওবিবা **'material wealth'** পুথোকপগী মরু ওইবা আইনশিং অদু লাইবিক অসিদা খবদি নৈনজবি। অসুম্নস হায়বা যাই মদুদি, পোলিটিকেল ইকোনোমি হায়বিবা লাইবিক অসি মরু ওইনা সমাজ অমগী যুম্ফমগী মবমদা নৈনবনি।

শগুলেন অমশুং য়ুম্ফমগা থাদোক্লবা য়াদবা মরি লৈনৈ। শগুলেন্না য়ুম্ফমবু মতম লৈবা খিবিক্তা ঙাকশেন্দুনতা থম্মনবা ত্রোংনৈ। অদুবু কবিগুম্বা মতমদা শঙলেন্নসু য়ুম্ফমগী শকওংবু (structure) শেমদোকপসু যাওই। মরুওইনা শঙলেন্দা য়াওরিবা **'material wealth'** কবম্না পুথোক্কদগে অমসুং মদুবু কনা কনানা ময়ুম ওইগদগে হায়বগী আইনশিং অদুবু শেমদোক্লবা মতুংদা, ওইথোকহনবা ঙমই। অসিগুম্বা অসি থোকহন্দনবগীদমক শঙলেনগী মনুংদসু অচৌবা লড়াই (struggle) চংথৈ। অসিগুম্বা লডাই অসিবু বাখলগী মক্লবা **(Ideological struggle)** কৌই। অসিগুম্বা মক্লবা অসি অমনা অমবু হেক্তা ঙম্বা যাই। কবিগুম্বদা, য়ুম্ফমদা অচোংবা পুবকপা পাম্বা ৱাখলনা ঙমলবদি, য়ুম্ফমগী শকওং (structure) হেক্তা শেমদোকই।

শঙলেনগী মনুংদা চংথখিবা ৱাখলগী মুক্লবদা **(Ideological struggle), Left** কি বাখলনা ঙমদুনা, মতম শাংনা বুর্জুবা সবকাবগী আইনশিংবু শৌগৎলম্বা **ideology** অদুবু থুগাইদুনা, ১৯১৭ তা রুশিয়াদা অনৌবা সবকার অমগী আইনশিং শেম্বা ঙমখিবান। অনৌবা আইনশিং অসিনা, হান্না চৎনরম্বা **'Market Economy'** হায়বগা খঙনবা পোৎ পুথোকপগী মওং (Mode of production) অদুগী মহুৎতা **'plan economy'** হায়বগা খঙনবা পোৎ পুথোকপগী মওং (mode of production) অসিনা শিন্দোকখি।

হায়রিবা সোসয়েল সাইন্স অসিবু হৌদোকপিবম্বশিংনা উৎপিবমাখবা, শেঞ্জাও পাইবা সমাজগী (Capitalist society) কয়াং (structure) অমসুং মসিগী মনুংদা যাওরিবা আইনশিং অসিবু

খঙলুরগা ঐখোয়না উবা ফংই মদুদি, হায়রিবা সমাজ অসিগী মনুংদদি, মীপুম খুদিংমক হিংবগী দায়ত্ব (responsibility) অসি মশা মশাবু লৌহল্লি। অদুগা হায়রিবা দায়ত্ব অসিবু লৌবা ঙম্লনবা, **'Private property'** (মচা পোকপা ঙম্বা লন্নাইগী সমপত্তি) অসিগী মপু ওইবা য়াহল্লি। মীওই অমনা পায়বা অসিগুম্বা সমপত্তি অসিগী পংখৈ (limit) লৈতে। লাইরবা মীওইদি অসিগুম্বা সম্পত্তি অসিগী মপু ওইবা ঙমদবা অদুবুনি। ঐখোয়বু খঙহল্লিবা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা, অসিগুম্বা সম্পত্তি অসিগী মপু করম্না ওইরকপা য়াবগী শেমগৎনবগীদমক পৈশা তুংশিনবা (Capital accumulation) হায়বা অসিনি। মসি মীপুম খুদিংমক্তা ঙমদে। মসিগীদমক চপ য়ুংবা পুক্লিং (Determination) অখাঙকনবা(Endurance) চংই। অসি খক্তনসু য়াদে; তাঞ্জা চাবা (Chance) হায়বা অদুসু চংই। অসি নৎতবা অতৈ অথিংবা কয়া অমসু লৈরি। মখোয়শিংদু মীওই খুদিংমক্তা হিংনবগীদমক অকনবা মওংদা হিদান্নরিবা (Cut throat competition) অসিনি। হিদান্নরিবা অসিদা কয়া অমা মাইথিহৌগদৌরিবনি। অমরোমদা, শেঞ্জাও পাইবা সমাজ অসিদদি, হিংনবগী লড়াই (struggle for survival) অসিদা য়াওরিবা মীওইশিংনা, ওইথোকপা য়াবা উপায় পুম্নমক শিজিন্নরকই। হায়রিবা অসিগী মনুংদা য়াওরিবশিং অসি খরদং পল্লবদা মীনম্বা, ওইদবা ঙাংবা, নমথাক তৌবা, লান্না লমজিংবা. কিহনবা, ফুবা-চৈবা, হাৎপা-তুপ্পা , অদুগা খ্বাইনা খঙনরবা করপসন **corruption**) অসিনচিংবনি। ঐখোয়গী সমাজ অসিগী মনুংদা, মথক্তা পল্লিবা ফৎত্রবা থবকশিং অসি কৈদৌঙৈদসু লৌথোকপা য়ারোই। মরমদি মখোয়শিং অসি হিংনবগীদমক

শিজিন্নরিবা মরুওইবা উপায় ঙাক্তনি। সোসিয়েল সাইন্স অসিবু হৌদোকপিবম্বশিংনা উৎপিরমখি। মদুদি, মথক্তা পল্লিবা ফৎত্রবা থবকশিং অসি সমাজ অসিদগী লৌথোক্কে হায়রবদি, মচা পোকপা ঙম্বা লন্নাই সম্পতি (Private property) অসি লন্নাই মীওইশিংবু (individual) মপু ওইহনবা য়াহন্দ্রবা মতম অদুদতা ওইথোক্কনি। অদুগা অসিমসু উৎপিরমখি মদুদি, মীপুম খুদিংগী হিংবগী দায়ত্ত্ব মশা মশাবু লৌহনবা তোক্লগা সরকারনা লৌবা অদুগুম্বা মখলগী সমাজ অম পুথোকপা ঙমলবদি, ঙাংগী শেঞ্জাওপাইবা সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা মীওইবশিংগী মরক্তা চৎথবিবা হিংনবগী লড়াই অসি শোইদনমক্কি মুৎখিবগা লোইননা, ফত্তবা থবকশিং অসিসু শোইদনা তোক্লখিগনি। অসিগুম্বা সমাজ অসিবু, সোসিয়েল সাইন্স অসিবু হৌদোকপিরম্বশিংনা হকমান্ননা ফংমিন্নবা সমাজ (socialist society) হায়না মিংথোনবিরম্মি। হৌজিক ফাওবদি, অসিগুম্বা সমাজ অসি চংয়েংগী থাক্তা লৈরিবগা লোইননা নোংম নোংমগীসু মপুং ফাবা হেঙ্গলক্কি হায়নিংলি। নোংমদি শোইদনা মপুং ফারখিগনি অমসুং মীওইবা সমাজদা মীওৎ- মীনৈ য়াওরবোই।

সলাম ইন্দুভুষন

এপ্রিল,২০১১

# পোলিটিকেল ইকোনোমি

ঙসিগী মীওইবশিংনা মালেমগী (earth) মথক্তা লৈবক্লিবা অসি ঙসিদগী চাওবাক্লা চহি লাক্ষ ২৫ বোমগী (২.৫ million years) মমাঙদগী ওইবমলে হাযর্বসি ঙসি ফাওবগী থাক্তা লৈবিবা সাইন্স অসিনা হাযবি। অসিগুম্বা মীওইবা সমাজগী লিখুন হঙ্গংনা থিবগী থবক্তা যাম্না কন্না শিজিন্নবিবা 'সাইন্সকী ডিসাপ্লিনশিং' (science discipline) অর্দুদি ১) **Archeology** ২) **Palaeontology** ৩) **Anthroplogy** অসিনি। চাওবাক্লা হাযবা যাই মদুদ 'অহানবগী' **Archeology** হাযবা সাইন্সকি ডিসিপ্লিনি অসিনা তৌবিবা থবাক্ত চহি কযাগী মমাঙদা লৈবম্বা (অদুবু মতমগী মতুংইন্না লৈবাক্লা ফুমাজনখ্রবা, মতম কুইনা লৈনুংদা লৈবকপদগী, ঈশিং, নুংশিং কযা থেংনবকপদগী 'নুংগী' (rock) মশক লৌবকপা) পোৎচাকশিংবু যাম্না তপ্না অমসুং হৈশিংনা, মতমচংনা তৌথোক্লুনা, হন্দোক্লুনা 'থিবা -লুম্নগী' থবক তৌবা অসিবুনি। 'আনশুবগী' **Palaeontology** হাযবা অসিনা তৌবিবা মক ওইবা থবক্তি **Fossil** হাযবগা খঙনবা, থাইনা থোকখিবা থৌদোকশিংগী বাবি যাওবা নুংশিংবু (rocks) তীন্দুনা (study) থাইনগী থৌদোকশিংবু অমুক হন্না লৌহৌনা বাব লিবা ঙম্নবা হোৎনবা অসিনি। 'অহুমশুবগী' **Anthropology** হাযবা সাইন্সগী ডিসিপ্লিন অসিনা মক ওইনা তৌবিবা থবক্তি থাইনগী লৈবকখিবা সমাজশিং অদুগী মশক অদুবু, থাইনগী পোৎলমশিং

যেংলগা, নৈনবগা পুথোক্লবা হোৎনবনি। হিবম অসিদা যাম্না কন্না শিাজন্নবা খুৎলাই অমসু লৈবি মদুদি **Radio Carbon dating** (14 Carbon dating হাযবগসু খঙনৈ) হাযবা অসিনি। মসিগী মতৌ‌ংনা থাইনগী পোৎশক অমবু 'চহি কযা শুববগে' হাযবা অদু খঙবা ঙমই।

চার্লস ডার্বিন (Charles Darwin, 1809-1882), 'মতৌশাগী' মবমদা র্থিজিল্লিবা (Naturalist) নুপা অসিনা শোক ১৮৫৯ দা **"The origin of species by means of Natural selection** হাযবা লাইবিক অসি ইখি। লাইবিক অসিদা পল্লিবা ... গুইবা বস্তমদি মতম অদুদা 'থবাই পানবশিংনা' মখোয মখোযনা লৈব্লাববা মফম অদুগা চুননা হিংবা ঙম্মনবগীদমক মখোয মখোযগী মশাশিং অসি শেমদোকই। শেমদোকপা ঙমতৌদবাশিং অদুনা মদম্ব শাখগনি। অসিগুম্বা ৱাখল অসিবু ঙসিদি 'ডার্বীনিজম' (Darwinism) হাইবগা খঙনবে। ডার্বীনিজম আসনা হার্যাব মদুদি, চাসগা 'মী ওইবশিং' (Homo Sapiens) আসগী হৌবকফম ওইবিবা 'মপা মপাশিং' (ancestors) অদুগা ঙসিগী লৈবিবা 'মমৈ পান্দবা যোংশিং' (Apes) আসগা 'মপা মপুগা' অমত্তনি।

ঙসিগী সাইন্সনা যাম্না নিংথিজনা পুথোকলে মদুদি, থবাই পানবা খুদিংমঙ। হেরিডিটেরি (Hereditary) অমসুং এডেপটেবিলিটি (Adaptability) হাযবা অসি যাওবি। হেরিডিটেরি অসিনা থবাইপানবা খুদিংমকপু মমা-মপাগা মান্নবা হোৎনৈ। এডাপটেবিলিতি হাযবা অসিনা থবাইপানবা অদব মহাক্না লৈব বিবা মফম অদুদা হিংবা ঙম্মনবা মশা অদু শেমদোকচে। মসিনা মমৈথংদা মশা অদুগী শকওং অমসুং লমচৎ অদু

হান্নগীদগী থৈদোবকপা ঙমহল্লি। তেনশিন্না হাযবা তাববদি অসুম্না হাযবা যাই মদুদি এডাপটেবিলিতি হাযবা অসিনা এপ্রুগী (Ape) মী ওইহল্লকপা ঙমহল্লিবনি। ঙসিগী মীওইবা অসিস্ অতোপ্পা শকওং অমদা হোংলকপসু যাবি। ঐখোযনা উবিবা ১) কাওকেসোইড (caucasoid), **'white man'** হাযবগা খঙনবিবা ইউরোপকি মীওইশিং, ২) নেগ্রোইড (Negroid), আফ্রিকা বোমগী অমুব মীওইশিং, ৩) মোঙ্গোলোইড (Mongoloid), চাইনা জপান লোমগী মীওইশিং, ৪) অস্ট্রেলোইড (Australoid) খা ভারতা লৈবিব কুচুমুবা মীওইশিং, মখোয মখোয়না লৈকাবিবা মহম্মাশং অদুদা হিংবা ঙম্মনবা মখোযগী মশাদা যাওবিবা এডাপটেবিলিতিশিং অদুনা ওইহনখিবনি হাযবা বাকম অসি সাইন্তিস্টশিংনা হায়রে। সাইন্তিস্ট অযাম্বনা ডার্বিনিজম্ব (Darwinism) যাবি।

যাম্না তেন্না হাযবদা, এপ্রু (Ape) যাওবা এডাপটেবিলিতি অদুনা এপ খবাদ মী বোমদা (Homo Sapiens) পুথবকপনি চাহি কয়াগী মনুংদা, মখোযাশিং অসিনা লৈবা লৈবা তোঙান তোঙানবা ফিভমশিং অদুনা ওইহনখিবনি হাযবা সাইন্তিস্টশিং আসনা থাজবি। এপ হাযবা অসাদ শানি (Animal) অদুবু মখোযাশিং অসি মাগী মওং মাল্লি হাযদুনা **hominid** হাযবগসু খঙনবনি। অদুগা মখোযাশিং অসি যোংগী কাংলুপ্তা যাওই হাযবদগী Pithecus হাযনসু খঙই।

অসিগুম্বা **homonids** শিং অসিগী মনুংদা অমখক্তা শানি হাযদ্রে মীনি (man) হাযরে। মসিবু সাইন্তিস্টশিংনা **1470 - man** হাযবগা খঙনবে। মহাক অসি ঙসিদগী চাহিবাক্তা চহি লাক্ষ ২৫ বোমগী মমাঙদা লৈবমখিবনি হাযবে। মসি, থিগৎলুবদা কবন্না থেংনবকখিবনো হাযবগী মবমদা খজিক্কুং পনবা যাই। মদুদি, শোক

১৯৭২ দা, অৱাংথংবা কেনযাদা (Kenya- Africa) লৈবা রুদোলফ পাৎকি (Lake Rudolf) মযাদা, কেনযা নেসনেল মুজিযমগী (Kenya National Musums) ডাইবেক্তব, বিচার্ড লিকিনা (Richard Leaky) মী মানবা জিব অমগী কোক অমসুং খোঙগী শরুশিং ফংখি। হায়বিবা মী মানবা জিব অসিনা শিজিন্নবম্বা ওইগনি হায়না থাজবা যাবা নুংগী খুৎলাই খবসু ফংখি। হায়বিবা কোক অমসুং খোঙগী শরু অসি চাওবাক্লা চহি লাক্ষ ২৫ বোমগী মমাঙদা লৈবমখিবনি হায়বা খঙলে। মহাক অসিবু মীনি (man) হায়না লৌবিবগী মবম্দি, খুৎলাই শাদুনা (Tool making) শিজিন্নবম্বগীনি। বাফম অসিদগী হৌজিক ঐখোযনা খঙলে মদুদি, মীগা শাগা খেন্নবগী মব ওইবা মবম্দি, মীদি শিজিন্ননবা খুৎলাই শাবা ঙমই অদুগা শাদি ঙমদে। হায়বিবা কোক অমসুং খোঙগী শরুশিং অসিগী কেটলোগ (Catalog) নং ১৪৭০ ওইনা হায়বিবা ম্যুজিযম অসিদা থম্মখিবদগী মহাক অসিবু **1470 man** হায়বগা ঙসি ফাওবা খঙনবি। মহাকপু খ্বাইদগী ইহান হানবা মীনি হায়নবিবগী মবম্দি হৌজিক ফাওবদা, মঙোন্দগী হেন্না লিববা মীগী শরু শযাং থেংনদবদগীনি।

হৌজিক ঐখোযনা নৈনগদৌবিবা অসিদি মীওইবগী খুন্নাই কবম্না মপুং মবৈ ফাগৎলক্লিবনো (develop) হায়বা অসিগী মবমদনি। ঐখোযগী খুন্নাইদা অহোংবা (change) যাওবি হায়বা পুম্নমক্লা খঙনববনি। মসিদা অমুক প্রমান পিরুবগী দবকাব লৈতে। অদুবু মীওইবা খুন্নাই কবম্না মশক তাক্লনি, মসিদা কবি কবি যাওবি, মসিদা যাওবিবা অহোংবা অসি কবিনা পুবকপনো, মসিগী মপুং মবৈ ফাগৎলকপা হায়বসিনা কবিনো, মসিবু ওইহন্নবা হোৎনবদা কবি কবি চংবগে, মীওইবা খুন্নাইগী structure দা কবি কবি যাওবগে হায়বনচিংবা ৱাহং কযাগী মবমদা নৈনবা ঐখোযনা পাম্মলিবনি।

সোসিয়েল সাইন্সনা হায়রি মদুদি, মীওইবা খুন্নাইগী হকচাং (structure) অসিদা মচাক কয়ামুক য়াওবগী মনুংদা মরু ওইবা মচাক অনিদি অমনা মীওইবা শেম্বনি (production of human being) অদুগা অনিশুবনা, হিংবদা চংবা পোৎলম চৈরম পুথোকপনি (production of material wealth) মীওইবগী খুন্নাইদা পোৎশক অনিশিবু য়াওদ্রবদি, মীওইবা খুন্নাই লৈবা ওইথোক্তে। সোসিয়েল সাইন্সপু (Marxism Leninism) হৌদোকপিরম্বা গুরুশিংনা হায়রমখিবদা, মীওইবা খুন্নাইগী যুম্ফমদি, হিংবদা চংবা পোৎ পুথোকপনা ওইগদবনি (production of material wealth is the basis of human society) লোইননা মীওইববুসু পুথোক্কদবনি হায়বা অসিসু হাপচিল্লমখি।

মীওইবা খুন্নাইগী হকচাংদা য়াওবা মরুওইবা অতোপ্পা মচাক অমনা পোলিটিকেল ইকোনোমি হায়বা অসিনি। মসিসু সাইন্স অমনি। সোসিয়েল সাইন্স অসিসৃ শরুক অমনি। পোলিটিকেল ইকোনোমি হায়বা সাইন্স অসিনা, মীওইবা সমাজবু করম্না হিংহল্লিবা, হিংবদা চংবা পোৎ-চৈ কবম্না পুথোক্লিবা হায়বা অসিগী মরমদা নৈনবনি। সোসিযেল সাইন্সনা হায়রি মদুদি, ইকোনোমিগা পোলিটিক্সকা শেত্তোক্লবা য়াদে। মখোয় অনি অসি পৈশা অমগী মমায় অনিগুম্বনি। হিংবদা চংবা পোৎ করম্না পুথোক্কদগে হায়বা অসি ইকোনোমিনি অদুগা পুথোক্লবা পোৎ অদু কনানা মপু ওইগনি হায়বা অসিনা পোলিটিক্সনি।

সোসিয়েল সাইন্স কদায়বু কৌবগে ? সমাজ অমনা মপুং মরৈ ফাগৎলকপদা শাগোন্নরিবা হিরম কয়ামুক্কি মরমদা নৈনবিবা সাইন্স অদুবু সোসিয়েল সাইন্স কৌই। অদুগা পোলিটিকেল

ইকোনোমি হায়বা অসিনা, মীওইবা সমাজবু কবম্না হিংহল্লিবা, হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ-চৈ কবম্না পুথোকপা অমসুং পুথোক্লিবশিং অদু কন্না মপু ওইবা, হায়বা অসিগী মবমদা নৈনবা সাইন্স অদুবুনি। পম্মনদি, মহৌশা অমসুং মীওইবা সমাজনা মপুং মবৈ ফাগৎলক্লিবা অসি ঈশ্বরগী অপাম্বদগীনি হায়না ফোংদোক্লি। অদুবু সাইন্স অমসুং শুব নোম্বগী থবক্কী মসিবু অবানবনি হায়বি। যাম্না কপ্না খিজিল্লবা মতুংদা সোসিয়েল সাইন্সপু হৌদোকপিবম্বশিংগী মনুংদা য়াম্না ওইনবা কর্ল মার্ক্সনা ব্রাফম অসি খঙলকখি মদুদি, মীওইবা সমাজ অমগা পুন্সি অমসুং মপুং মবৈ ফাগৎলকপা অসি হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ চৈশিং অসিনা ওইবমলে। অদুগা পোৎ পুথোক্লবগী তোংনবকপদা যাম্না মথৌ তাবমলিবা পোৎশিংদি তাহানবদা মীওইবগী শুব নোম্বগী পাঙ্গল, (labour power) অমি শুবদা, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিং (means of production) অমসুং (raw materials) অসিনি।

শুব নোম্বা (labour): মসি হিংবদা শিজিন্ননবা পোৎ-চৈ পুথোক্নবা তোংনবদা ভাব তানা থবক তৌবিবা অদুবুনি।

থবক তৌবদা শিজিন্নবিবা উপাযশিং (Means of Labour): অসিগুম্না উপায়াশং অসি যাওদ্রবদি পোৎ-চৈ পুথোকপা হায়বা অসি ওইথোক্লোরবনি, মসিনা মীওইবনা মহৌশাদা ফংবা পোৎ চৈশিংব শেমদোক শাদোকপা ঙমহল্লিবনি। মেছিনবি অমসুং মসিগা মবি নৈনবা পোৎ চৈশিং, ইনস্ত্রুমেন্টশিং অমসুং অতৈ শিজিন্নগদবা পোৎশিং, পোৎ পুথোকপগী শঙশিং মখল খুদিংগী গাড্ডীশিং, ঈশিং লম্বীশিং. ইলেক্ট্রিক পুননবগী তবাশিং, অসিনচিংবা কয়া অসি থবক তৌবদা শিজিন্নবিবা উপাযশিংনি।

থবক তৌবদা শিজিন্নবা খুৎলাইশিং (Instruments of Labour): মসি মীওইবনা শিজিন্নবা খুৎলাইশিংনি মসিগী মতেংনা মীওইবনা মহৌশাদা কযামুক কন্না শাফু পিবা ঙম্বগে হাযবা অদু লেপকদৌবিবনি।

থবকশুবদা শিজিন্নবিবা পোৎলমশিং (Objects of Labour): মীওইবনা শুব-নোম্বগী থবক তৌবিবা পোৎলম পুন্নমক (Raw materials)।

শু-নোম্বগী পোৎথোক (product of Labour): মসি মীওইবনা শু নোমদুনা পুথোক্লিবা পোৎ পুন্নমকপুনি।

## পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অমসুং চংলিবা মবিশিং

## (Productive forces relations of production)

পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (Productive force) অসি মীওইবা সমাজনা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিংনি। মসিগী মনুংদা মরুওইনা যাওবিবা অসিদি শু-নোম্বদা শিজিন্নবিবা খুৎলাইশিং অদুগা পোৎ পুথোক্লিবা মীওইশিং অসিনি।

টেক্নিকেল নৎত্রগা ইকোনোমিগী মবিশিং (Technical or economic relations) হাযবা অমসু লৈবি। টেক্নিকেল হাযবা অসিনা খঙনবিবা অসিদি ইঞ্জিনিযাবশিং, শিনমী পান্নবশিং, কাংলুপ কাংলুপকি লুচিংবশিং মেছিন চলাইবিবশিং (machine operators) অসিনচিংবশিংনি।

ইকোনোমিগী মবিশিং নৎত্রগা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (Economic relations or relations of production) হাযবা অসিনা তাক্লিবদি, পোৎ পুথোক্লবগী থবক তৌবকপদা, মসিদা

যাওবিবা মীওইশিংগী মবক্ত শেমলকখিবা মবিশিং অদুবুনি। অসিদসু নৎতনা পুথোক্লবা পোৎশিং অদু অমগা অমগা ওন্নবকপদা (exchange), যেন্থোবকপদা (distribution), শিজিন্নথোকপদা (consumption) শেমলকখিবা মবি পুম্নমক অসিবুসু ইকোনোমিগী মবিশিং নৎত্রগা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং হাযনসু কৌনৈ। অদুগা মবিশিং অসি সম্পতিগী মবিশিংশু (relations of wealth) ওই। হাযবদি পোৎ পুথোকপগী উপাযশিং (means of production) অমসুং পুথোক্লবা পোৎশিং (produces) অদুগী মপু কননা ওইবি হাযবগী মবি (relation) অদুনি।

মীওইবগী সমাজনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপগী (development) ইতিহাসতা লৈবকখিবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (economic relations) অসি পুন্না মখল মঙা লৈ। মখোযশিং অদুদি, (১) মঙৌবোল সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (Relations of production in primitive communal society, (২) লৌচা চৎনবোল সমাজদা লৈখিবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (Relations of production in feudal society), (৩) শেঞ্জাও পাইবা সমাজদা য ওবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (Relations of production in Capitalist society) অমসুং (৪) হক মান্ননা ফংমিন্নবগী সমাজদা যাওবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (Relations of production in socialist society) অসিনি।

পোৎ পুথোকপগী মওং (Mode of production): পোৎ পথোকপগী মওং অসিদা পোৎশক অনি যাওবি, অমনা, পোৎ পুথোকপা ঙম্নগী শক্তিশিং (productive forces) অদুগা অতোপ্পা অমনা পোৎ পথোকপগী মবিশিং (Relations of production) অসিনি।

পোৎ পুথোকপগী মওং অসিগী মনুংদা মিৎকুপ খদিংগী হোংলিবা পোৎশক অসিদি পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive forces) অসিনি। মবমদি, পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংদা যাওবিবা অসি মরু ওইনা শুব-নোম্বদা শিজিন্নবিবা খুৎশু খুৎলাইশিং অদুগা পোৎ পুথোক্লিবা মীওইশিং অসিনি। শু-নোমদুনা পোৎ পুথোকপদা হেন্না ফগৎহন্নবা, মতম চংদনবা, বাবা হন্থনবা অনৌবা মখলগী নৎত্রগা হান্না শিজিন্নবম্বা অদু ফগৎহন্নবা মীওইবনা লেপ্পা লৈতনা, মিৎকুপ খুদিংগী খল্লি অমসুং অনৌবা অফবা খুৎলাই পুথোকই। মসিগী মযেক লাববা প্রমান হাযববু, থাইনগী নুংনা শাবা খুৎলাইশিং অদুগী মহুত্তো ঙসিদি খঙবদা বাববা (complicated) খুৎলাই কযা অম মীওইবনা শিজিন্নবি, খুদম সুপব কম্প্যুটব (super computor) অসিসু অমান। মত্তৌ অসুম্না, শিজিন্নবা খুৎলাই ফবা হেঙ্গৎলকপা অসিনা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive forces) অসি ইতৎ তৎতনা হোংহল্লি অদুগা অতোপ্পা মবম অমনা, অনৌবা অফবা খুৎলাই পুথোক্লবগী খনবা অমসুং মদুবু শানবা হোৎনবকপদা মীওইববু শিংহল্লি অমসুং মাসনা পোৎ পুথোক্লিবা মীওইশিংগী মশুন হেঙ্গৎহাল্লে। মবম অদুনা পোৎ পুথোকপগী মওংদা যাওবিবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং হাযবা অসি মিৎকুপ খুদিংগী হোংহল্লি (develop) হাযবা যাই

পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Relations of production) হাযবা অসিনা হোংলকপা (change) অসিদ্দি পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অসিনা ফগৎলকপগী চাং অদুগী মখা পোল্লে। মাস কবম্না ওইহল্লক্লিবনো হাযবদা, মীনাই লোইবগী খুন্নাইদা মীনাইশিংনা থবক শুবনি। ঙল্লিঙৈগী মতমদদি, যোৎকি লেংখম পানবা লঙ্গোলনা লৈবাক খোইবগী লৌ উনবম্বা নত্তে। মতম অদুদা, চথোক, ফৌথোক যাম্না ব্রাৎলম্বদা নৎতনা, শুব-নোম্বদসু যাম্না বাবম্শিব

মতম্নি। অদুবু অথেংবদা, য়োৎকি লোংখুম য়াওবা লাঙ্গোল থোরক্লবা মতমদদি লৈবাক খোইবদা ব্রারম্বা অদু খরদি হন্থরে, লোইননা পোৎথোকসু (produce) হেঙ্গৎলে। অদুম ওইনমক অতৈ অনৌবা থবক কয়া হাপচিন্দুনা ব্রাবগী চাংদি করিসু হন্থরমদে। অসিদা অনৌবা, হান্না উরমদবা পোৎশক অমা থোরক্লি মদুদি, অনৌবা খুৎলাই অসিনা ফৌথোক হেঙ্গৎহল্লবসু মসিনা মীনাইশিংদা কবিসু অহেনবা কান্নবা পিদে। মখোয়দা কবিসু হান্নদগী হেঙ্গৎনা পিজদে। কান্নবা হেন্না ফংলিবদি মীনাই মপুশিংনি। মবম অদুনা খুৎলাই ফবা হেঙ্গৎলবসু মীনাইশিংনা করিসু হরাওদে, অহোইনদুম মদুনা মখোয়দা থবক চিলহল্লি বাবা হন্থহন্দে। মবম অদুনা মীনাইশিংনা থবকশুনবা খুৎলাই ফবা হেঙ্গৎহল্লকপদা শাওগৎলকই অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা অফবা খুৎলাইশিং অদু থুগাইবা থুদেকপা অমদি মাঙহন তাকহনবা হৌবকই। মসিগা লোইননা মপুগা মীনাইশিং অসিগগী মরক্তা লৈবমখিবা য়ানদবগী চাং ব্রাংখৎলকই। মসিনা মরম ওইদুনা, পুথোক্লবা পোৎকি মপু ওইবা (relations of production) হায়বা অসিবু হোংহন্নবগী শাফু পিবা হৌবকই। পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংদি (productive forces) মতম পুম্বদা হেঙ্গৎতুনদা লৈবনা, মমৈথংদদি পুথোক্লবা পোৎকি মপু ওইবা হাযবসি হোংহল্লি। খুদম হাযববু লৌচা চৎনরোলগী খুন্নাইদদি (Feudal Society) মীনাইশিং অদু লৌমী (peasant) ওল্লে অদুগা পুথোক্লবা পোৎকি মপু অসি মখোয়গীসু শরুক খরদি য়াওবে, হান্নদি মীনাই ওইবিঙৈদা মখোয়গী শরুক শুকয়াও য়াওখিদে। মতৌ অসুম্না শেঞ্জাও পাইবগী খুন্নাই (Capitalist society) য়ৌরকপদদি, লৌমীশিং অদুগী শরুক খরদি কল কারখানাগী শিনমী (factory workers) ওল্লক্লে। মসিগী খুন্নাই অসিদসু পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অসি হান্নগীদগী ফবা হেঙ্গৎলকপনা পোৎথোক হান্নগীদগী

হেন্না পুথোকপা হৌবকখি। হান্নগী ফিউডেল খুন্নাইদা (feudal society) লৈবমখিবা পুথোক্লবা পোৎকি মপু ওইবগী (production relations) মওং অদু হোংবা তাবকখি। মমৈথংদা অসিগুম্বা মওংদা হোংলক্লে - মদুদি, পোৎ পুথোক্লিবা শিনমীশিংনা (workers) মখোযনা শুবিবা নোমলিবা অদুগী, মতিক চপচানা ফংদ্রবসু, অযাম্বা শকাক্ত ফংলে। মসি হাযকবিবগী মবমদি, খুদম অমত্তং যেংশি, ফিউডেল খুন্নাইগী মনুংদদি (মনিপুবগী ওইনা) লৌগী মপু (লৌপু) অদুনা মহাক্কি লৌবুক (লম) অদু লৈবনি খণ্ডদে, নিংথৌগী খুদোলনি খণ্ডদে ফংলে। মসিগী মতুংদা লৌবুক অদু লৌমীদা শান্দোক্লে। লৌমী অদুনা লৌবুক অদুদা মহৈ মবোং (ফৌ) থানবগীদমক (লৌ পান্নবগীদমক) লৌপু অদুগী মতেং যাওদনা লৌমী অদুনা পোৎ পুথোকপগী শক্তি (productive force) শেমগৎলে মসিদা যাওবিবসি মশ ওইনা, লাঙ্গোল, যন, যোৎপাক, থাংজৌ, থাঙ্গোল, হৈংকক অসিনচিংবা খুৎলাইশিং (instruments of labour) অসিগা লোইননা, মহাক মশাগী অমদি ইমুং মনুংগী মী ওইশিংগী শুব নোম্নগী পাঙ্গল (labour power) অমসুং অতৈ অৱাইবা শুব নোম্নগী পাঙ্গলাশং (মসি মহাক্না অমুক শিংগদবনি) অসিনি। অদুগা হাযবিবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অসিনা পুথোকপা পোৎথোকশিং (ফৌ) অদুদগা শংভম অমদা ফৌবোৎ অহুম অহুমগী চাংদা লৌপুদা পিগনি। মাসদা দবকাব ওইবিবা পুথোক পুশিন তৌবগী (transportation) খবচ (expenditure) অসিসু লৌমী অদুনা তৌগদবনি। মতৌ অসুম্না পুথোক্লবা পোৎকি, মপু ওইবগী মওং অসিবু ফিউডেল সমাজগী মপু ওইবগী মওং (feudal relations of production) হাযনা কৌনবিবা অসিগা শেঙ্গাও পাইবা সমাজগী মপু ওইবগী মওং গা (Capitalist relations of production) খেন্নে। অকোনবগী মওং অসিদদি, পোৎ

পুথোকপদা শিজিন্নবিবা খুৎলাইশিং অমদি পোৎ-চৈ পুম্নমক (infra structures) শেঞ্জাও পাইবশিংনা পুথোক্কনি অদুগা শিন্মীশিংগী শুব নোম্বগী পাঙ্গলশিং (labour power) অদুসু শিন্মীশিংদগী লৈবগা (purchase) শিজিন্নগনি। মবম অদুনা শিন্মীশিংনা মখোযগী শুব নোম্বগী পাঙ্গলশিং অদু শেঞ্জাও পাইবশিংদা (capitalist) যোন্থোকই অমসুং মদুবু কেপিটেলিষ্টশিংনা যোন্নবা পোৎ (commodity) পুথোকপদা শিজিন্নে। মসিদগী খঙলে মদুদি, পুখোক্লবা পোৎকি মপুদি কেপিটিলিষ্টশিংনা (capitalist) ওই অ৴গা শিন্মীশিংনা মখোযগী শুব-নোম্বগী পাঙ্গল যোনবগী মমল ফংবা (wage earner) মবম অদুনা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (relations of production) অসিনা হোংলকপগা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অসিগী ফগৎলকপগী চাংগা মবি লৈনৈ।



# মার্ক্সনা খণ্ডলকপা ইকোনোমিগী নীতি নীয়মশিং

(Economic laws discovered by Marx)

১) পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive force) অসিনা ফগৎলকপগী অককনবা চাং অমনা, মসিগা চানবা (Corresponding) পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (relations of production) অম দবকাব লৈবকই। মসিগী খুদম হায়বদ্ মৈহৌবোলগী সমাজদা (primitive communal society) লৈবমখিবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং অদুগা, হাযবিবা সমাজ অদুদা লৈবমখিবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive forces) অদুগা মরি লৈনখিবনি। হাযবিবা সমাজ অসিদা লৈবমখিবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিংদি, পুন্না পোৎ পুথোকমিন্নবগা পুন্না মপু ওইমিন্নবনি, অদুগা হাযবিবা সমাজ অসিদ৷ শিজিন্নখিবা খুৎলাইশিংদি নুংগী খুৎলাইশিংনি। মীনাই লোইবগী সমাজদনা (slave owning society), মীনাইশিংনা শু-নোমদুনা পোৎ পুথোক্লগা মীনাই মপুনা পোৎশিং অদুগী মপু ওই মসিনা হাযবিবা সমাজ অসিগী পোৎ পুথোকপগী মরিশিংনি অদুগা সমাজ অসিদা পোৎ পুথোক্লবগী শিজিন্নখিবা খুৎলাইশিংদি মমাঙগী সমাজদগী যাম্না ফগৎলে। খুদম ওইনা হাযববদা যোৎনা শাবা খুৎজু-খুৎলাই

(instruments of iron) যাম্না শিজিন্নবে। মতৌ অসুম্না, শিজিন্নবা খুৎলাই ফগৎলক্তুনা মপাঙ্গল কনখৎলক্লবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং লৈবকপগা লোইননা ফিউডেল সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অমসুং শেঞ্জাও পাইবা সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিং শেমগৎলকই। অদূবু ঙসি ফাওবদদি, সোসিয়েলিস্ত সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিংদি নিংথিজনা শেমগৎপা ঙমদ্রি। তশেংনা ওইফম থোকপদি, 'মীযাম্না শুবগা মীযাম্না মপু ওইবা' হাইবা মবিশিং অসিনি। অদুবু শোইদনা ঙমলকখিগনি হাযবা অসি সোসিয়েল সাইন্তিস্তশিংনা যাম্না চেৎনা থাজবি। ২) পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংনা ফগৎলকপদা অথিংবা াপবক্লবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অদ মদুবু শিন্দোকপা ঙম্বা সমাজগী শক্তি অমনা হেক্তা শিন্দোকই। মসিনা ৫াক্লবাদ, মহৌশাগী ওইনা, পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংনা ফগৎলকপা আস পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অসিনা হেক্তা অথিংবা াপবকই। মসিগা খুদম অমসু যেংাস, মদুদি, মীনাই লোইবগী সমাজদা, পুথোক্লবা পোৎকি মপু মীনাই মপুশিংনা ওইবা হাযবা পোৎ পুথোকপগী মবি অসি লৈবদগী, শিজিন্নবিবা খুৎলাই ফগৎলক্তুনা পোৎ পুথোকপগী শক্তি ফগৎলক্তুনা পোৎ মবাংকাইনা পুথোকচববসু, অহেনবা পোৎথোক অদুনা মীনাইশিংদা কান্নবা পিবা কবিসু হেঙ্গৎতবনা, মীনাইশিংনা পোৎ হেন্না পুথোক্লবগী থবক কবিসু তৌনিংদে অমসুং তৌদনবা হোৎনৈ। মসিনি পোৎ পুথোকপগী মবিশিংনা, পোৎ পুথোকপা শক্তিশিংগী ফগৎলকপদা অথিংবা পিবা হাৰ্যবিবাস। মতৌ অসুম্না, অসিগুম্না আথংবা পিবগী মওং অসি, ফিউডেল সমাজদসু (feudal society) থোকই, শেঞ্জাও পাইবগী

সমাজদসু (capitalist society) থোকই। অসিগুম্বা অথিংবা অসি লৌথোক্তুনা, অথিংবা অসি পিবোইদৌবা অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং, হাযবিবা সমাজ অদুদা শেম্নবা থৌবাং হেক্তা তৌবকই অমসুং হেক্তা শেমলকই। মসিগী খুদম হাযববু মীনাই লোইবগী সমাজদা (slavery) খ্বাইদগী অবাবা মাইযোক্লবিবা মীনাই হাযবা কাংলুপ অসিনা মীনাই মপুশিংগী মাইযোক্তা পেন্দবগী ইহৌ শাগৎতুনা মীনাই লালহৌ (slave revolution) পাংথোবকখি। হাযবিবা লালহৌ অসিনা হান্নগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অদু থদৎতুনা অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং শেমগৎলকখি। মতৌ অসুম্না ফিউডেল সমাজগী পোৎ পথোকপগী মবিশিং অসি পোকপগা লোইননা মাসসু মপুং মবৈ ফাগৎলকখিবনি। মতৌ অসুম্না অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং মথং মথং পোকলক্তুনা অনৌ অনৌবা, হান্নগীগা মান্নদবা মী ওইবগী সমাজ থোকলকখিবনি।

সোসিযেলিষ্ট সমাজগী মতাংদদি যানদবা কাংলপশিং (contradictory forces) / *খুদম ওইনা হাযববদা, মীনাই অমসুং মীনাই মপুশিংগী কাংলুপশিং অসি যানদবা কাংলুপশিংনি* / হাযবদু লৈতবনা, পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংনা ফগৎলক্লবা মতমদা, পোৎ পুথোকপগী মাবশিং অসি ফগদবা মওংদা খন্নবগা ফগৎহন্নবা শিল্লি।

সমাজ অমগী মব ওইবা যুম্ফম অসি পোৎ কবম্না পুথোকই (mode of production) হাযবা অসিদগীদি তোঙাল্লি। সমাজ অমগী যুম্ফম হাযনা লৌনবিবা অসি মহাক্কি ইকোনোমিগী সিস্তেম অসিবুনি। সমাজ অমগী যুম্ফম অসি যানদনা (Antagonistic) লৈবসু যাই, নৎত্রগা যানবগা (non antagonistic)

লৈবসু যাই। খুদম হায়ববু মীনাই লোইবগী সমাজ (slave society), লৌচা চৎনবোল সমাজ (feudal society) অমসুং শেঙ্গাও পাইবগী সমাজ (capitalist society) অসিগী যুম্ফমদি যানদবগী (Antagonistic) ওই। মবমদি মখোযশিং অসিদা পোৎ পুথোকপগী উপার্যশিংগী (means of production) মপু অসি লন্নাই মীওই-শিংনা (individuals) ওই। অসিদসু নৎতনা হায়বিবা সমাজশিং অসিদা মীনা মীবু নমহৎপা (exploitation of man by man) যাবগী মবিশিং অসি লৈবদগীনি।

সমাজগী যুম্ফম (Basis) অসিদা চানবা শঙলেন (Corresponding super structure) শেমজবকই। যুম্ফম অমসুং শঙলেনগা মবমদা অসুম্না হায়বসু যাই মদুদি যুম্ফম হায়বা অসিগী মক ওইবা থর্বক্তি সমাজ অদুগী মীযাম্না হিংহনবনি (অহিংবা মীওই ওইহনবনি) অদুগা শঙলেন (super structure) হায়বা অসিনা খঙহল্লিবদি, সমাজ অদুদা যাওবিবা মীওইশিং অদুগী ব্রাখলশিং (minds) অদুনা তৌবিবা থবকশিং অদুগী অপুনবা শক্তম অদুবুনি। অসুম্নসু হায়বা যাই মদুদি, অহিংবা মীওইশিংদা ব্রাখল যাওই। যাওবিবা বাখল অসিদা থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি (potentiality) যাওবকই। হায়বিবা শক্তি অসিগী পোৎ পুথোকপা ঙম্বগী চাং (productivity) যাওবকই। অসিগুম্বা বাখলগী পোৎথোকশিং আসগী অপুনবা শক্তম অদুবু শঙলেন হায়বগা সোসিযেল সাইন্তিষ্টশিংনা খঙনৈ। অসিগুম্বা বাখলগী পোৎথোকশিং অসি অতৈ কবিসু নত্তে সমাজ অমগী ওইনা লৈর্জানবা পোৎশকশিং হায়বদি আর্টস, ফিলোসোফি, সাইন্স, ধর্ম্মগী নিয়ম নীতিশিং, লিটরেচর. ইতিহাস, আইনশিং পোলিটিক্স অসিনচিংবনি।

অদুগা যুম্ফম্না কবম্না মীওইশিংবু হিংহনবগী থবক তৌবি হাযবগী মতাংদা খবসু পানবা য়াই মদুদি, মথক্তসু পঞ্জখবে মদুদি মসি সমাজ অদুগী ইকোনোমিক সিস্তেমনি। ইকোনোমিক সিস্তেম (Economic system) হাযবদি, হিংবদা মথৌতাবা পোৎ চৈ পুথোকপা। (Material production) পুথোক্লবা পোৎচৈশিং অদুবু যেন্থোকপা (distribution হাযবদি মীপুম খুদিংদা ফংহন্নবা হোৎনবা) অদুগা হিংনবগীদমক পোৎ চৈশিং অদুবু শিজিন্নথোকপা (consumption) অসিনি। কাঙলুপ নাইবা সমাজ (class society) অমগী ওইনর্দি শঙলেন (super structure) অসিসু মিচং মিখায নাই। মদুদি, মীনাই লোইবগী সমাজদা লৈখিবা শঙলেন অদুনা মীনাই মপুশিং *[সমাজ অসিগী মনুংদা শক্তি লৈবা কাংলুপনি (Dominant class)]* হিবম খুদিংমক্তা কনখৎতুনা, কাঙলুপ অসিগী যাইফনবতা শিল্লি। ব্রাফম অসি কবিনা উৎলিবগে হাযববু সমাজ অসিগী সবকাব (state) অদুনা, মীনাইশিংনা পোৎ পুথোক্লগা, পুথোক্লবা পোৎশিং অদুবু মীনাই মপাশিংনা মপু ওইনা যাহল্লি। মীনাই মপুনা মাগী মীনাই হাৎপদা মসিবু মীহাৎপা (murder homicide) কৌদে মসিগীদমক বিচাব তৌদে, অদুগা মীনাইনা মাগী মপু হাৎলবদি, মসি মী হাৎপনি (homicide) বিচাব তৌগনি, দন্দি পিগনি। সমাজ অদুগী আইন্না, মীনাইশিংবু লমগা মপু ওইহনবা যাদে। মীনাই লোইবা সমাজগী অথেংবা মতমদ থোবকখিবা সহিত্যদসু, মীনাই মপুশিংগী পুক্নিগী ব্রাবিশিংতনা ওইখিবনি। অসিনি মীচং মীখায নাইবা শঙলেন হাযবিবসি।

সমাজ অমগী যুম্ফম অমসুং শঙলেন অসি অকক্লবা মতম খব খক্কিনি। মখোযসি কৈদৌঙৈদসু লেংদনা (unchanged) খক

লৈতে। খুদম ওইনা হাযববদা মৈহৌবোলগী সমাজ (primitive communal society) মীনাই লোইবগী সমাজ, ফিউডেল সমাজ, শেঞ্জাও পাইবগী সমাজ অমসুং সোসিযেলিস্ত সমাজশিং অসিগী যুম্ফম অমসুং শঙলেনশিং অসি অমগা অমগা মান্নদে অসুম মথং মথং মপুং মবৈ ফাগৎলকপনি (develop) হাযবসু যাই। যুম্ফম অমসুং শঙলেন হোংলকপগা লোইননা মীওইবগী খুন্নাইসু হোংলকই। শঙলেন অসি যুম্ফম Basis অসিদগী থোবকপনি, অদুব শঙলেন অসি থোকপু থোবকখ্রবাদি যুম্ফম অসিদসু মহাক্কি ইথিল (influence) পিবা ঙমই কদায ফাওবা ঙম্বগে হাযববু হান্নগী যুম্ফম অদু শেমদোক্নুনা অনৌবা হান্নগীগা মান্নদবা অম শেম্বা ফাওবা ঙমই। শঙলেন অসি যুম্ফম অসিদগী থোবকপনি হাযবগী মতংদা অসুম্না হাযবা যাই মদুদি মথক্তসু পঞ্জখবে মদুদি শঙলেন অসিদি ব্রাখলগী পোৎথোক্নি অদুগা ব্রাখল হাযবা অসিদি অহিংবা মীওইবদা যাওবনি। মবম অদুনা হান্না হিংলগা কোন্না বাখল থোবকপনি হাযবা অসি চুমলবনি। বাখল অসি থোবক্লবা মতংদদি, মসিনা হিংবগী মওং অসি হান্নগী অদুগা মান্নদবা মওংদা শেমদোবকপা ঙমহল্লি।

সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন হাযবা অসিদা যাওবিবসি, হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ চৈবু কবম্বা মওংদা পুথোক্লিবগে (mode of production) হাযবা অসিগা শঙলেন হাযবিবা অসিগনি। কবম্বা মওংদা পুথোক্লিবগে হাযবা অসিদা যাওবিবসিনা, অমনা, পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive forces) অদুগা অতোপ্পা অমনা, পোৎ পুথোকপদা লৈবিবা মরিশিং (relations of production) মসি পোৎকি মপু কনানো হাযবা অসিগা মান্ননা লৌই। অদুনা কবম্না পোৎ পুথোকই হাযবা

অসিগা শঙলেন (super structure) হাযবা অসিগা, অনি অসিনা পুল্লগা সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন হাযবা অসি শেমই। মতাং অসিদা বাহৈ খবা হাযবা যাই মদুদি, সমাজ অমদা যাওবিবা মীওইশিং অসি অহিংবা ঙাক্তা ওইগদবনিনা (অশিবা মীওইনা সমাজগী মেন্বব ওইবা যাদে) মখোযগী হিংবদা চংগদবা পোৎলমশিং অসি কবন্বা মওংদা পুথোকপগে (How material wealths are produced) হাযবা অসিনা যুম্ফম অসি ওই। অদুগা অহিংবা মীওইশিং অসিদা যাওবিবা মপুংফাববা ৱাখলশিং (matured minds) অসিগা অপুনবা পোৎথোক (Total produce of the minds) আসনা শংলেন (super structure) অসি শেমই। যুম্ফমদা যাওবিবা মক ওইবা পোৎশক্তি ইকোনোমিগী আইনশিং (Economic laws) অসিনি, অদুগা শংলেন্দা যাওবিবা মক ওইবা পোৎশকশিংদি আর্টস (Arts), সহিত্য (Leterature), ধৰ্ম্ম (religion), রাজনীতি (politics), বাঙুলোন (philosophy) অসিনচিংবা কযা অসিনি।

ঙসি ফাওবদা চৎথবক্লিবা মীওইবগী সমাজ অসিদা সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন মখল মঙা লৈবকখ্রে মখোযশিং অদুদি ১) মৈহৌবোল সমাজগী সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন (socio economic formation of the primitive communal society), ২) মীনাই লোইবা সমাজগী সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন (socio economic formation of the slave owning society), ৩) ফিউডেল সমাজগী সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন (socio economic formation of the feudal society), ৪) শেঙ্গাও পাইবা সমাজগী সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন (socio economic formation of the capitalist society), ৫) সোসিয়েলিষ্ট সমাজগী

সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন (socio economic formation of the socialist society) অসিনি।

মীওইবা সমাজগী মপুং মবৈ ফাগৎলকপা (development of human society) হাযবা অসি ইকোনোমিগী আইন (economic law) অমগী মখাদা চৎথবকপনি। আইন হাযবসি কবিনো হাযবগী মতাংদা খুদম অমত্তং যেংশি। ঈশিংনা ইংথবক্তুনা উন (ice) ওল্লক্লবা মতমদা মাগী ভোল্যুম চাওথোবকই। মসি মফম মতম খুদিংমক্তা চুমলবনি। মসি আইন অমনি। মতাং অসিদা আইন্না খঙহল্লিবসি, চপ মান্নবা থৌদোক হঞ্জিন হঞ্জিন থোকপগী ৱা যাওবি অদুগা চপ মান্নবা থৌদোক থোকপা মতমদা ওইখিবা ফিভমশিংশু (conditions) মান্নবগী বাফম যাওবি।

সোসিয়েল সাইন্স হাযবা অসিনা তৌরিবা থর্বাক্তি মহৌশা অমসুং মীওইবা সমাজনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপদা (develop) লোইনদুনা চৎলবা আইনশিং (governing laws) অসিবু মশক খঙনবা হোৎনবা অসিনি। সমাজ অমগী ইকোনোমিগী ফিভম (economic conditions) অসিদি ইকোনোমিগী আইনশিং (economic laws) অদুগী মখা পোন্না চৎলক্লনি।

মহৌশা (nature) অমসুং সমাজগী (society) আইনশিং অসিদা মান্নবা যাওবি, মদুদি, মখোযশিং অসি ঐখোযগী পুক্নিংগী মখা পোন্দে (objectiveওই)। মহৌশা অমসুং সমাজগী আইনশিং হাযবা অসিদা ৱাহৈ খবা হাযবা যাই মদুদি, মসিনা খঙহল্লিবদি, মহৌশানা মপুং মবৈ ফাগৎলকপা, (development of nature) অমসুং সমাজনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপগা (development of society) শাগোন্নবিবা আইনশিং অসিদা মান্নবা যাওবি হাযবনি।

মহৌশানা মপুং মরৈ ফাগৎলকপা হায়বদি, মহৌশাদা য়াওরিবা থৌদোকশিং (Phenomenan in nature) অসিনা মপুং মরৈ ফাগৎলকপা হায়বনি, অদুগা সমাজনা মপুং মরৈ ফাগৎলকপা হায়বদি, সমাজগী থৌদোকশিংনা (phenomenan in society) মপুং মরৈ ফাগৎলকপা (develop) হায়বনি। হাযবিবা মপুং মরৈ ফাগৎলকপশিং অসিদা মান্নবা য়াওবি হায়বদি, মপুং মরৈ ফাগৎলকপগী মওং অসি (development) চপ মান্নৈ মদুদি মসি ডাইলেক্তিক্কি ওইবা মওংদনি (dialetical development)। ডাইলেক্তিক্কি মওংদা মপুং মরৈ ফাগৎলকপা আসসু আইন অমগী মখাদনি, মসিগী আইন অসিবু ডাইলেক্তিকেলগী আইন (dialectical laws) কোই। মরম অদুনা অসুম্না ঐখোয়না হায়বা য়াই মদুদি মহৌশা (nature) অমসুং সমাজনা মপুং মরৈ ফাগৎলকপা অসি ডাইলেক্তিক্কি আইনশিংগী মখাদা ওইবিবনি। মসিবুনি অনিমক্তা মান্নবা য়াওরি হায়বিবসি। অদুগা হায়রিবা ডাইলেক্তিক্কি আইনশিং অসি মীওইবা ঐখোযগী পুক্নিংগী মখা পোন্দে, মীওইবা ঐখোয লৈত্রবসু আইনশিং অসিদি অদুম লৈহৌগনি মসিবুনি ওবজেক্তিভ ওইবা (objective) হায়রিবসি।

পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অমসুং পোৎ পুথোক্নবগী শক্তিশিং (productive forces) অনি অসিগী মবক্তা লৈরিবা চানবা আইনশিং (laws of corespondence) অসিবু নিংথিজনা খঙলবদি, পৎ তৎলবা লাইরবশিং (proletariat), মখোয় মশাবু অবাম খুভম (emancipation) ফংহঞ্জবা ঙমগনি। পোৎ পুথোকপগী মবিশিং আসদা যাওরিবা মরিশিং অসি য়াম্না য়ামই। পোৎ অম পুথোকপদা মী অমা অনি খক্তনা য়াদে, মী য়াম্না চংই। খুদম অমত্তং য়েংশি- য়ুমগী

ইংখোলদা লোম্নবা কোবি ১০০/২০০ বোম থাবগী থবক তৌবি হায়না খল্লসি মসিদা মী কযাগী মতেং চংলি। ঐগী ইমুংদা লৈবিবা মীওইশিংনা ঐগীদমক্তা চাক থোংবা, ফিশুবা অমসুং অতৈ সেবা কযা তৌবিবা অদু তোকথোক্লগদি, ঐহাক কোবি থাবা ঙমলোই, মবম অদুনা মখোয়গা ঐহাক্তা মবি লৈনহলি। অদুগা হাযবিবা মবি অসি যাওদ্রবাদ ঐহাক কোবি থাবা ঙমলোই। অসিদসু নৎতনা কোবি থাবদা শিজিন্নবিবা খুৎশু খুৎলাইশিং (instruments of labour), খুদম ওইনা হাযববদা, যোৎপাক, থাংজৌ, হৈজ্রাং, ঈশিং চাইনবা পেরে অসিনচিংবা মযাম অসি যাওদ্রবসু কোবি থাবা যারোইদৌবরনি। মবম অদুনা হাযবিবা খুৎলাইশিং অসিবু শাবক্লিবা নং গ্রগা এভোন্দা যোল্লক্লিবা মীওইশিং অদুগা ঐগসু মবি লৈনদ্রবদি, খৎলাইশিং অসি ঐহাক্ল ফংলোইদৌবিবনি। মবম অদুননি পোৎ অম পুথোক্লবা হোৎনবদা মবি মযাম অম শেম্বা চংই। অসিদসু নৎত্রি, যোন্নবগীদমক থাবিবা কোবিশিং অদুবু লৈগদবা মীওইশিং অদুগসু ঐহাক্তা মাব শেমদ্রবদি, ঐহাক্কি কোবি শিংলোইদৌবিবনি। ঐদি চুম্না কোবি থাবনি, শিংপা শিত্তবগী ৱাদি খঙদে হাযবা যাদে মবমদি ঐখোয়না থবক তৌবিবসি কান্নবা অমগীদমক্তনি। অসিগুম্বা মবি মযাম অসিগা মনুংদা থাবিবা কোবি অসিগী মপু কনানা ওইবিবগে হাযবা আসনা খ্বাইদগী মরু ওইবা মবিনি হাযনা লৌনৈ- ওইফমসু থোকই। ঐনা কোবি থাবগা, কোবি অদুগী মপু ঐনা ওইদ্রবদি, কোবি অদু ঐনা চাবা ফংলোইদৌবিবনি। অমবোমদনা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive forces) অসি অসুম অসুম ফবা হেঙ্গৎলকই মসিগী মরু ওইবা মবমদি, পোৎ পুথোক্লবগী শিজিন্নবিবা খুৎলাই অসি ফবা হেঙ্গৎলকই অমসুং লোইননা পুথোক্লিবা মীওইশিং অসিগী

হৈ-শিংবসু (intellectual culture) হেঙ্গৎলকই। পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অসিনা ফবা হেঙ্গৎলকপগা লোইননা পোৎ পুথোকপগী চাংসু (productivity) হান্নদগী হেঙ্গৎলকই। মসিনা পোৎ মপুশিংদসু অনৌবা ৱাখল পোকহল্লি। অনৌবা ৱাখল অসিগী মরু ওইবা শক্তমদি, পুথোক্লবা পোৎশিং (produce) অসিদগী মখোয়গী ফংলিবা শরুক অদু হেঙ্গৎপা পামলকই। পোৎ মপুশিংগী অনৌবা অপাম্বা (new desire) অসিমক পোৎ পুথোক্লিবশিংগী (workers) খ্বাইদগী য়ানিংদবনি। মসিনা অমুক তাক্লিবদি, পোৎ পুথোক্লিবশিংগা পোৎ মপুশিংগগী মরুক্তা লৈরিবা য়ানদবা (contradiction) অসি চাওথোরকই। য়ানদবা অসিনা অসুম অসুম চাওথোবক্লগা হান্না লৈবম্বা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অসি থদৎতুনা অনৌবা মবি অম শেম্লবা হোৎনবকই অমসুং শেমলকই। মতৌ অসুম্না মীনাই লোইবা সমাজদা যাওরম্বা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং অদু থদৎলগা অনৌবা মরি অমা শেমগৎলক্লুনা ফিউদেল সমাজ (feudal society) অসি শেমলকখিবনি। মসিদগীসু, পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অসিনা অনৌ- অনৌবা মরিশিং ওইরকপদা, অনৌ অনৌবা হান্নগীগা মান্নদবা সমাজশিং থোবকই। অদুগা কাংলুপ নাইবা সমাজগী (class society) মনুংদতা লাইরবা হায়বা কাংলুপ অসি লৈবির্বনি। মখোয়শিং অসিনা মখোয়গী অবাম খুভম (emancipation) ফংনবগী লম্বী থিরকপদা, চানবা আইনশিং, (Laws of correspondence) অসিবু মমুৎতান খঙবগী মথৌ তাই হায়বনি।

ইকোনোমিগী আইনশিং অসিগী অখন্নবা মওং খবদি, মখোয়শিং অসি, চাংদম্নরুবদা (relatively) অতেনবা মতমগী ওই।

মদগা ইতিহাসকি অকক্লবা তাঙ্কক অমখক্তদা শিজিন্নবম্বনি। মসিনা শাক্লবাদ, ইকোনোমিগী আইন অমা, ইতিহাসকি তাঙ্কক অমদগী হেক্তা থোকখি, অদুগা অতোপ্পা অমনা, অমুক হান্নগী অদুবু মহূৎ শিল্লি। মাওইবা সমাজগী মনুংদা নুমিৎ খুদিংগী, পুংজা খুদিংগী মপুং মবৈ ফাগৎলিবা (develop) অসিদি পোৎ পুথোকপগী শক্তি (productive forces) অসিনি। অদুগা, চানবা আইনশিং (laws of corres pondence) অসিনা সমাজ অদুগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অদুগা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংগা চানহন্নবগীদমক, যাবক্তবা মতমদদা হোংহাল্লে। মদুদি, পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংনা নুমিৎ খুদিংগী হোংলবস পোৎ পথোকপগী মবিশিংদি যুগ যুগকি (era) ওইনা হাংই।

ময়াম চংদনা পোৎ পুথোকপা অমসুং মদুবু মযাম্না মপু ওইব (Social production and social appropriation) হাযবা অসি মতৌ চৎলবোল সমাজগী ইকোনোমিগী আইন্নি। মসিগী মথংদা, মীনাই মপু পোৎ পুথোক্লগা মীনাই মপুশিংনা পোৎশিংদুগী মপু ওইবা হাযবা অাস মীনাই লোইবা সমাজগী ইকোনোমিগী আইন্নি সমাজগী হোংলক্লিবা মওং অসি হান্নগী সমাজদা যাওবম্বা পোৎ পথোকপগী মবিশিং অদু হোংলকপদগীনি। অদুগা মবিশিং অসি হোংলকপগী মবমদি, হান্নগী সমাজ অদুগী পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অদনা অসুম অসম ফবা হেঙ্গৎলকপদগী অসিগুম্বা মতাং মমা যৌথকখবে মদুদদি, চানবা আইনগী মতুং ইন্না পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অসি হোংদবা যাদদুনা হোংলকখিবনি। মতৌ অসম্না লৌমীশিংনা পোৎ পুথোক্লগা লৌপুশিংনা মদুগী অযাম্বা শরাক মপু ওইবা হাযবা অসি লৌচা চৎনবোল সমাজগী

(Feudal Society) ইকোনোমিগী আইন্নি। (ক) সর্প্লস ভেল্যু (Surplus value) পুথোকহনবা হাইবা অসি শেঞ্জাও পাইবা সমাজগী (Capitalist Society) যাম্না মরুইবা ইকোনোমিগী অ'ইন্নী। (খ) পোৎ পুথোকপদা হিদান্নবা (Competition in Production) অমসুং (গ) আইন অমত্তগী মখা পোন্না পোৎ পুথোক্তবা (Anarchy production) হাযবা অসিসু শেঞ্জাও পাইবা সমাজগী ইকোনোমিগী আইন্নি। সমাজ অমগী মীওই পুম্নমকপু হিংবদা শিজিন্নগদবা পোৎ চৈশিং মবাং কাইনা ফংহনবা অমসুং হিংবগী মওংদা অপেনবা ফংহনবা হাযবা অসি হক মান্ননা ফংমিন্নবা সমাজগী (Socialism) ইকোনোমীগী আইন্নি। Socialist Economic law অসিগীসু মথক্তা কবি তৌবগা ফগদগে অমসুং ইকোনোমিগী মপুং মবৈ ফ'গৎলকপদা অবাৎপা, অহেনবা যাওহন্দবা হাযবা অসি, মরুওইবা হক মান্ননা ফংমিন্নবা সমাজ (Socialist Society) অমগী ইকোনোমিগী আইন্নি। ইকোনোমিগী অইনশিং অসিগী মনুংদা মশকনাইবা বাফম অমদি হাযবিবা আইনাশং অসিবু কবম্না শিজিন্নদুনা সমাজ অমদা যাংহফবা পুবকহনগদগে হাযবা অসিনি।

কাংলুপ নাইবা সমাজ অমদা শিজিন্নবিবা ইকোনোমিগী আইনশিং অসি মিচং মীথায নাইবা (Partial) আইনশিংনি। সমাজ অমগী আইন্দা মিচং মিথায নাইবগী ৱাফম থোবক্লিবা অাস কবিদগীনো হাযবগী মতাংদদি, মীনাই লোইবগী খুন্নাইদা (Slavery) যাওবিবা ইকোনোমিগী আইন অসিদি, মীনাইশিংনা পোৎ-চৈ পুথোক্লিবা অদুগী মপু মীনাইমপুশিংনা ওইবিবনি। হাযবিবা সমাজ অদুদা, মীনাইশিং অদুনা পোৎ পুথোক্লবসু, পুথোক্লিবা

পোৎশিং অদু মখোযনা হিংনবগীদমক শিজিন্নবা যাহন্দে। মসিগী অযাম্বা শরুক মীনাই মপুশিংনা শিজিন্নথোকই। মবম অদুনা মসিগী আইন অসিনা অশোনবা কাংলুপশিংগীমক (Subordinate Class) কবিশু তৌবিদে। অদুগা অকনবা কাংলুপকি দমক্তদি (Dominant Class) যাম্না তৌবিবি। মসিনি মিচং মিখাই নাইবা (Partial) আইন হাযবিবসি। মীনাই লোইবগী সমাজ অসি কাংলুপ নাইবা সমাজনি (Class Society)। অসুম্না কাংলুপ নাইবা সমাজ অমা ওইবিবা ফিউডেল সমাজ অসিগী ইকোনোমিগী আইন অসিসু মিচং মিখায নাইবা আইনর্নি। আইন অসিনা সমাজ অসিগী অশোনবা কাংলুপ ওইর্বিবা লৌমিশিংদা খুদোংচাবা যাম্না পিদে অদুগা অকনবা কাংলুপ ওইবা লৌমী মপুশিংদা খুদোংচাবা হেন্না পি। শেঞ্জাও পাইবগী সমাজ (Capitalist Society) দসু অসি মঙাই, মসিসু কাংলুপ নাইবা সমাজনি, অমসুং মসিগী অকনবা কাংলুপ ওইবা শেঞ্জাও পাইবশিংদা (Capitalist) সমাজ অসিগী ইকোনোমিগী আইনশিং অসিনা যাম্না হেন্না খুদোংচাবা ফংহল্লি অদুগা অশোনবা কাংলুপ ওইবিবা লৌমী শিনমীশিংদা যাম্না হন্থনা খুদোংচাবা পি। মবম অদুনা সমাজ অসিগী ইকোনোমিগী আইন অসিসু মিচং মিখায নাইবা (partial) আইন ওই। সোসিযেলিস্ত খুন্নাইগী ইকোনোমিগী অইর্নাদি, মিচং মিখায নাইবা আইন ওইদে। মবমদি হাযবিবা খুন্নাই অসি কাংলুপ নাইবা খুন্নাই নৎতর্বনিনা অশোনবা কাংলুপ অদুগা অকনবা কাংলুপ হায়বা লৈতে। মবম অদুনা আইন অসিনা মিচং মিখায নাইবগী থবক অমত্তা তৌদে।

পোলিটিকেল ইকোনোমি হাযবা অসিনা নৈনবিবা হিবম অসিদি সমাজ অমনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপগী (develop) যুম্ফম

(Basis) অদুনি। মতাং অসিদা লেনিন্না অসুম্না ইবিবর্মখি, "পোলিটিকেল ইকোনোমিনা নৈনবিবা অসিদি পোৎ পুথোকপা অদু খক্তা নত্তে, মসিনা নৈনবিবদি পোৎ পুথোকপদা যাওবিবা মীওইশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মবিশিং (Relations) অদুগী মবমদনি অমসুং মসিগা লোইননা পোৎ পুথোকপগী মওং (Mode of production) অদুসুনি।"

পোলিটিকেল ইকোনোমি অসি শঙলেন্দগী (Super structure) তোখাইনা লৈহনবা যাদে। ইকোনোমি অসিনা মকুওইনা তৌবিবা থবক্তি সমাজ অমগী মনুংদা যাওবিবা মীওই পুম্নমকপ হিংহনবনি। কবম্না হিংহনলিবগে হায়বগী মতাংদদি, হিংবদা চংগদবা পোৎলম পোৎচৈ পুম্নমক পুথোক্ল গনি। অদুগী ইকোনোমিগী আইনশিং অদুনা পুথোক্লবা পোৎচৈশিং অদুগী মপু কনানা ওইগনি হায়বা অদুসু লেপকনি। পোৎকি মপু কননা ওইগনি হায়বা অসিনা পোলিটিক্সনি (রাজনীতি)। রাজনীতিগা লোইননা পোৎ পুথোকই। অদুগা পুথোক্লবা পোৎ চৈশিং অসিগী মতেংদগী হিংলবা প্রজাশিংদা ৱাখল (Mind) হায়বসি লৈবকই। হায়রিবা ৱাখল, অসিগীসু থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি (Potential) লৈবকপগা লোইননা থবক তৌবা হৌবকই। অসিগুম্বা থবকশিং অসিনা পুথোবকপনি সমাজ অমগী সহিত্য, সাইন্স, ফিলোসোফি, পোলিটিক্স, ধর্ম্ম অসিনচিংবা মযাম। অসিগুম্বা ৱাখলগী অপুনবা পোৎথোকশিং অসিবুনি সমাজ অমগী শঙলেন হায়না খঙনবিবা অসি। মসিদগী ঐখোয়না খঙই মদুদি, হিংনবগীদমক পোৎ পুথোক্লিবা অসিগা, হিংলবা মতুংদা ৱাখল লৈবকপাগা লোইননা, মসিনা শেমলকপা শঙলেন অসিগা কবম্না শেৎতোক্লবা

যাগনি। মসিদসু নৎতনা শঙলেন অসি লৈবকখ্রবা মতুংদা মসিনা অমুকসু পোলিটিকেল ইকোনোমিদা অকনবা ইথিল পিবা ঙমই। মসিগী খুদমদি সাইন্সনা ইকোনোমিগী মউবু (Structure) হান্নদগী হেন্না ফগৎহনবা ঙমলকই। অসিদসু নৎতনা হায়বিবা শঙলেন অসিনা পোৎকি মপু কনানা ওইগদগে হায়বা অসিদসু অহোংবা (Change) পুবকপা ঙমহাল্লে।

পোলিটিকেল ইকোনোমি হায়বা অসিদি, মীয়াম্না পোৎ পুথোকপগী মপুং মবৈ যাগৎলকপা (development) অসিবু নৈ ন্না সাইন্স অমনি। মীয়াম্না পোৎ পুথোকপা হায়বদি মীয়ামগী মবক্ত লৈনবিবা মবিশিং (Relation) অসিনি। হায়বিবা মবিশিং (Relation) অসি লৈনদ্রবদি পোৎ পুথোকপা যাদে। অমবোমদ হায়বগা, কনাগুম্বা অমনা মতোমতনা শু নোমদুনা বোবা চাবা মপুন্সিদা ঙমলোই। মবমদি বোবা হৌবদা চংলিবা মচাকশিং হায়বাদ খাঙ, থাউ, ম'বাই, বেসোন, মরু মবাং, শিং, ঈশিং, হৈজ্রাং, খাবৈ আসনচিংবা মযাম অসি মথন্তনা পুথোকপা ঙমলোই। হায়বিবা পোৎলমশিং অসি মীয়ামগী মবক্তা লৈবা মবিশিং (ইকোনোমিগী মবিশিং ) শেমলবা মতুংদা মহাক্না ফংজবনি অমসুং পুং খবগী মনুংদা বোবা চাবা ফংজবনি নৎত্রবদি মপুন্সিদা ঙমলোই।

পোলিটিকেল ইকোনোমি হায়বা অসিদি কাংলুপ অমগী মিচংদা লৈবা সাইন্স (partisan science) অমনি। মসিনা নৈনবিবদি মীয়ামগী অমসুং কাংলুপশিংগী মবক্তা লৈনবিবা ইকোনোমিগী মাবশিং (Economic relations) অসিনি অমসুং মসিনা হায়বিবা কাংলুপশিং অসিগী অপাম্বশিংগী মবমদা নৈনৈ। পোলিটিকেল ইকোনোমি অসি মিচং মিখাই নাইবা সাইন্স অমনি হায়বিবগী

মকুওইবা মবমদি হাযবিবা সাইন্স অসিনা কাংলুপ নাইবা সমাজ অমগী মনুংদা যাওবিবা শোথহৌববা কাংলুপ (subordinate Class) অমদা, কাংলুপ অসিগী শোৎথহৌবিবগী মবম অদু খণ্ডহল্লি অদুগা অকনবা কাংলুপ (Dominant class) অদুদনা মখোযনা তৌবিবা অবানবা অদু খণ্ডহল্লি। পোলিটিকেল ইকোনোমি হাযবা অসি তশেংনমক সাইন্সতা যুম্ফম ওইবা অমসুং শুবি-নোর্মলিবা কাংলুপকি অৱাবা কোহন্নবগীদমক খনবিবম্বা মার্ক্স, এঙ্গেলস অমসুং লেনিন্না শেমগৎলম্বনি।

লেনিনগী ইতিহাসিক ওইববা সমাজদা পিবম্বা খুদোল অমদি ইম্পেরিয়েলিজমগী (Imperialism) সাইন্সকি ওইবা থিওরি (Scientific theory) অসিনি। মসিদা ইম্পেরিয়েলিজম অসিগী লমচৎ (character) অমসুং মসিদা যাওবিবা যানদনবশিং (contradictions) অমসুং ইকোনোমিগী আইনশিংগী মবমদা মবিক চুন্না থিজিল্লম্বা অসিনি। অদুগা সোসিয়েলিজমগী ইকোনোমিবু নিংথিজনা ইবিবম্বা মীশক্তি লেনিন মশামক্নি।

পোলিটিকেল ইকোনোমি অসি শেমগৎলকপগী মওংদি, ডাইলেক্টিকেল মেটরিয়েলিজম (Dialectical materialism) অসিদা যুম্ফম ওইবগা শেমগৎলকপনি। মসিনা তৌবিবসি কবিনো হাযবগী মতাংদদি অহানবদা, পোৎ পুথোকপা কবম্না হৌবকখিবনো অমসুং কবম্না মপুং মবৈ ফাগৎলকখিবনো হাযবগী পবিংদা লাকখিবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (relations of production) অসিগী মবমদা থিজিনবা অসিনি। হাযবদি ইতিহাসকি ওইনা (Historically) কবম্না থোকখিবনো হাযবা অসিনি। অনিশুবদা, হাযবিবা পোৎ পুথোকপগী পবিং অসি কনাগুম্বা অমত্তগী বাখলদগী ওইবকখিবা

নত্তে, মতোমতা ওইবকখিবনি। হ'যবদি মেটবগী (matter) লমচৎকি (Character) মতুং ইন্না থোকখিবনি (Materialistically)। অহুমশুবদা, মীযাম্না পোৎ পুথোকপা (Social production) অসিগী মনুংদা যাওবিবা মপুং মবৈ ফাগৎলকপা (development) অসিগীসু মনুংদা যাওবিবা মনুংগী যানদবশিং (internal contraditions) অসিবু মীযামদা খঙহনবা অসিনি। হ'যবদি ডাইলেক্তিক্কি মওংদা (dialectically) ফোংদোকপা অসিনি।

মার্ক্স, এঙ্গেলস অমসুং লেনিন (Marx Engels Lenin) সোসিয়েল সাইন্সকি গুরু অহুমনা শেমগৎলম্বা পোলিটিকেল ইকোনোমিক্সনা তৌবিবা মকাওইবা থবক্তি, চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী (Developing Countries) মীওইশিংনা হন্থনা লৈবিবা অমসুং লাইববিবগী মবম অদুবু খঙহনবনি। সোসিয়েলিস্ত ইকোনোমিনা, কেপিটেলিস্ত ইকোনোমিদগী, মীপুম খুদিংমক্তা খুদোংচাবা ফংহল্লি হাযবা মযেকশেংনা উৎলি অমসুং কম্যুনিজম্না (Communism) মাইপাক্কবা যাবোই হাযবা অসিসু মযেক শেংনা উৎলি।

মৈহৌবোল খুন্নাই (Primitive Communal society) মীনাই লোইবগী সমাজ (slave owning society) লৌচা চৎনবোলগী খুন্নাই, (Feudal society), কবম্না থোবকখিবনো, কবম্না মপুং মবৈ ফাগৎলকখিবনো অমসুং কবম্না কাযখিবনো (collapse) হাযবগী মবম'দ' নৈনবক্কান

## মৈহৌরোল খুন্নাইগী, পোৎ পুথোকপগী মওং

(Mode of production of Premitive communal society)

মীগা শাগগী মবক্তা যাম্না মরু ওইবা খেন্নবা অমা থোবকখিবা অসিদি, মীওইবশিং অসিনা খুৎলাই শাবা (Tool making) হৌবকখিবা অসিদগীনি। খুৎশু-খুৎলাই, (থবক তৌবদা শিজিন্ননবা খুৎলাইশিং) অসি শেম্বা শাবা হৌবকখিবদগী মীওইবগী শুবা নোম্বা (labour) হাযবা অসি মশক নাইবা হৌবকখ্রে। মীওইবগী ঙাংবা শকপা (speech) অসিসু মপুং মবৈ ফাবা (develop) হৌবকখ্রে। শুবা নোম্বা অমসুং ৱা ঙাংবা অসিনা মীওইবগী থোপ্লা (Brain) শাফু পিবকপদগী (influence) মসিগী মপুং মবৈ ফাগৎলকপগী মওংসু ওইহল্লখ্রে।

খ্বাইদগী ইহান হানবা সোসিও ইকোনোমিক ফোর্মেসন্দি (Socio Economic Formation) মৈহৌবোল সমাজগী সিস্তেম (Primitive Social system) অসিনি। সমাজ অসি চাওবাক্লা চহি লাক্ষ খবদি হিংলমখি হাযনা ঙসিগী সাইন্তিস্তশিংনা থাজনবি। মীওইবগী খ্বাইদগী ইহান হানবা খুৎলাইদি (Primitive Tools) কাবক কাবক ইৎলবা নুংগী অমসুং উগী (Roughly cut stone and wood) ঙাক্তনি। মৈবু (Fire) মশক খঙলকপদা মহৌশাগী খুদোংথিবা কযাবু থেংননবগী যাম্না মরু ওইবা উপাই (Means) অমা ওইবকখি। মসিনা ইংবদগী মশাবু ঙাকথোকচবদা নৎতনা শাহিংচাবা শা-কৈদগী ঙাকথোকচবা ঙমখি।

লিরুং তেন (Bow and arrow) পুথোরকপা অসিনা, মৈহৌরোলগী মীওইশিংগীদমক্তদি পোৎ পুথোক্লবগী শক্তিশিং (Productive forces) ফগৎলকপদগী অনৌবা যুগ (New Era) অমা ওইবকখি।

লৌ খোয়বা অমসুং অতে থবক তৌবদা শা-ষন শিজিন্নবা হৌগৎলকপা অসিসু পোৎ পুথোক্লবগী শক্তিশিং ফগৎলকপগী অনৌবা খোঙথাং অমনি। মৈহৌবোলগী মীওইশিং অসি কাংলুপ মচা মচাশিং ওইনা হায়বদি কম্যুনশিং (Commune) ওইনা লৈরমখি। মখোযগী ইকোনোমিদি, শা তানবা (Hunting), ঙা ফাবা (Fishing), হৈ হেকপা (Gathering), অসিনচিংবনা অসিনা ওইবমখি। মখোযশিং অসি পুন্না পুন্না শুমিন্নবমখি। মসিগী মরু ওইবা মবমদি নাইতোম শুবনা করিশু থোইনা কান্নবমদে। অসিদসু নৎতনা শাহিং ঙাহিং চাবা মরাং কাইনা লৈবম্বনা মখোযগী পুন্সিদসু অচৌবা শিংনবা অমা ওইবমখি।

পোৎ পুথোক্লবা উপায়শিংগী মতাংদনা, মপুসু মখোয় পুন্না ওইমিন্নরমখি। মতমদুগী পোৎ পুথোক্লবা উপাইশিং অদুগী মওং অদুদি করি ওইরমগদগে হায়বা ভাবনা শাজিনবদা থোইনা অরুবা ওইফম থোক্তে। অসিগীসু মথক্তা মশাগী ওইবা মপোৎ মচৈশিংশু লৈনরমখি। অসিগুম্বা পোৎ চৈশিং অসিবু সোসিয়েল সাইন্সনদি মশা মশাগী মপোৎ (Personal property) হায়ন খঙনরে। খুদম ওইনা হায়রবদা মশা ঙাকথোচনবা খুৎলাইগুম্বা অসিনি।

শু-নোম্বাগী থবকশিংদি ইচম চম্বা মওংদা তেংবাংনবা (Simple Co-operation) ওইরমখি। মওং অসিদি থবক অমদা হঞ্জিন হঞ্জিন তৌবমখিবা অসিনি। মতম অদুগী শু-নোম্বা অদুনা পোৎ-চৈ যাম্না পুথোকপদি ঙমলমদে।

## মৈহৌরোল সমাজগী মশক নাইবা মওং
## (The distinctive feature of the primitive society)

মতম অদুগী মীওইশিং অদুদি শল্লুপ শল্লুপকুম্না লৈবম্মি (Lived in herds)। মতম অদুদা লৈবম্বগী মওং অসি নুপীনা য়ুমপানবা নৎত্রগা নুপীনা য়ুমগী মকোক ওইবা য়ুম্বান (Matriarchy or Matriachal clan) ওইখি। মতম অদুগী য়ুম্বান অদুদা লুহোংবা (marriage) হায়বা অসি লৈরমদে। মসি ঐগী নুপীনি (Wife) মসি ঐগী নুপানি (husband) হায়বা লৈবমদে। পুন্না লৈমিন্নরিবা কাংলুপ (Communc) অদুগী মনুংদা য়াওরিবা নুপী পুম্নমক, নিপা পুম্নমক অদুগী নুপীগুম্না লোইনগনি, অদুগা নিপা পুম্নমক নুপীশিং অদুগী নিপাগুম্না লোইনগনি। মরম অদুনা কনা অমত্তনা মপা মশক খঙদে অদুগা মমাবুদি খঙনৈ। মবম অদুনা কাংলুপ (Commune) অদুগী মনুংদা য়াওরিবা নুপী নিপা পুম্নমক ঈ অমত্তগী যরিনি (Blood Relation) হায়না লৌনৈ। কাংলুপ অদুগী মীওইশিং অদুনা হকচাং অমগুম (Like one body) চিঞ্জাক থিবা চৎকনি, চাগনি, থক্কনি, তুমগনি, মফম অমদগী অমদা চৎকনি। কনা অমত্তনা তোখায়না থবক তৌরোই - করিগুম্বা নাইতোম চৎলক্লবদি, হিংননবগী উপাই করিসু লৈতে। মরমদি শাহিং ঙাহিং চাবা শা - কৈ থেংনবা হায়বা অসি যাম্না তোইনা থোকপা পোৎনি।

পুন্না লৈমিন্নরিবা কাংলুপ (Commune) অসি শাগৈ অমনি অসিগুম্বা শাগৈ অসিগী মনুংদা মহৌশাগী ওইবা মওংদা

শিনফম খায়দোক্লমই (Natural division of labour) মদুদি নুপাগী শিনফম, নুপীগী শিনফম, অহলগী শিনফম অসিনি।

হায়রিবা সমাজ অসিগী অথেংবা শরুক্তা শা-ষন য়োকপগী শিনফমদগী (Live stock Breeding) লৌউ-শীংউগী (Farming) শিনফম অসি খায়দোবকখি (Separated)। শা-ষন য়োকপগী শিনফম করম্না হৌরকখিবনো হায়বগী মতাংদসু এন্থ্রোপোলোজিস্তশিংনা (Anthropologist) অসুম্না শাগৎলি মদুদি, ময়াম চংদুনা হাৎলবা মমা অদু পুরকপদা ইন্নরকখিবা শা মচাশিং অদুবু যুমদা লোইবা হৌখি। অসুম্না শা-ষন লোইবগী শিনফম হৌখিবনি। অদুগা লৌউ-শিংউগী মতাংদনা নুপীশিংনা হৌদোকখিবনি। লমলক্কি ওইবা মহৈশিং (Wild Cerial) যুমদা পুরক্লগা চাবগী লেমহৌবশিং অদুনা অমুক মতোল চোংদুনা হৌগৎলকপা উবদগী, অসিগুম্বা মহৈ মরোংশিং (Cerial) থাবগী থবক তৌরক্কুনা লৌউ- শিংউগী শিনফম থোরকখিবনি। অসিদা সোসিয়েল সাইন্তিস্তশিংনা হায়রি মদুদি, মীওইবগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী ইহান হানবা সমাজগী শিনফম খায়দোকপা (Social Division of labour) অসি শা- ষন য়োকপদগী লৌউ-শিংউগী থবক খায়দোরকপা অসিনি। মসিদা ওইরিবা মনুংগী অর্থদি, শা- ষন য়োকপশিংনা লৌউ- শিংউগী থবক অমুক তৌখ্রিদ্রে অদুগা লৌউ-শিংউগী থবক তৌবশিংনা শা-ষন য়োকপগী থবক অমুক তৌখিদ্রে হায়বনি।

সমাজগী শিনফম খায়দোকপা অসিনা অনৌবা পোৎশক অমা সমাজদা থোরকহনখরে। মদুদি, পোৎকা পোৎকা ওন্নবা (Exchange) হায়বা অসিনি। মসি থোরকখিবগী মরু ওইবা মরমদি.

শা- ষন য়োকপশিংনা লৌউ- শিংউগী পোৎথোক পামলকপা মতমদা, মথোয়গী শা- ষনগী পোৎথোক্কা ওন্নদ্রবদি (Exchange) য়ারকখিদবদগীনি। মতৌ অসুম্না পোৎকা পোৎকা ওন্নবগী মফম কৈথেল (Market) হায়বা অসি থোরকখি। মমৈথংদা অনৌবা মশক অমদা ওল্লকখি।

## পোৎ-চৈ ওন্নবা অসি অসুম অসুম ফগৎলকপগী য়ুম্ফম

খোনিদগী ধাতুশিংবু শুংদোকপা (smelting of metal ores)। অসি কোরি (Copper) অমসুং টিননি (Tin)। য়োৎ (Iron) শুংদোকপগী থবক অসিদি কোম্না থোরকখিবনি। মতম অসিন্নাইদা ফি শানবগী অহানবা মওং (Loom) অসি শেমগৎপা হৌরে। ফি শানবগী মওং অসিদি য়াম্না চমখ্রবা মওংগীনি। ওসি ঐখোয়না উরিবাশিং অসি অমত্তা নত্তে। অসিদসু নৎতনা অতৈ খুৎশা হৈবগী (Handicraft) পোৎথোক কয়াসু থোরকপা হৌরকখরে। তোঙাল তোঙালবা মীওইশিংনা তোঙাল তোঙালবা পোৎ চৈ পুথোক্ল রকপদগী ওন্নবগী (exchange) থবক অসি হান্নদগী হেঙ্গৎলকখি। ওন্নবগী মরমদি, কনাগুম্বা লান্নাই মীওই অমখক্তনা, মতম অদুদা, পোৎ-চৈ পুন্নমকপু পুথোকপগী থবক অসি থাদোক্তুনা শিনফম খায়দোক্লরকপদগীনি (Division of labour) । অসিগুম্বা ওন্নবগী থবক অসি তৌরমদ্রবদি, মীওই অমনা, মহাক্না হিংবদা চংবা, মতম অদুদা ফংবা পোৎ চৈশিং অদু ফংবা ঙমলমলোইদবনি। মরম অদুনা খুন্নাই অমদা শিনফম খায়দোক্তুনা তোঙান তোঙানবা পোৎ চৈগী মখল পুথোকপা হেঙ্গৎলকপদগী ওন্নবগী য়ুম্ফম অসি মপুং মরে ফাগৎলকপনি (develop)। খুৎশা হৈবগী-পোৎথোক

(Handicraft) কয়া পুথোরকপগী মরু ওইবা মরমদি থবক শুবদা শিজিন্নরিবা খুৎশু খুৎলাই ফবা হেঙ্গলকপদগীনি। খুৎশু খুৎলাই ফবা হেঙ্গৎলকপগী মরু ওইবা মবম্মা ধাতুগী খুৎলাই (metal tools) থোরকপদগীনি। ধাতুগী খুৎলাই থোরকখিবগী মরু ওইবা মবমদি, খোংদগী ফংবা ধাতু শুংদোকপা হৈরকপদগীনি।

নৌনা ফগৎলক্লিবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (Productive forces) অসিগা মতম অদুদা লৈবমখিবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং (Relations of production) অদুগা চানরক্লে (correspond)। মতম অদুদা লৈবমখিবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংগী মবমদা হায়বা তাববদি, শিজিন্নরমখিবা পোৎ পুথোকপগী খুৎলাইশিং অদুগী মপু পুন্না ওইমিন্নখিবনি (Social ownership of the means of production)। খুন্নাইগী (Commune Society) ওইনা শিনফম খাযদোকপা (Social Division of labour) অসি থোরকপদগীদি পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাইগী মপু পুননা ওইমিন্নবা য়াবকখিদ্রে। মবমদুনা পুথোক্লবা পোৎকি (Produce) মপুসু ময়াম্মা মপু ওইবা (Social ownership) য়ারকখিদ্রে। লোইননা পুননা শুমিন্নবসু তোকখ্রে। মরম অদুনা হান্না চৎনরমবা পুন্না শুমিন্নবা (Social labour) অদুগা পুন্না মপু ওইমিন্নবা (Social appropriation) হায়বা অদু য়ারকখিদ্রে। অহোংবা (Change) লাক্লিবা অসি পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাই ফবা হেঙ্গৎলপদগীনি। পুন্না শুমিন্ননবগীদমক্তদি পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরবা উপাইশিং অদুগী মপু মীয়াম্মা ওইবা দরকার লৈ। অদুগা লান্নাইনা শুবগীদমক্তদি লান্নাইনা মপু ওইবা হায়বা অসি চংই।

পোৎ পুথোকপগী উপাযশিং (means of production), লনাইনা মপু ওইবা অসিনা মীয়ামগী মরক্তা থোং মান্নদবা সমপত্তিগী মপু ওইবা (Property inequality) থোকহল্লি। মীয়ামগী মরক্তা ইনাকখুনবা, লাইরবা মীওইশিং থোরকহল্লি। মরম অদুনা লন থুমগী মপু ওইবা অদু ইনাক খুনবনি, অদুগা মসিগী মপু ওইদবা অদুনা লাইরবনি।

পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (Productive Forces) অসি ফবা হেঙ্গৎলকপদগী হিংবদা শিজিন্ননবা পোৎ চৈশিং মরাংকাইনা ফংবা হেঙ্গৎহল্লক্লে। মসিনা অমুক, হান্নদি, হিংনবা হোৎনবদা ব্রাবস্থা অদু হৌজিক্তি খরা অমুক লাইথোকহল্লে। অহানবদদি, মীনাই লোইবগী চৎনবি অসি য়ুমদা মীনাইশিংবু ইমুং মনুংগী থবকশিংতদা শিজিন্নরমখিবনি (patriachal character) অদুবু মমৈথংদদি মখোয়শিং অসি নৌনা থোরকখিবা সমাজ অমগী য়ুম্ফম ওইরকখি।

অমরোমদা পোৎ পুথোক্লবগী খুৎলাইশিং অসিনা ফবা হেঙ্গৎলকপদগী অহানবগী মীওইবগী সমাজ মৈহৌরোলগী সমাজ (Primitive Society) অদু কায়খিবনি (collapsed)। হায়রিবা সমাজ অসিগী অথেংবা মতমদা লিকং তেন হায়বা খুৎলাই অসি থোরকপা হৌরকখিবদগীনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, মীয়াম চংদুনা ফারম্বা শজি অদু লিরুং তেন পাইবা মীওই অমখক্তনা ফাবা ঙমলকখ্রে। খুৎলাই অসি মরন্নাইগী ওইরকখিবদগীনি। ফারবা শজি অদুসু মরন্নাইগী ওইরকখরে। মতৌ অসুম্না অপিকপা কাংলুপ (Commune) অদুগী মনুংদা মরল (হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ) লৈবা, লৈতবা মীওইশিং থোরকপা হৌরকখরে। মরল লৈতবনা, অরৈবগী মতেংদগী হিংবা য়াওরক্লে। অসিগুম্বা ফিভমদগী মীনাই হায়বা অসি থোরকখরে।

অতোপ্পা, মীনাই থোরকপগী মরম অমনা, মতম অদুৱাইদা কাংলুপ অমগা অতোপ্পা কাংলুপ (Commune) অমগগী মরক্তা লাল (war) অসি ইতৎ তৎতনা থোকই (উন্নবা য়ানদে হেক্তা হাৎতোক্লে)। অসিগুম্বা লালশিং অসিদগী থোরকখিবা লানফা (Prisoners of war) শিং অসিনসু মীনাই ওইবকখি।

মীনাইশিংগী শুব নোম্বা (slave labour) অসিনা অমুক্কসু সমাজগী মনুংদা থোং মান্নদবা মীওইশিংশু (লাইরবা, ইনাকখুনবা মীওইশিং) হেঙ্গৎহল্লকই। মীনাই লৈবা ইমুংশিংনা পোৎ পুথোকপগী থবক তৌবকপদা, মখোয়গী পোৎ পুথোকপগী শক্তি (Productive forces) অসি মপাঙ্গল কল্লি-অতৈ মীনাই লৈতবা ইমুংশিংগীদগীদি হেল্লি। পোৎ পুথোকপগী শক্তি কল্লবা ইমুংশিংনা পুথোরকপা পোৎকি চাংনা পোৎ পুথোকপগী শক্তি শোল্লবা ইমুংশিংদগীদি হেল্লি। অদুগা অমুকসু, মীনাই খ্বাইদগী য়াম্না লোইবা ইমুংগী পোৎ পুথোকপগী শক্তি অসিনা খ্বাইদগী ইহেন হেনবনিনা, খ্বাইদগী ইনাক খুনবা ইমুং হায়বদু ওইরে। মতৌ অসুম্না মীনাইশিংগী শুবা নোম্বা অসিনা সমাজদা থোং মান্নদবা মীওইশিংশু শেমগৎলকই। মীনাইগী শুবা নোম্বা অসিনা সমাজদা অহোংবা অম পুবকখরে মদুদি, খ্বাইদগী ইহান হান্না মীনাইশিং অমসুং মীনাইমপুশিং (Slave and slavemasters) হায়বা মপুং ওইবা কাংলুপ অনি অসি থোরকখি। লোইননা, অতৈ কংলুপশিংশু থোরকখি- মখোয়শিং অদুদি মীনাইসু নৎতবা,মীনাইমপুসু নৎতবা *[(মখোয়শিং অসিবু মীনাই নৎতবা মীওইশিং (free man)]* মীওইশিংশু লৈরমখি। মতৌ অসুম্না কাংলুপ নাইবা সমাজ (Class Society) হায়বসি হায়রিবা তাঙ্কক অসিদগী থোরকপা হৌখরে।

মীয়ামগী মরক্তা থোং মান্নদবগী (inequality) চাং অসি অসুম অসুম হেঙ্গলকপদগী সরকার (State) হায়বা পোৎশক অসি শেম্বা হৌরে। মসিনা মীওৎলিবশিংনা (exploiters) ওৎপিরবশিংবু (exploited) তুহৎপিবদা (exploit) অয়াবা পিরে। সরকার হায়বা অসি মীওইবগী ইতিহাসকি পরিংদা থোক্তবা য়াদদুনা থোরকখিবা থৌদোক (Phenomenon) অমনি হায়না সোসিয়েল সাইন্তিস্তশিংনা পিরি, মদুদি মিকুপ খুদিংগী ফবা হেঙ্গৎলকখিবা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাইশিং অসিনা মীনাইশিংবু শাওহনখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি অফবা খুৎলাইশিং অসিগী মতেংনা পুথোরকখিবা পোৎ চৈশিংগী চাং য়াম্না হেঙ্গৎলক্লবসু, মীনাইশিংদা করিসু অহেনবা কান্নবা ফংহনখিদবা অদুনি। মতম অদুগী পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং অদুদি হান্নদগী ফবা হেঙ্গৎলক্লবা খুলাইশিং অদুগা মীনইশিং অদুগী শুব-নোম্বগী শক্তি (labour power) অদুগনা শেমখিবনি। খুৎলাইদি ফবা হেঙ্গৎলগা শুব-নোম্বগী শক্তি অদুদি ফবা হেঙ্গৎ-হন্দবা অদুনা শু-নোম্বগী শক্তিগী মপু (মীনাইশিং) অদু শাওরকখিবনি। মীনাইশিং অসিগী অশাওবা অসিনা, সমাজ অদুদা ইরাং থোরকখি। মীনাই মপুশিংনা হায়বা ইল্লক্তবা, মীনাইশিংনা মপুশিংবু হাৎপা তুপ্প তৌখৎলকপা, অফ-অফবা পোৎ পুথোক্লবা খুৎলাইশিংবু থুগাইবা, থুদেকপা তৌরকপা, পুথোক্লবা পোৎ-চৈশিংবু, মাঙহন তাকহনবগী থবক তৌরকপা, মীনাইশিংনা মপুগী য়ুমদগী চেন্নরকপা অসিনচিংবা থৌদোকশিং অসি য়াম্না তোইনা থোরকখিবনি। অসিগুম্বা সমাজদা থোক্লিবা চরাংনবশিং (Crisis) অসিবু লাকশিনবগী মথৌ তারকখি। অদু নৎত্রবদি সমাজগী ওইনা পোৎথোক হন্থরক্কদৌরিবনি। অসিদা নৎতনা ইনাকখুনবশিংগী

পোংথোক ৱাংলক্তুনা ইনাকখুনবা হেঙ্গহল্লোইদৌরিবনি। মরম অসিদগী মীনাই মপুশিংনা কোক চুংশিন্নরগা, মতম অদুদা থোক্লিবা সমাজগী প্রোব্লেম (সমস্য) অদু লাকশিন্নবগীদমক সরকার হায়বা অসি শেমখিবনি। সবকার (State) অসি অমরোমদা হায়রগদি মেছিন (machine) অমগুম্বনি অমসুং মসিনা মীনাইশিংগী লমহেন তুহেনবা, হাযর্বাদ মপুনা হায়বা ইন্দবা অদুবু নমদুনা (by force) ইনহলগদৌরিবনি। মবম অদুনা সরকার মসি অশোনবা শিংবু (লাইববশিংবু) তুতংনবা (exploit) মেছিন অমনি। সরকার হায়বা মেছিন অসি পানখৎপদা মরু ওইবা পোংচং (parts) য়াওবি মখোযশিং মদুদি ১। খুন্নাইগী চংন-লোনচং (Constitution) ২। ৱাযেল লোইশং (Law court) ৩। সিফাই (Police-Military) অমসুং ৪। কৈশুমশং (Jail) অসিনি। হায়রিবা পোংচংশিং অসিদি ঙসি ফাওবা সবকাব খুদিংমক্তা য়াওবি অমসুং মসিনা তৌবিবা থবকশিংশু চপ মান্নে। মথক্তা পনখ্রিবা খুন্নাইগী চংন-লোনচং অসিদা ইনাকখুনবা মীনাই মপুশিংবু মতম পুম্নমক্তা ঙাকশেন্দুনা থন্নবগী বক্ষম ঙাক্তা যাওবি। খুদম ওইনা, মপুনা মীনাই ফুবা, হাৎপা যাই, (মসিবু মীহাৎপা কৌবোই- বিচাব তৌরোই) অদুগা মীনাইনা মপুবু ফুবা হাৎপা যাবোই ( মসিবু মীহাৎপা কৌগনি- বিচার তৌগনি, চৈবাক পিগনি) মপুগী অয়াবা যাওদনা মীনাইনা চেনখিবা য়ারোই, মপুনা মীনাইবু যোনবা যাগনি অসিনচিংবা মীনাইশিংগী মায়োক্তা লৈবা, অদগা মীনাই মপুগী মাইকৈদা লৈতবা খুন্নাইগী চংন-লোনচং। মপুনা যাদবা মীনাইশিংবু, হায়বিবা চংন-লোনচং অসিগী মখাদা, বিচার লোইশংদা ৱাযেন্নবগীদমক মখোয়বু, খুংলাই মতিক চানা পাইরবা সিফাইশিংনা (Police) ফাদুনা পুরক্লগা বিচার তৌগনি। মরাল লৈরে

হায়রবদি জেলদা থমগনি, নৎত্রগা হাৎকনি। অদুননি, সবকার হায়বা অসিনা মরাল লৈতবা লাইববশিংবু মরাল লৈবা ইনাকখুনবশিংনা তুহৎপিবদা (Exploit) অয়াবা পি হায়রিবসে।

মতৌ অসুম্না মীনাই লোইবগী চৎনবী সমাজ (Slave owning Society) অসি পুমতোই তোইনা কায়ববা মৈহৌবোল সমাজগী (primitive Society) অতেক অকায় মরক্তগী হৌগৎলকখি।

## মীনাই লোইবা সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মওং।
## (Mode of Production of the Slave owning society)

মীনাই লোইবগী সমাজ অসি খ্বাইদগী ইহান হানবা, য়াম্না ফোংনা মীওৎ মীনৈ চৎথবা (naked Exploitation) মীওইবা ইতিহাসকি সমাজ অমনি। মসি মালেমগী মফম পুম্নমক্তা লৈবমখি। অসিগুম্বা সমাজ অসি ইজিপ্ত (Egypt), ভারত(India) অমসুং চিনাদা (China) খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৪০০০ দগী পোক্লবা মতুং চহি ২০০ ফাওবগী অদুৱাইদা লৈবমখি। রোমদদি (Rome) মসিগী মতোললোম্বা মতম অদু ওইখি। অদুগা হায়বিবা সমাজ অসি রোমদা খৃষ্টনা পোক্লবা মতুং চহি ২০০ বোমগী মতম অদুৱাই ফাওবা লৈবমখি।

পোৎ পুথোকপগী শক্তিনা (Produvtive force) অসুম অসুম ফগৎলকপা অমসুং মসিগা লোইননা সমাজদা শু- নোম্বগী শিনফম অসুম অসুম খায়দোরকপগা (Division of Labour) লোইননা চৎথরকপা অসিনা মৈহৌরোলগী সমাজদগী মীনাই লোইবগী সমাজ রোমদা হোংলকখিবনি।

মীনাই লোইবা সমাজগী মনুংদা য়োৎ শুংদোকপগী থবকশিং (Iron smelting) অসি খঙলকখিবনি। মতম অসিদগী হৌনা লাঙ্গোলদা য়োৎকী লোংখুম পানবা হৌরকখরে। অসিগুম্বা লাঙ্গোল অসিনা য়াম্না পাক চাওরবা লৌফম খোইবা ঙমলকখি। ধাতুগী খুৎলাই শাবা হৈরকপা অসিনা, মীওই কাংলুপ অম থোরকপা হৌরকখরে। মখোয়শিং অসি খুৎ-শা হৈবা মীওইশিংনি (Handicafts man)। মখোয়শিং অসিনা কনাগীসু মখা পোন্দনা শু-নোম্বা হৌরকখরে। হায়রিবা মীওইশিং অসি হান্নদি লৌউ-শিংউগী থবক তৌবা কাংলুপশিংগী মরক্তা য়াওরমখিবনি। মমৈদা মখোয়শিং অসিনা লৌউ- শিংউগী থবক অমুক তৌখিদ্রে। মতৌ অসুম্না লৌ-শিংউগী থবক শিংদগী খুৎ-শা হৈবগী থবকশিং খাইদোরকপা (Sepcration of handicrafts from farming) অসিবু অনিসুবা অচৌবা সমাজগী শিনফম খাইদোকপা (Second major social division of labour) অমনি হায়না শিংথানখরে। অনৌবা শিনলম খাইদোকপা অসিনা পোৎ-চৈ ওন্নবগী (exchange of commodities) থবকশিং অসি অমুক্কসু মপুং - মরৈ ফাবা হেঙ্গৎহল্লি (develop)।

মসিগী মনুংদা ললোল ইতিক তৌবা (Marchants) কাংলুপ অম থোরকখরে। মখোয়শিং অসিগী মথৌদি পোৎ পুথোকপা নত্তে, মখোয়না পুথোক্লবা পোৎশিংবু লৈরগা (purchase) অতোপা মফমদা অমুক শেন্দোং হাপলগা য়োনবনি। অসিগুম্বা কাংলুপকি মীওইশিং থোরকপা অসিবুনা অহুমশুবা অচৌবা সমাজগী শীনলম খাইদোকপা (Third major social division of labour) হায়না শিংথানখরে।

খুৎ-শা হৈবগী (handicrafts) অমসুং পোৎ-চৈ ওন্নবগী (Exchange) থবকশিং ফবা হেঙ্গৎলকপা অসিনা মরম ওইদুনা

সহরশিং (Cities) শেমগৎলকপা হৌরে। খুঙ্গংশিংদগী (Villages) সহরশিং তোখায়না লৈবা হৌরকখরে। পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং ফবা হেঙ্গলকপা, অদুগা লোইননা শিনফম খাইদোকপসু হেঙ্গৎলকপনা মরম ওইদুনা মীয়ামগী মরক্তা থোং মান্নদবা সম্পত্তি (inequality in wealth) লৈরকপসু হেঙ্গৎলকখি। শীনফম খাইদোবকপা হেঙ্গৎলকপা অদুগা লোইননা পোৎ পুথোকপগী উপাইশিংগী (Means of production) মপু মশিং হেঙ্গৎলকপগা লোইননা পোৎ - চৈ ওন্নবগী চাংসু হেঙ্গৎলকপা অসিনা, কৈথেলগী মশিংসু হেঙ্গৎলকখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা ললোল ইতিক তৌবা মীওইশিংগী (marchant) মশিংশু হেঙ্গৎলকপা অদুগা লোইননা পোৎ পুথোকপা (production), পোৎ য়েন্থোকপগী (Distribution) থবকসু হেঙ্গৎলকপা অসিনা পোৎ-চৈ পুথোকপগী চাংসু (productivity) হেঙ্গৎলকপা অদুগা মরল লৈবা মীওইশিংগী (Wealthy persons) মশিংসু হেঙ্গৎলকখি অমসুং মসিগা লোইননা মবল লৈতবা (poor people) হাযবদি পোৎ পুথোকপা উপাইশিংগী মপু ওইবা ঙমদবা মীওইশিংগী মশিংসু হেঙ্গৎলকখি।

পৈশা শান্দুনা চাবা মীওইশিংশু (Usury) থোরকপা হৌরকখরে। মহাজন (Creditors) অমসুং মরল তোনবা (Debtors) মীওইশিংশু থোরকপা হৌরকখ্রে। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা, থাইনগী ওইবা মওংগী (Ancient world) কাংলুপকি মুক্লবসু (Class struggle) থোবকপা হৌরকখরে।

মপাঙ্গল কনখ্রবা বোমগী (Roman Empire) সমাজ কায়খিবগী মরু ওইবা মরমদি মীগী মরল তোনবা প্লেবিয়ানশিংগী (plebian

debtors) ফিভম ফংচিল্লক্তবদগীনি। মীগী মরল তোনবা প্লেবিয়ানশিং অসি, মীনাই ওন্থোখিরম্মি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদগী ইনাকখুনবা মীনাই মপুশিংনা মীনাই লিশিং লিশিং লোইবা ঙমলকখি। মমাঙঙৈগী রোমদা, মীনাইশিংবু থবক শুহনবা লৌ- ইংখোল শুববু লাটিফুন্দিয়া (Latifundia) কৌনরমখি। মীনাই লোইবগী সমাজগী (Slave owners society) পোৎ পুথোকপগী মরিশিং অসি, মীনাই মপুশিংনা মখোয়গী মখুৎতা পোৎ পুথোকপগী উপায়শিং হায়বদি, লম (land), থবক শুবদা শিজিন্নরিবা খুৎলায়শিং (instruments of labour) অসিনচিংবা অমসুং মসিগা লোইননা শিনমীশিংশু হায়বদি মীনাইশিংশু মখোয়না মপু ওইদুনা থম্বগী য়ুম্ফম অসিদা শেমখিবনি। মরম অদুনা পোৎথোক (পুথোক্লবা পোৎ) পুম্নমক মীনাই মপুশিংগী ওইরমখিবনি। মতম অদুদা মীনাইশিং অসিবু মরোল থোকপা খুৎলাই (Speaking tools) কৌনরমখি। মীনাই লোইবা খুন্নাইগী (Slave society) মনুংদদি, মীনাইশিং অসি ষন, লাঙ্গোল, থাঙ্গোলনচিংবগা করিসু খেন্নদে, তৌবতবু মরোল থোকপগী ৱাদনি। চপমান্ননা, হঞ্জিল হঞ্জিল তৌমিন্নবা (simple co-operation) হায়বা মীনাইগী শু-নোম্বাগী (Slave labour) মওং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা, মমাঙঙৈগী মতম অদুদা (Ancient world) লৈরমখিবা ইকোনোমি অমসুং হিংবগী মওং (culture) অদু য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইবা মওংদা খুমাং চাওশিল্লমখি। খুদম হায়ববু, মমাঙঙৈগী ইজিপ্ত অমসুং রোমদা শাগৎলমখিবা লম্বি-থোং, য়ুমকৈ, অমদি চাওর চাওরবা পিরামিডশিং (Pyramids) অদুনি। অসিদসু নৎতনা মীনাই লোইবা খুন্নাই অসিগী মতমদা লৌশিংগী হিরম কয়াদসু, হায়বদি মেথমেটিক্স (mathmatics) এস্ট্রোনোমি (Astronomy) মেকানিক্স,

(mechanics), অমসুং আরকিটেকচর (Architecture) নচিংবা হিরমশিংদসু খুৎমাং চাওশিল্লমখি।

মৈহৌরোল সমাজদগী (primitive society) মীনাই লোইবগী সমাজ অসিনা হিরম কয়াদা ফবা হেল্লবসু (মরু ওইনা পোৎ পুথোকপগী লমদা), মীনাই লোইবা সমাজগী পোৎ মপুথোক (slave mode of production) অসিনা, মীওইবনা মাঙলোমদা চৎখৎপদা অচৌবা অথিংবা পিবে। মীনাই লোইবা সমাজগী পোৎ মপুথোক অসিগী মনুংদা, লাকশিনবা ঙম্লবোইদবা অচৌবা য়ানদবশিং (deep and insupereble contradition) অসিনা সমাজ অসিবু নিংখাযবারোমদা পুশিল্লি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, মীনাইবু ওৎনৈবগী মওং অসিনা, সমাজগী পোৎ পুথোকপগী শক্তি দা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা মীনাইশিংবু অঙকপা ফংনা লৈতাহন্দ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা, মীনাইশিং অসিনা, যাম্না তমথিনা মখোয়বু ওৎলিবা অসিগী মায়োক্তা অকনবা ইহৌ (great movement) শাগৎলকখি। অমরোমদনা, মাইপাক্লবা লান্না (successful warfare) মীনাই মযাম অম ফংবা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা, মীনাইনা থবক শুবগী ইকোনোমি (Slave economy) অসি হিংহল্লিবনি। লান তৌবা মতমদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা শক্তিশিংদি লৌমীশিং (peasants) অমসুং খুৎ-শাহৈবা মীওইশিং (craftsman) অসিনি। মীওইশিং অসিনা সিফাইসু খল্লি অদুগা লান তৌবদা চংলিবা পৈশাশিং অদুসু খজনাগী মওংদা মখোয়দগী লৌখৎপি। মীনাইবু থবক শুহনবা চাওর চাওরবা পোৎ পুথোকফমশিংগী মবক্তা হিদান্নবা(Competition) লৈবনা লৌমীশিং অমসুং খুৎশা হৈবশিংগী পুন্সিদা মরাই চাইথবা লাকহনখ্রে। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা

মীনাই লোইবগী চৎনবি য়াওবা লৈবাকশিং (Slave state) অসিগী ইকোনোমি, পোলিটিক্স অমসুং লানমীগী শক্তিংবু (Military might) শোম্থহল্লি। লান্দা মাইপাকপা (Victories) কয়াগী মথংদা মাইথিবা কয়া থেংনরকপদা, মশিং য়াম্লবা মীনাই কয়া চৎখিবদগী পোৎ পুথোকপদা অচৌবা শরুক ওইরিবা মীনাইশিংগী মশিং হ্রাৎলক্লবদা, পোৎ পুথোকপা অসি মনিং হল্লকখি (production recession)। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা অমুকসু মীয়াম্বু পাক্তক্লনা লাইরহল্লে, অসিদসু নৎতনা লালোল ইতিক তৌবা (commerce), খুৎশা হৈবাগী থবকশিং, অর্টশিংগী (Art) থবকশিংশু অমসুং মীশিংশু (population) হন্থহল্লি। অমুক্সু মসিনা সহবশিংবু ফিভম ফৎহন্দে (dicay) লৌউ-শিংউগী পোৎথোকসু হন্থহল্লি, পুম্নমক অসিনা মরম ওইবগা রোমানশিংগী সংসাব (Roman world) অদু মতোন লোমলম্বদগী (supermacy) মবাই চাইথরকখি।

মীনাই লোইবগী সমাজ অসিনা, অহানবা থোরকপা মতমদদি মীনাই লোইবগী পোৎ মপুথোক (Slave mode of production) অসিনা, খুননাই অসিগী পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং (productive force) অসি জর জব ফগৎহল্লমখিবনি। অদুবু মমৈদদি মসিগী ফগৎলকপা অসিনা মশামকপু ( পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং) অমুক থুগাইজরে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি খুন্নাই অদুদা লৈরম্বা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Relations of production) অদুনা অথিংবা পিবকপদগীনি। পুথোক্লবা পোৎকিদমক অপাম্বা পোক্তবা মীনাইশিং অসি পোৎ পুথোকপগী থবক্তা কান্নরক্ত্রে (obsolete) । ইতিহাসকি ওইনা অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং অমনা হান্নগী অরিবা মরিশিং অদুগী মহুৎ শিন্দবা য়ারকখিদবে। অনৌবা মরিশিং অসি

লৈরকপদদি পোৎ পুথোকপদা অচৌবা শরুক য়ারম্বা মীনাইশিং অসিগী ফিভমসু হোংহন্দবা য়ারকখিদরে। মীনাইশিংগী শু-নোম্বদা (Slave labour) যুম্ফম ওইরগা শেমখিবা লাটিফুন্দিয়া (Latifundia) হায়বা অসিনা মরাই চাইথরকপগা মরি লৈননা, অপিক অপিকপা পোৎ পুথোকফমশিংদা হেন্না কান্নবা ফংনরকখরে। মসিগা লোইননা মীনাই কোক্লবা মীওইশিংগী (free man) মশিংশু হেঙ্গৎলকখবে। মতৌ অসুম্না লাটিফুন্দিয়াশিং অসি মচেৎ কয়া থোক্না কায়থরকখ্রে অমসুং মখোয়শিং অসিদা কোলোনিশিংনা (Coloni) থবক শুবা হৌরকখরে হায়রিবা কোলোনিশিং অসি মীনাই অমুক ওইদ্রে। মখোয়শিং অসি লৌবুক্তা থবকশুবিবা লৌমীশিং ওইরকখরে। মখোযশিং অসিদা, মখোয়না উবিবা লৌবুক অদুগী শরুক মচেৎ অমা মখোয়গী ওইহল্লে অমসুং মদুদা, মপুন্সিচুপ্পা থবক শুজবা য়াবে অমসুং মদুগীদমক মখোয়না লৌপুদা লৌশাল পিরে। হায়রিবা লৌশাল অসি পৈশা নৎত্রগা পোৎ ওইনা পিবা য়াহল্লে। অদুবু হায়রিবা কোলোনিশিং অসি মনিংতম্বা মীওইশিংদি ওইহন্দ্রি, মখোয়না মখোয়গী লৌবুকশিং অদু থাদোক্তুনা চৎপদি য়াহন্দ্রি। মখোয়না থবক শুরিবা লৌবুকশিং অসি য়োনবদা মখোয়সু পুন্না য়াওগদবনি। হায়রিবা কোলোনিশিং অসিনা মমাঙঙৈগী সর্ফশিং (Serfs) অদু ওইরকখিবনি।

মতৌ অসুম্না অনৌবা ফিউডেলিজমগী পোৎ মপুথোক (Feudal mode of production) অসি মীনাই লোইবগী চৎনবি সমাজ (Slave society) অসিগী পিবুক্লুংদা নীং তমলকখিবনি। মীনাই লোইবগী ইকোনোমি (Slave Economy) অসিনা মপুং মরৈ ফাগৎলকপগা লোইননা তুহৎপিরবা (Exploited people) অমসুং তুহৎলিবা (exploiter) মীওইশিংগী মরক্তা চৎথরকখিবা কাংলুপকি

ওইবা লড়াই (class struggle) অদুসু কনখৎপা হেঙ্গৎলকখি। হায়রিবা লড়াই অসিনা অসুম অসুম মপুং মরৈ ফাগৎলক্তুনা মমৈথংদা মীনাই মপুশিংগী মাইয়োক্তা মীনাইশিংগী লালহৌ (Slave Revolution) থোক্লককখি। লাল অসিদা মীনাইশিংগী মাইকৈদা মীনাই ওইদবা লৌমীশিং অদুগা খুৎশা-হৈবা মীওইশিংশু (handicraftsman) য়াওশিল্লকখি। মখোয়শিং অসিবুসু অচৌ অচৌবা লৌয়ামচাবশিংনা (Big land lords) অমসুং মীনাই লোইবগী সরকারশিংনা (Slave state) ওৎ- নৈবিখিবনি (Exploited)। মীনাই লালহৌশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মশক নাইবা অমা ওইখিবদি স্পার্তাকসনা (Spartacus) লুচিংবা মীনাইগী লালহৌ অসিনি। হায়রিবা লালহৌ অসি 74 BC অদুৱাইদগী 71 BC ফাওবা চৎথখি। মতৌ অসুম্না মীনাই লোইবগী চৎনবি য়াওবা সমাজ (slave society) অসি অরোইবা ওইনা নিংখাইবকখি। মীনাই লালহৌ অসিদা যাওখিবা কাংলুপ শিংদি মীনাইশিং, লৌমীশিং, খুৎশা হৈবশিং অসিনি। সমাজ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী অৱাবা নংখিবনা মীনাইশিংনি অদুগা য়াইতোং খমতোংবশিংনা মীনাই মপুশিংনি। অদুগা সমাজ অসিগী মনুংদা পোৎ পুথোক্লিবা উপাইশিংগী মপু ওইখিবশিংদি মীনাই মপুশিং, লৌমিশিং অমসুং খুৎশা হৈবশিংনি।

মীনাই লোইবগী সমাজদা য়াওবিবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিংবু (relations of production) থুগাইখিবদা খ্বাইদগী চাওনা শরুক য়াখিবা কাংলুপ্তি মীনাইশিংনি অমসুং মখোয়বু মতেং পাংখিবশিংনা লৌমীশিং অমসুং খুৎশা হৈবশিংনি। অসিগুম্বা লালহৌ (Revolution) অসিগী লুচিংবদি মীনাই কাংলুপ অসিনা ওইখি।

# লৌচা চৎনরোল সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মওং
## (Feudal Society's Mode of Production)

ফিউদেল (Feudal) সমাজ অসি তোঙান তোঙানবা শকলোন লৌদুনা, মালেমগী লৈবাক খদিংমক্তা লৈরমখি। হায়রিবা সমাজ অসি মতম য়াম্না শাংনা লৈরমখি। রোমানশিংগী লৈবাক(Roman Empire) অসিনা নিংখায়খ্রবা মতুংদা (খৃষ্ট মতুং মঙাশুবা চহিদা) ফিউডেল সমাজ অসি নোংচুপ থংবা ইউরোপ্তা লৈবা হৌরকখরে। বৃটেনদনা (Britain) ১৭ শুবা শাতাব্দিদা, ফ্রান্সতনা (France) ১৮শুবা শাতাব্দিদা, রুশিয়াদনা ৭ শুবা চহি চাদগী সর্ফকি চৎনলোন (Serfdom) মুথৎলবা মতম, ১৮৬১, অদু ফাওবা ফিউডেলিজম (Feudalism) অসি চৎনরমখি।

নোংচুপ ইউরোপ্তুদি লৌচা চৎনরোলগী সমাজ (Feudalism) অসি, থৌদোক অনি থোরকখিবদগী ওইরকখিবনি হায়না সোসিয়েল সাইন্তিস্তশিংনা পানরি।

১। রোমানশিংগী মীনাই লোইবগী সরকার (Slave state) মরাই চাইথরকপদগী।

২। লান্দা মাই পাক্লবা ট্রাইবশিংগী (Tribes) মনুংদা শাগৈগী চৎনবি (Clan system) কায়থরকপদগী। মীনাই লোইবগী চৎনবি লৈবা রোমগী মায়য়োক্তা জর্ম্মনশিংনা, গোলশিংনা (Galls) অমসুং অতৈ জাতিশিংনা লেপ্পা লৈতনা লান্দরকখি। হায়রিবা জাতিশিং অসিনা রোমানশিংবু লান্দা মাইথিবা পিবা ঙমলকখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মীনাই শিংনা শুরগা পোৎ পুথোকপা ইকোনোমি (Slave economy) অসি মতম

শাংথনা লৈবা য়ারকখিদরে, মরমদি, সমাজ অদুদা য়াওরমখিবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Relatios of production) অদুনা, পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংদা (Production Forces) অথিংবা পিবকপদগীনি। মসিনা মরম ওইদুনা অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মবিশিং অমনা হান্নগী অদুবু মন্থৎ শিন্নবা হোৎনরকপদগী খুন্নাই অদু (Roman Empire) নিংখাইবা হৌরকখিবনি। নিংখাযবা হৌরক্লবা খুন্নাই ওইবনা, লান্দা মাইথিবা নংলকপনি। মাইথিরিবা অসি ট্রাইবেলশিংগী মখুৎতনি। মতম অদুদা লৈরমখিবা জর্ম্মনশিং, গোলশিং, স্লাভশিং (Slave) অমদি অতৈ অতৈ জাতিশিং অদু ইউবোপ্তা লৈরমখিবা ট্রাইবশিংনি (Tribes)। রোম অসি মাইথিবা পিদ্রিঙৈ ট্রাইবশিং অসি শাগৈগী চৎনবিদা (Tribal system) লৈরমখি। চহি চা কয়ামুক লান তৌদুনতা লাকখিবা, হায়বিবা শাগৈগী চৎনবি অসি লানমীগী মওংদা লৈবমখি। ট্রাইবশিং অসি মখোয়গী লানমীগী লুচিংবশিংনা (Military Leaders) লানমীশিংগা লোইননা ঙাক শেন্দুনা লৈবমখিবনি। বোম্না লৈখা তাখ্রবা মতুংদা জর্ম্মনশিংনা অমসুং গোলশিংনা বোমানশিংগী লম পুমনমক্কি শরুক অহুমথোকপগী অনিদি, হায়বিবা লমশিং অসিদা থবকশুদুনা লৈরমখিবা কোলোনিশিং (Colonies) অদুগা লোইননা লৌশিনখিবনি। লৌশিনখিবা লম পুম্নমক অসি শাগৈশিংগী মরক্তা অমসুং তোখায় তোখায় লৈবম্বা লাটিফুন্দিয়া শিংদা য়েন্থোকলমখি। অদুগা শিংথানবা য়াবা লমগী শরুক খরদি লানমীগী লুচিংবশিংগী ওইখি অমসুং মখোয়শিং অসিগী মবক্তা খ্বাইদগী কনবা অদুনা নিংথৌ ওইবমখি। লানমীগী লুচিংবশিং অসিনা মখোযনা মুলহৌবা লমশিং অদু মখোয়গী লানমীশিংদা মপুন্সিচুপ্পা শিজন্ননবা য়েন্থোকলমখি। অসিগুম্বা মওংদা য়েন্থোকপা লমশিং অসিবু ফৈফ(Fief) হায়রগা খঙনৈ অদুগা

অসিগুম্বা লমশিং অসিবু ফংলিবশিং অদুবুনা ফিউদেল মপুশিং (Feudal Lords) হায়না খঙনবমখি।

অসিগুম্বা ফিউদেল মপুশিং অসিনা লানমীগী থবকস্ (Military Service) তৌগনি। অদুগা মখোযগী লমশিং অদুদনা লৌমীশিংনা (peasants) থবক তৌগনি। অসিগুম্বা ফিউদেল মপুশিং অসিগী মশাগী ওইবা লমশিং অসিগা, মহাক্কী লমদা থবক তৌবিবা, মহাক্কী লম অদুগী শরুক খবগী মপু ওইবিবা সর্ফশিং (Serfs) অসিগা পুল্লগা, মসিদা যুম্ফম ওইদুনা ফিউদেল সমাজগী পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Feudal Reletions of production) অসি শেমগৎলকখি।

সর্ফশিং অসি মীনাই হাযবদু ওইবক্তে, মবমাদ মখোয মশাগী ওইবা লম মচেৎ অমগী মপু ওইবকখবে। মীনাইশিং অসিদি মবোল থোকপা খুৎলাইগুম্বনি, (Talking tools) মসিদা নুংগী ওইবা অর্থ অমসু যাওবি, মদুদি মীনাই হাযবশিং অসিনা মপু ওইবা পোৎশক (সম্পত্তি) অম ফাওবা লৈতে। খুদম হাযববু লাঙ্গোলনা (Plough) মপু ওইবা সমপত্তি লৈতবগুম্বনি। মীনাই লোইবা সমাজগী (Slave Society) পোৎ পুথোকপাগী মরিশিং অদু হোংদবা যাদবগী তাঞ্জা লাকপা মতমদা অনৌবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং শেমদবা যাবকখিদে। মসিগী দবকাব (need) অসি কবি ফিভমদগী লাকখিবনো হাযবদা, মসি লাল হৌবিবা মীনাইশিংগী অশাওবা ফাথদুনা অমুক হন্না থবক শুহনবা যানবগীদমক্তনি। মসিগীদমক মীনাইশিংদা মখোযবু মপু ওইহনবা লম মচেৎ খব খব মখোযনা থবক শুবিবা অচৌবা লৌবুকশিং অদুদগী খাইদোক্তুনা পিবানি। অদুম ওইনমক, মখোযনা মপ ওইবিবা লম মচেৎ অদদগী ফংলকপা

পোৎথোক (produce) অদুগী মপু মখোয়না ওইজবা নৎতনা মখোয়না মদুবু য়োনবা (Sell) য়াদে, অদুগা লৌফম অদুসু থাদোক্তুনা চৎখিবা য়াদে। মখোয়গী লৌপুশিং অদুনা মখোয়গী লৌফমশিং অদু য়োনবা মতমদা মদুদা লৈরম্বা মীনাইশিং অসিসু য়াওনা য়োনলিবনি। অসিগুম্বা মশাগীনি হায়বা সম্পতি খজিক্তং লৈরক্লবা মীনাইশিং অসিবু মমৈথংদা সর্ফ (Serf) হায়না কৌনখিবনি। অদুগা মমৈথংদা সর্ফশিং অসি লৌমীশিং (peasant) ওইরকখি।

লম মচেৎ অমগী মপু ওইবা লৌমীশিং অদুগা, মরন্নাই নিংতম্বা (independently) পোৎ চৈ শাদুনা পুথোকচবা খুৎ-শা হৈবাশিং (Handicraftsmen) অসিনা, মশা মশাগী শু-নোম্বগী পাঙ্গলদা (labour power) য়ুম্ফম ওইদুনা পোৎ পুথোকচবনি অমসুং মখোযনা পুথোকচবিবশিং অদু মশা মশানা শিজিন্ননবগী মওংদনি ওন্ননবগী (Exchange) হায়বদি য়োন্ননবগী নত্তে। ফিউদেল মপুশিংগী লমশিং অসি খরনা মখোয়না শিজিন্নে অদুগা খবনা মপুন্সিচুপ্পা লম অদুদা লৌ উজগে হায়বা লৌমীশিংদা য়েন্থোকই। মসিনি লম মপুশিংনা থবক শুগে হায়বা মীওইশিংদা থমলিবা কন্দিসনশিং (Conditions)। অদুগা হায়রিবা লৌমীশিং অসিনা থবক শুবদা চংগদবা খুৎশু- খুৎলাই পুম্নমক মশানা পুথোকচগনি অমসুং ফিউদেল মপুশিংদা লৌশাল (Rent) তমগনি। লৌবুক্তা পোৎথোক পুথোক্লবগী থবক তৌরকপদা চংলিবা অসি অহানবদা পোৎ পুথোক্লবগী উপায়শিং (Means of production) অমসুং শুনোম্বগী পাঙ্গল (Labour power) অসিনি। অহানবগী পোৎ পুথোকপগী উপায়শিংদা যাওগদৌরিবা অসি মরু ওইনা ক) লৌবুক অমসুং খ) শিজিন্নগদবা খুৎশু খুৎলাই অসিনি। মসিদা লৌবুক অসি ফিউদেল মপুগীনি (লৌপুগীনি) অদুগা

শিজিন্নগদবা খুৎলাইশিং অসিনা লৌমীগীনি। মবম অদুনা, লৌপুসু লৌমীশু অনিমক সমপত্তিগী মপু ওাক্তনি। অদুগা থবক অসিদা শিজিন্নগদৌবিবা শু-নোম্বগী পাঙ্গল অসিনা লৌমীশিংগীনি। মবম অসিদগীনি লৌবুক্তগী পুথোবকপা পোৎথোকশিং অদু লৌপুগা লৌমীগা যেন্নবিবনি হাযবদি মবানি পুন্না মপু ওইমিন্নবিবনি। লৌমীনা লৌপুগী শরুক পিবিবা অসিবু লৌশাল (Rent) হাযনা খঙনবে। মমৈথংদা লৌশালগী মহুৎতা পৈশা ওইনা পিনবা হৌবকখবে। ফিউদেল মপুশিংনা মখোযগী লৌমীশিংবু হাৎপদি যাদে অদুগা যোম্থোকপদি যাহল্লি (যাহল্লিবা অসি ফিউদেল সবকাবগী কনস্তিট্যুসন অদুননি)। ফিউদেল মপুশিংগীদমক লৌমীশিংনা অতৈ থবক কযাসু তৌবা তাবমখি। লৌবুক্তা থবক শুবিবা সর্ফ (Serf) অসিগী থবক তৌবগী মতম অসি শরুক অনি থোক্লা থুগাইবমখি। মর্দুদি :-

ক) শুদবা যাদবা মতম (Necessary time)।

খ) অহেনবা পোৎথোক্কিদমক শুগদবা মতম (Surplus time)।

শুদবা যাদবা মতমগী মনুংদা লৌমী অদুনা মহাক মশামক অমসুং মহাক্কি ইমুং মনুংগী হিংবদা চংগদবশিং অদু পুথোক্কদবনি। অদুগা অহেনবা পোথোক্কী শুগদবা মতমদনা ফিউদেল মপুশিংদা পিগদবা লৌশালশিং অদু পুথোক্কদবনি। মমৈথংদদি লৌশালশিং অসি পৈশা ওইনসু পিনবম্মী। মতৌ অসুম্না লৌশাল ওইনা, অতোপ্পগী শু-নোমম্বগী পাঙ্গলনা পুথোকচবা পোথোকপু লৌদুনা লৌমীবু ওৎপা (exploit) অসি মালেমগী মফম অযাম্বদা চৎনবম্বা ফিউদেললিজমগী (Feudalism) মশক নাইবা মওং অমা

(Feudal Characteristic) ওইবমখি। অসিদসু নৎতনা ফিউদেল মপুশিংগী লমদা লৈকুবনা মবম ওইদুনা খুৎশা-হৈবা (handicraftsmen) অমসুং ললোল ইতিক তৌবা কাংবুসু (marchants) ফিউদেল মপুশিংগী মীখাপোন্না হিংলমখি।

সহব মযাম লিংখৎলকপা অমসুং ললোল ইতিক্কি থবক হেঙ্গৎলকপা অসিনা ফিউদেলগী খুঙ্গংশিংদা অচৌবা ইথিল পিবা হৌনর্কখিবন্মি (কৈথেল মযাম লিংখৎলকপদগীনি)। কৈথেল মযাম লিংখৎলকপদগী খুঙ্গংশিংদা অচৌবা ইথিল লাকখিবগী মবমদি কৈথেলশিংদা লৈবা অমসুং যোনবগী থবক হেঙ্গৎলকপা অসিনা খুৎশা হৈবশিংগী পোৎথোক পুথোকপা হেঙ্গৎলকখি। হাযবিবা পোৎথোকশিং অসিগী মনুংদা অকে অমৌগী পোৎ কযাসু মাওবমখি ফিউদেল মপুশিংনা অকে-অমৌগী পোৎ চৈ পামখৎলকপা অমসুং লৈননবা হোৎনবকপদা, লৌমীশিংদা অহেনবা পৈশা পিনু হায়নকপা অমসুং খুৎশা হৈবা মীওইশিংদগী টেক্স (tax) লৌবগী মওংশুঙ্গদা পৈশা পংলৌদা লৌখৎলকপদগী, পোৎ পুথোক্লকিবশিংনা ফিউদেল মপুশিংদা ব্রাবৌবা অমসুং নুংশিদবা হেঙ্গৎলকখি।

ফিউদেল মপুশিংনা ওৎ নৈবগী (exploitation) থবকশিং আস হেঙ্গলকপনা ফিউদেল মপুশিংগা লৌমী সর্ফশিংগগী মবক্তা মুক্লবকপা নৎত্রগা যানবক্তবা (contradiction) অসিসু হেঙ্গৎলকখি।

# ফিউদেলিজমময়ি চৎলকপা অমসুং নিংখায়রকপা (Collapse)

মীনাই লোইবগী চৎনবি য়াওবা সমাজদগী (Slave owning society) লৌচা চৎনবোল য়াওবা সমাজনা (Feudalism) য়াম্না ফবা হেল্লি। পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাইশিংশু ফবা হেঙ্গৎলে, মসিগা লোইননা পোৎ পুথোকপগী টেক্নিকসু (Technics) ফবা হেঙ্গৎলে। য়োৎকি লাঙ্গোল লোংখুম (iron ploughshare) অমসুং অতৈ য়োৎনা শাবা খুৎশু- খুৎলাই কয়ামকমসু পাক শননা শিজিন্নরে। যু শুংবা, মাখন (butter) পুথোকপা, চিজ(Chees) শেম্বা অসিনচিংবা কয়াসু শেম্বা- শাবা হৈরকখ্রে। অনৌ অনৌবা খুৎনা শাবা পোৎ চৈশিংশু থোরকপা হৌবকখরে। লানগী খুৎশু-খুৎলাই (Military hardware) শাবা, য়োৎপি অমসুং হৈজ্রাং শাবা হৌরকখ্রে। য়োৎ শুবা (blacksmith), নুংশুবা (masonry), খোঙউপ শাবা (Cobbling), শাগোলগী শাবল শেম্বা (Saddlery), অসিনচিংবা কয়াসু শেম্বা শাবা হৌরকখরে।

১৫ শুবা চহি চাদদি য়োৎ অমদি অতৈ ধাতুশিং শুংনবগী মৈফম ( লৈরং - Blast Furnaces) শেম্বা হৌরকখরে। কোমপাশ (Compass) শিজিন্নবা হৌবকখরে। মসি শিজিন্নবদগী মমিং লৈববা লম্মিৎ- তুমিৎকি মফমশিংশু (Great Geographical discoveries) পুথোকপা হৌরকখ্রে।

পোৎ পুথোকপগী শক্তি অসি হেঙ্গৎচরবসু, হান্নগী পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Relations of Production) অদুনা, পোৎ

পুথোকপদা অপনবা পিবক্লে। লৌমীশিং অসি ফিউদেল মপুশিংনা ওৎ নৈবা হৌবকখবে। ওৎলিবগী (Exploitation) মওং অসিদি, ফিউদেল মপুশিংনা লৌমীশিংদা, লৌশাল হেন্না পিযু হাযগৎলকপা, ফিউদেল মপুগী অতৈ থবকশিংদা হান্নদগী হেন্না শিজিন্নবকপা, খুদম ওইনা হাযববদা, যুম-কৈ শাবা, শোবোক শেম্বা, খুৎশা হৈবগী অতৈ থবকশিংদা শিজিন্নবকপা অসিনি। সর্ফ ওইবা শিনমীশিং অসিগী পোৎ পুথোকপগী চাংদি যাম্না হৈন্থে মবমদি, মখোযদা কাননবা নৎত্রগা খুদোংচাবা পিবদগী, মখোযবু লাকথুবিদুনা শিজিন্নবনা (oppressed) হেল্লি। অদুনা সর্ফশিংনা পোৎ পুথোকপদা থৱাই যাওদে অমসুং পুথোক্লিংদে। অসিদসু নৎতনা খুৎশা হৈবশিংগী শু নোম্বগী পোৎথোক্কি চাংসু (Productivity) মতম অদুগী গীলগী (Guild) (খুৎশা-হৈবশিংগী এসোসিযোন) চৎন পথাপ অদুনা হেঙ্গৎহনবা ঙমলমদে। পুম্নমক অসিনা মমৈদা কবি দবকাব ওইহল্লবগে হাযববু, হান্নগী পোৎথোক মবিশিং (Relations of production) অদু মুথৎলগা অনৌবা ফিউদেলগী থৌবিনা পুনদবা পোৎথোক মবিশিং শেমদবা যাবকখিদবে।

ফিউদেল সমাজগী মতমদা কোমোডিটি (Commodity) পুথোকপগী মওং হাযবদি যোন্নবা পোৎ পুথোকপগী মওং অসি তপ্না তপ্না অসুম চাওথোবকখি। অদুবু পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপাযশিংগী (Means of production) মপুদি লন্নাইনা (Private individual) ওইবগী চৎনবিদা ওইবমখিবগা লোইননা শু-নোম্বগী পাঙ্গলসু (Labour Power) পোৎ পুথোক্লিবশিংগী মশা মশাগী ওইবমখি। পোৎ পুথোক্লিবশিংগী মরক্তা যাম্না কন্না হিদান্নবমখি (great competition) অমসুং মসিনা ইনাকখুনবা

অমসুং লাইরবা হায়বদু থোকহল্লমখি। হিদান্নবা অসিদা মাইথিহৌবশিং অদু লৈহৌগনি অমসুং লাইরবা হায়বদু ওইহৌগনি, অদুগা মসিদা মাই পাকহৌবশিং অদুনা মথং মথং হায়গৎলক্তুনা য়াম্না ইনাকখুনবা হায়বা অদু ওইরকখি। পোৎ য়োনফম (Market) পাকথোক চাওথোরকপা অসিনা য়োন্নবা পোৎ মরাংকাইনা পুথোরক্লবগী লম্বেল অদু শেমলকই। অসিগুম্বা লম্বেল অসিনা অমুক মরোল মরাং তাক্লবা লৌমীশিং অমসুং খুৎশা-হৈবশিংবু নেক্তুনা শিজিন্নবা হৌরকখি। মতৌ অসুম্না কেপিটেলিস্তকি মরিশিং (Relations of capitalism) অসি ফিউদেল সমাজগী মনুংদা তপ্না তপ্না শেমগৎপা হৌরকখি। কেপিটেলিজম্না মপুং মরৈ ফাগৎলকপগী (Development) অতোপ্পা মবমশিংদি :-

ক) ললোল ইতিক্তা শিজিন্নবা ললোল শেল (Working capital) অসিনা হকথেংননা (Directly) লৌমীশিংনা অমসুং খুৎশা-হৈবশিংনা পোৎ পুথোকপদা (Commodity) খুৎ থিংজিল্লকপা (Interfere) হৌবকখি। মসি মতৌ করম্না হৌরকখিবনো হায়বগী মতাংদদি, হৌগৎলকপা মতমদা ললোলবশিং (marchants) অসিনা য়োন্নবা পোৎশিং (Commodities) ওন্নবকপগী(exchange) থবক্তা, ময়াইদা লৈদুনা য়াওরম্বনি, অদুবু মমৈথংদদি, অপিকপা কোমোডিটি পুথোকপশিংদগী চাং নাইনা (Regularly) পোৎ লৈবক্তুনা মখোয়দা রো মেটরিয়েল (Raw material) ফংহনবগা লোইননা পৈশাশু শান্দোকপা হৌবকখরে। মমৈথংদদি, অপিকপা কোমোডিটি পুথোকপা মীওইশিং অসিনা ললোনবশিং অসিগী মতেং য়াওদ্রবদি পোৎ পুথোকপা ঙমলকখিদরে।

খ) ললোন ইতিক তৌবা পৈশা পাইবশিং অসিনা খুৎশা হৈবশিং (handicraftsmen) অসিবু খোমজিল্লগা য়ুম অমগী মনুংদা

থমজিল্লগা থবক শুহন্দুনা মখোয়শিং অসিবু হাজিরা শুবা মীওইশিং (Wage earness) ওল্লোকপিরে।

গ) ললোন ইতিক তৌবশিংগী ললোনশেল অসি ইন্দস্ত্রি তৌনবগী পৈশা ওল্লোরকখরে। অদুগা অসিগুম্বা ললোনবশিং অসিবুনা ইন্দস্ত্রি তৌবা (Industrialist) মীওইশিং ওইহল্লকখ্রে।

ঘ) কেপিটেলিজম অসি খুঙ্গংশিংদসু থোরকপা হৌরকখরে। ললোনপোৎ (Commodities) পুথোকপা অসিনা মপুং মরৈ ফাগৎলক্লবা (Develop) মতমদদি পৈশাগী শক্তি অসিসু চাংবা হেঙ্গৎলক্লে অমসুং ফিউদেল মপুশিং অসিসু লৌশালগী মহুত্তা পৈশা ওইনা লৌবা হৌরকখরে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি করিগুম্বা পোৎ পুথোকপগী থৌরাং অমা পাইখৎলকপদা চংগদবা দরকার ওইবা পোৎলমশিং অদু পৈশা লৈরবদি মসিগা ওন্নরগা (Exchange) লোইনমক ফংবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈবনিনা, পৈশাগী শক্তি হেঙ্গৎলকখিবনি। পৈশাগী মরিশিং (Relations of money) মপুং মরৈ ফাগৎলকপগা লোইননা লৌমীশিংবুসু অনেম অৱাং থাক খায়দোকপা হৌরকখরে। কাংলুপ অমনা খুঙ্গংগী বুর্জ্জুৱা (bourgeoise) (খুঙ্গংগী ইনাকখুনবা) ওইহল্লকখরে। অদুগা অতোপ্পা কাংলুপ অমনা মরোল মরাং তাক্লবা লৌমীশিং ওল্লকখরে।

কেপিটেলিজমগী পোৎ মপুথোক (Capitalist Mode of Production) অসিসু ফিউদেল সমাজগী চৎনরোল অসিগী মনুংদা অসুম অসুম চাওবা হেঙ্গৎলকপা অসি খুঙ্গংশিংদসু ওইরকখরে। ফিউদেলিজমগী তাঙ্কক অসিসু থোক্তবা য়াদ্রবা ইতিহাসকি খোঙচৎ অমা ওইনা থোরকখিবনি। অরোইবগী মতম অসি য়ৌশিল্লকপদদি, লৌমীশিং অমসুং ফিউদেল মপুশিংগী মরক্তা

য়ানদবগী (Contradiction) চাং অসি য়াম্না শাথিনা হেঙ্গৎলকখরে। লৌমীশিংগী অন্দোলন (Movement) অসিনা ফিউদেলগী য়ুম্ফম (Foundation of Feudalism) অসি য়াম্না কন্না নিকখরে, কিন্তুবা হৌরকখরে। ফিউদেল মপুশিংগী মাইয়োক্তা হৌরিবা লড়াইশিং (Struggles) অসিবু লুচিংলিবশিংদি বুর্জ্জুৱাশিং (Bourgeoise) অসিনি। মখোয় অসিনা, সর্ফশিংনা (Serf) ফিউদেল মপুশিংগী মাইয়োক্তা চংশিল্লকখিবা লড়াইশিং অদুগী খুদোংচাবা লৌরগা রাজনীতিগী শক্তি (Political power) মুন্দুনা নৈঙাকপা কাংলুপ ওইনবা হোৎনরকখিবনি। ইকোনোমিগা (Economy) রাজনীতিগা (Politics) নৈনরিবা মরি অসিদি অকনবা মরিনি, শেৎতোক্লবা য়াদবা মরিনি। ইকোনোমিনা অসুম ফগৎলকপগা লোইননা বাজনীতিসু হোংলকতবা যারক্তে। রাজনীতিগী মপুং ওইবা পান্দমদি (Objective) পুথোক্লবা পোৎশিংগী মপু কনাবু ওইহনগদগে হায়বা অসিনি। পুথোক্লিবা পোৎপু শিজিন্ননবগীদমক য়েন্থোরকপদা (Distribution) খ্বাইদগী ৱাৎনা থুংবা মীওই কাংলুপশিং অদুনা খ্বাইদগী ৱারৌবা অমসুং শাওবা হেল্লি। মখোয়শিং অসিনা, অমুকমুক ইহৌ (movements) শাগৎলক্তুনা সমাজদা মবক মরক্তা চরাংনবা (Chaos) থোকহল্লি। মসিদা নুংঙাইরবা (Interesting) ৱাফম অমা য়াওরিবদি অসিগুম্বা শাওরিবা মীওইশিং অসিনা পোৎ পুথোকপগী মতাংদদি খ্বাইদগী মরু ওইবা থৌদাং (Role) লৌরি। পোৎ পুথোকপদা চংলিবা শু-নোম্বগী পাঙ্গল (labour power) হায়বা অসিগী মপুদি মখোয়শিং (লাইরবশিং) অসিনি। সমাজ অমগী ওইনা পুথোক্লবা পোৎথোকশিং অসি য়েন্থোকপদা, সমাজগী মীওইশিংদা চাং মান্ননা ফংহনবগী মাইকৈদা চংশিল্লক্লিবা মখে,

সমাজদা অন্দোলন পাংথোক্কুনা চরাংনবা থোকহনবা অসি অসুম অসুম হস্থরক্কনি হায়বা অসিনি। অদুনা মমৈদা, সোসিয়েললিজমগী (Socialism) ব্রাখলবু হৌদোকপিরম্বা মীওইশিংনা থমবিরমখিবা, চাং মান্ননা য়েন্থোকপগী চৎনবি (Equal distribution system) য়াওবা অশেংবা কম্যুনিজম (Communism) অদু খক্তদা অন্দোলনগী চরাংনবা অসি কোকখিগনি। হৌজিক ফাওবদি মখোয়গী মং (Dream) ওইরি, চপ চানা মংফাওনদ্রি। অদুবু ঐখোয়না উরিবা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাই (Instruments of labour) অসি নোংম নোংমগী ফবা হেঙ্গৎলকপা অমসুং মসিগা লোইননা মীওইবগী সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি (Science and Technology) অমসুং মীওইবগী শু-নোম্বা (labour) অসিনা থবক ফজনা তৌবা গুস্বগী (Skill) থাক হেঙ্গৎলকপদা, পেন্দবগী হৌরিবা অন্দোলনশিং অসিনা মীওইবা সমাজ পুম্নমকপু কম্যুনিজম লোমদা চিংশিল্লি হায়বা অসি য়াম্না কন্না থজবা য়াবা ব্রাফম্নি ।

## কেপিটেলিস্তশিংগী পোৎ পুথোকপগী মওং!
## (Capitalist mode of Production)

কেপিটেলিজম হায়বা অসি তাঙ্কক অনি ফাওরগা চৎখ্রবনি। অহানবা তাঙ্কক্তা মোনোপোলি মমাঙগী কেপিটেলিজম (Pre-monopoly capitalism) অনিশুবা তাঙ্কক্তা মোনোপোলি কেপিটেলিজম (Monopoly capitalism) হায়বদি ইমপেরিয়েলিজম (Imperialism) অসিনি। তাঙ্কক অনি অসিগী

ইকোনোমিগী ওইবা য়ুম্ফমদি অমখক্তদা ওই মদুদি, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিংগী মপু লন্নাইনা ওইবা (Private ownership) অমসুং খুৎশুমলগীদমক থবক শুরিবা শিনমীশিংবু (Wage earners) ওৎ- নৈবা (Exploitation) অসিনি। অদুম ওইনমক তাঙ্কক অনি অসিগী মরক্তা খেন্নবা খরসু লৈরমখি। মোনোপোলি মমাঙগী কেপিটেলিজম অসিদি কেপিটেলিজম্মা মপুং মরৈ ফাগৎলকপা (develop) মতম অদুব্রাইদা ওইখিবনি। অদুগা মতম অদুব্রাইদদি কেপিটেলিস্তশিংগী মরক্তা অথিংবা লৈতনা হিদান্নবা (Free competition) লৈরমখিবনি অদুগা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিংশু ইংনা তপ্পা মপুং মরৈ ফগৎলকপা মতম্নি। ইউ: এস: এ: (U.S.A.), বৃটেন(Britain), ফ্রান্স (France) অমসুং অতৈ চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদা মোনোপোলি মমাঙগী কেপিটেলিজম অসি শোক ১৮৭০ ফাওবা খুদুম চল্লমখি। চহি ( ১৮৭০) অসিগী মতুংদগীদি চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংনা (Developing countries) মোনোপোলি মমাঙগী কেপিটেলিজমদা অনৌবা শক্তম অম পিবা হৌরকখবে। চহিচা ২০ য়ৌরকপদগীদী মোনোপোলি মমাঙগী কেপিটেলিজম অসি ইম্পেরিয়েলিজম (Impercalism) ওইরকখরে। মসিদি কেপিটেলিজমগী খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্লি। মসিবু মার্ক্সকি ৱাখললোনবু য়াজবশিংনা (Marxists) কেপিটেলিজমগী অরোইবা থাক্লি হায়না ফোংদোক্লবকখি।

# কোমোডিটি পুথোকপা

মার্ক্সনা কেপিটেলিজম (capitalism) অসি নৈনবদা কোমোডিটি (Commodity) দগী হৌবকখি। কেপিটেলিজমগী মনুংদদি, পিকখ্রবা পিনদগীনা (Pin) চাওখ্রবা কলকাবখানা (Factory) ফাওবা অমসুং মীওইবগী শু-নোম্বগী পাঙ্গল (Labour Power) লৈবা যোনবা যাবা পোৎ, কোমোডিটি হাযবা অদু ওই। সমাজ অমগী মনুংদা যাওবিবা মীওইবশিংগী মবক্তা লৈনবিবা মবিশিং (Relations) অসি কোমোডিটিশিংগী মবক্তা লৈবা মবিশিং ওইনা ওন্থোবকই। লৈবা, যোনবা যাই হাযবিবা কোমোডিটি অসি অতোপ্পা মিৎযেং অমদগী হাযবা তাববদি মসি হিংবদা শিজিন্ননবা পোৎশক অমসু ওই। মসিনা মবম ওইবগা হাযবিবা কোমোডিটি অসিনা মী অমগা অমগা উনহল্লি, বাবি শান্নহল্লি, মতেং পাংনহল্লি, নুংশিনহল্লি, শাওনহল্লি, খৎনহল্লি অসিদসু নৎতনা হাৎপা তুপ্পা ফাওবা তৌনহল্লি। অদুগা হাযবিবা থবকশিং অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা মী অমগা অমগগী মবক্তা মবি লৈনদ্রবদি ওইথোক্লোই। তুংদসু নৈনবকখিনি মদুদি কোমোডিটি হাযবা অসি মখল যামই, মবমদি হিংবদা চংলিবা পোৎচংশিং অসিশু মখল যামই। কোমোডিটি অমা ফংনবা হোৎনবদা অতোপ্পা কোমোডিটি অমগী মথৌ তাবকই। মতৌ অসুম্না কোমোডিটি পুম্নমক অসি অমগা অমগা মবি লৈনবকই। কোমোডিটিগী মবিশিং অসি সমাজগী মীওইশিংনা শেম্বনি মখোযগী মবক্তসু মবি অসি লৈবকখিবনি।

সোসিয়েলিজমগী ব্রাফম হৌদোবকপিবম্বা মার্ক্সনা হাযবমখি, কোমোডিটি হাযবা অসি বর্জুবা (Bourgeois) সমাজবু

শেমলিবা খ্বাইদগী পিকপা পোৎশক্লি (Cell নি)। কোমোডিটি অমসুং কোমোডিটি পুথোকপগী (commodity production) মরমদা মার্ক্সনা থিজিল্লুবদগী খঙলে অদুদি কেপিটেলিজমগী মনুংদা শেমলিবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Capitalist Relations of production) অসিদা য়াওরিবা মচং ওইবা মরমশিং অসি করিনো হায়বসে। কোমোডিটি পুথোকপা হায়বা অসি করিসু নত্তে, মসিদি য়োন্নবা (Sale) পোৎ পুথোকপনি, ইশাগী শিজিন্ননবা পুথোকপা নত্তে। অদুবু মসিদি যাম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌরকখ্রবনি। মৈহৌরোল খুন্নাইনা নিংখায়রকপা হৌরকপা মতম অদুব্রাইদগী হৌরকখ্রবনি। হায়রিবা খুন্নাই অসিগী অরোইবা তাঙ্কক্তদি, পোৎ পুথোকপা অসি মশা (Branch) অনি লোংথোরকখরে। মসিবু শিনফম খাইদোকপা(Division of labour) হায়না খঙনবে। মশা (Branch) অমনা পোৎ- চৈ থাবনি (Farming) অদুগা অতোপ্পা মশা অমদুনা শা- ষন লোইবনি (Breeding)। মতম অদুগী মীওইশিংগী দবকাব লৈবশিং অদু থুংহন্নবগীদমক পোৎকা পোৎকা ওন্নবা (Material exchange) অসি য়াম্না মথৌ তারকখি। অদুবু পুথোক্লবা পোৎশিং অদুবু মশা মশানা শিজিন্নখ্রবা মতুংদা লেমহৌবা অদুখক্তমক ওন্নবমখিবনি। মীওইবগী খুন্নাইদা অচৌবা শিনলম খাইদোকপা অসি থোকখ্রবা মতুংদদি, পোৎ-চৈ থাবা কাংবুনা শা-ঙাগী পোৎথোক মবাং কাইনা চাবা নৎত্রগা শিজিন্নবা ফংলকখিদ্রে, মতৌ অসুম্না , শা-ষন লোইবশিংসু ইনশাং নাপী মরাং কাইনা চাবা ফংলকখিদ্রে। মতম অদুদা মনা মশিং থাবা কাংবুনা শা-ঙা ফংনবগীদমক, মনা মশিংগা, শা-ঙাগা ওন্নবগী মথৌ অমা তাবকখি। অদুবু ওন্নবা (Exchange) মতম অসিদা, মশা মশানা পুথোক্লবা পোৎশিং অদুবু শিজিন্নখ্রবা মতংদা লেমহৌবশিং অদখক্তমক ওন্নরমখি।

কোমোডিটি পুথোরকপগী থবক অসি মীনাই লোইবগী (Slavery) অমদি ফিউদেল সমাজ অনিমক্কি পোৎ পুথোকপগী মওংশিংদা (Mode of productions) য়াওরমখি। তোইগুম্বসুং মতম অদুগী ইকোনোমি অদুদি, শিজিন্ননবা খক্তগী ইকোকোমি (Subsistance Economy) হায়বদু ওইবমখি। মসিনা তাকপদি, হায়রিবা সমাজ অনি অসিগী মনুংদা পোৎ পুথোকপগী চাং (productivity) য়াম্না নেমলমখি। অসিগুম্বা মখলগী ইকোনোমি অসি কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোকপগী (Capitalist mode of production) ইকোনোমি হৌগৎলকপা মতম ফাওবা চৎনরমখি। অদুবু কেপিটেলিজম্না মপুং মরৈ ফাগৎলকপা মতমদদি মসিনা শিজিন্নবা কোন্নবখক্তগী ইকোনোমি হায়বা অসিদা অবোইবা চৈফুনা ফুথখরে। মীওইবগী শু-নোম্বগী পাঙ্গলবু (Labour power) কোমোডিটি হেক ওইবকপা মতমদগীদি, কোমোডিটি পুথোকপগী মওং অসি মফম খুদিংদা মান্নরকখরে অমসুং হৌজিক্তি মসিগী মওং অসিনা পুম্ন মক্তগী অথোইবা ওইরে। পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Relations of production) অসি কোমোডিটিগা লৈনবা মবিশিংনা মহুৎশিনখ্রে। মমাঙদসু পঞ্জখরে মীওইবশিংগী মরক্তা মরি (Relation) শেমদ্রবদি পোৎ পুথোকপা য়াদে-ঙমদে। অদুবু কোমোডিটি হায়বা পোৎ অসি পুথোক্লবা মতুংদদি, কোমোডিটিগা মীওইবশিংগা লৈনবা অনৌবা মরি অমা শেমলকখরে। ঐগী হিংবদা চংবা নৎত্রগা দরকার ওইবা পোৎ (কোমোডিটি) অমা পামলকপদা, মদু ফংনবগীদমক মী ময়াম অম উনরকই। মসিগী মরু ওইবা মরমদি কোমোডিটি পুম্নমক অসিগী মপু (owner) লৈ অমসুং মপুশিং অসিগা উনবা অমসুং য়ানবা ঙাংনবগী (Negotiate) দরকার ওইরকই। অদুগা তোঙানবা মীওইশিং অসিগা মরি শেমলবা মতুংদা ঐগী দরকার ওইবা পোৎ

(কোমোডিটি) অসি ফংইবনি। মসিদগী, ঐগা কোমোডিটিগা লৈনবা মরি অসিনা মী অতৈগসু মরি লৈনহল্লি। অসি নৎতবা অতোপ্পা খুদম অমদি, শিনমী অমগা কেপিটেলিস্ত অমগগী মরক্তা লৈরিবা মরি অসি করিনা শেমলিবনো হায়বগী মতাংদা, কেপিটেলিস্ত অদুনা শিনমী অদুদগী পামলিবা পোৎ অসি শিনমী অদুগী মশাদা য়াওবা শু-নোম্বগী শক্তি (Labour power) অদুনি। মসি ফংনবগীদমক কেপিটেলিস্ত । অদুনা শিন্মী অদুগা উন্নগনি, য়ানবা ঙাংনগনি, শন্না হায়রবদা অনি অসিগী মরক্তা মরি (Relation) শেমগনি। শু-নোম্বগী শক্তি (Labour power) অসিদি কোমোডিটিনি। মবি (Relation) অসি কোমোডিটিনা শেম্বনি। অদুবু শিন্মী অমগা কেপিটেলিস্ত অমগগী মরক্তা লৈরিবা পোৎ পুথোকপগী মরিশিং (Relations of production) অসি হকথেংননা (Directly) লৈতে, মসিদি কোমোডিটিগী মতেংনা লৈহনবনি, মসিবু কোমোডিটিগা লৈনবা মবিগী মওং ওইহল্লি।

কোমোডিটি পুথোকপা (Commodity production) হায়বা অসি থোরক্তুনা চৎনরকখিবা অসিগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মরমদি সমাজগী ওইনা শিনলম খাইদোরকখিবা অসিদগীনি। অদুগা অতোপ্পা মরম অমনা, সমাজ অসিদা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা উপাইশিংগী মপু তোখায় তোখায় লৈরকখিবা অসিনসুনি। পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাইশিংগী (Means of production) মপু অসি, লন্নাই মীওইশিংনা ওইবদা (Private ownership) য়ুম্ফম ওইরগা, কোমোডিটি পুথোকপগী মওং অসি মখল অনিনি: অমনা ইচম চম্বা মওংগী কোমোডিটি পুথোকপা (Simple commodity production) অদুগা অতোপ্পা

অমনা কেপিটেলিস্তকি মওংদা কোমোডিটি পুথোকপা (Capitalist commodity production)।

ইচম চন্বা মওংদা কোমোডিটি পুথোকপাশিংগী খ্বাইদগী মযেক লাববা খুদমদি, অপিকপা লৌমীশিং (small peasants) অমসুং খুৎশা-হৈবশিং (handicraftsmen) অসিনি। মখোযশিং অসিনা পোৎ পুথোকপদা, মখোয মশাগী শু নোম্বগী পাঙ্গল অদু শিজিন্নৈ। অদুগা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাইশিং অদুগীসু মখোয মশা মশানা মপু ওইজবনি। মসিগী খুদম হাযববু, লৌমী অমনা থবক শুবা মতমদা শিজিন্নবিবা উপাইশিং (ষন, ইবোই, লাঙ্গোল, থাঙ্গোলনচিংবা খুৎলাইশিং) অসিগী মপু মশানা ওইজবনি। অদুগা মসিদা চংলিবা শু নোম্বগী পাঙ্গল অসিসু মশাগীনি, অতোপ্পগী নত্তে। মতৌ অসুম্না খুৎশা হৈবাশিংনা কোমোডিটি পুথোকপদা শিজিন্নবিবা খুৎলাইশিং (হোবাই, পাইজা, থাংনাচিংবা) অসিগী মপু মশানা ওইজবনি। অদুগা মসিদা চংলিবা শু নোম্বগী পাঙ্গল অসিসু মশাগীনি।

ইচম চন্বা মওংগী কোমোডিটি পুথোকপা মীওইশিং অসিদা গুন অনি (dual character) চোল্লি। অমনা থবক অসিদা, মশা মশাগী লন থুম (সমপত্তি) শিজিন্নৈ (মখোযশিং অদুদি, অপিকপা লৌমী, অমসুং খুৎ-শা হৈবশিং অসিনি) অমসুং মসিনা মবম ওইদুনা মখোযশিং অসিনা কেপিটেলিস্ত (Capitalist) ওইবকপবোমদা চংশিল্লি। অদুগা অতোপ্পা গুন অমদুনা, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা পাঙ্গল অসি মখোয মশা মশাগীনিনা মখোযনা প্রোলেটবিযেট (proletariat) ওইবকপবোমদা চংশিলহল্লি। (প্রোলেটবিযেট হাযবদি, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাইশিংগী (Means of production) মপ ওইদবশিং অদবনি।

সমাজগী অকক্লবা ফিভম খবগী মখাদা (Under certain social conditions) ইচম চম্না কোমোডিটি পুথোকপা অসিদগী কেপিটেলিস্তগী কোমোডিটি পুথোকপগী (Capitalist commodity production) যুম্ফম (basis) অসি থোনখিবনি। ফিভম অসি মখল অনি শুই :

অহানবা: পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাইশিং অদুগী মপু লন্নাইনা ওইগদবনি (individual ownership)। অসিগুম্বা ফিভম অসি মৈহৌবোলগী সমাজনা (primitive society) নিংখাইবকপা মতম অদুৱাইদা উখ্রে। মৈহৌবোলগী সমাজ অসি কবিদা যুম্ফম ওইবগে হাযববু মযাম পুন্না শুমিন্নবা (Social labour) অদুগা মযাম পুননা মপু ওইমিন্নবা অসিনি। মতম অদুগী মখোযনা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নখিবা, মৈহৌবোলগী খুৎশু খুৎলাইশিং (primitive tools) অদুগী মপুসু মীযাম্না ওইমিন্নখিবনি (Social ownership)। পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা খৎলাইশিং অদুগী মপু অদুনা পুথোক্লবা পোৎ অদুগী মপু ওইবা হাযবা অসি ইকোনোমিগী মবন্নাই থোকচবকপা আইন্নি (objective law of economy)। হৌজিকসু মসিগী আইন অসি চৎনবি। তৌবতবু মমাঙৈগী ইকোনোমিগী আইনশিং অদুগা ঙসিগীগাদ যাম্না খেন্নবে মবমদি ঙসিগী পোৎ পুথোকপগী থৌওংশিংদা (Production process) অঙকপা ফংনা অহোংবা লাকখ্রে। মৈহৌবোলগী সমাজনা নিংখাইবমদাই অদুৱাইদা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুলাই (instruments of laboour) লন্নাইনা মপু ওইবা হৌবকখবে। খুদম ওইনা হাযববদা, মতম অদুৱাইদা লিকুং তেন (Bow and arrow) হাযবা খুৎলাই অসি থোবকখবে। হাযবিবা খুৎলাই অসি মযাম্না মপু ওইদ্রে- লন্নাইনা মপু ওইবে। খৎলাই অসিগী মতেংনা পথোকপা পোৎ অদ. লিকুং তেন

অসি শিজিন্নদুনা ফাবকপা শা-ঙাশিং অদুগী মপু মীযাম্না ওইদ্রে-লন্নাইনা মপু ওইবে। লিকুং তেনগী মপু অদুনা ওইবে। মতৌ অসুম্না মৈহৌবোল সমাজগী যুম্ফম, পুন্না শুমিন্নবা অমসুং পুন্না মপু ওইমিন্নবা হাযবা অদু কাইথবকখবে। মদুগী মহুত্তা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাইগী মপু লন্নাইনা ওইবা হাযবা অসি থোবকপা হৌবকখবে।

অনিশুবা : শু-নোম্বগী পাঙ্গল (labour power) অসিনা কোমোডিটি ওইবক্লবা মতমদা, ফিভম অসি ফিউদেল সমাজগী নিংখাইবক্লবগী মপুং ফাবে। ফিউদেল সমাজগী মতমদা চৎনখিবা পোৎ পুথোকপগী মওং (mode of production) অসি ফিউদেল সমাজগী পোৎ মপুথোক (Feudal mode of production) অসিনি। মসিদা মরু ওইনা পোৎ পুথোক্লিবা অসি লৌমীশিং অসিনি। মখোযনা লৌউ-শিংউবগী (Farming) অমসুং শা ষন যোকপগী (Animals breeding) থবকশিং অসি তৌই। অদুবু মখোযগী পোৎ মপুথোক্তি ইচম চম্বা কোমোডিটি পুথোকপগী (Simple commodity production) থবকশিং অসিনি। অদুবু ফিউদেল সমাজ অসিনা নিংখাইবমদাইদদি অচৌ অচৌবা শিনশং লিংখৎনবক্তুনা মদুদা শিনমী কযাবু থবক শুহন্দুনা কোমোডিটি পুথোকপা হৌবকখবে।

ইচম চম্বা কোমোডিটি পুথোকপা (Simple commodity production) হাযবা অসিদি লৈতানা (Stable) তৌবা যাদে। খবনা ইনাক খুনগৎলকই খবনা লাইববা ওইবকই। মবোল মবাং তাক্লবা লৌমীশিং অমসুং খুৎশা হৈবশিং অসিনা প্রোলেটরিয়েট (proletariat) ওইবকই। কোমোডিটি পুথোকপা হাযবা অসিদা, পুথোক্লিবা মীওইশিংগী মবক্তা হিদান্নবা (competition) হেক্তা

থোক্লকই। মরম অদুনা হিদান্নবকপা অসিদা, লৌফম (Field) ফবা, খুৎশু-খুৎলাই ফবা, হোৎনবা কনবা, (থব্রাই যাওবা), হৈথোই-শিংথোইবা, অমসুং পুম্নমক্কী মথক্তা তাঞ্জা চাবা হেন্না ফংবা (Luck)। পোৎ পুথোক্লিবশিংনা (producers) মাই পাক্তুনা মমৈদা ইনাকখুনগৎলকই। অদুগা হিদান্নবা অসিদা মাইথিহৌবা কাংবুনা (খুদোংচাবশিং অসি ফংখিদবা কাংবুনা) মবোল মবাং তাক্লবা প্রোলেটেবিযেট (Proletariat) হায়বদু ওইবকই।

কেপিটেলিস্তকি মওংদা কোমোভিটি পুথোকপা (Capitalist commodity production) হাযবা অসি ইচম চম্না কোমোডিটি পুথোকপদৌনা (Simple commodity production) মসিসু সমাজগী ওইনা শিনলম খাইদোকপদা (Social division of labour) অমসুং লন্নাইশিংনা, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাইশিংগী মপু ওইবা (Private ownership of the means of production) হায়বা অসিদা যুম্ফম ওই। অদুম ওইনমক মসিদি পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা উপাইশিংগী মপু ওইবিবা মীওইশিংগী (owners of the means of production) মশাগী শুব-নোম্বগী পাঙ্গলদা (Labour power) যুম্ফম ওইবদি নত্তে। মসিগী অশেংবা যুম্ফমদি, অতোপ্পা মীওইশিংগী খুৎশুমলগীদমক্তা থবক শুবিবশিংগী (Wage earners) শু-নোম্বগী পাঙ্গলদা যুম্ফম ওইবনি। শু-নোম্বগী পাঙ্গলবু কোমোডিটিদা ওন্থোবকপগী ব্রাহম্থোক্তি, শু-নোম্বগী পাঙ্গল অসি লৈবা-যোনবা য়াবা পোৎ অমা ওইরকপদগীনি। শু-নোম্বগী পাঙ্গল অসি লৈরগা, মসিবু শিজিন্নদুনা

কোমোডিটি পুথোকপা অসি শেন্দোং যাম্না ফংহনবা ঙমলকই। অসিগুমবা, কোমোডিটি পুথোকপগী মওং অসি মালেমগী মফম পুম্নমক্তা পাম্নবা হেঙ্গৎনবকখি। অসিগুম্বা কোমোডিটি পুথোকপগী মওং অসি অসুম অসুম মপুং মবৈ ফাগৎলকখি। লেনিন্না ইবমখি: "কোমোডিটিশিং ওন্নবা (exchange of commodities) হায়বা অসি খ্বাইদগী চন্বা, পুম্নমক্না তৌনববা, পাংথোক্কবা যাদ্রবা বুর্জ্জুবা সমাজগী (Bourgeoic society) নুমীৎ খুদিংগী ওইনা মীযামগী মবক্তা লৈবিবা মবিশিংনি (Relations)"। বুর্জ্জুবা সমাজগী মনুংদদি, মীপুম খুদিংমক্না হিংবদা চংবা পোৎলমশিং ফংহনবগীদমক্তা মশা মশাগী লৈজবা কোমোডিটিশিং অদুগা ওন্নবির্বনি(exchange)। অসিগুম্বা ওন্নবগী থবকশিং অসি ইচম চমই, অদুগা পাংথোক্কবা যাদ্রবা থবকশিং ওই। মবম অদুনা মশা মশাগী ওইবা কোমোডিটি লৈজদ্রবদি হিংবা ঙমদে। মসিদা ওইথোকপা যাবা কোমোডিটিশিংদি (কেপিটেলিজম সমাজগী মনংদা) পৈশা, মশানা পুথোকচবা কোমোডিটি, অমসুং মশাদা যাওবিবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলাশিং' অসিনি। 'কোমেডিটি' হায়বা অসি 'কেপিটেলিজমগী ইকোনোমিদা' খ্বাইদগী পিকখ্রবা, সমাজ অসিবু শেমলিবা পোৎশক (cell) অমনি।

# কোমোডিটি অমগী কান্নবা অমসুং মসিগী মমল

'কোমোডিটি' অসি অহানবদা, কনাগুম্বা মীওই অমগী মথৌতাববা হায়বদি মসিনা মহাক্কি অপাম্বা অমবু থুংহল্লবা (need and satisfy) পোৎশক অমা ওইহল্লি, অনিশুবদা, মসি ইশাগী শিজিন্ননবা পুথোকপা নত্তে, যোন্ননবগীদমক নৎত্রগা ওন্ননবগীদমক (for exchange) পুথোকপনি। ইশাগী শিজিন্ননবা পুথোকচবা পোৎ অসি 'কোমোডিটি' নত্তে।

কোমোডিটি অমগী থাদোক্লবা যাদ্রবা মমাই অনি যাওবি:

(ক) কান্নবা (use value)

(খ) মমল (value)

কোমোডিটি অমনা কনাগুম্বা মীওইবা অমগী মথৌ তাববা পোৎ হায়বদু ওইববনিনা, মসিবু 'কান্নবা' পোৎশক হায়বদু ওইহল্লি। খুদম ওইনা হায়ববদা চাক, ফিবোল, খোঙউপ অসিনচিংবা। মসিগী 'কান্নবা' অসিবু 'ইউজ ভেল্যু' (use value) হায়বগা খঙনবে।

কোমোডিটি অমগী ওন্নবগী মমল (Exchange Value) লৈ। খুদম: শিংজং অম চেং কে:জি: ২০গা ওন্নবা যাই। মসিদা ওন্নবা (Exchange) হায়বা অসি মান্নদ্রবদি যাদে, অদুগা মান্নবা (equality) শেম্বদা চাংদম্নদ্রবদি (comparision) ওইথোকপা যাদে। কোমোডিটি পুম্নমক্তা মখাদা পিজবিবা গুনশিং (qualities) অসি অম নৎত্রগা অমদি খজিক খক্তা ওইববসু যাওই। মখোযশিং অদুদি, (ক) শিজিন্নবদা কান্নবা (use value), (খ) মথৌ তাবদুনা থিবকপদা পিথোক পিশিন তৌবা যাবা (supply and demand তৌবা যাবা), (গ) খবা বানা ফংবা পোৎ (Rarity) অমসুং (ঘ) মীওইবগী শুব-নোম্বা (labour) অসিনচিংবনি।

'শিজিন্নবদা কান্নবা' হায়বা অসি কোমোডিটি অমগী মমল ওইনবগী মরম মচা অম ওইনা (a small factor) লৌবদি য়াই, অদুবু মসি তশেংনমক অশেংবা মরমদি নত্তে। 'হীরা' (Diamond) অসি য়াম্না তাংবা (costly) পোৎনি অদুবু য়াম্না কান্নবদি (useful) নত্তে। চেং হায়বা অসি য়াম্না হোংই (cheap) অদুবু য়াম্নদি কান্নে। নুংশিৎকি (Air) মমলদি লৈতে অদুবু য়াম্না কান্নবা পোৎনি।

কোমোডিটি অমদা 'কান্নবা' য়াওদ্রবদি মসিগী মমল (value) লৈবা য়াদে। ঐঙোন্দা কান্নদবা পোৎকী মমল য়াওদে হায়বনি। কান্নবা লৈরবদি, ঐনা পামগনি, অমসুং ফংনবা হোৎনবদা, মদুগী মমল থোরক্কনি। অদুবু মমল (value) হায়বা অসি পোৎ অমদা য়াওদ্রবসু মসিগী কান্নবদি লৈবা য়াই। নুংশিৎকি মমলদি লৈতে অদুবু মসিদি য়াম্না কান্নবা পোৎনি।

'সপ্লাই' (supply) অমসুং 'ডিমান্দ' (demand) হায়বা অসিনা কোমোডিটি অমগী মমল (value) অসুক ওইগদবনি হায়বা অদু লেপ্পা ঙম্ব্রা হায়বা ৱাহং অসিদা, অহানবদদি ঙম্বগুম উই, তৌইগুম্বসুং তশেংবগীদি ঙমদে। থুমগা চিনিগা অনি অসি চপ মান্নবা সপ্লাই (supply) অমসুং ডিমান্দগী (Demand) মখাদা লৈরবসু (supply. পোৎ পিবা ঙম্বা, Demand পোৎ লৈগে হায়বা) অনি অসিগী মমলদি অদুম খেন্নরি। 'সপ্লাই' অমসুং 'ডিমান্দ' না কোমোডিটি অমগী মমলদা অহোংবা খর পিবদি ঙমই তৌইগুম্বসুং মসিনা মমল অসুক পিগদবনি হায়বদি লেপ্পা ঙমদে। তশেংনমক্কি হায়রবদি, সপ্লাই অমসুং ডিমান্দনা কোমোডিটিগী মমল লেপ্তে।

ৱানা ফংবা হায়বা অসিনা কোমোডিটিগী মমল লেপ্পা ঙম্বরা? ঙম্মোই নিংবনি, ঙমদে। চহি কয়া নোংচুরক্ত্রে হায়না লৌরসি,

অদু ওইরবদি ঈশিং অসি অশুক্কি মতিক অতাংবা (rarity) পোৎ অম ওইরক্লে। মীয়াম্না ঈশিং পাম্বগী চাং অসি অসুক্কি মতিক ৱাংখৎলকখরে। অসিগুম্বা মতম অসিদা পৈশানা ঈশিংগী মমল (value) লেপ্পদি ঙমদে।

শিজিন্নবদা কান্নবা ওইরবসু, সপ্লাই অমসুং ডিমান্দ গী মখাদা য়াওবা ঙমলবসু, নৎত্রগা য়াম্না তাংবা পোৎ অমা ওইরবসু মখোয়শিং অসিনা কোমোডিটি অমগী মমল লেপ্পবগী মরমদি ওইদে। হৌজিক মমল লেপ্পা ঙম্বা অমা লৈহৌরিবসি করিনো হায়রবদি, মসিদি কোমোডিটিদা য়াওরিবা মীওইবগী শুব-নোম্বগী চাং (Labour) অসি খক্তনি। করিগুম্বা অকক্লবা কোমোডিটি অমদা, 'শু-নোম্বগী চাং' অসি য়াম্না য়াওরবদি, কোমোডিটি অসিগী মমল য়াম্না ৱাংগনি, অতাংবা পোৎ হায়বদু ওইগনি।

সনানা কোইলাদগী (Coal) হেন্না তাংই। সনা হায়বা অসি ফংনবা হোৎনবদা মীওইবগী 'শু-নোম্ব' (Labour) য়াম্না চংই। অদুগা কোইলা ফংনবা হোৎনবদদি অদুক য়াম্না চংদে হায়বা য়াই। হৌজিক সনা ফংনবা হোৎনবদা তৌরিবা থবক অসি, মালেমগী (earth) মনুংদা য়াম্না লুনা (deep) তৌথবগা, মনুংদা চংলগা, অকনবা লৈবাক অদু মচেৎ মচেৎ তৌথোক্লগা সনা য়াওবা লৈবাকশিং অদু মথক্তা পুখৎলক্লবা মতুংদা, অশেংবা সনা ওইনা ফংনবগীদমক অমুক শুংদোক্কনি (smelting)। হায়রিবা থবকশিং অসি তৌবদা মীওই কয়াগী 'শু-নোম্বা' (Labour) শিজিন্নরিবনি। মরম অদুনা সনাদা মীওইবগী 'শু-নোম্বগী চাং' য়াম্না য়াওবা মরম্না মসি তাংলিবনি (costly)। অদুগা কোইলা (coal) ওইনা ফংনবা হোৎনবদা, সনাগীদা চংলিবা 'শু-নোম্বগী চাং' অসি য়ৌনা চংদবনিনা কোইলানা সনাদগী হোঙলিবনি (cheap)।

কোমোডিটি পুম্নমক মীওইবগী 'শু-নোম্বনা' (Labour) পুথোকপনি। মরম অদুনা কোমোডিটি অমগী মমল অসিদি মসিদা য়াওবিবা অপুনবা মীয়ামগী 'শু-নোম্বা' অসিনা ওইগনি। তোঙান তোঙানবা কোমোডিটিশিংদা 'শু-নোম্বগী' চাং অসি চপ মান্ননা য়াওববদি, মখোয়শিং অসিগী মমলসু (value) চপ মান্নরমগনি। কোমোডিটি, অমগী মমল হায়বা অসি 'সমাজগী ওইবা ব্রাখলগী পোৎশক' (social catagory) অমনি। তশেংবগীদি মসি মিৎনা উবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। অদুগা হায়রিবা 'মমল' অসিদি, কোমোডিটি অমগা অমগা ওন্নবকপা (exchange) মতমদা পুক্লিংদা ফাওরকপা অদু খক্তনি। কনাগুম্বা অমনা শিংজং অমা য়োন্ননবা (ওন্ননবা- exchange) পুবকলে। মহাক্কি শিংজংগী মমল অসি মীৎনা উবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মসি ব্রাখলগী মিৎনা হায়বদি, পুক্লিংনা উগদৌবিবনি। মতৌ কবম্না উগদৌরিবনো হাযবদা, 'শিংজং' অদু শাবদা 'শু-নোম্বা' কয়াম চংলমগদগে হাযবা অসিনি। হায়বিবা শিংজং অসিগা খুদৈ অমগা ওন্ননবগী ঙাংনবকপা মতমদা, হায়রিবা খুদৈ অদু শাবদা 'শু-নোম্বা' কয়াম চংলমগদগে হাযনা অমুক য়েংলক্কনি। মসিদা করিগুম্বা 'শু-নোম্বগী' চাং অসি মান্নবমলবদি (হাইফেৎ ওইরবসু) শিংজংগা খুদৈগা ওন্নগনি নৎত্রবদি ওন্নবোই। মরম অদুনান, কোমোডিটি অমগী মমল অসিদি, অতোপ্পা কোমোডিটি অমগা ওন্নরকপা মতমদ পুক্লিংদা ফাওরকই হায়রিবসে।

লেনিন্না হায়খিবমই ...... "মমল (value) হায়বা অসিদি, মীওই অনিগী মবক্তা লৈনরিবা মরি অদুনি .... হাযবিবা মরি অসিদি মেটরিয়েল (material) ওইবা পোৎশক অমনা খুমজিল্দুনা থম্বনি।" মহাক্না হাযবমখিবা ব্রাহৈশিং অসিগী ব্রাহম্বোকা মরি লৈননা কনাগুম্বা

অমনা শিংজং অমা অতোপ্পা পোৎ অমগা ওন্নবগীদমক (exchange) লাক্লে হায়না খল্লসি। মসিদা মহাক্লা কনাগুম্বা মীশক অমত্তগা থেংনদ্রবদি, মহাক্কি শিংজং অসিগী মমল কনানসু খঙবা ঙমলোই। অদুবু মহাক্লা, শিংজং অদুগা ওন্নবা পামলিবা পোৎশক অদু পুদুনা লাকপা, কনাগুম্বা অম থেংনবা মতমদা মহাক্লা ব্বারি শানগনি, হায়রিবা ব্বারি অদুদা, পোৎশক অনি অদু ওন্নবা য়াবরা য়াদবরা হায়বগী ব্বা খন্নগনি। ব্বা খন্নবা অদুগী মনুংদা শিংজং অদুগী মমল (value) খঙলক্কনি। পুক্লিংনা খঙলক্লিবা মমল অসি মীৎনা উবা ঙম্বা নত্তে, মসিদি (case) শিংজং হায়রিবা মেটরিয়েল (material) ওইবা পোৎশক অসিনা খুমজিন্দুনা থর্মলির্বনি। অদুগা হায়রিবা শিংজং অসিগী মমল খঙলক্লিবা অসিসু শিংজং পুবক্লিবা মীওই অসিগা অতোপ্পা মীওই অদুগগী মরক্তা মরি অম শেমলকপদগীনি।

কোমোডিটি অমগী 'মমল' হায়বা অসিদি, মীওইবা সমাজগী মপুং মরৈ ফাগৎলকপগী (develop) পরিংদা, তাঙ্কক অমদা থোরকখিবনি, অমসুং মসিগা লোইননা কোমোডিটিসু পুথোকপা হৌরকখিবনি। 'মমল' (value) হায়বসি দরকার লৈবা পোৎ অনি ওন্নরকপদগী (exchange) থোরকখিবনি। অমবোমদা হায়রগা, পোৎকা পোৎকা ওন্নবগী থবক অসি তৌরমদ্রবদি, 'মমল' গী ব্বাফম অসি থোরকলমলোই। পোৎ ওন্নবগী থবক অসি মৈহৌরোলগী সমাজদা (primitive communal society) লৈরমদে। মসি করম্বা মতমদা থোরকখিবগে হায়ববু 'সমাজগী ওইনা শিনফম খাইদোক্ল বগী' (social division of labour) থবক থোরকপদগী হৌরক্লে হায়গনি। মীওইবা সমাজগী মপুং- মরৈ ফাগৎলকপগী (development) পরিংদা, তাঙ্কক অমদগী হৌরকখিবনি। অদুগা, 'সমাজগী ওইনা

শিনফম খাইদোক্রবগী' মশিং অসিনা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকপগা লোইননা, ওন্নবদা (exchange) শরুক য়ারিবা পোৎশিং (commodities) অসিসু মথং মথং পুথোরকপা হৌরকখিবনি।

কোমোডিটি পুথোকপা হায়বা অসি হেক শিখিবদা, মমলসু শিখিগনি। 'মমল' হায়বা অসি মীওইবা সমাজগী ইতিহাসকি ব্রাখলনা শেমজবা পোৎশক অমনি (A historical catagory)। মীওইবা সমাজগী মপুং মরৈ ফাগৎলকপগী তাঙ্কক অমদা লৈরকখিবনি। 'মমল' হায়বা অসি 'কোমোডিটি' (commodity) হায়বা অসিগা শাগোৎনদনা লৈজবনি। অমা হেক লৈতবদা, অমদুসু হেক্তা লৈরোইদৌরিবনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, কোমোডিটি হায়বা পোৎ অসিদি ওন্নবগীদমক্ক (for exchange) শাবনি। ওন্নবা হায়বা অসিনা 'মান্নবা' (equality) অমসুং 'চাংদম্নবা' (comparision) হায়বগী ব্রাফম অসি থোরকহল্লি। মান্নবা অমসুং চাংদম্নবা হায়বা অসিনা 'কোমোডিটি' অমগী মমল খঙলক্তবা য়াদে। মিৎনা উবা পোৎ নত্তে মসিদি ব্রাখলদা ফাওরকপা পোৎশক অমনি (A catagory)। মসিদি মীওইবদা য়াওবা 'শু-নোম্বগী' চাং অদুনি। মসিসু মিৎনা উবা য়াবা পোৎ নত্তে। 'মমল' হায়বা পোৎশক অসিগী অশেংবা মশক অদু মখাদা নৈনজরক্কনি। 'মমল' হায়বসি মীওইবা ইতিহাসকি হৌগৎলকপদগীদি য়াওরকপা নত্তে, ইতিহাস অসিগী তাঙ্কক অমদগী থোরকখিবনি - হায়বদি কোমোডিটি থোবকওঁদগী থোবকখিবনি।

কোমোডিটি অসিদা মমাই অনি য়াওরি। অহানবা মমাইদা য়াওরিবসিনা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) হায়বা অসিনি। মমাই অনি অসি অমগা অমগা য়ানদে (contradictory)। মমাই অনি অসি তোখায় তোখায়না লৈবসু য়াদে, পুন্না লৈমিন্নদবা য়াদে, অদুগা

অমনা অমগী মাইয়োক্তসু লৈ। 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) হায়বা অসিনা শিজিন্ননবনি অদুগা অনিশুবা মমাইদা য়াওরিবা 'মমল' (value) হায়বা অসিনা য়োন্ননবনি (for exchange)।

কোমোডিটি পুথোকপশিংনা থব্রাই য়াওরিবা অসিদি, মসিগী 'মমল' অসিগীদমক্তনি, অদুগা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' হায়বা অসিগীদি নত্তে। য়ুমদা চাননবগীদমক কোবি থাদুনা পুথোকপা অসি কোমোডিটি পুথোকপা কৌদে। অদুগা য়োন্ননবগীদমক পুথোক্লিবা কোবি অদুদি কোমোডিটি কৌগনি। য়োন্ননবগীদমক পুথোক্লিবা অসি কোবিগী মমল অদুগীদমক্তনি। করিগুম্বা কোবিগী মমল অদুনা য়ামদদুনা খুৎশুমল মাঙবা তারবদি কনা অমত্তনা কোবি থাদে। কোবি হোংবা (cheap) মতমদা, কোবি হায়বসি চাবা য়াবা পোৎনি হায়বা খঙলবসু, কনা অমত্তনা কোমোডিটি ওইনা পুথোক্লিংদে।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা, করিগুম্বা পোৎ অমবু 'কোমোডিটি' ওইহন্নবগীদমক মসিদা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) য়াওহনগদবনি। মরমদি 'শিজিন্নবদা কান্নবা' হায়বা অসি পোৎ অমদা য়াওদ্রবদি মদু কোমোডিটি ওইদে। কোমোডিটি হায়বা অসি য়োনবা শিংকদবনি হায়বদি মসিবু হেক উবদা লৈনিংগদবনি। অদুগা লৈনিংবা পোক্লিবা অসি পোৎ অদুদা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' য়াওবদগীনি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা, শিজিন্নবদা কান্নবা পোৎ অম ওইবনা কোমোডিটি অসি শোকপা, পাইবা য়াবা পোৎ (Tangible) ওইরবসু, মসিগী 'মমলদি' ওইদে। 'শিজিন্নবদা কান্নবা' অমসুং 'মমল' (value) হায়বা, কোমোডিটিদা য়াওরিবা গুণ অনি অসি, পুন্না লৈমিন্নৈ, অমগা অমগা শুংথা- থাদোক্নদে। কোমোডিটি হায়বা পোৎ অসি লৈবসু (purchase) য়াবা, য়োনবসু (sale) য়াবা পোৎ ওইগদবনি।

## শোকপা, পায়বা য়াবা অমসুং য়াদবা মীওইবগী শু-নোম্বা

শোকপা পাইবা য়াবা 'শু-নোম্বা' (concrete labour):- অসিগুম্বা মখলগী 'শুব-নোম্বা' (Labour) অসি অকক্নবা, অপাম্বা থবক অম পাংথোকপদা শিজিন্নবা, কান্নবা মওংগী অমনি। কনাগুম্বা অমনা থুমোক শাবদা, ফিশাবদা, হৈজ্রাং শাবদা ঐখোয়না উরিবা মহাক্কি 'শু-নোম্বা' অসি 'শোকপা, পাইবা যাবা' (concrete) শু- নোম্বনি। অসিগুম্বা মখোয়গী 'শু-নোম্ব' অসিগী মহয় (result) ওইনা পুথোক্লিবা থুমোক, ফি অমদি হৈজ্রাং অসিদা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) য়াওরি। ব্রাফম অসিদগী 'শোকপা পাইবা য়াবা শু-নোম্বা' (concrete labour) অসিনা, কোমোডিটি অমদা যাওবিবা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) হাযবা অসি শেমলিবনি।

অদুগা, 'শোকপা পাইবা যাদবা শু-নোম্বা' (Abstract labour) অসিদি মীওইবগী হকচাংদা যাওবা শদোংশিং (muscles) থোপ (brain) অমসুং শিংলিশিং (Nerves) অসিনচিংবা হকচাং মনুংদা য়াওবা ইন্দ্রিশিংনা (organs) শিজিন্নথোকখিবা ইনর্জি (energy) অদুবুনি। 'ইনর্জি' অসি 'পাঙ্গল' অমনি। অসুম্না 'শোকপা পাইবা য়াদবা শু-নোম্বা' হায়বা অসিদি হকচাংদা য়াওবা পাঙ্গল ওইবনা, কনা অমত্তনা শোকপা, পাইবা, উবা, ঙমদবনি (Abstract )। অদুগা অতোপ্পা মমাইদা য়াওরিবনা 'মমল' হাযবা অসিনি।

'শোকপা পাইবা য়াদবা শু-নোম্বা' (Abstract labour) হায়বা অসিনা কোমোডিটি অমগী মমল শেমই। কোমোডিটি অমগী

মমল (value) হায়বা অসি কোমোডিটি অদুদা য়াওরিবা, কোমোডিটি অদু শাবদা শিজিন্নখিবা মীওইবগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল (Labour power) অদুনা ওইগনি। অদুগা 'পাঙ্গল' অসিদি শোকপা পাইবা য়াদবা পোৎনি (Abstract)। মরম অদুনা, 'মমল' (value) হায়বা অসি 'শোকপা পাইবা য়াদবা শু-নোম্বনা' শেম্বনি।

'শোকপা পাইবা য়াবা শু-নোম্বা' (concrete labour) হায়বা অসিদি, কোমোডিটি পুথোক্লবা মতমদসু অদুগা পুথোক্লিঙৈগী মতমদগীসু অদুম্মক লৈরকখ্রে। অদুগা হৌজিকসু অদুম্মক লৈরি। মদুদি, মৈহৌরোল সমাজগী (primitive society) মতমদগী হৌনা হিংবদা চংবা পোৎচৈ পুথোকপদা (হৈ-রা হেকপা অমসুং শা- ঙা ফাবা - gathering and fishing মতমদগী হৌরদুনা) অচম্না খুৎশু- খুৎলাই শাবদা অমদি অতৈ থবক কয়া পাংথোকপদা, 'শোকপা পাইবা য়াবা শু-নোম্বা' (concrete labour) হায়বা অসি লৈরকখ্রবনি। ঙসিসু মীওই কয়ানা 'শিনশংদ' (factory) অমদি লৌবুক্তা থবক শুরিবশিং, অদুগা খুৎশা-হৈবশিংনা (Handicraftsmen) খুৎশা-হৈবগী য়োন্নবা পোৎ (Commodity) পুথোক্লিবশিং অসিদা 'শোকপা পাইবা য়াবা শু-নোম্বা' উবা ফংলি।

অদুগা 'শোকপা পাইবা য়াদবা শু-নোম্বা' (Abstract labour) অসিদি কোমোডিটি পুথোক্লবা মতমদা লৈ হায়বা খঙনরকখিবনি। 'শোকপা পাইবা য়াদবা শু-নোম্বা' অসিদি 'সমাজগী ওইনা শিনলম খাইদোক্লরক্লবা' (social division of labour) মতম অদুৱাইদগী খঙনরকখরে (হায়দগী হৌনা লৈরমলবসু খঙনরমখিদবনি)। হায়রিবা মতম অসিদগী কোমোডিটি লৈরকপা হৌরকখ্রবনি। মসি করম্না খঙনরকখিবনো হায়বগী মতাংদা,

কোমোডিটি অনি ওন্নবকপা মতমদা, মমল মান্নদ্রবদি ওন্নবা যাদবনিনা, কোমোডিটিশিং অদুদা যাওখ্রিবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল'গী (labour power) চাং অদু মান্নববা হাযনা যেংলকপদগী খঙনবকপনি। খোঙউপ জুবা অমগা চিনি কে:জি: ১০০ গা ওন্নবা যাই হাযনা খল্লসি। মসিনা উৎলিবদি, খোঙউপ শাবদা চংখিবা 'শোকপা পাইবা যাদবা শু-নোম্বা' অদুগা চিনি শাবদা যাওখিবা অদুগা মান্নে হাযবনি। অদুবু কবিগুম্বা খোঙউপ জুবা অদু যোন্দদুনা, ইমুংগী মীওইশিংনা শিজিন্নবমলবদি, খোঙউপ জুবা অদুদা যাওখিবা 'শোকপা পাইবা যাদবা শু-নোম্বা অদু কযা যাম্বনো হাযবসি খঙনবমলোই। মবম অদুনা কোমোডিটি হাযবা পোৎ অসি পুথোকপা লেপখ্রবদি, 'শোকপা পাইবা যাদবা শু-নোম্বা' হাযবা ৱাখলদা লৈবিবা পোৎশক (catagory) অসিসু অদুম্নমক মাঙখিগনি।

'শু-নোম্বনা' কোমোডিটি পুথোকপদা লৌবিবা মওং অসি অনির্নি।




'ইচম চম্না কোমোডিটি পুথোকপা' (Simple commodity production) অমসং 'কেপিটেলিস্তকি মওংদা

কোমোডিটি পুথোকপা' (Capitalist commodity production) হায়বা থবকশিং অসি চৎথরকপদা, 'শোকপা পাইবা য়াবা শু-নোম্বা' (concrete labour) অমসুং শোকপা পাইবা য়াদবা শু-নোম্বা (Abstract labour) অনি অসিগী মরক্তা তাইশিন্নবা শুকয়া য়াররোইদবা য়ান্দবা (irreconcilable contradiction) য়াওবি।

'য়ানদবা' অসি কদাব্রাইদা উৎলকপগে হায়ববদি মসি 'লন্নাইগী ওইবা শু-নোম্বা' (private labour) অদুগা 'মীয়ামগী ওইবা শু-নোম্বা' (social labour) অনি অসিগী মরক্তা লৈবিবা য়ানদবা অসিনা উৎলকই।

## 'লন্নাইগী ওইবা শু-নোম্বা' অমসুং 'মীয়ামগী ওইবা শু-নোম্বা'

মী ওইবা মশিং কয়ানা নৎত্রগা চাম্মা / চনি হেনবনা থবক শুরগা কোমোডিটি অমখক পুথোকই। খুদম হায়ববু কার শাবা। মসিনা তাক্লিবদি, (কাব শাবদা চংলিবা) মীওই পুম্নমক অসিগী 'অপুনবা শু-নোম্বা' (total labour) অসি করম্না ওইরকপগে হায়রবদি (কাব শাবদা চংলিবা) মীওই খুদিংমক্কি 'শু-নোম্বা' ময়াম অদু পুনশিল্লগা শেমখিবনি। মীওই অমমমগী 'শু-নোম্বা' অসি অপুনবা 'শু-নোম্বা' অসিগী মচেৎ অমখক ওইরুবনা, হায়রিবা 'মচেৎ' অসি 'অপুনবা' অসিগী শক্তম লৌরকই। তশেংবগীদি 'মচেৎ' অসি লন্নাই মীওই অমখক্কি 'শু-নোম্বনি' (private labour) অদব মসিনা ময়ামগী

'অপুনবা' অদুগী শক্তম লৌরকপনা মসিবু 'ময়ামগী শু-নোম্বা' (social labour) ওইহল্লে। কনাগুম্বা অমনা শু-নোমদুনা কোবি পুথোরকপা মতমদা, মহাক্কি 'শু-নোম্বা' (labour) অদু 'লন্নাইগী ওইবা শু-নোম্বা' (private labour) কৌগনি। অদুগা ফার্ম (farm) অমদা, মীওই চাম্ম / চনিনা পুন্না কোবি পুথোকপা ওইরবদি, মীওই অমমমগী শু-নোম্বা অদু 'লন্নাইগী শু-নোম্বা' ওইজরবসু মসিবু 'মীয়ামগী শু-নোম্বা' (social labour) কৌগনি।

'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নারবা উপায়শিং' (means of production) অদুগী মপুদি লন্নাইনা ওইবনিনা, কোমোডিটি পুথোক্লিবা মীওইশিং অসি তোখায তোখায়না (in isolation) থবক শুনৈ (পুন্না শুমিন্নদে)। অসিগুম্বা মওং অসিনা পুন্না শুমিন্নবগী মওং অদু শমাজন্দুনা থমই। খুদম অমত্তং যেংশি মদুদি, কাব (car) হায়বা কোমোডিটি অসি পুথোক্লে। কাব অসি মপুম ওইনা (whole) পুথোবক্লবসু, মসি ওইনবগী হোৎনবকপদদি মপুম অসিদা যাওরিবা মচেৎ (part) শিং অসিদি, তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা পুথোরক্লগা, মমৈদা মচেৎ ময়াম অসি পানখৎলগা (Assemble) মপুম ওইহল্লকপনি। মচেৎ ময়াম অসি পুথোকপদা শিজিন্নবিবা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিব উপায়শিং' (means of production) অসিগী মপুদি তোখায় তোখায ওইবনিনা, তোঙান তোঙানবা শিনশঙশিংদা পুথোকপনি। শিনশঙশিং (factories) অসিদা তোঙান তোঙানবা শিন্মীশিংনা (workers) থবক শুবিবনি। তোখায তোখাযবা শিনশঙশিংদা থবক শুবিরা শিন্মীশিং অসি পুন্না খক থবক শুমিন্নদে। কাব অমগী মনুংদা 'লাইটরিক (electronics) শরুক য়াওরি অসি তোখায়বা শিনশঙ অমদা, তোখাযবা শিন্মীশিংনা পুথোকপনি।

কার অসিদা য়াওরিবা চাকাশিং (wheels), মিংশেলশিং (glasses), ইলেক্ট্রিক ৱায়ারশিং (electric wires) বেটরি (Battery) সিটকি মখুম (seat covers) অসিনচিংবা ময়াম অসি শিনশঙশিংদা (factories) তোখায় তোখায়বা শিন্মীশিংনা পুথোকপনি। অদুগা অমুকসু তোখায় তোখায়বা শিনশঙশিংদা থবক শুরিবগী মরমদি, শিনশংশিং অসিদা শিজিন্নরিবা 'পোৎ পুথোকপদা' শিজিন্নরিবা উপায়শিং (means of production) অসিগী মপুশিং অসি তোখায় তোখায়বা লন্নাই মীওইশিং (individual capitalist) ওইৱদগীনি। অদুবু কার অসি মপুম ওইনা পুথোরকপনিনা, তোখায় তোখায়না থবক শুরিবা শিন্মীশিং অদুবু খুমজিন্দুনা পুন্না শুমিন্নবগুম উহলি।

কোমোডিটি অসি ওন্নরকপা মতমদদি (exchange) ময়েক শেংলকলে মদুদি, পোৎ পুথোকপদা য়াওরিবা মীওই অমগী 'লন্নাইগী ওইবা শু-নোম্বা' (private labour) অসি মীয়ামগী ওইবা শু-নোম্বগী (social labour) শরুক মচেৎ অম ওইরকখ্রে। করিগীনো হায়বগী মতাংদদি, সমাজনা মসিবু হায়দ-য়াদবগী মথৌ তারকপদগীনি। 'মীয়ামগী ওইবা শু-নোম্বা' হায়বা অসিদি ময়াম চংদুনা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা মীয়াম পুম্নমক্কি 'অপুনবা শু-নোম্বা' (Total labour) অদুবুনি। মীয়াম অদুগী মরক্তা য়াওবা 'মীশক অমগী শুব-নোম্বা' (private labour) অদু 'অপুনবা শু-নোম্বা' অদুগী মচেৎ অম ওইরুবদগী সমাজনা মদুবু 'মীয়ামগী শু-নোম্বা'নি হায়না লৌদবা য়ারকখিদ্রবান।

'লন্নাইগী শু-নোম্বা' (private labour) অমসুং 'মীয়ামগী শু-নোম্বা' (social labour) অসি মখাগী খুৎয়েক অসিগুম্না ফোংদোকপা য়াই মদুদি:




পোৎ পুথোক্লিবা মীওই অসিগী 'শু নোম্বা' অসি লন্নাইগীদি ওইবগা, মীযামগী ওইনা উবক্লবদি, 'ইচম চম্না কোমোডিটি পুথোকপগী (simple commodity production) মতমদা, মরু ওইবা যানদবা (major contradiction) অসি থোবকই। মসি 'লন্নাইগী শু নোম্বা' অমসুং মীযামগী শু-নোম্বা অনি অসিগী মবক্তনি। ঐনা পুথোকচবা পোৎতি, ঐনা কৈদৌঙৈদসু পামদবা তৌদে, অদুগা ঐনা পুথোকচবা পোৎ অম মীযাম্না (সমাজনা) পাম্বিদবা যাই। ঐনা পুথোকচবা পোৎ অমা ঐনা পামজনা লৌজাববা অসিগী মতাংদদি, পোৎ অসি পুথোকপদা শিজিন্নবিবা 'শু নোম্বা' অসি 'লন্নাইগী' শু-নোম্বনি'। অদুগা ঐনা পুথোকচবা পোৎ অম সমাজনা পাম্বিদবগী মতাং অসিদনা, পোৎ অসি পুথোকপদা শিজিন্নবিবা 'শুব নোম্বা' অসি 'মীযামগী শু-নোম্বা' ওইবদগীনি। 'লন্নাইগী শু-নোম্বা' অসিনা 'মীযামগী শু-নোম্বগী' শক্তম লৌবকপা মতমদদি চপ মান্নবা 'শু-নোম্বা' অসি মান্নবা লৌবকখিদবে। পোৎ পুথোক্লিবা মীওই অমগী (producer) পোৎথোক (product) অসি যোনবা শিংত্রে হাযবদি, মাগী পোৎ অদু মীযাম্না পামদ্রে হাযবিবনি।

# কোমোডিটি অমগী মমল অসুক ওইগদবনি হায়না লেপ্পা

কোমোডিটি অমগী মমলসিদা য়াওরিবা 'মীওইবগী শুব-নোম্বা' (human labour) অসিনা শেম্বনিনা, মসিগী মমল (value) অসুক ওইগদবনি হায়বা অসি, 'শু-নোম্বগী' চাং অসিন' লেপকদবনি। অদুম ওইনমক কোমোডিটি অমগী মমল অসুক ওইগদবনি হায়বা সমাজনা যাববা, দরকার ওইরবা, শু-নোম্বদা চংখিবা মতম অদুনা লেপকনি (socially necessary labour time)। পোৎ পুথোক্লিবা মীওই (producer) অদুগী চংখিবা 'শু-নোম্বগী' চাং অদুনা লেপ্পে। ব্রাফম অসি ময়েক শেংনা উৎনবগীদমক, লৈকাই অমদা ফি শাবি নুপী (women) অহুম লৈবে হায়না খল্লসি মখোয় অদুদি কমলা, সনাতোম্বি, থাবল্লে অসিনি। মখোয অহুম্মক খুদৈ মতেক শাবিবনি। লং মখল অমখক্তনা শাবিবনি, মচুসু মান্নবনি, চাওবা শাংবসু মান্নবিবনি। ফি শাবদা কমলানা ইহৈ হৈ, অদুগা মখোয় অহুমগী মনুংদা খ্বাইদগী হৈত্রিবসিদি থাবল্লেনৈ, অদুগা সনাতোম্বিদি য়াইমবপ ওইনা হৈবিনি। খুদৈ মঙা শাবদা কমলানা নুমিৎ হুম্নিদমক চংই সনাতোম্বিনা নুমিৎ মঙানি চংই অদুগা থাবল্লেনা শাবনা নুমিৎ তরেৎনি চংই। অদুগীসু মথক্তা নোংমদা খুদৈ শানবগীদমক কাইথোক্লিবা মতমসু হায়ফেৎ মান্নে। হৌজিক মখোয় মখোয়না শাবিবা খুদৈশিংদু কৈথেলদা য়োন্নবা পুখৎলকপদা, ঐখোয়না খনবদদি, মতম খ্বাইদগী চংনা শাবা থাবল্লেগী খুদৈ অসিনা ইতাং তাংলগা কমলাগী খুদৈ অসিনা ইহোং হোংগদবোই নিংলুই-মরমদি 'শু-নোম্বা' (labour)

খ্বাইদগী য়াম্না চংখিবা অসি থাবল্লেগী খুদৈশিনি, মথংদা, সনাতোম্বিগীনি, অদুগা মথংদনা কমলাগী অসিনা 'শু-নোম্বা' খ্বাইদগী চংদবনি। অদুবু সমাজনা (পোৎ লৈবশিংনা) মদু য়াদে। খুদৈ অম শাবদা মতম অসুক য়াম্না চংগনি হায়বা অসি সমাজনা লেপলকই। সমাজনা লেপলিবা 'মতম' অদু, তশেংনা চংখিবা মতমদগী হেল্লবদি, শারিবা অদুনা শেন্দোং হেন্না ফংবা ঙমই, অদুগা লেপলিবা 'মতম' অদুনা চংখিবা মতমদগী ব্রাৎলবদি শারিবী অদুগী শেন্দোং লৈহন্দে, থবক শুবগী কান্নবা ফংহন্দে। লেপলিবা 'মতম' অসিগা তশেংনা চংখিবা মতমগা মান্নরবদি, ফি শাবি অদুগী অমাং অতোং করি অমত্তা লৈত্রে। সমাজনা লেপলিবা মতম অসি নুমিৎ 'মঙানি' ওইরবদি, কমলানা খ্বাইদগী কান্নবা ফংবা ফি- শাবি হায়বদু ওইরে, থাবল্লেনা খ্বাইদগী কান্নদবা হায়বদু ওইরে অদুগা সনাতোম্বিনা 'তেরি-মেরি' (মাংসু মাংদবা/তোংশু তোংদবা) তারে। অদুগা সমাজনা লেপলিবা নুমিৎ 'মঙানি' অসিবুনি, 'সমাজনা য়ারবা, দরকার ওইরবা, শু-নোম্বগী চংখিবা মতম' (socially necessary labour time) হায়রিবা অসি।

অদুবু 'সমাজনা য়ারবা, দরকার ওইরবা, শু-নোম্বদা চংখিবা মতম' (socially necessary labour time) হায়বা অসিগী অবেপ্পা লৈতে। মসিদি ইতৎ তৎতনা হোংই (variable)। খুদম ওইনা, ফি শাবিশিং অসিগী হৈথোই শিংথোইবা (skill) হেঙ্গৎলক্লবা, ফি শাবদা শিজিন্নরিবা উপাইশিং (means of production) ফবা হেঙ্গৎলক্লবা, মসিদা শিজিন্নরিবা খুৎশু খুৎলাইশিং (instruments of labour) ফবা হেঙ্গৎলক্লবা ওইরবদি 'সমাজনা লেপলিবা দরকার ওইরবা শু-নোম্বদা চংখিবা মতম' সিসু শোইদনমক্কি হোংলক্কনি।

'শু-নোম্বা' (labour) অমগী 'পোৎ কয়া য়াম্না পুথোকপা ঙম্বনো' (labour productivity) হায়বা অসি করিনা মশক তাকপগে হায়ববু, শু-নোম্বগী মতম খুজিং অমমমদা পুথোক্লিবা পোৎথোক্কি চাং (quantity of output created per unit of labour time) অদুনা তাকই। মীওইবগী 'শু-নোম্বা' হায়বা অসি অমত্তা মান্নদে খরনা পোৎ য়াম্না পুথোকপা ঙমই খরনা ঙমদে। 'শু নোম্বগী' ৱাফম পল্লকপদা, করম্বা মখলগী 'শু-নোম্বনো' হায়বদি, পোৎ য়াম্না পুথোকপা ঙম্বরা ঙমদবরা হায়বা ৱাহং অসি হেক্তা হংনরকই। ৱাহংসিগী পাওখুম পিবা য়াননবগীদমক্তা, 'পোৎ কয়া যাম্না পুথোকপা ঙম্বনো' (labour productivity) হায়বা অসি শিজিন্নদবা য়াদদুনা শিজিন্নরকপনি।

'সমাজনা য়ারবা, দবকার ওইরবা, শু-নোম্বদা চংখিবা মতম' (socially necessary labour time) হায়বা অসি কবিদগী শেমলকখিবনো হায়বগী মতাংদদি, মসি, 'শু-নোম্বনা' পুথোক্লিবা পোৎথোক্তা মান্নদবা চাং থোরকপদগীনি। ঐখোয় পুম্নমক্কা খঙই মদুদি, অহৈবা মীনা ( skill ) ইৱা ৱাদনা, হৈতবা মীওইশিংদগী, অকক্লবা মতমগী মনুংদা, পোৎ য়াম্না পুথোকপা ঙমই।

'শু-নোম্বা' অমগী পোৎ পুথোকপগী চাং অদুগা, পুথোক্লিবা 'কোমোডিটি' অদুগী খুজিং খুদিংগী ওইবা মমল অসিগদি ওন্ন- তৈননা (inversely proportional) থোকই। কনাগুম্বা পোৎ পুথোক্লিবা অমগী (producer) 'শু-নোম্বা' অদুগী 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (labour productivity) অদুনা ৱাংলবদি (পোৎ য়াম্না পুথোকপা ঙমলবদি) মহাক্না পুথোক্লিবা পোৎশিং অদুগী মমল (value) অদু য়ামদে। অদুননি, অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা পোৎ য়াম্না

পুথোক্লবদি, পোৎ অমমমগী মমল হন্থে হাযবিবসে। অদুগা পোৎ পুথোকপগী চাং অসিনা নেমলবদি, হাযবদি, অকক্লবা মতমগী মনুংদা পোৎ যাম্না পুথোক্লবদি, পুথোক্লিবা পোৎ অদুগী মমল হেল্লি।

হৌজিক ঐখোযনা উবে মদুদি, 'শু-নোম্বা' অমনা পোৎথোক যাম্না পুথোক্লবদি, পোৎকি মমল হন্থবকই। অসিমসু ঐখোযনা উই মদুদি শু-নোম্বা হাযবা অসি চাওবাক্লা মখল অনি শুই, অমনা 'থবেক থবেক শুবা' (half hearted labour) অদুগা অতোপ্পা অমনা 'যাম্না কন্না শুবা' (intensive labour) 'যাম্না কন্না শুবা' অসি কবিনা ফোংদোকপগে হাযববদি, মসি মতমগী খুজিং অমমমগী মনুংদা শিজিন্নবিবা 'শু নোম্বগী' চাং অদুনা ফোংদোকই। মসিগী অচম্বা খুদম হাযব্বু, চন্দ্রজিনিনা নুমিৎ ১০নিদা খুদৈ ৫ শাবম্বদগী, খুদৈ ৮ দা হেঙ্গৎলক্লবদি, মহাক্লা খুদৈ ৮ শাবকপা মতমদা, মহাক্কি 'শু নোম্বা' অসি 'যাম্না কন্না শুবা' হাযবদু ওইবকই।

কোমোডিটি অমগী মমল (value) অসুক ওইগদবনি হাযবা অসি 'শু নোম্বা' অদুগী হৈথোই শিংথোইবগী (skill অদুগী) মখা পোল্লি। 'হৈথোইশিংথোইবা শুব-নোম্বা' (skill labour) অদুনা পোৎ হেন্না, 'হৈথোই শিংথোইদবা শুব-নোম্বা' (unskilled labour) দগী পুথোকপনিনা, পুথোক্লিবা পোৎ অদুগী মমল (value) অসি খবদি হন্থে। 'শু-নোম্বা' হাযবা অসি মখল অনি থোক্লা খাইদোকই, অমনা ইচম চম্বা শুব নোম্বা (simple labour) অদুগা অতোপ্পা অমনা 'খঙবদা ব্রানা থোকপা, শু-নোম্বা' (complex labour)। অসুম্না ফোংদোকপসু যাই মদুদি, 'ইচম চম্বা শু-নোম্বা' হাযবা অসিদি 'হৈথোই- শিংথোইদবা শু-নোম্বনি', অদুগা 'খঙবদা ব্রানা থোকপা শু নোম্বা' হাযবা অসিনা 'হৈথোই- শিংথোইবা

শু-নোম্বনি'। খঙবদা ৱানা থোকপা শু-নোম্বা অসিনা, মতমগী খুজিং অমমমদা (per unit time) মমল (value) অয়াম্বা পোৎ পুথোকপা ঙমই। থবক তৌবদা হৈথোই শিংথোইবা মীশক অদুনা অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা (per unit time) পুথোক্লিবা পোৎ অসি হৈতবা মীশক অমনা পুথোকপদগীদি হেন্না য়ামগনি, ফজবা হেনগনি অমসুং মসিনা মরম ওইবগা, অপুনবা অকক্লবা মতমগী মনুংদা পুথোক্লিবা পোৎশিংগী অপুনবা মমল (Total value) অসিনা হৈতবা অদুগীদগীদি শোইদনা হেনগনি।

## পোৎ ওন্নবগী মপুং মরৈ ফাগৎলকপা অমসুং মমলগী মওং (The Development of exchange and the form of value)

কোমোডিটি অমগী মমল অসি, 'শু নোম্বদা চংখিবা, সমাজনা লেপলবা মতম' (socially necessary labour time) অসিনা হেক্তা হকথেংননা ফোংদোক্লদে (not directly expressed) মসিদি অতোপ্পা কোমোডিটি অমগী খুৎথাংদা ফোংদোক্লে। খুদম অমত্তং য়েংশি মদুদি, শিংজং অমগা চেং কে:জি: ২০ গা মান্নে। অসিদা ঐখোয়না উরিবদি, শিংজং হায়বা কোমোডিটি অসিগী মমল (value) অসি চেং হায়বা কোমোডিটি অসিগী খুৎথাংদা ফোংদোকই। খুদম অসিদা ঐখোয়না উবি মদুদি, ফোংদোক্লিবা মমল অসি চাংদম্নবগী (relative) মওংদনি। কোমোডিটি অমগী 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) অসি অতোপ্পা কোমোডিটি অমগী মমল ফোংদোকপদা

শিজিন্নবিবনি (চেং অসিনা শিংজংগী মমল ফোংদোকই)। হায়রিবা মমল অসি 'চপ মান্নবা মমলগী মওংদা' (equivalant form of value) লৈ। মসিগী ৱাহন্থোক্তি, শিংজংগী মমলগা চেংগী মমলগা মান্নে হায়বনি। 'পোৎ ওন্নবগী মমল' (exchange value) অসি ইতিহাসকি পবিংদা অসুক্কি মতিক নিংথিজনা মপুং মরৈ ফাগৎলকখরে (develop) মদুদি, খংঠৌদনা থোকখিবা (accidental) পোৎ ওন্নবগী তাঞ্জা অমদা শেমখিবা মমল (value) অদুদগী পৈশাগী মওংদা ওইবা মমল ফাওবা ওইবকখি। মসিগী মবম অসি মখাদা নৈনবকখিনি

## অহানবা হৌগৎলকপা মমলগী মওং
## (Elementary form of value)

মশাগী শিজিন্ননবা পোৎ পুথোক্লিঙৈগী মতমদদি, অহেনবা পোৎথোক (surplus products) অদুখক্তমক অতৈ পোৎশিংগা ওন্নবম্বনি (exchange)। পোৎ অমগা অতোপ্পা পোৎ অমগা হেক্তা ওন্নরম্বনি অমসুং পোৎ অদুগী মমল (value) অদু অতোপ্পা ওন্নবিবা পোৎ অদুনা ওইবমখিবনি।

খুদম:- শিংজং অমা = চেং কে: জি: কুন। নৎত্রগা কোমোডিটি Aগী - X মশিং = কোমোডিটি B গী Y মশিং। হৌজিক ঐখোযনা উবিবা ওন্নবগী মওং অসি অমুকখক্তংগী ওইবা (one time) নৎত্রগা অসুম থোক্কনি খঙদনা (Accidental) ওইখিবা অমনি। মরম অদুনা অসিগুম্বা মওংগী ওন্নবা অসিদা ওইখিবা মমল (value) অসিসু, অমুখক্তংগীনি অদুগা মথংগীদসু, মান্নগনি মান্নবোই

খঙদবা ওইগনি। কনাগুম্বা মীওই অমনা থুমোক অম শারে অদুগা মহাক্লা মদু খুদৈ অমগা ওন্নবা পামলে, অদুনা মহাক্লা খুদৈবু থিরক্কনি। খুদৈ অদু থেংনরবা মতমদা ওন্নগনি, করিগুম্বা থেংনদ্রবদি, অতোপ্পা মহাক্লা দরকাব ওইবা পোৎ অমগা ওন্নগনি। অসুম্না ওন্নবা অসিদা ঐখোয়না উরিবসিদি, ওন্নরবা মতুংদা, খুদৈ নৎত্রগা থুমোক অদু শিজিন্নথোক্লগনি, অমুক হন্না অতৈ পোৎকা ওন্নররোই। ওন্নবা অসি অমুক খক্তগী ওইগনি (one time)। অদুগা মহাক্লা ওন্ননিংবা পোৎ ময়ামগী মনুংদা করম্বা পোৎকা ওন্নগদৌরিবনো হায়বদু হান্না খঙদবনিনা মসিসু 'অসুম থোক্কনি খঙদনা ওন্নখিবগী মওং' (Accidental form of exchange) ওই। মরম অদুনা ঙল্লিঙৈগী মতমদা ওইখিবা পোৎকি মমলদি 'অমুকখক্তংগী ওইবা' (one time) অমসুং 'অসুম ওইগনি খঙদবা' (Accidental ওইবা) মওংগী মমল (value) ওইখিরম্মি।

## মমলনা পাকথোক চাওথোরকপগী মওং নৎত্রগা অপুনবগী মওং (The total or Expanded form of value)

খ্বাইদগী ইহান হানবা 'সমাজগী ওইবা শিনলম খায়দোকপগী' (social division of labour) মওং অসি থোবকপা মতমদগী ওন্ননবগীদমক পুথোরকখিবা কোমোডিটিশিং অসি মশিং য়াম্বা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকখি। কোমোডিটি পুথোক্লিবশিংগী (commodity producers) মরক্তা পোৎ ওন্নবগী থবক (exchange)

অসি যাম্না চাং নাইবকখবে। মীযাম্না যাম্না পাম্নবা অখন্নবা কোমোডিটি অমা খন্দোক্লগা, মসিগা অতৈ কোমোডিটিশিংগা ওন্নবা যাহল্লে।

*খুদম:* ওক অমা। = চেং কে:জি: ৪০
= ফি খুদপ ৫০
= শিংজং ৫
= সনা গ্রাম ৩
= কোমোডিটি A গী X মশিং

'সমাজগী ওইনা শিনলম খাযদোকপগী' (Social division of labour) থবক হৌবকপদগীদি কোমোডিটি পুথোকপা মীওইশিংগা (commodity producers) মশিং অসুম অসুম যাম্বা হেঙ্গৎলকপদগা মখল মথেলগী কোমোডিটিশিংসু (variety of commodities) মশিং যাম্না পুথোবকপা হৌবকখবে। মসিনা কবম্না ফিভম অমা শেমলক্লবগে হাযববু, অপাম অপাম্বা পোৎ ওন্নবকপদা খুদোংচাদবা খদা থোবকপা হৌবকখবে। খুদম ওইনা, চেং পুথোকপা মী ওই অদুনা মহাক্না পামজবা থুম্মোক্না ওন্সি হাযকবদা, থুম্মোক শাবা অদুনা চেংগাদি ওন্ননিংদে, শিংজংগা ওন্ননিংই হাযবকপা মতমদা, কোমোডিটি ওন্নবগী থবক অসিদা নাতৈচাদবা খবা থোকপা হৌবকখবে। অসিগুম্বা মতাং অসিদা, অসিগুম্বা থৌদোক থোবকখবে মদুদি মযাম্না পাম্নবা কোমোডিটি অমগা, মানা মানা পুথোকচবিবা কোমোডিটিশিং অদুগা হান্না ওন্নবগা মথংদা অমুক মহাক্না পামজবিবা অখন্নবা কোমোডিটি অদুগা ওন্নবা, যাবগী ফিভম শেমলকখবে। খুদম ওইনা হাযববদা, মথক্তা থমলিবা খুদম অসিদা, চেংগা ওক্না হান্না ওন্নবগা, ওক অসিগা অমুক শিংজং ৫গা ওন্নবা যাবগী ফিভম শেমলকপা অসিনি।

ঐখোযনা অতোপ্পা মশক উদবা অমসু উবা ঙমলক্কি মদুদি, সমাজ অমগী মনুংদা মতাং মতাংগী ওইনা সমাজগী ওইবা প্রোব্লেম (social problem) থোবকপা মতমদা সমাজনসু হায়বিবা প্রোব্লেম অসি লৈহন্দনবা হোৎনবকই অমসুং লৈহন্দে। মসিদা অবা- অনা কয়া সমাজদা থোকহল্লকপসু যাওই, অদুবু প্রোব্লেমদি অদুম্মক লৈহন্দে। মথক্কি খুদম অসিদা ঐখোযনা উবে মদুদি কোমোডিটি মযাম অম পুথোবকপদগী, কোমোডিটি অমগা অমগা হেক্তা ওন্নবা যাবক্তবগী সমস্য (problem) থোবকখিবা অদু লৈহন্দনবগীদমক (solve) অনৌবা লম্বেল অমা পুথোবকপা ঐখোযনা উবে। মসিগী সোলুসন (social problem solution) অসি অতৈনা পুবকখিবা নত্তে, সমাজ মশানা পুথোকচখিবনি। অসিগুম্বগী মওং অসি ঙসিসু অসুম চৎথনি, অদুগা তুংদা লাক্কদবা সমাজশিংদসু অদুম চৎথখিগনি।

## চৎনবক্কবা মমলগী মওং
## (The General Form of Value)

কোমোডিটি পুন্নমক অসি চপমান্নবা অকক্কবা কোমোডিটি অমগী খুৎথাংদা, মখোযগী মমল ফোংদোক্কবা হৌবকখবে। 'অকক্কবা কোমোডিটি' (Particular commodity) অসি অতৈ কোমোডিটি পুন্নমক্কি মমল ফোংদোকপদা শিজিন্নববা কোমোডিটি অমা ওইবকখবে। ঐখোযনা মথক্তা পিজবিবা খুদম অসিদা, ওক অসি অতৈ কোমোডিটি পুন্নমক্কি মমল ফোংদোকপা যাবা অমা ওইবে। মসিবুনি 'চৎনবক্কবা মমলগী মওং' (General Form of value) হায়বিবসি।

'চৎনরক্লবা মমলগী মওং' অসি করিদগী থোরকপনো হায়রবদি মসি, কোমোডিটিশিং অসিনা খুৎথাং কয়া লান্না চৎপা হৌরকপদগীনি হায়গনি। ওন্নবগী থবক অসি থাংখাং অনি শুই, অমনা পোৎ লৈবনি (purchasc) অদুগা অতোপ্পা অমনা পোৎ য়োনবনি (sale)। কোমোডিটি অমনা খুৎথাং কযা লান্না চৎলকপগী ৱাহস্থোক্তি, অহানবদা, কোমোডিটি অনি হেক ওন্নবগা, অদুস্মক হেক্তা শিজিন্নথোক্লর্স্বনি। অদুবু মমৈর্দদি, কোমোডিটি অমগা অমগা ওন্নবা অসি অহানবা ওন্নবা অদু খক্তনা লোইদ্রে অমুক মথং মথং ওন্নবা হৌরকখ্রে। হায়বদি, লৈরুরবা (purchasc) কোমোডিটি অমা শিজিন্নদদুনা অমুক মথং মথং য়োনখিবগী (sale) ফিভমসু লাকপা হৌবকখরে হায়বনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা 'চৎনরক্লবা মমলগী মওং' (general form of value) হাযবা অসি শেম্বা হৌরকখি।

## য়োনবা অমসুং লৈবা
## (sale and purchage)

মফম খবদনা 'শা-ষন' (cattle) অসি পুন্নমক্কা ওন্নবা য়াবা ওইনা শিজিন্নৈ। অদুগা মফম খরদনা থুম (salt), শাগী মউন (leather), লিক্কোল (conch shell) অসিনচিংবা পোৎলমশিং অসিনা ওইবমখি। মনিপুরদসু 'পৈশা লিক্কোল' অসি থাইনদগী শিজিন্নরকপা ৱাহৈনি। কোমোডিটি পুথোকপগী মখল অসিনা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকপগা লোইননা, 'পুন্নমক্লা ওন্নবা যাবা' ওইনা শিজিন্নরমলিবা পোৎশিং অসি শিজিন্নবদা খুদোংচাদবা কয়া মাইযোক্রবা হৌরকখরে।

খুদম অমত্তং য়েংশি: থুম (salt) অসি 'পুম্নমক্কা ওন্নবা য়াবা' কোমোডিটি ওইরে। থুম অসিসু কোমোডিটি ওইরিবনিনা মসিসু শারিবনি (manufacture)। অদুবু থুম হায়বা অসি থাইনগী মতমগী মনিপুরদদি মপাক মপাক (থুমপাক) শানরম্বনি। অসিগুম্বা থুমপাকশিং অসিগী মচু (colour) অরুম্বা, (weight) চাওবগী (size) খর খর শোইনবা মশানা তাবনি। মসিগী 'মান্নদবা' (difference) অসিসু নুংঙাইনদবগী মরম ওইরকই। অতোপ্পা মরম অমনা, মসিদি ঈশিং চোৎপা য়াদবনিনা, মসিগী থম্ফম (store) অসি মরু ওইরকই। মসিদি য়াম্না পিকপা পোৎতি নৎতবনিনা, থুমপাক ময়াম অম পুথোক পুশিন তৌবদা, কাইবা তোইবা (broken) অমদি নোং নংবা য়াবগী ওইথোকপা লৈবনিনা, য়াম্না খুদোংচাদবা পোৎ ওই। মতৌ অসুম্না ষন্না, 'পুম্নমক্কা ওন্নবা য়াবা' কোমোডিটি ওইরকপা মতমদসু, মখল কয়াগী কোমোডিটি পুথোক্লরক্লবা মতমদদি, মসিসু সমস্যা (problem) কয়া থোরকইল্লি। খরদং পনবদা, মর্সিদি অচৌবা পোৎনিনা, য়ামশিল্লক্লবদি থম্ফম, শঙ্গোল শেম্বা অরাইবা ওইরক্তে। অসিদসু নৎতনা য়াম্লবদি, পুথোক পুশিন তৌবদা খুদোং য়াম্না চাহন্দে। অতোপ্পা মরু ওইবা মরম অমনা মসিদি অহিংবা জিবনিনা, হেক্তা শিরকপসু য়াই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা অনৌবা সমস্য অমা সমাজনা মাইয়োক্লবা হৌবকখরে।

সমস্য অসি কোক্লবগীদমক মমল য়াম্বা ধাতু (metal) শিজিন্নদুনা 'পুম্নমক্কা ওন্নবা য়াবা' কোমোডিটি পুথোরকপা হৌরকখরে। ধাতুশিং (metal) অসিদি সনা (gold), লুপা (silver), কোরিন চিংবনা (copper) ওইনরমখি। মতৌ অসুম তৌনা হায়বিবা ধাতুশিং অসিনা, হান্নগী 'পুম্নমক্কা ওন্নবা য়ারম্বশিং' শা-যন, লিক্কোল থুম্নচিংবশিং অদুগী মহুৎ চপচানা শিল্লকখ্রে।

# পৈশানা মমলগী মওং ওইরকপা
# (The money form of value)

মথক্তা পিবিবা খুদম অসিদা ঐখোযনা ওক্কি মহুত্তা সনা গ্রাম অহুম্না ওইহল্লবদি, পৈশানা পোৎকি মমল ওইহনবা হাযবা অদু ওইবে। পোৎকি মমল পৈশাদা হোংলকখিবা অসি 'সমাজদা অনিশুবা অচৌবা শিনলম খাইদোকপগী' (The Great social division of labour) থৌবম হেক থোকখ্রবগী মতুংদগীনি। হায়বিবা শিনলম খাইদোকপগী থৌবম অসি কবিনা মশক তাকখিলগে হাযবদু, লৌউ- শিংউগী শিনলমদগী খুৎশা - হৈবগী শিনলম খাইদোবকখিবা (From farming to Handicrafts) অদুনি। সনা অমসুং লুপা অসিনা পোৎ পুম্নমক্কা ওন্নবা যাবা হাযবদু ওইবকখবে অমসুং মসিনা মখোয়দি 'পৈশা' (money) হাযবদু ওল্লকখবে। মসিদগী ফংলকখিবা কান্নবদি, চাংমান্নবা (Homogeniety) পিক্না পিক্না খাইদোকপা যাবা (Divisibility), পোৎচাও ওইবক্তবা (small volume) হায়বিবা মবমশিং অসিদগীনি।

পৈশা হাযবা অসি অখন্নবা কোমোডিটি অমনি, মসিনা অতৈ কোমোডিটি পুম্নমক্কি মমল ফোংদোকপগী থৌবমদা, সমাজদা অচৌবা কান্নবা অমা পিববনি। পৈশা হাযবা অসি থোবকখ্রবা মতুংদগীদি, কোমোডিটি পুম্নমক্কি মমল (Value) অসি পৈশাগী খুৎথাংদা ওন্নবা হৌবকখবে। পৈশা (Money) হাযবা অসি কবম্না থোবকখিবনো। মীওইবা ইতিহাসকি মিৎকুপ খুদিংগী লেপ্পা লৈতনা চৎথবক্লিবা পবিং অসিগী অকক্নবা তাঙ্কক অমদা, থোক্তবা যাদদুনা থোবকখিবা, সমাজগী থৌদোক (Social Phenomenon) অমনি। হাযবিবা থৌদোক (Phenomenon) অসি ইতিহাসকি অখন্নবা তাঙ্কক

অদুদা (specific historical period) থোরকখিবা সমাজগী সমস্যা (social problem) অমবু সমাজনা কোকহন্নবগীদমক (solve) হোৎনরকখিবগী মহৎনি (result)। সমস্যা অদু করিনা থোকহনখিবনো হায়রবদি মদু, সমাজগী তাঙ্কক অদুদা, পুথোবকখিবা মশিং যামখ্রবা মখল কয়াগী কোমোডিটিশিং অদু অমগা অমগা ওন্নবকপা মতমদা নাতৈ চাদবা থোবকখিবদগীনি। নাতৈ চাদবশিং অদুবু কোকহন্নবগীদমক ধাতুগী পৈশাশিং (metal money) অসি পুথোবকখিবনি। ইতিহাসকি তাঙ্কক অদুদা হাযবিবা সমস্যা (problem) অদুবু ধাতুগী পৈশাশিং অদুনা কোকহনবা ঙমখ্রবসু, মতুং তাবকপা ইতিহাসকি তাঙ্ককশিংদা অনৌবা সমস্যাশিং (problems) থোবকখি হাযবা অসি মখাদা নৈনবকখিনি।

## পৈশাগী মরুওইবা গুন অমসুং মসিনা তৌরিবা থবকশিং

## (Essence and Activities)

মথক্তসু হায়জখবে মদুদি পৈশা হায়বা অসিদি ইতিহাসকি লম্বেলদা, কোমোডিটি পুখোককপা (production) অমসুং ওন্নবগী (Exchange) থবক অসিনা মশুং মশুং থংলকপগা (develop) ইবোইননা, মতোমতা থোকচনকখিবনি। সনা, লুপা, ধাতুগী শেল নংত্রগা বেঙ্কাকি নোটশিং (Bank notes) অসি পৈশা ওইনা শিজিন্নৈ। মাসি, মতম শাংনা শিজিন্নবা যাবা পোৎলম অমা থিবকপদগী

ওইরকখিবনি। শাকাব্দ ১৯গী অদুৱাইদদি, মালেমগী লৈবাক অয়াম্বা সনা (Gold) অসিনা পৈশা ওইনা শিজিন্নবমখি।

পৈশা (Money) হায়বা অসিনা, পাংথোক্লিংবা থবক কয়া পাংথোকপা ঙমহল্লে।

পাংথোক্লিবা থবকশিং অদুদি:

১) কোমোডিটি অমগী মমলগী চাং লেপ্পা ঙমহল্লে।

২) মসিনা খুৎথাং (circulation) কয়াদা শিজিন্নবা ঙমহল্লে।

৩) মসিবু কনাগুম্বা অমনা তুংশিন্দুনা থম্বদা (accumulation) খুদোং চাহল্লে।

৪) পোৎ শোৎলুবগী শিংদোকপদা (payment) মসিনা যাম্না কান্নহল্লে।

৫) মসিবু মফম খুদিংমক্তা শিজিন্নবা যাহল্লে।

শা-ষণনা থুম্না (Salt) পৈশা ওইনা শিজিন্নবিঙৈদদি, কোমোডিটি অমগী মমলগী চাং অসি লেপ্পদা নাতৈ য়াম্না চারমদে। করিগীনো হায়বদা, কোমোডিটি অমগী মমল (value) 'থুমপাক্লা' লেপলকপা মতমদা, 'থুমপাক' অদুগী তংখাই (half) নৎত্রগা মশুং (quarter) শিজিন্নদবা য়ারক্তবগী তাঞ্জা য়াওবকপদা, 'থুমপাক' অদুবু খাইদোক খাইজিন তৌরকপদা নাতৈ চাদবা কয়া মাইয়োক্লখিবনি। অদুগা নাতৈ চাদবা অমনা, 'থুমপাক' অদু খুৎথাং ওইনা, অমগী খুৎতগী অমগী খুৎতা চৎলকপা (circulation) মতমদা, কাইগনবা ওইবনিনা (fragile) নাতৈ চাদবা হায়বদু ওই। অতোপ্পা নাতৈচাদবা অমনা, পৈশাগী মতৌগুম্না কনাগুম্বা অমনা তুংশিন্দুনা (accumulate) থম্বা মতমদা, অকায-অতোই থোকপা, নোংচবা মতমদা চোৎখবদি

'থুমপাক্কি' মওং কাইরকপা কয়া অসিনি। অতোপ্পা নাতৈচাদবা অমনা, পোৎ শোৎলুবগী শিংদোকপা (means of payment) মতমদা নাতৈচাদবা য়াম্না থোকই মরমদি, ঙসি ঐখোয়না শিজিন্নরিবা পৈশা অসিগুম্না নিংথিজনা তুংশিন্দুনা থম্বা য়াদবা পোৎনি। মফম খবদা 'শা-ষন্না' পৈশা ওইরিঙৈগী মতমদসু নাতৈচাদবা ময়াম অমা থোকই। 'শা-ষন' (cattle) হায়বা অসিদি অহিংবা জিবনিনা, তুংশিন্দুনা থম্বদা (accumulation) শিদোকখিবসু য়াই, ময়াং কংথরকপসু য়াই। অদুবু, ধাতুনা পৈশা ওইবক্লবা মতমদদি, মথক্তা পঞ্জিব্রিবা খুদোংচাদবা ময়াম অসি ফংহন্দবা ঙমলকখরে।

| পৈশানা তৌবিবা থবক<br>The Function of Mony | | | | |
|---|---|---|---|---|
| পোৎকি মমল লেপ্পা<br>Measure of value | খুৎথাং লান্না শিজিন্নবা<br>Means of circulation or Hoarding | তুংশিনবা নৎত্রগা পৈশিনবা<br>Means of Accumulation | শেন্দোল শিংদোকপা<br>Means of payment | মফম খুদিংদা চৎনবা যাবা<br>Universal money |

পৈশানা তৌবিবা খ্বাইদগী মরু ওইবা থবক্তি পোৎকি মমল লেপ্পনি। পোৎকি মমল (value) লেপ্পা ঙম্বগী থৌদাং লৌবা ঙম্ব বগীদমক পৈশা মাগীসু মমল অমা লৈজবা তাই। কোমোডিটি অমগা পৈশাগা ওন্নবা য়াবনিনা পৈশা অসিসু কোমোডিটি অমনি। অমবোমদা পৈশা হায়বা অসি অসুম্না উবা যাই মদুদি মসিগা অতৈ কোমোডিটি পুম্ব মক্কা ওন্নবা য়াই। মসিদগীসু, পৈশানা লৈবা (**purchase**) ঙমদবা পোৎ অমত্তসু লৈতে হায়বা অসি মীপুম খুদিংনা ঙাংনববনি।

সনাগী চাং খবগা কোমোডিটি অমগা মান্ননা লেপথোকপা যাই, মবমদি, সনাগা কোমোডিটি অদুগী মবক্তা মান্নবা অমদি যাওবিবনি। মদুদি কবিনো হায়বদা, সনাগী মমল অদুগা কোমোডিটি অদুগী মমল অদুগা মান্নে। অকক্লবা সনাগী চাং খবা অদুদা যাওবিবা মীওইবগী 'শু-নোম্বা' অদুগী চাং অদুগা কোমোডিটি অদুদা যাওবিবা 'শু নোম্ব'গী চাং অদুগা মান্নে হায়বনি। মসিসু মযেক খবা শেংবা বাৎপনিনা অসুম্না হায়গনি মদুদি, সনা অমসুং কোমোডিটি অনি অসিদা চংখিবা 'সমাজনা যাববা শু-নোম্বগী মতম' (socially necessary labour time) অদু মান্নে হায়বনি।

কোমোডটি অসিগী মমল পৈশাদা ফোংদোকপা অসিবু লৈবা যোনবদা হায়নবা 'মমল' (price) কোই (value expressed in money is called price)। মমাঙৈঙৈগী মতমদা, পোৎকা পোৎকা ওন্নবিঙৈদা (Barter system) পোৎ অমগী মমল অসিনি হায়বা লৈবমদে। খুদম হায়ববু, শিংজংগা/ফিগা (cloth) ওন্নবা মতমদা শিংজং অদুগী মমলনা ফি অদুনি অদুগা ফি অদুগী মমলনা শিংজং অদুনি। মতৌ অসুম্না, শিংজংগা/চেংগা ওন্নবা মতমদা শিংজংগী মমল অসি চেংনা ওই। মবম অদুনা কোমোডিটি অমগী মমল 'অসি ওই' হায়বা অমত্তা লৈবমদে। মমৈথংদা পৈশা (money) হায়বা অসি থোবকপদগী কোমোডিটি অমগী মমল (price) হায়বা অসি থোবকখিবনি।

পৈশাগী খুজিং (Monetary unit) হায়বদি পৈশাগী খুজিং অমমমদা যাওবিবা ধাতুগী চাং অসি ইউ:এস:এগী (USA) ওইনদি দোল্লার (dollar) কৌই, ফ্রান্সতনা (France) ফ্রাঙ্ক (Franc) কৌই, ভারত্তনা রুপি (Rupee) কোই, ইউ: কে (UK)দনা পাউন্দ

ষ্টর্লিং (Pound sterling) কোই, জর্ম্মন্দনা (Germany) মার্ক (Mark) কোই, রুশিযাদনা (Russia) রুবল (Ruble) কোই, চাইনা (china)দনা যুৱান (yuan) কোই, জপান্দনা (Japan) যেন (yen) কোই অসিনচিংবা।

পৈশাগী অতোপ্পা মথৌ অমদি. মীওই অমগী মখুত্তগী অতোপ্পা মীওই অমদা খুৎথাং ওইনা চৎহনবা ঙম্বা (circulation) অসিনি। অহানবদা, কোমোডিটি অম পৈশাগীদমক যোল্লি (sale) অমসুং মসিগী মতুংদা পৈশা অসিনা অতোপ্পা কোমোডিটি অম লৈবা (purchase) যাই। পৈশাগী মতেংনা কোমোডিটিশিংবু অমগা অমগা ওন্নহাল্লবা অসিবু 'কোমোডিটি খুৎথাং চৎপা' (commodity circulation) কোই। খুদম ওইনা 'কোমোডিটি খুৎথাং চৎপা' অসি অসুম্না উৎপা যাই মদুদি

কোমোডিটি → পৈশা → কোমোডিটি (c–m–c)

কোমোডিটি অমা খুৎথাংগী খোঙচৎতগী (circulation) তোকলর্কখিবা যাই অদুব্ পৈশাদি (money) খুৎথাং খোঙচৎতগী শুৎলেপ লেপ্লে। কোমোডিটি অমা খুৎথাংগী খোঙচৎতা (circulation) লৈ হ যবগী বাহল্লোক্তি, কনাগুম্বা অমনা কোবি (cabbage) অমা (কোমোডিটি অমা) কৈথেলদা পুখৎলক্লনা যোল্লে (sale) মদুবু কনাগুম্বা অমনা অমুক লৈবগা (purchase) অতোপ্পা কৈথেল অমদা অমুক যোল্লে, মদুসু অমুক কনাগুম্বা অমনা অমুক লৈবগা পুখ্রে। অসিগুম্বা থৌওং অসিদা হাযবিবা কোবি (কোমোডিটি) অদু খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) লৈ হাযগনি। অদুগা কবিগুম্বা 'কোবি' অদু লৈবগা (purchase) থোৎদুনা চাথোক্লবদি, মদু খুৎথাং খোঙচৎতগী তোকখ্রে হাযগনি। অদুবু পৈশাগী (money) মতাংদদি অসুম্না ঐখোযনা উই মদুদি,

মসিদি কোবিগুম্না চাথোকপা য়াদবনিনা (করিগুম্বা মতমদদি, পৈশা অসি অমুক মৈদা শুংদোক্লগা লৈতেংগী পোৎ ওন্থোকপসু, মরক মরক্তা য়াওই, অদুগুম্বা মতাংদদি, পৈশাশু খুৎথাং খোঙচৎতগী তোকই হায়গনি) পৈশাদি অদুম পৈশা ওইনা লৈ, অদুনা মহাক্কি খোঙচৎ অমুক হৌরকই। মবম অদুনা পৈশাগী খুৎথাং খোঙচৎতি শুংলেপ লেপ্তে হায়নরিবনি।

অহানবা হৌগৎলকপদদি পৈশা (money) অসি সনা অমসুং 'লুপাগী খাঙেন' (bar) ওইনা লৈনরমখিবনি অদুবু মমৈথংদা, শেল ময়েক (coin) ওইনা শিজিন্নরকখি। মীওই অমগী মখুত্তা পৈশা অসি কুইনা লৈগন্দে, মরমদি নুমিৎ খুদিংগী হিংবদা চংলিবা পোৎচংশিংগা হেক্তা ওন্নথোকই। অদুগা পৈশা ফংলিবা মীওইশিং অদুনা শেল ময়েকশিং অদু অরিবরা অনৌবরা (old or new) হায়বগী হিরমদা করিশু থৌশাদে।

কোমোডিটি লৈবা য়োনবগী (commodity economy) হিরম অসিনা মপুং মবৈ ফাগৎলক্লবা মতমদা, তুংশিনবা (accumulation) নৎত্রগা পৈশিন্দুনা থম্বা (Hoarding) য়াবগী মথৌ অসি পৈশা অসিমক্লা তৌবা হৌরকখরে। পৈশা অসিনা শেন্দোল শিংদোকপগী থবক (Means of payment) অসিসু তৌবা ঙমলকখরে। কোমোডিটিশিং অসি লৈবা অমসুং য়োনবদা শোৎপা (credit) য়ানরকখরে। শোৎলুবা খুদিংমক (credit) মতম খর লৈরগা পৈশা অসিনা শিংদোকপা য়াহল্লে।

পৈশানা খুৎথাংগী খোঙচৎতা (circulation) য়াওবা ঙম্বগী থবক অমসুং শেন্দোল শিংদোকপা (means of payment) ঙম্বগী থবকশিং অসিনা, কোমোডিটিশিং অসিবু খুৎথাংদা (circulation) চৎহন্নবগীদমক পৈশা কয়া য়াম্না দরকার ওইবগে (necessary) হায়বগী 'নিয়ম' (law) অদু ময়েক শেংনা খঙহনবা ঙমই। পুথোক্লবা অপুনবা

কোমোডিটি (Total commodities) পুম্নমক্কা ওন্নবা (exchange) য়াহ্নগদৌরিবা অমসুং খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation দা) লৈহনগদৌরিবা পৈশা হায়বা অসিগী মশিং অসি, দরকার ওইবা মশিং অদুদগী হন্থবা ওইরবদি, অপুনবা কোমোডিটিশিং অসি লোইনমক খুৎথাং খোঙচৎতা য়াওহনবা ঙমলোইদৌরিবনি, অদুগা হায়রিবা পৈশাগী মশিং অসিনা দরকার ওইরিবা অদুদগী হেল্লবদি, কোমোডিটিকী মমল (value) লেপলকপা মতমদা নাতৈচাদবা থোক্কল্লি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, কনাগুম্বা অমনা পৈশা মরাংকাইনা পাইরবদি, পোৎকি মমল (value) হেন্না পিগে হায়রকই। মরম অদুনা পৈশা কয়া য়াম্না খুৎথাং খোঙচৎতা য়াওহনগদগে হায়বা অসি খঙবা য়াম্না দরকার ওইরকই। মসি নিয়ম (law) অমগী মখাদা পুথোকপা য়াই।

পৈশা কয়া য়াম্না খুৎথাংগী খোঙচৎতা (circulation) য়াওগদগে হায়বা অসি করিগী মখা পোনবগে হায়ববু :

(ক) খুৎথাংগী খোঙচৎতা য়াওগদবা কোমোডিটি পুম্নমক্কি অপুনবা মমল (Total price) অদুগীসু মখা পোল্লি।

(খ) খুৎথাংগী খোঙজেলদা য়াওরিবা পৈশা অসিগী খোঙজেলগী অয়াংবা (speed) অদুগীসু মখা পোল্লি। খোঙজেল অসিনা অসুক্কি মতিক য়াংলিবমখৈ (fast) খোঙজেলদা য়াওগদবা পৈশাগী মশিং হন্থগনি, অদুগা হায়রিবা খোঙজেল অসিনা তপ্পগনা (slow) পৈশাগী মশিং হেঙ্গৎকনি। মসি, মখাগী অসুম্না ফোংদোকপা য়াই মদুদি,

$$\text{চংগদবা পৈশা} = \frac{\text{কোমোডিটিশিংগী}}{\text{খোঙচৎতা য়াওরিবা পৈশাগী অয়াংবা}}$$

খুদম অমত্তং যেংশি মদুদি,

চহি অমদা লুপা ক্রোব ১০০০গী কোমোডিটিশিং যোল্লে হায়না লৌবসি। অদুগা চাংচৎতা (average) লুপা অমমম্লা খুৎথাং খোঙচৎ (circulation) ৫০ চৎলি হায়না লৌবসি। অদু ওইববদি, মথক্তা পিবিবা নিয়ম (law) অসিগী মতুং ইন্না, অদুগা মথক্তা পিবিবা কোমোডিটিশিং অসি খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) যাওহন্নবগীদমক চংগদবা অপুনবা পৈশা (Total money required) অসি মখাদা পিবি।

$$\text{চংগদবা অপুনবা পৈশা} = \frac{\text{ক্রোব ১০০০}}{\text{৫০}} = \text{ক্রোব ২০}$$

শোংপা (credit) হায়বা অসি অসিগুম্বা পোৎশক অমনি মদুদি, মসিনা খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) যাওগদবা পৈশাগী মশিং অদুদগী খর্বদি হন্থহনগনি। কযামুক হন্থহনগদগে হায়বা অদুদি, শোংলগা যোনখিবা কোমোডিটিশিং অদুগী অপুনবা মমল অদুনে. অদুগা শোংতোক শোৎচিন তৌনবগী ককথৎনখিবা (mutually cencelling payments) অপুনবা মমল (value) অদুনা লেপকনি। মরম অদনা খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) যাওগদবা পৈশাগী মশিং অসি পুথোক্লবা চপচাবা ফোর্মুলাদি (formula) মখাগী অসিনি:

$$M = \frac{P - C + PD - CI}{mI}$$

মসিদা **M** = অপুনবা মথৌ তাববা পৈশাগী - মশিং।

**P** = যোনগদবা কোমোডিটিশিংগী - অপুনবা মমল (Total value)

**C** = শোংলগা যোনগদবা কোমোডিটিশিংগী - অপুনবা মমল ।

PD = শিংদোকখিগদবা অপুনবা পৈশাগী মশিং
CI = ককথোক ককশিন তৌনগদবা অপুনবা পৈশাগী মশিং।
MT= চাংচত্তা পোৎকা পৈশাগা ওন্থোক্লবগী মশিং (Average number of money turn over)

পৈশা হায়বা অসিনা মফম খুদিংদা শিজিন্নবা যাবা পৈশা, (Universal Money) হায়বা অদুসু ওইহনবা যাবে। মালেমগী ওইবা কৈথেলদা (world market) লৈবাক অনিগী মবক্তা, ললোন ইতিক তৌনবকপদা, সনা (Gold) হায়বা পৈশা অসিনা লৈবসু যোনবসু (sales and purchase) অনমক্তা শিজিন্নবা যাবে। অসিদসু নৎতনা সমাজ পুম্নমক্কি লন থুম (social wealth) হায়বদু তশেংনা ওইহল্লে। মালেমগী কৈথেলদা (world market) পোৎ লৈবা যোনবগী থবক চৎথবকপদা, লৈবাক খুদিংমক্কি পৈশা অসি সনানা ওইবা মতমদদি, নাতৈ চাদবা অমত্তা থোক্তে। লৈবাক লৈবাক্কি ওইনা মখোযগী পৈশাগী খুজিংশিংদা (monitary unit) যাওবিবা সনাগী চাং অসি মান্নদ্রবসু, শাদোক্লবগা মান্নহনবসু যাই। মবম অদুনা লৈবা যোনবদা, কাবসু খুদোংচাদবা থোকহন্দে। ঙাসস মসিমক চৎথবি হায়বা যাই, অদবু ঙসিমক্কি ওইনা মালেমগী কৈথেলদা লৈবা যোনবগী চৎথাবা থবকশিং অসিদি যাম্না লাইনা খঙবা যাদবা মওংদা লৈ। মসিগী মক ওইনা মবমাদ, ঙসিদি পৈশা অসি সনানা (Gold) লুপানা (silver) ওইদ্রে, তোঙাল তোঙান্না মমিং থোনবা অনম্বা চেজেৎ (printed papers) ওইনা শিজিন্নবে।

থবকশুবশিংদা খুশুমল (wage) মতিক চানা ফংহন্দবা (exploitation) হায়বা অসিদা যুম্ফম ওইবগা শের্মাখিবা সমাজশিংদাদ,

মীনাই লোইবগী সমাজ (slave owning society), ফিউদেল সমাজ (Feudal society), কেপিটেলিস্ত সমাজ (capitalist society), অসিগুম্বা সমাজশিংদদি, পৈশা হায়বা অসিসু মিচং মিখাই নাইবগী (partisan) গুন চেল্লকই। মসিনা তাক্লিবদি, পৈশা অসিগী মতেংনা মীনা মীবু ওৎপা (exploit) ঙমহল্লি। পৈশা হায়বা অসি কোমোডিটিনি। কোমোডিটি হায়বা অসিদি হিংবদা শিজিন্নবা পোৎসু ওই অদুগা অতোপ্পা কোমোডিটি অমগস্ ওন্নবা য়াবনিনা (হায়বদি লৈবা-য়োনবা য়াবনিনা) থবক শুফমশিংসু কোমোডিটি ওই। থবক শুফমগী মপু ওইবশিংনা, মখোয়গী থবক শুফমশিংদা, থবক শুফমগী মপু ওইদবশিং নৎত্রগা থবকশুবদা শিজিন্নবা খুশু- খুল্লাইশিংগী মপু ওইবা ঙমদবা লাইরবা, মশা শোন্দবা মীওইশিংবু থবক শুহন্দুনা কোমোডিটি কয়াবু পুথোকহনবা ঙমই। অশুম্না থবক শুহনবা অসিদা খুৎশুমলদি (wage) মতিকচানা (পিফম থোকপা অদু), মথক্কি সমাজশিং অসিদদি পিবিদে। মসিবু মার্ক্সিস্ত সোসিয়েল সাইন্সকি মিৎয়েংদা 'ওৎপা' (exploitation) হায়রগা খঙনরে। অসিগুম্বা ওৎপগী চাং অসি মীনাই লোইবগী সমাজদদি য়াম্না রাংই। হায়বিবা সমাজ অসিগী মনুংদদি, থবক শুরিবা মীনাইশিং অসিদা পিবিবা খুশুমল (wage) অসিদি, হয়েং থবক শুবা ঙম্নবা পিজবা, পিথকপা, ইমুংদা লৈহল্লবা অদুখক্তনা ওই। অদুগা ফিউডেল সমাজদদি, থবক শুরিবা লৌমীশিং অসিদা, মখোয়না পুথোক্লিবা পোৎথোক্কি, হায়বদি কোমোডিটি অদুগী শরুক খরদমক খুশুমল ওইনা পি। মসিনা হান্নগী ফিভম অসিদগীদি ওৎপগী চাং অসি খর হন্থে। অদুগা শেঞ্জাও পাইবগী - সমাজদদি (capitalist society) থবক শুবিবা শিনমীশিং (workers) অসিদা, মখোয়না পুথোক্লিবা কোমোডিটিশিং অদুগী মমল (value) অদুগী শরুক খরদমক

খুশুমল ওইনা পি। মসিদনা অমুক - ওৎপগী চাং অসি খরগা অমুক হৈন্থে। মথক্তা পিরিবা ব্রাফমশিং (case) অসিদগী উরে মদুদি, পৈশা হায়বা কোমোডিটি অসিনা, মসিগী মপু (পৈশা পাইরিবা মীদুবু) য়োকখৎলি অদুগা থবক শুহল্লিবশিংবু 'ওৎপি' (exploit তৌবি)।

## সনা অমসুং চেগী পৈশা

## (Gold and paper money)

### কোমোডিটিগী মমল তাংখৎলকপা (Inflation)

চেগী পৈশা অসি কবিনা ওইহনবগে হায়ববু, সরকারনা অয়াবা পিরবা (Recognise) 'চেগী পৈশানি' হায়না শক খঙনরবা চে অদুনা ওই। মসিনা খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) য়াওরিবা অমসুং পৈশা শিংদোকপদা (payment) শিজিন্নবিবা সনা অদুগী মহুৎ শিন্দোক্লবনি। খুৎথাং খোঙচৎতা সনাগী পৈশা অসি শিজিন্নবদা নাতৈচাদবা খবা থেংনরে মদুদি, মসি খাওদা হাপ্পুনা পুথোক পুশিন তৌবদা, তাহৌবা, মাঙখিবা কয়া থোকখ্রে। অদুগা, ঙাইহাক লৈতনা পাইথোক পাইশিন তৌবদা, সনাগী পৈশা অসি তুমশিল্লকই। অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা খরা অসি থেংনরকপদগী, খরা শাফগদবা অমনা শিন্দোক্লবা থিরকপদগী চেগী পৈশা (paper money) অসি থোরকখিবনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, চেগী পৈশাশিং অসি য়াম্না মন্থরক্লবা (worn out) অমসুং শেগাই-তুকাইবা য়াওরক্লবা মতমদা, অনৌবা চেগী পৈশানা অমুক ইরাই লাইনা শিন্দোকপা য়াই।

চেগী পৈশা (paper money) অসি খ্বাইদগী ইহান হানবদা, ইউ: এস: এ: দা শোক ১৬৯০ দা শিজিন্নবা হৌখি। রুশিযাদদি শোক ১৭৬৯ অদুৱাইদা থোবকপা হৌখি। সবকাবনা থাদোবক্লিবা (issue) চেগী পৈশা মশিং অাসগা, কোমোডিটিশিংবু খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) থম্বদা দবকাব লৈবিবা সনা অদুগা চাং মান্ননা লৈবর্বদি, চেগী পৈশাশিং অসিনা পোৎ লৈবা ঙম্বগী শক্তি (purchasing power) অদুগা, সনাগী পৈশানা লৈবা ঙম্বগী শক্তি অদুগা মানৈ। অদুবু বুর্জ্জুবা (Bourgeois) সবকারশিং অাসন, মখোযনা তৌগদৌবিবা থবকশিংদা খবচ তৌগদবা পৈশাগ (expenditure) অবাকপা পৈশাদগী (Income) অযাম্বা মতমদ হেনবনিনা, চেগা পৈশা অসি লৈফম থোকপদগী হেঙ্গৎনা লৈহাল্ল অসিগুম্বা থৌদৌ অসি লালগী (war) মতমদা, লৈবাক অনুন খুদোংথিবা থোক্লকপা মতমদা অমসুং অতৈ চবাংনবকপা মতমদা (chaos) যাম্মা তোইনা থোকই। মসিগী ফল ওইনা চেগী পৈশ (paper money) শসিগী মমল (value) হন্থবকই অমসুং মসিগী পোৎ লৈবগী শক্তিসু হন্থবকই।

## ইনফ্লেসন (Inflation)

ইনফ্লেসন (Inflation) হাযবা অসি সবকাবগী অসিগুম্বা ইকোনোমিগী (economy) ফিভম (situation) অমনি, মসিদা চেগী পৈশাগী (paper money) মমল হন্থবকই অমসুং মসিগী পোৎ লৈবগী শক্তিসু হন্থবকই। ইনফ্লেসন (Inflation) হাযবা অসি কবম্বা মতমদা থোকপগে হাযববু পুথোক্লবা কোমোডিটিশিং (produced commodities) অদুগা মান্ননা লৈফম থোকপা শেলগী মশিং অদুদগী

হেন্না লৈবক্লবা মতমদা থোকই। মসি কবিদগীনো হাযবদা পোৎনা (commodities) ৱাৎলে অদুগা পোৎ অদুগা ওন্নগদৌবিবা পৈশা অদুনা হেল্লে। মমাঙগী ৱাফমদা ঐখোযনা মাস খঙখ্রে মদুদি, পৈশা (money) হাযবা অসিসু কোমোডিটিনি মসিগা পোৎকা ওন্নগদৌবিবান (exchange)। অদুবু, ঐখোযগী পৈশা অসি চেগী পৈশানি মসিগী মমল (value) অসি শিংথানবা যাবা নত্তে (insignificant)। মবম অদুনা পোৎ অদুগী মমল (value) অদুগা পৈশা ওইবিবা চে (paper) অদুগী মমলগা (value) কবিসু মান্নবা যাদে। পৈশাগী চে অসিগী মমল (value) যাওই হাযনা লৌনবিবা অসিদি, মসিগী মমাইদা (face) সরকারনা সাহ তৌবদগীনি। অদুম ওইনমক মমল (value) হাযবিবা সমাজনা যাববা শু-নোম্বগী মতম (socially necessary labour time) অদু পৈশা ওইবিবা চে অসিদদি কখিসু যাওদে, মসিনা যাওবিবাদ সুপ্পতগী সরকারগা ওফিসয়েল (Government official) অদুগী সহি তৌবদ শিজিন্নবিবা শু-নোম্ন (labour) অদু খক্তনি, মসিদ শিংথাবা যাবা নত্তে মবম অদুনা চেগা পৈশানা মরাং কাইনব্লবা মতমদা, যোনগদৌবিবা পোৎ (commodity) অদুগী মপুনা, ওন্নগদৌবিবা চেগী পৈশা অদু হেন্না পিযু হাযবকপা মশানা তানি। ফিভম অসি অসুম্না ফোংদোকপা যাই মদুদি, পোৎ চৈগী মমল তাংখৎলে অমসুং ইনফ্লেসন (Inflation) থোক্লে। অদুগা অমবোমদা অসুম্নসু হাযগনি মদুদি চেগী পৈশা অসিগী লৈনা ওন্নগী শক্তি (purchasing power) হন্থরে। চেগী পৈশা অসিগী মমল (value) হন্থরে। অদুবু ইনফ্লেসন হাযবিবা ফিভম অসি কবিগুম্না চেগী পৈশাগী (paper money) মহুৎতা সনাগী পৈশা ওইনম্লবাদ থোক্লমলেই। মসিগী মরু ওইবা মবমদি, লৈদৌইদা সরকারনা অহেনবা সনাগী পৈশা (excess gold money) পথোক্লমলোই। মসিগা লোইননা

সনাগী পৈশাগী মমল (value) কৈদৌঙৈদসু হন্থবোই।

ইনফ্লেসন (Inflation) হাযবা অসিনা কোমোডিটিগী মমল হেঙ্গৎহল্লি। মসিদগী ঐখোযনা হৌজিক খঙলে মদুদি পোৎ অমগী 'মমল' (value) হাযবিবা অসি অতৈ কবিশু নত্তে, পোৎ (commodity) অসিদা যাওবিবা 'সমাজনা যানববা শু-নোম্বগী মতম' (socially necessary labour time) অসিবুনি। তৌবগীবুদি হাযবিবা পোৎ অসি শাবদা চংখ্রিবা 'মতম' অসিদি অমুক হোংদোক হোংজিল যাদ্রবনি - অদুনা 'মমল' অসি হোংবা যাদ্রবনি। অদুবু হাযবিবা পোৎ (commodity) অসিদা, কোন্না 'শু-নোম্বা' (labour) খবসু হাপচিনবা যাবি। খুদম ওইনা হাযববদা, হান্না পুথোক্লুবা পোৎ অদু কোন্না অমুক থাংদোক থাংজিল নৎত্রগা পুথোক পুশিল তৌববদি, হাযবিবা পোৎ অসিদা, অনৌবা 'শু নোম্বা' খবসু হাপচিনলে হ'যনা লৌবা যাই। অসিগুম্বা মতমদা পোৎ অসিগী 'মমল' (value) খব হেঙ্গৎলে হাযনা লৌগনি। অদুবু ইনফ্লেসন (Inflation) থোকপা মতমদা পোৎকি মমল হেঙ্গৎলি হাযবা অসিদি মথক্তা হাযনখিবা অসিগা খেন্নে। মথক্তসু হান্না হাযখ্রে মদুদি, ইনফ্লেসন থোকপা মতমদা চেগী পৈশা (paper money) অসিগী মশিং, ওইফম থোকপদগী খবা হেন্না লৈ। অদুগা কোমোডিটি অমা, লৈবা যোনবা হাযবা অসিদি কোমোডিটি অদুগা পৈশাগা ওন্নবনি। ওন্নগদৌবিবা পৈশা অদুনা মশিং হেন্না লৈববদি, ওন্নবকপা মতমদা, পৈশাগী মশিং অদুসু যামখৎলক্কনি। পোৎকা পৈশাগা ওন্নবকপদা, পৈশাগী মশিং হান্নদগী হেঙ্গৎলক্লবদি, মসিবু পোৎ তাংবা কৌই। বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিস্তকি (Bourgeois economist) মতুংইন্নদি, অসিগুম্বা ফিভম অসিবু সপ্লাইনা (supply) ৱাৎলগা ডিমান্দনা (Demand) হেনবা - হাযবদি, যোল্লিবা পোৎকি

চাংবুদি লৈগে হায়বনা মশিং হেনবা কৌই। 'সপ্লাই অমসুং ডিমান্দ' (supply and demand) হায়বা ৱাফম অসি তশেংনদি থোকই। হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ (commodity) অমা মরাং কাইনা ফংলক্তবা মতমদা, মদুবু ফংনবা তান্নরকপা মীগী মশিং হেঙ্গৎলকই। অসি নৎতবা অতোপ্পা ফিভম অমসু লৈরি মদুদি, পোৎনা মশিং হেল্লগা লৈবিনবা মীনা মশিং ৱাৎপসু লৈ মসিবুনা, 'সপ্লাইনা' হেনবা 'ডিমান্দনা' ৱাৎপা হায়বগা খঙনৈ। অসিগুম্বা মতমদসু হোংফম থোক্তবা (change) পোৎকি 'মমল' অদু হোংলকই - মসিদনা 'মমল' অদু তাথরকই - মসিবুনা পোৎকি মমল হোংথরকপা কোই। 'সপ্লাই' অমসুং 'ডিমান্দ'গী ৱাফম অসি করিনা শানরিবনো (regulate) হায়বগী মতাংদদি মীওইবা ঐখোয়গী ৱাখলদা য়াওরিবা 'ঐদি শিবা য়াদে' (instinct for survival) হায়বা পোৎশক অসিননি। অদুবু মমৈথংদা, সপ্লাই অমসুং 'ডিমান্দ'গী ৱাফম অসি 'বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিস্তশিংনা' (Bourgeois economists) শেন্দোং (profit) হেন্না ফংনবগীদমক শিজিন্নবা হৌবকখবে। হায়বিবা শেন্দোং অসি বুর্জ্জুৱা শিংগীদমক্তনি। খুদম হায়ববু, বুর্জ্জুৱাশিং অসিনা, পোৎ য়াম্না পুথোকপা মতমদা, মমল য়াম্না হোংনা লৈশিল্লগা, য়োন্দনা, (exchange) কৈথেলদা পুথোবক্তনা পৈদুনা থমজলি। মহাক্না পোৎ অদু লৈবা (purchase) মতমদা ওইরিবা ফিভম অসিদি, সপ্লাইনা হেল্লগা 'ডিমান্দনা' ৱাৎপা মতমনি, অদুনা পোৎ হোংলিবনি। অদুগা কোন্না কৈথেলদা পোৎ লৈনরক্তবা মতমদা, লোৎতুনা থমজিল্লিবা পোৎশিং অদু কৈথেলদা পুথোরক্তুনা মমল তাংনা (হেঙ্গৎনা) য়োল্লি। ফিভম অসিবুনা 'সপ্লাইনা' ৱাৎপা 'ডিমান্দনা' হেনবা হায়বা অদুনি - অদুনা পোৎকি মমল তাংলিবনি। অসিগুম্বা অকোনবগী ফিভম অসিদি শেন্দোংগীদমক্তা থওইনা শেম্বনি (artificial

creation)। অসিগুম্বা মখলগী 'থওইনা শেম্বা' ইকোনোমিগী ফিভম অসিবু বুর্জুৱা ইকোনোমিস্তশিংনা (Bourgeois economists) ইকোনোমিগগী 'ওইফম থোক্কুনা ওইবকপা আইন' (Objective law) অম ওইহনখ্রে। তশেংবগীদি মসি লাইববু ওৎলিবনি (exploit) হায়বগী মশক লাববা খুদম্নি।

ইনফ্লেসনগী যাম্না শাথিবা মওং অসি অসিগুম্বা ফিভম্মসু থোকহল্লি মদুদি, সমাজ অমদা পোৎ পুথোকপগা চাং অসিনা অসুম অসুম হন্থবকপা, অদুগা চেগী পৈশাগী (paper money) মশিংনা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকপা। মসিগী মযেক লাববা খুদম অসি, ১৯২০ গী চহিশিংদা জর্মন্দা থোকখবে। অহানবা মালেমগী লান্থাও (World War I, 1914 1919) থোকখ্রবা মতুংদা, জর্মন্দা কেপিটেলিস্টকি মওংদা কোমোডিটি পুথোকপগী (capitalist commodity production) চাং অসি অসুক্কি মতিক হন্থখরে। মরম অদনা পোৎ চৈশিং অসি অসুক্কি মতিক মবাং কাইখিদরে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, শিন্মীশিংদা পিগদবা খুৎশুমল (wage) অদু, সনাবু মহুৎশিনবা (Gold backed) চেগী পৈশা মতিকচানা লৈত্তবনা, চেক্তমগী পৈশা ছাক্তা পিখি। মরম অদুনা জর্মন সবকাবনা সনাগী মমলগা (Value of gold) চানদনা অহেনবা চেগী পৈশা (paper money) যাম্না নমশিনখি (printed)। মসিনা মরম ওইদুনা জর্মনগী চেগী পৈশা (German paper marks) অসিগী মমল (Value) অসি ১৯২৩গী নোভেম্বর থাদদি ইউ:এস:এ গী ডোল্লার (U S dollar) অমগা জর্মনগী চেগী পৈশা (Marks) ৪,০০০,০০০,০০০ (কোটি নিফুগা) মান্নখি। মসিনা তাক্লিবদি, ইউ:এস: ডোল্লার অমদা যাওবিবা সনা অদুগী মমল (Value) অদুগা জর্মনগী চেগী পৈশা (Marks) কোটি নিফুগী মমলগা মান্নে হায়বনি। মসি যাম্না শাথিবা জর্মন্দা থোকখিবা ইনফ্লেসনগী থৌদোক।

কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদদি ইনফ্লেসনগী মতমদা শিন্নীশিংগী খুশুমল (wage)অমসুং তলবসু হেঙ্গৎলি। অদুবু হেঙ্গৎলিবা অসি পোৎকি মমলনা হেঙ্গৎপগা চাংদম্নরুরবদি য়াম্না তপই। মরম অদুনা ইনফ্লেসনগী মতমদা শু- নোমলিবা কাংবুশিংনা অৱাবা কয়া মাইয়োক্লে। কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা পোৎচৈগী মমল অসি মতমগা ইরোইননা খরা খরা অসুম হেঙ্গৎলকপগুম উরকই। মসিগী মরুওইবা মরমদি, কোমোডিটি অমদা য়াওরিবা 'শু-নোম্বা' (labour) অসি অহানবদদি মীওই খরখক্তগী ওইরম্বা অদু মতমগা ইরোইননা, মীওই মশিং কয়াদগী ওইরকখি। মসিগী মরুওইবা মরমদি, সমাজগী শু-নোম্বগী শিনফম খাইদোকপা (social division of labour) অসি মশিং হেঙ্গৎলকপদগীনি। অদুগা কোমোডিটি অমদা য়াওরিবা 'অপুনবা শু-নোম্বা' (Total labour)অসিবু পিরক্লিবা (contribute) মীওইশিং অদুদা, হান্না মীওই খরদা পিরমলিবা 'খুশুমল' (wage) অদুগী চাংচৎতা মীওই খুদিংমক্তা পিনবা হোৎনরকপদা, অহেনবা পৈশা দরকার ওইরক্লিবা অদু ফংননবগীদমক চেগী পৈশা (paper money) মশিং হেঙ্গৎনা, খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation ) য়াওরিবা সনাগী পৈশা অদুগা চানদনা, সরকারনা নমশিল্লকই (print)। মসিনা মরম ওইদুনা পোৎকি মমল হেঙ্গৎলকপগুম উরকই। তশেংবগীদি মসি নত্তে। খুদম হায়ববু, ঙসিদগী চহি ৪০/৫০গী মমাঙদা সনা সল অম কাইথোক্লগা লৈবদা ফংলম্বা চেংগী চাং অদু ঙসিসু সনা সল অমগী মমলদা অদুম ফংলি। অদুবু চেগী পৈশাগী মমলদদি, হৌজিক্লা, হায়রিবা চেংগী চাং অদুগী মমল অদুনা মমাঙঙৈগী মমলদগী শরুক কয়া হেন্না ৱাংই (তাংই)।

ইনফ্লেসন হাযবা অসিনা লৈবাক অমগী ইকোনোমিদা যাম্না চবক চহিং নাইবা থোকহল্লি (disruptions in the economy)। ইনফ্লেসন হাযবগা খঙনবিবা অসিদি, পোৎ-চৈগী মমল তাংখৎপা অসিবুনি। ইনফ্লেসনগী মতমদা খ্বাইদগী ৱাবিবসি লাইববশিংনি। ইমুং মনুংগী হিংবা কোন্নবম্বা 'খুশুমল' (wage) অদু ইনফ্লেসন থোবকপা মতমদদি কোন্নবক্তে। মসিনি খুশুমলনা হিংবা কাংবুশিংগী অৱাবা। ইকোনোমি হাযবিবা অসি অতৈ কবিসু নত্তে- মসিদি হিংবদা চংগদবা পোৎ- চৈশিংবু ফংহন্নবগী থবক অদুবুনি। অসিগুম্বা থবকশিং অসি ইনফ্লেসন্না খুদোংচাদবা থোকহল্লি। অসিগুম্বা চবক চহিং নাইববা পৈশাগী ফিভম অসিবু অমুক হন্না চুমথোক্নবগীদমক শিজিন্নবিবা থৌওং (measures) কযামুক্কি মনুংদা অমদি, মশিং যামখ্রবা চেগী পৈশাশিং (paper money) অদুবু অনৌবা, হান্নগীদুগা মান্নদবা, মশিং যামদবা চেগী পৈশা অমনা মহুৎ শিন্দোকপা অসিনি। অনৌবা মওংদা পৈশা অমুক শিন্দোকপা হাযবা অসিদা কান্নবিবসি কনাদনো হাযববদি, মসি লৈঙাক্লিবা কাংলুপ (ruling group), বুর্জ্জুৱাশিং (bourgeois) অসিদনি। কেপিটেলিষ্টশিংনা বেঙ্কতগী পৈশা পুবগা (loan) কাববাব তৌই (হাযবদি কোমোডিটি পুথোকই)। অদুবু চহি খবগী মতুংদা পৈশাগী মমল (value) অসি অসুম অসুম হন্থবক্নুনা হান্না লুপা ১০০গা ওন্নবম্বা কোমোডিটি অদু, হৌজিক লপু্া ১০০০ গা ওন্নবা তাবে হাযনা খল্লসি। অসিগুম্বা মতম অসিদা, হাযবিবা কেপিটেলিষ্ট অসিনা পুথোক্লিবা কোমোডিটিশিং অসিগী মমলসু (value) যাম্না ৱাংলগনি। কবিগুম্বা মহাক্না বেঙ্কতগী পুকবা শেলফম অদু শিংদোকপা তাবগদি মহাক্না পুকবা (loan) শেলফম অদুখক্তং শিংবা তাবনিনা, চেগী পৈশাগী মমলদা যেংলুববদি, মহাক্না পুকবা শেলফম (amount) অদুগী শরুক খজিক্তমক

শিংলগনি। মরমদি, খুদম ওইনা হায়রবদা, মহাক্না পুরুবা মতমদা ওইরম্বা লুপা১০০গী মমল (value) অদু হৌজিক্তি, হায়বদি মহাক্না পৈশা শিংবা মতম অসিদদি লুপা ১০০০ অমগী মমল ওইরবনি। অদুগা মহাক্না শিংগদবদি শুপ্নগী লুপা ১০০ খক্তনিনা মহাক্না লুপা ৯০০ ওইজরবনি। মসিদগীসু ঐখোয়না উরে মদুদি, পৈশাগী মমল হন্থরকপদা (devalue) কান্নরিবসি কেপিটেলিষ্টশিংনি। অদুগা বেঙ্কতা পৈশা মচা মচা তুংশিনবা কাংবুশিংগীদি, লুপা ১০০ তুংশিনখিবা অদু পৈশাগী মমল হন্থরক্লবা মতমদা (devalue) মখোয়না বেঙ্কতগী ফংগদৌরর্বাস লুপা ১০ রোমতনি। অদুনা মাঙজরিবনি।

## পৈশাগী মমল হন্থহনবা (devalue)

কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদদি, পৈশাবু (চেগী পৈশাবু) অমুক হন্না শেমদোকপা অসি খক্তা নৎতনা, মখোয়গী পৈশাশিং অদুগী মমলসু হন্থহলি (devalue)। পৈশাগী মমল হন্থহনবা (devalue) হায়বা অসিনা খঙনবিবদি, সরকারনা লেপখ্রবা জাতি (লৈবাক) অদুগী শেলগী খুজিং (monitary unite) খুদিংমক্তা য়াওবিবা সনাগী চাং অদু হন্থহনবনি। খুদম ওইনা হায়ববদা, ভারতকি পৈশা লুপা (rupee) অসিগী মমল হন্থহনবা হায়বা অসিগী ব্রাহস্থোক্তি, লুপা অমদা য়াওগদৌবিবা সনাগী মমলগী চাং অসি হন্থহনবা হায়বনি। মসিনা অমুক তাক্লিবদি, অতোপ্পা লৈবাকশিংগা থম্নবিবা পৈশা ওন্নবগী (currency exchange) চাং অদুদগীসু হন্থহনবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, শোক ১৯৮৫গী অদুব্রাইদা

ভারতকি পৈশা, লুপা ২০ গা ইউ:এস: কি ডোল্লার (U.S. Doller) অমগা মান্নে। মসিনা উৎলিবদি, ইউ:এস: ডোল্লার অমদা য়াওরিবা সনাগী চাং অদুগা, ভারতকি লুপা ২০ দা য়াওবা সনাগী মমলগী চাং অদুগা মান্নে হায়বনি।

পৈশাগী মমল হন্থহনবা (devalue) হায়বা অসি শিজিন্নদুনা, বুর্জ্জুৱা সরকারশিংনা ইকোনোমিগী চরক চহিং নাইবগী (disruption of economy) ফিভম কোকহন্নবগী পাম্বৈ (measure) অমা ওইনসু শিজিন্নে। অদুগা অসিগুম্বা পাম্বৈ অসি শিজিন্নরকপদা, লাইরবা শুরি-নোমলিবশিংগী অৱাবা নমদুনা হেঙ্গৎহল্লি। লৈবাক অমনা মহাক্কি পৈশাবু মমল হন্থহনবগী উপায় (means) অসি শিজিন্নরকপগী মতাংদা, চাওখৎলক্লিবা, ভারতকুম্বা লৈবাক অমনা, মহাক্কি ইন্দস্ট্রিগী (industry) পোৎথোক হেঙ্গৎহন্নবগীদমক, ভারত্তা শাবা (পুথোকপা) ঙমদবা মেছিনশিং দরকার লৈরকপা অদু, চাওখৎলবা লৈবাক ইউ:এস: গুম্বদগী লৈননবা হোৎনরকপদা, মেছিন অদুগী মমল ওইনা পিখিগদবা পৈশা (US doller) অদু ফংনবগীদমক মালেমগী কৈথেলদা, ভারত্তা পুথোকপা কোমোডিটি কয়াবু য়োনবা দরকার ওইরকই। ঙসিদি কোমোডিটি হায়বা অসি মখল অহুম শুরে হায়না লৌনরে। অহানবা কোমোডিটি (commodity) অসিনা প্রাইমেরি ইন্দস্ট্রিনা (primary industry) পুথোকপনি, খুদম ওইনা, চানবা শা-ঙা (meat), ইনশাংনাপী (vegetables) শঙ্গোম, য়েরুম, চিনি (sugar) অসিনচিংবা অসিনি। অনিশুবা কোমোডিটিসনা সেকেন্দরি ইন্দষ্ট্রিগী (secondary industry) হায়বদি কল কারখানাগী (Factory)গী পোৎ-চৈশিং অসিনি। মেছিনশিং (Machines) হৱাগাড়ি (Automobile) রেডিও, টেলিভিজন, কম্পুটর (computer),

এরোপ্লেন (Aeroplane) অসিনচিংবনি। অদুগা অহুমশুবা কোমোডিটি অদুনা, টরসিয়েরি ইন্দষ্ট্রিগী (Tertiary industry) পোৎথোক, অতোপ্পগী সেবা তৌবা (service) অসিনি। শোক ১৯৭০গী চহিশিং অদুৱাই ফাওবদি, ভারতনা মালেমগী কৈথেলশিংদা (international markets) চিনি য়োন্দুনা ইউ:এস: ডোল্লার (Hard Currency- হায়বদি, মালেমগী লৈবাক খুদিংমক্তগী পোৎ লৈবা য়াবা পৈশা, কৌই) অসি য়াম্না ৱানা ফংনবা হোৎনখি। মসিগী মরুওইবা মরমদি, মতম অদুৱাইদা ভারত্তা পুথোকখিবা secondary industry গী পোৎথোকশিং অদু অতৈ চাওখৎলবা মালেমগী লৈবাকশিংগী (developed countries) পোৎথোকশিংগা চাংদম্নবদা অনেম্বা থাক্তা লৈখিবনা, মালেমগী কৈথেলদা য়োনবা শিংপা ৱাৎপদগীনি। মসিগী মথক্তা অমুক্কসু, চিনি অদু য়াম্না থুনা য়োনবা য়ানবগীদমক ভারতকি পৈশা (rupee) অসি মমল হন্থহন্দুনা (devalue), চিনিগী মমল হোংহল্লিবনি (value)। অদুগা পৈশাগী মমল হন্থহনবা ( devalue) হায়বা অসিনা লাইরবা শিন্মীশিংগী অৱাবা হেঙ্গৎহল্লি, পৈশাগী মমল হন্থবা (devalue) হায়বা অসিনা তাক্লিবদি, পোৎ- চৈগী মমল হেঙ্গৎলি হায়বনি। শিন্মী অমনা মহাক্কি থা অমগী 'তলব' অদুনা লৈবা কোন্নরম্বা অদু, পৈশাগী মমল হন্থরকপা মতমদদি কোন্নরক্তে - মসিনি শিন্মীগী অৱাবা হেঙ্গৎপা হায়রিবসি।

কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা, পাক্তক্লনা পৈশাগী মমল হন্থরকখিবা অসি শোক ১৯৪৯ অমসুং ১৯৬৭ তা থোকখি। মসিদা, পৈশাগী মমল হন্থরকখিবা হায়বা অসি করিগা চাংদম্নবদা ওইখিবনো হায়রবদি মসি, ইউ:এস: কি ডোল্লারগা চাংদম্নবদনি। মসিনা অমুক উৎলিবদি, হায়রিবা মতম অসিদা ইউ:এস: কি ডোল্লার দা য়াওবা

পৈশাগী খুজিং অমমম (monitary unit) অসিদা য়াওরিবা সনাগী চাং অসি করিমত্তা অহোংবা লৈতে। হায়বনি, অদুগা অতৈ কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংগী পৈশাগী মমল হন্থরকখি হায়বদি, লৈবাকশিং অসিগী পৈশাগী খুজিংশিংদা যাওরিবা সনাগী চাং অসি হন্থরকখ্রে হায়বনি। পৈশাগী খুজিং অমমমদা (monitary unit) য়াওরিবা সনাগী চাং অসি করিগী হন্থহল্লিবনো হায়বগী, মরম অমদি, লৈবাক অদুগী পুথোক্লিবা কোমোডিটিশিং অদুগী মবক্তা খরদি মালেমগী কৈথেলদা য়োনবদা খরা থুনা শিংনবগীদমক হাযবিবা কোমোডিটিশিং অদু হোংহন্দবা (cheaper) যাবক্তে। মসিগীদমক মালেমগী কৈথেলদা, মরু ওইবা পৈশা ওইরিবা (Hard currency) ইউ:এস: কি ডোল্লার অসিগা চাংদম্নবদা, নংত্রগা ডোল্লাবগা ওন্নবকপদা, লৈবাক অদুগী পৈশা অদু মশিং য়ামহনবা দবকাব ওইবকই। খুদম ওইনা হাযরবদা, ভারতকি পৈশা লুপা ২০ গা ডোল্লাব অমগা মান্নবিৎে মতমদা, ভারত্তা লমকোইবা (Tourist) লাকপা মীওই অমনা ডোল্লাব ১০০ পুবক্লবদি, মহাক্না ভাবত্তা লৈবিঙৈদা, লুপা লিশিং অনিগা ওন্নবা যাবনিনা, মহাক্না লুপা লিশিং অনি অসি খবচ তৌবা ঙমগনি। অদুগা করিগুম্বা ইউ:এস: ডোল্লাব অমগা লুপা ৪৫ গা মান্নবকপা মতমদদি, হাযবিবা লমকোইবা মীওই অদুনা ভারত্তা লুপা লিশিং মবি মখাযগী খরচ তৌবা যাগদৌবিবনি। মবম অদুনা ভারত্তা ইউ:এস: কি ডোল্লাব পুদুনা লাক্কদবা লমকোইবা মীওইশিং মশিং হেঙ্গৎহন্নবগীদমক ভাবতকি পৈশা, লুপা অসিগী মমল হন্থহনবগী দবকার ওইরকপসু য়াওই। অদুগা মমল হন্থহনবা (devalue) হাযবা অসিদা তৌরিবা থবক্তি, লুপা হাযবিবা ভাবতকি পৈশাগী খুজিং (monitary unit) অসিদা য়াওফম থোক্লিবা সনাগী মমলগী চাং অদু হন্থহনবনি। মবম অদুনা লৈবাক অমনা মতাক্কি ইকোনোমিগী ফিভম অদুগা চাননা শিন্ননবগীদমক পৈশাগী মমল হন্থহনবা (devalue) অসি শিজিন্নরকই।

শোক ১৯৭০গী অওনবা শরুক্তা ইউ:এস:এ: দা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংদা মহাক্কি ইকোনোমি অসি লালগী পোৎচৈ (Military Hardware) শাবরোমদা চৎথরকখি। মসিনা মরম ওইদুনা মালেমগী কৈথেলদা য়োন্নবা কোমোডিটি পুথোকপগী চাং য়াম্না হন্থরকখি। অসিগীসু মথক্তা মহাক্কি মশিং য়াম্লবা সিফাইশিং অসিবু থাকপদা (maintain) খরচকি (expenditure) চাং ৱাংখৎলকই। অমরোমদা হায়রগা, কোমোডিটি পুথোক্তুনা পৈশা তানবদি হন্থরগা সিফাইদা (Military) পৈশা থাদবনা হেঙ্গৎলকপা অসিন, মহাক্কি ইকোনোমি অসি মালেমগী কৈথেলদা শোকচিল্লকখি। মসিনা মরম ওইদুনা ইউ:এস: সরকার অসিনা, মহাক্কি চেগী ডোল্লার (paper dollar) অসিগা সনাগী ডোল্লার (gold dollar) অসিগা ওন্নবা (exchange) থিংজিনখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, ওইফম থোকপা চেগী ডোল্লার মশিং অদুদগী হেন্না লৈরকপদগীনি। চেগী পৈশা মশিং হেঙ্গৎপগী মরমদি ইউ:এস: তা কোমোডিটি পুথোক্লিবা শিন্মীশিংগী খুশুমল (wages) চেগী পৈশানা হেঞ্জিন্না (চেগী পৈশা অসুক্তগী হেন্না শিজিন্নবা য়াদে হায়বা পংখৈ অদুদগী হেঞ্জিন্না) শিজিন্নরুবদগীনি। মথক্তসু হায়খ্রে মদুদি, ইশাগী শিজিন্ননবা পুথোক্লিবা পোৎ অদু কোমোডিটি কৌদে। কোমোডিটি নৎতবা পোৎকি মমল (value) লেপথোকপা (অসুক ওইগদবনি হায়বা) য়ারবসু লেপথোক্লদে। খুদম হায়ববু ঐনা চানবা থাবা কোবিগী মমল (value) লৈতে হায়বা য়াবগুম্বনি, অদুবু তশেংবগীদি লৈরিবনি। মরমদি ঐগী চানবা ওইজরবসু, কোবি অদু পুথোকপদা, 'সমাজনা য়ারবা শু-নোম্বগী মতম' (socially necessary labour time) কয়াম য়াওরবগে হায়বা অসিদি পুথোকপা য়াই - অদুনা মসিগী মমল লেপথোকপা য়াই। অদুবু

অসিগুম্বা কোমোডিটি নৎতবা পোৎশিং অসিগী মমল (value) অদু পৈশাদা ওম্বোক্লগা, মদুবু চেগী পৈশা ওইনা নমথোক্লগা (print) পৈশাগী খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) যাওহনবদি যাদে। অদুম ওইনমক, চাননবা পুথোক্লিবা কোবি অদুদা ঐহাক্কি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) শিজিন্নথোকখিবনিনা, ঐহাক্কি পাঙ্গলগী মযেংদি খবা হন্থহল্লি। মতৌ অসুম্না লৈবাক অমনা, মশাগী ওইনা শিজিন্ননবা কোমোডিটি নৎতবা পোৎ পুথোকচৈ। অসিগুম্বা মতমদা লৈবাক অদুগী ইকোনোমি অদু খবদা ওইববসু শোম্থহল্লি। অসিগুম্বা কোমোডিটি নৎতবা পোৎশিং অসিগী মনুংদা সিফাইগী শিজিন্ননবা পোৎচৈশিং (military hardware) অসিসুনি। মতৌ অসুম্না ইউ:এস: এ:দা, ইকোনোমিগী চৎন-লোনচৎতা, অশোইবা অমসুং চবাংনবা (economic disruption) থোবকপদগী মদুবু লাকশিন্নবা ( control) পৈশাগী মমল হন্থহনবগী থৌবাং (measure) অসি শোক ১৯৭১ অমসুং ১৯৭২ দা লৌখৎলক্কুনা ইউ:এস: ডোল্লাব অমদা যাওবা সনাগী চাং অদু হন্থহনখিবম্মি। কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা অমুক মুক ইকোনোমিগী চবাং খোইবাংনবা (economic disruption) থোকহল্লিবা অসিগী মবম কযামুক্কি মনুংদা, মকওইবা মবমদি, লানগীদমক্তা শেম শাগৎলকপা (preparation for war) অমসুং লাল শোক্লবা অসিনি। মসিদা সিফাইগী খুজু-খুৎলাই পুথোক্লবা হোৎনবা (production of military hardware) অসিদা নৎতনা শিববা সিফাইশিংগী ইমুং মনুংদা পিবা ক্ষেত্তিপুবন (compensation) অসিসু অমনি।

# পৈশা পিগনি হায়না ইবা চে
# (credit money)

চেগী পৈশা লৈবগুম্না পৈশা ওন্থোকপা য়াবা চেসু (credit money) লৈ। খ্বাইদগী ইচম চম্বা 'পৈশা ওন্থোকপা য়াবা চেদি' (credit money) লল্লোন-ইতিক তৌবদা, পোৎ শোৎলিবা মীওইশিংনা (debtors) য়োল্লিবা মীওইশিংদা (creditors) পৈশা শোয়দনা শিংগনি হায়দুনা অইবা ওইনা পিবা চেশিং অদুনি। হায়রিবা চে অদুদা মরুওইনা ইরিবদি, অকক্নবা পৈশা মশিং (a certain amount) অমা অকক্নবা মতম (in a certain time) অমগী মনুংদা শিংগনি হায়বা অসিনি। হৌজিক ব্রাহং অম থোবক্লিবদি, অসিগুম্বা পৈশা ওন্থোকপা য়াবা চেশিং (credit money) অসি করিগীদমক থোরকখিবনো হায়বা অসিনি। মদুদি, কনাগুম্বা অমনা পোৎ লৈবা মতমদা ( পোৎ লৈবা হায়বা অসিদা তৌরিবা থবক্তি ঐগী পৈশাগা পোৎ য়োল্লিবা অদুগী পোৎকা ওন্নবনি ) পৈশা য়াওদনা (হায়বদি পৈশা পিরমদনা) পোৎ পুরক্লগা, য়ানবা মতম অমগী মনুংদা, পোৎ অদুগী অকক্নবা মমল (price) অদুবু পিরগে, হায়বদি শিংদোক্লগে, হায়বা ব্রাফম অসি য়ানরকপদগীনি। মদুদি কনাগুম্বা অমনা পোৎ শোৎপদা, কোন্না পৈশা শোয়দনা শিংগনি হায়বগী থাজবা পিনবা অমসুং 'অসিগুম্বা, মমল অসুকপিবা পোৎ অমা, হোংবা, চাওবা মীওই অসিনা লৌখি' হায়বা নিংশিংনবা, ইদুনা পিরম্বা চে অদুবু 'পৈশা ওন্থোকপা য়াবা চে' (credit money) কৌই। অদুগা অইবা বেঙ্ককি চেশিং (bank notes) অসিদি বেঙ্কনা শোইদনা পৈশা পিগনি হায়না ইবা চেশিং (bank's promissory notes) ওাক্তনি। চেশিং অসি হেক পিশিনবদা, বেঙ্কনা পৈশা হেক্তা পিথোরক্কনি।

কেপিটেলিজম্না অসুম মপুং -মবৈ ফাগৎলকপগা ইবোইননা খুৎথাং খোঙচৎতা যাওবিবা (circulation) সনাগী চাং অসি অসুম অসুম হন্থবক্লি। অদুগা খোঙচৎতগী লৌথোবক্লবা সনাশিং অসি, সনাখক্তগী থম্ফম ওইবা মফম অমদা, তুংদা শিজিন্ননবা থম্লবক্লে। ইউ:এস:এ:গী ওইনদি মখোযগী থম্ফম অসি ফোর্ট নোক্সতা (Fort knox) থম্মই।

## পৈশা শিজিন্নবগী মওং
## (monitary system)

'পৈশা শিজিন্নবগী মওং' (monitary system) হাযবা অসি লৈবাক অমগী পৈশা (money) অদুবু মতৌ কবম্না খুৎথাং খোঙচৎত যাওহনলিবগে (circulation) হাযবগী মওং অদুবুনি। লৈবাক খুদিংদা ধাতু (metal) অমসুং চেগী পৈশা (paper money) শিজিন্নৈ। কবিগুম্বা ধাতু মখল অমখক্তনা (সনা নৎত্রগা লুপা) পৈশা ওইনা শিজিন্নববদি, মদুবু 'ধাতু মখল অমখক্তনা পৈশা ওইবগী মওং' (monometalic system) কৌই অদুগা ধাতু মখল অনিনা পৈশা ওইনা শিজিন্নববদি মদুবু 'ধাতু মখল অনিনা পৈশা ওইবগী মওং' (Bimetalic system) হাযবগা থঙনৈ।

শকাব্দ ১৬ অমসুং ১৭কি অদুৱাইদদি, ধাতু মখল অনিনা পৈশা ওইনা শিজিন্নবা (Bimetalic system) অসি চাওখৎলক্লিবা লৈবাক অযাম্বদা (developing countries) শিজিন্নৈ। শকাব্দ ১৯গী লোইশিল্লকপা অদুৱাইর্দদি, কেপিটেলিষ্ট লৈবাক পুম্নমক্তবু, সনাদা যুম্ফম ওইবা 'ধাতু মখল অমখক্তগী পৈশা' (monometalic

system) ওন্থোক্লবক্নে। ধাতু মখল অমখক্তনা পৈশা ওইবগী মকুওইবা শক্তমদি (main features) (ক) অথিংবা যাওদনা সনাবু শেনযেক (coin) শেম্বদা শিজিন্নবা, পৈশানি খঙনবা পুম্নমক সনাগা পৈশাগা ওন্নবা যাবকপা, অদুগা লৈবাক অমদগী অতোপ্পা লৈবাক অমদা সনাবু পুথোক পুশিন যানবকপা। (খ) অথিংবা যাওদনা সনাগী শেনযেক (Gold coins) শেম্বা যাহনবা হাযবগী অর্থদি, কনাগুম্বা মী ওই অমনা, মশাগী সনা অদুগা শেনযেক্কা (Gold coins) ওন্নবা যাহনবা অসিনি। থবক অসিদি শেনযেক শাফমদা (mint) চৎলগা তৌগদবনি। অসিদসু নৎতনা, সনাগী শেল (Gold coins) পাইবা মীওইশিংনা, মখোযগী শেনযেকশিং (coins) সনাগী খাঙেন্দ (Gold bar) ওন্থোকপসু যাহল্লি। সনাগী ওইবা ধাতু অমখক্তগী পৈশা শিজিন্নবা (Gold monometalic) লমশিংদা, কোঁবি (copper) নিকেল (Nickel) অমসুং অতৈ ধাতুনা শাবা শেল অচোইবা (small change coins) কয়া শাদুনা শিজিন্নে।

অহানবা মালেমগী লাঞ্জাও (১৯১৪ ১৯১৮) হৌগৎলকপদগী হৌবদুনা কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা, চেগী পৈশা শিজিন্নবা হৌবকখবে। সনাগী পৈশা (Gold money) অসি ঙসিদি মালেমগী মফম অমত্তদসু শিজিন্নবক্ত্রে। মসিগী মক ওইবা মবমদি, কেপিটেলিজমদা থোক্লিবা মথোং মবম খঙদব। থৌদোকশিং (Capitalist crises) আসদগীনি। মসিগী অচম্বা খুদমদি, কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা 'পৈশা শিজিন্নবগী ডিসিপ্লিন' (Financial discipline) থুগাইবকপা, খুৎথাং খোঙচৎতগী লৌথোক্লবা পৈশাশিংবু লোন্না থম্ন বকপা (Black money), 'মিলিটরিগী পোৎ-চৈ যাম্না শাবা ইকোনোমি' (militarization of economy) অমসুং বুর্জ্জুৱা

সরকারশিংনা (Bourgeois states) থাদোরকপা চেগী পৈশা ময়াম অসিনা সনাগী পৈশা (Gold money) শিজিন্নবা য়াহন্দবনি। অসিদসু নংতনা থৌদোকশিং অসিনা লাইরবশিংবু অমুক্কসু অৱাবদা তাহল্লি। কেপিটেলিষ্ট লৈবাক পৈশা শিজিন্নবগী বজেট (Financial budget) খুদিংমক্তা, মখুৎতা লৈত্রিবা পৈশাগী অচৌবা শেনফম অমবু, লৈবাক্কি চাওখৎ থৌরাংদা শিজিন্নগদৌরিবনি হায়না হাপলিবা (Deficiet budget) অদুগী শরুক খরদি, অনৌবা চেগী পৈশা নমদুনা (Print) শিজিন্নরকপা অসিনা করিগুম্বা মতমদা ইনফ্লেসন (inflation) থোকহল্লি অমসুং মসিনা লাইরকশিংবু অৱাবদা তাহল্লি।

## কোমোডিটি পুথোকপদা শিজিন্নবা ইকোনোমিগী নিয়ম অমসুং মমলগী নিয়ম

## (An economic law of commodity production and The law of value)

পোৎ পুথোকপদা হিদান্নবা অমসুং নিয়ম নাইদবসি 'লন্নাইনা মপু ওইবা' (private ownership) হায়বা অসি চৎনরক্লবা মতমদা হায়নরুবা তৌদনা কোমোডিটিশিং অসি পংপুদা পুথোক্লরকখরে। মসিনা মরম ওইদুনা নিয়ম অমগী মখাদা থবক তৌনরক্রে। পোৎ পুথোকপদা পান্দম য়াওনদ্রে (unplanncd) অদুগা কনানা করি পুথোক্কদগে হায়বা অদুসু শিনদোক্লদ্রে (disorganised)। 'লন্নাইনা মপু ওইবা' (private ownership) হায়বা অসি সরকারনা য়ারিবনিনা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপায়শিংগী' (means of production) মপু ওইবা লন্নাই

মীওই কয়া থোরক্তুনা কোমোডিটি পুথোকপগী থবক তৌনবকখরে। মখোয়শিং অসিনা, সমাজ অদুগী শিজিন্নবা কোন্ননবা কোমোডিটি কয়াম পুথোক্কদগে হায়বা খণ্ডনদে। মানা মানা ঙস্বা ঙমখৈগী মনুংদা কোমোডিটিশিং অসি পংপুদা পুথোক্লরকখরে। সমাজগী মীওইশিংগা চানবা কোমোডিটি অসুক (অকক্লবা চাং অমা) পুথোক্কদবনি হায়বা অদু খন্নদ্রে -হায়বদি (plan) তৌদ্রে। অদুগা ব্রাফম অমনা, কোমোডিটি পুথোকপা হায়বা অসি কৈথেলদা য়োন্ননবনি (পৈশাগা ওন্ননবনি) অমসুং য়োনগদৌরিবগী মরমদি, মীয়াম্বু শিজিন্নহনিংবগী ব্রা নত্তে শেন্দোং ফংননবনি। শেন্দোং হেন্না ফংননবগীদমক, মানা মানা ঙস্বা শক্তিগী পংখৈনুংদা কোমোডিটিশিং অসি পংপুদা পুথোক্লবনিনা হিদান্নবগী (competition) ব্রাফম অসি থোবকখিবনি। 'লন্নাইনা মপু ওইবা' (private ownership) হায়বা অসিনা কোমোডিটি পুথোকপদা, প্লান (plan) তৌদে অমসুং হিদান্নবা (competition) থোকহল্লি।

'লন্নাইনা মপু ওইবা' হাযবা যুম্ফম অসিদা কোমোডিটি পুথোকপা মতমদা ওইবাক্লবা হিদান্নবা(competition) অমসুং 'নিযম নাইদবা' (disorganised) হায়বা অসিমক (লন্নাইনা মপু ওইবা গী যুম্ফমদা কোমোডিটি পুথোকপা মওংগী) কোমোডিটি পুথোকপগী চৎনবি (law) ওইরে। 'লন্নাইনা মপু ওইবা' (private ownership) অসিদা যুম্ফম ওইরগা কোমোডিটি পুথোকপা মতমদদি,'হিদান্নবা' (competition) অমসুং নিয়ম নাইদবা (disorganised) হাযবা অসি সুংশোই শোইদনা থোক্লগনি। ফিভম অসিদা লাকখিবগী মরু ওইবা মরমদি, পোৎ পুথোক্লিবশিংগী (private producers) মরক্তা শেন্দোং হেন্না ফংননবগীদমক অকনবা লান থেংনবকপদগীনি। অসিগুম্বা মতৌ, য়াম্না তোইনা থোকই মদুদি, য়োনবা শিংকদবা চাংদগী হেন্দোক্লা

কোমোডিটিশিং অসি পুথোক্লবকই। শিজিন্নবা কোন্নবদগী নৎত্রগা সমাজ অদুদা যাওবিবা 'লৈবা ঙম্বগী শক্তি' (purchasing power) অদুগী হেন্দোক্লা পোৎ পুথোক্লবদি, যোনবা ঙমদবা (শিৎতবা) পোৎ লৈহৌবগনি মসিনা অমুক পোৎ পুথোকপদা খুবৌ থাংবা (disruption) থোকহল্লি। অমুকসু, পোৎ পুথোক্লিবশিংদা (producers) অমসুং পোৎ অদু শিজিন্নবিবা (consumers) শিংদা নুংঙাইতবা পোকহল্লি।

'পোৎ পুথোক্লিবা উপাযশিংগী মপু' অসি লন্নাই মীওইশিংনা ওইবা (private ownership of the means of production) মতমদদি, পোৎ পুথোকপগী মমলগী (value) নিযমশিংনা ফনবা শিল্লকই (regulate)। লন্নাই মীওই কযানা 'পোৎ পুথোকপগী উপাযশিংগী' মপু ওইবকপা মতমদদি, পোৎ অসি পংপুদা পুথোক্লবকপসিনা মবম ওইদুনা, লৈবিগদবা মীওইশিংগী (consumers) মশিংদগী যাম্না হেনবা যাওবকপদগী পোৎ শিৎতদুনা চবাংনবা (chaos) থোবকই। চবাংনবা হাযবিবসি অতৈ কবিসু নত্তে (যোনবা শিৎতবা পোৎ যাম্না লৈনবকপদগী, অনৌবা পোৎ অমমুক পুথোকপা যাবক্তবা, মদুনা অমুক, পোৎ পুথোকপদা শকক যাবিবা শিন্মী খববু থবক্তগী লৌথোবকপা)। মকওইনা থবক্তগী লৌথোবক্লবা শিনমীশিংনা খুশুমল ফংদবদগী মযুমগী মীওইশিংদা চানবা থক্লবা মতিকচানা পিবা ঙমক্তবা অসিনি। অসিগুম্বা চবাংনবা থোবকপা মতম অসিদা 'মমলগী নিযম' (laws of value) হাযবা অসিনা মথক্তা পনলিবা 'চবাংনবা' অসি ফননবা শিল্লকই।

## মমলগী নিয়মশিং

মমলগী নিয়মশিং (Laws of value) হায়বিবা অসি, কোমোডিটি পুথোকপগা মরি লৈনবা 'ইকোনোমিগী নিয়মশিংনি' (economic laws)। অসিগুম্বা নিয়মশিং অসিগী মখাদা কোমোডিটিশিং অসি পুথোক্লিবনি অমসুং ওল্লবিবনি ( exchange) হায়বদি লৈবা য়োনবা তৌনরিবনি। অসিদসু নৎতনা হায়রিবা নিয়মশিং (laws of value) অসিসু কোমোডিটিশিং অদু পুথোকপদা চংখিবা সমাজনা লেপলবা, দবকাব ওইবা, শু-নোম্বগী মতম (socially necessary labour time) অদুগী চাং অদুগা চাননা ওইবিবনি (correspond) কোমোডিটি অমগীদমক পিরিবা পৈশা (price) অদুগা কোমোডিটি অসিগী মমলগা (value) মান্নগদবনি। [মমাঙগী ৱাফম অমত্তং নিংশিংশি মদুদি, কোমোডিটি অমগী মমল (value) অসি money না ফোংদোক্লবদি মদুবু price কৌবে (The value expressed in money is called the price)]। তশেংনমক্কি হায়রুরবদি, য়োল্লবগীদমক পুথোবক্লিবা পোৎশিং (commodities) অসিগা, মসিবু লৈগে হায়না লাক্লিবা( supply and demand) অনি অসিগী ফিভম অসিনা, পোৎ অমগীদমক পিরিবা মমল (price) অসি, থাঙ্গৈশেংবা মমল (value) অদুদগী হেনবা নৎত্রগা ৱাৎপা হায়বা অসি থোকই। কবিগুম্বা কোমোডিটি অমা পুথোকপদা য়াওখ্রিবা 'সমাজনা যাববা শু-নোম্বগী মতম' (socially necessary labour time) অদুবু কোমোডিটি অদুগী মমলনি হায়বিবনি। অদুগা মমল অসিবু পৈশানা (money) ফোংদোক্লবদি, মদুবু পোৎ অদুগী মমল (price) কৌই। মরম অদুনা কোমোডিটি অমগী মমল(value) অসিদি, অমুকপু পুথোকখ্রবদি

হোংদবনিনা, মসিগী মমল (price) অসি হোংলরোইদৌবনি। অদুবু পোৎ পুথোক্লিবগা, লৈগে হায়রিবগা (supply and demand) অনি অসিগী ফিভম্না, পোৎকি মমল (price) অসি হোংলকই হায়বনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, কৈথেলদা য়োন্নবা পোৎ মরাং কাইনা লৈতবা মতমদা, লৈগে হায়বা মীনা হেল্লবদি,( supply না ৱাৎলগা demand না হেল্লবদি) পোৎকি মমল (price) হান্নদগী ৱাংখৎলকই নত্রগা তাংখৎলকই। অদুগা supply না ৱাংলগা demand না নেমলবদি, হায়বদি কৈথেলদা পোৎ মরাং কাইনা লৈরবদি পোৎকি মমল(Price) অসি তাথরকই। অসিগুম্বা মতম অসিদা, মমলগী (value) নিয়ম (laws of value) অসি চৎনদবগুম উরকই। অদুবু খরা কুপথনা য়েংলবদি, হায়রিবা নিয়ম অসি অদুম্মক ইন্দুনা চৎলি।

এম: ইলিইনগী (M. Ilyin's)লাইবিক 'অচৌবা থৌবাং অমগী ৱাবি'(The tale of the great plan) হায়বা অদুদগী লৌথোরকপা মতেক অমত্তং মখাদা পিজরি। লাইবিক অসিদা, য়াম্না ময়েক শেংনা অসুম্না ইবি মদুদি, 'লন্নাই সমপত্তিদা য়ুম্ফম ওইরগা কোমোডিটি পুথোকপা' (commodity production based on private property) হায়বদি 'কেপিটেলিষ্টকি মওংদা কোমোডিটি পুথোকপা' (Capitalist commodity production) মতমদা, 'মমলগী নিয়ম' (laws of value) হায়বা অসিনা,করম্না পোৎ পুথোকপগী চাং কাইহন্দনা থম্বগে, হায়বা অদু উৎলি।

শ্রী ফোক্স (Fox) অসি পৈশা পাযবা মীশক অমা ওইরে। মাগী লৈরিবা পৈশা অসি ডোল্লার লক্ষ তরানি। পৈশা অসি থবক্তা শিজিন্নদবা য়াদে হায়না মহাক্না খল্লক্লে। মসিগীদমক শ্রী ফোক্সনা তৌবা য়াবা থবক খবরনচিংবদা য়েংবা হৌরক্লে। অসিদসু নৎতনা, মহাক্কি মরুপ মপাং

কযাদসু হংবা হৌবক্লে। এজেন্ট (agent) কযা থাদোক্তুনা থবক থিহল্লে। এজেন্টশিং অসিনা অহিং নুংথিল খাইদনা সহবগী মনুংদা তৌবা যাবা থবক থিবা হৌবক্লে। মমৈথংদা মখোযনা থিবিবা, তৌবা যাবা, থবক অসি ফংলে। মদুদি টুপি (Hat) শাবগী থবক অসি তৌবে। হৌজিক টুপি অসি মীযাম্না যাম্না পামনৈ, মবম অদুনা টুপি শাবগা যোনবদা পৈশা যাম্না ফংবা ঙমগনি। অতৈ থবক থিরুবগী দবকাব লৈত্রে হাযনা খল্লগা শ্রী ফোক্সনা টুপি শানবগীদমক শিনশং (factory) অমা শাবে। মতম অসিমক্তদা শ্রী পোক্সসু (pox), শ্রী ক্রোক্সসু (crox) অমসুং শ্রী নোক্সসু (knox) শ্রী ফোক্সকি বাখল অসি লৌখৎখ্রে। মবম অদুনা মখোয লোইনমক্লা টুপি শানবা শিনশংশি শাগৎনখ্রে থা তকাব্র মতুংদাদ, লৈবাক অদুদা, টুপি শানবা শিনশং কযা লৈবকখবে দুকানশিংদা টুপি হাপ্লা উপুশিংনা পিক থন্না লৈনবকখবে। গুদাউন (Godown) অযাম্বদা টুপি হাপ্লা উপুশিংনা পিকপিক থন্না লৈনবে। 'টুপি যোঙ্ভবি' 'টুপি ফংবগনি' হাযনা মীযাম তিনবা মফমদা লাওথোকপা, ইবগা য়েৎপা অসিনাচিংবা এডভর্তাইজ (advertise) কযা তৌনবে। অদুগা শিনশংশিংদসু টুপিশিং অসি লেপ্পা লৈতনা, খোঙজেল যাংনা পুথোক্লবে। অদুদগীদি শ্রীফোক্সনা, শ্রীনোক্সনা, শ্রীক্রোক্সনা হান্না উহৌদবা, খলহৌদবা, থৌদোক অমা থোক্লক্লে। মদুদি মীযাম্না টুপি লৈবা তোক্লবক্লে। শ্রীনোক্সনা মহাক্কি টুপিশিং অদুগী মমল চাম্মদা ২০ তাবগা যোল্লে। শ্রীক্রোক্সনা চাম্মদা ৪০ তাবগা যোল্লে। অদুগা শ্রীফোক্সনা মাংনা (at a loss) যোল্লে, কবি মবমগীনো হাযবদা টুপিশিং অদু যাবিবমখৈ যোহ্নোকখিনর্বান। অদুগী তুংদা ফিভম অসি অসুম অসুম ফত্তবা হেঞ্জিল্লকখি।..... অদুদগীদি পুম্নমক খঙলেপ লেপখবে। শ্রীফোক্সকি শিনশং অদু থিংজিল্লে। মাগাদা থবক তৌবম্বা

শিন্মী লিশিং অনি থবক্তগী লৌথোরক্লে। মখোয় পুম্নমক লমজাও সড়ক্তা কোইঙাওননা চৎনরক্লে। মথংগী নুমিৎতা শ্রীনোক্সকি শিনশং থিংজিল্লে। চয়োল অমরোমগী মতুংদা টুপি শাবা শিনশং পুম্নমক চপ লেপখরে। শিন্মী লিশিং কয়া থবক্তগী লৌথোরক্লে। টুপি শাবদা শিজিন্ননবা মেছিনশিং কোলহিং কারক্লে। শিনশং (iactory) তৌরম্বা লমশিংশু য়োম্থোক্রুরক্লে।

মতৌ অসুম্না চহি অমা অনি হৌখবে। শ্রীফোক্সতগী লৈরুবা, শ্রীক্রোক্সতগী লৈরুবা টুপিশিং অদু মল্লক্লে, তৎপা, শেগাইবা যাওবক্লে। মীয়াম্না অমুক টুপি লৈবা হৌরক্লে। হৌজিক্তি টুপি য়োনবা দুকানশিং অদু টুপি যাওদ্রবনি। উফুল থাংলবা, টুপি হাপলম্বা উপুশিং অদু দুকানশিংগী মনুংদগী হুন্দোক্লবক্লে। হৌজিক্তি মীয়াম্না লৈবা (purchase) কোন্নগদবা টুপি লৈনরক্ত্রে। খব চিহুহৌবা টুপিশিং অদু অমুক মমল তাংখৎলক্লে। অদুবু শ্রীফোক্স নৎতবা অতোপ্পা শ্রী ডুডলনা(Mı. Duddle) অনৌবা, শেন্দোং লৈবা টুপি কাববার তৌননবা টুপিগী শিনশং অমা শাগৎলক্লে। মতৌ অসুম্না শেন্দোংগী রাখল অসি অতৈ কাববার তৌবশিংদসু ফাওরক্লে। অদুনা শ্রী বুডলনসু (Mr. Buddle), শ্রীফাডলনসু (Mr. Fuddle) অমসুং শ্রী নুডলনসু (Mr. Nuddle) টুপিগী শিনশংশিং শাগৎনরক্লে। মতৌ অসুম্না হান্নগী মওং অদুদা, অমুক টুপি শাবা হৌগৎনরকখি।

মতৌ অসুম্না 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্ননবা উপায়শিংগী' (means of production) মপু লন্নাই মী ওইশিংনা ওইবদা য়ুম্ফম ওইরগা কোমোডিটি পুথোকপা মতমদা 'মমলগী নিযম' (laws of value) মতৌ করম্না শান্নরকপগে হাযবা অদু মখাদা উৎলি। মদুদি (ক) 'মমলগী-নিয়ম' অসিনা হায়নরুবা তৌদনা, 'পোৎ পুথোকপদা

শিজিন্নবা উপায়শিং (means of production) অমসুং 'শু নোম্নগী পাঙ্গলশিং' (labour power) অসি 'পোৎ পুথোকপদা চংলিবা মশা মবেংশিং' (various branches of production) অসিদা শিন্দোবকই (distribute) (খ) 'মমলগী নিয়ম' অসিনা পোৎ পুথোক্লিবশিংবু, মখোয় মখোয়গী পোথোক্কি চাং মপুং-মবৈ ফাগৎহন্নবগী হোৎনবকপদা, 'পোৎ পুথোকপগী শক্তিবুসু' (productive force) হেঙ্গৎহল্লি। কোমোডিটি অমগী 'মমলগী চাং' (Magnitude of the value) অসিদি 'সমাজনা দবকাব লৈবে হায়না যাববা শু নোম্নগী' (Socially necessary labour )চাং অদুনা লেপকনি। অয়ব্বা টেক্নোলোজি (good technology) অমসুং 'মচু তানা শিন লাংবা' (better organisastion) অসিনা কোমোডিটি অমগী মমল (value) অসি 'সমাজনা দবকাব লৈবে হায়না যাববা শু নোম্নগী' চাং অদুদগী হন্থবনিনা, শেন্দোং হেন্না ফংহনবা ঙমই। (গ) অকক্লনা ফিভম খবগী মখাদাদ 'মমলগী নিয়ম' (laws of value) অসিনা 'কেপিটেলিষ্টীক মারশিং' (capitalist relations) থাস থোকহল্লে অমসু মপুং ফাবা লাগৎহল্লি। মতং আসদা 'কেপিটেলিষ্টীক মরিশিং' (capitalist relations) হায়বদি মরিশিং আসগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি, কেপিটেলিষ্টিক মওংদা পুথোক্লবা (capitalist production) পোৎ অদুগী মপু (owner) কনানা ওইরিবগে হায়বা অসিনি। মসি গ্রখোয়না খঙ্লবা কেপিটেলিষ্টশিং অসিনি। কৈঘেলদা পোৎকি মমল (value) নাক নকম ইবা অসিনা, মীয়ামগী (প্রজাশিংগী) মরক্তা মাল্লদবা 'শেল থুম' (economic inequality) ফিভম অসি অমুক্ত হেঙ্গৎহল্লি। অসিদসু নংতনা পোৎ পুথোক্লিবশিংগী মরক্তা মুন্নবসু (struggle) হেঙ্গৎহল্লি। ফিভম অসি মথাক্কি লৈনবা অসিদসু তশেংনা উৎখ্রে। পোৎ পুথোক্লিবশিংগী মরক্তা হিদান্নবকপা

(competition) অসিনা পোৎ পুথোক্লিবা খবদি মাং-তাকহল্লি অদুগা খরবুনা যাম্না ইনাক- খুলহল্লি। 'মমলগী নিয়ম' (laws of value) হায়বা অসিনা মথৌ তৌরকপা (operate) মতমদদি পোৎ পুথোক্লিবশিং (producers) অসি 'থাক থাক নাইনা থম্বা (stratification) হৌরকখরে। খরনা বুর্জ্জুৱাশিং (Bourgeoisie) ওইহনখ্রে অদুগা খরনা প্রোলেটরিয়েট (proletariat পোৎ পুথোকপা উপায়শিংগী মপু ওইবা ঙমদবা মীওইশিং) ওলহনখ্রে। মতৌ অসুম্না সমাজগী ওইনা পুথোক্লিবা (social production) কোমোডিটিশিং অসি কেপিটেলিষ্ট খরগী মখুত্তা পুনশিল্লকই (concentrate)।

## কোমোডিটিশিংনা তৌবা ঙমদবা লৈতে
## (The Fetishism of Commodities)

কোমোডিটি অমা পুথোকপদা শিজিন্নরিবা 'শু-নোম্বা' (labour) অদু লন্নাই নীওই অমগী ওইজববসু কোমোডিটি অদুমক্তি সমাজগী ওইরকই। কৈথেলদা, অমগা অমগগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অসি মীওইবশিংগী মরক্তা নৎতবগুম উই, অদুগা লৈনরিবা মরি অসি কোমোডিটিশিংগী মরক্তা ওইনা উই। কৈথেলদা কোমোডিটি অমা হেক ওন্নখিবদা (exchange) মসি মপুনা হায়বা ইন্দবা হায়বদু ওইরকখরে, হায়বদি করিগুম্বা পোৎ অমা ঐঙোন্দগী কনাগুম্বা অমনা হেক লৈখিবদা, হান্না ঐগী ওইরম্বা পোৎ অদুদা, ঐহাক্কি হক কবিসু লৈখিদবা অদুনি। অদুবু করি থোক্লগদগে হায়বা খঙদবা, মনিং তম্বা পুন্সি অমদা হিংলবগুম্বনি। 'পোৎ পুথোকপগী উপাযশিংবু লন্নাইনা মপু ওইবা'

(private ownership of the means of production) হায়বা অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা পুথোকপা কোমোডিটিশিংগী ইকোনোমি অসিগী মশাদা য়াওজবা (inherent) 'পোৎ পুথোকপগী মরিশিং'গী (relations of production) মওংবু, অমদগী অমদা হোংদোক হোংজিল য়াবা অসিগীদমক মসিবু মার্ক্সনা কোমোডিটিগী 'তৌনিংবদা তৌবা ঙম্বা' (fetishism) মগুন্নি হায়না লৌই। মথক্কি ৱাফম অসি, কোমোডিটি অমগী মপু (owner) অসি খ্বাইদগী ইহান হানবদা, হায়রিবা কোমোডিটি অদুবু পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপায়শিং (means of production) অদুগী মপু (owner) অদুনা ওইরম্বনি, অদুবু মসি ওন্নখ্রবা (exchange) মতুংদদি, মসিগী মপু অসি অতোপ্পা মপু অমদা হোংখ্রবনি। মতৌ অসুম্না, অমুক্কসু ওন্নরবদি (exchange), মসিগী মপু অসি অমুক্কসু হোংগনি। মরম অদুনা কোমোডিটি অমনা মসিগী মপু হোংদোক হোংজিল তৌবা ঙম্বা অসিবু কোমোডিটিগী 'তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা' (fetishism) মগুণ কৌই।

কোমোডিটি পুথোকপা অসিনা মপুং-মরৈ ফাগৎলক্কবা মতমদা, মসিগী অরোইবা থাক্তা লৈবা মওং অদু ওইরকই, মওং অসিদি অতৈ করিসু নত্তে, পৈশাগী তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা' (money fetishism) অসিনি। মসিগী অর্থদি, সনানা (হায়বদি পৈশানা) লৈনিংবা পোৎ লৈবা ঙম্বা অসিবুনি। মীয়াম্নদি অসুম্না উই মদুদি, সনানা লৈনিংবা পোৎ পুম্নমক লৈবা ঙমলিবগী মরু ওইবা মরমদি, সনা অসিগী মগুন্ননি। সনা'গী মগুন অসি করিদগী ওইরকখিবনো হায়রবদি, মীয়ামগী মরক্তা শেমলকখিবা অখন্নবা মরি অসিননি- অদুগা মরি অসিদি, অতৈ করিসু নত্তে, কোমোডিটি পুথোক্লবগীদমক মীয়ামগী মরক্তা শেমখিবা মরি (relations of commodity production) অসিনি। 'কোমোডিটিগী

[illegible] তৌব ওস্বা' (commodity fetishism) অসি ইহান হান্না [illegible] পুথোকখিবনি। মতাক্লা অসুম্না ফোংদোক্লমখি মদুদি, 'পোং পুথোকপগী উপাযশিংবু লন্নাইনা মপু ওইবা' (private ownership of the means of production) হাযবা অসি মুথৎপগা লোইননা (with the abolition) 'কোমোডিটিগী তৌনিংবতা তৌবা ওস্বা' (commodity fetishism) অসি শোইদনা মাঙখিগনি।

## কেপিটেলিজম হাযবা অসি কবিনো?

(What is Capitalism)

সমাজনা মপুং-মবৈ ফাগৎলকপগী অকক্লবা তাক্কক অমদা, 'কোমোডিটি পথোকপা' (Commodity production) হাযবা অসিনা, 'কেপিটেলিজম' (Capitalism) থোবকতনবগী দাযত্ব (responsibility) তৌরকই।

[illegible] '[illegible]' (simple definition) অমদা হাযরি, "কেপিটেলিজম হাযবা অসি অদুগুম্বা 'সমাজগী চংনলোনচং' (social character) অদুদা পিবা মমিং অমনি। হাযবিবা 'চংনলোনচং' অদুগী মনুংদা 'লৌ-শিং উনবা লম' (Farming land), 'শিনশঙশিং' (factories) 'থবক শুবদা শিজিন্নবা খুজু খলাইশিং' (implements) অসিনচিংবা পোৎলমশিং অসিগী মপু অসি লৌওই খুজোক থবগী ওইবা, 'লমগী মপুশিং' (land owners) অমসুং কেপিটেলিষ্টশিংনা (capitalists) ওই। অদুগা মশিং য়ামলবা মীযামগী

শরুক অমনা, মরল-মথুম লৈতবা, লৈরগসু খজিক খক্তা লৈবা, মীওইশিং অদুনা, অতৈ উপায় লৈতবদগী, শিন্মী ওইনা মশাবু অতোপ্পনা নেকহল্লি ( hire)।"

কেপিটেলিজম থোরক্লবগী ফিভমশিং অসিদি মখাদা নৈনরি। মদুদি, বুর্জুৱা ইডিওলোজিষ্টশিংনা [(Bourgeois ideologists) কেপিটেলিজম্বু অফবনি হায়না ঙাংবা মীওইশিং)] মতৌ করম্না কেপিটেলিষ্ট অমসুং শিন্মীগী কাংলুপশিং অসি থোরকখিবনো হায়বগী ইতিহাস অসি থওইনা (deliberately) শেরান তুরান হায়জিল্লি। মখোয়শিং অসিনা অসুম্না হায় মদুদি, মীওই খরদি শুব-নোম্বা য়াম্না কল্লি, অদুগা পৈশা নুংশাশু য়াম্না লিক্লা শিজিন্নৈ অদুগা মীওই খরনা শুব- নোম্বা য়াম্না তল্লি। অহানবগী কাংলুপ অসিনা লন-থুম তপলি তপলি লেপশিনবা ঙমলকখি অদুগা অকোনবগী কাংলুপ অসিনা লাইরবা ওইরকখি। মসিমক্তি কেপিটেলিজমগী অরানবা ইতিহাসনি। কেপিটেলিজম (capitalism) হায়বা অসি থোরক্লবগীদমক মরু ওইবা ফিভম অনিখক দরকার ওই। অহানবা ফিভমদি, মশামক্কি ওইনদি নিংখা তমজরবা (freeman) মীওইশিং তৌইগুম্বসুং 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়দি' (Means of production) লৈজদবা, নৎত্রগা হিংবদা চংবা পোৎলমশিংশু লৈজদবা মখোয়শিং অদুনা, মখোয় মখোয়গী 'শু- নোম্বাগী পাঙ্গল' (labour power) অদু য়োন্দবা য়ারক্তবগী ফিভম অসিনি। অদুগা অনিশুবা ফিভম্না, কনাগুম্বা খরগী মখুত্তা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়' (means of production) ময়াম অম পৈশিন্দুনা লৈরক্লবা অমসুং লোইননা পৈশা ময়াম অমসু লৈশিল্লক্লবা ফিভম অসিনি। হায়রিবা ফিভম অনি অসিনা কেপিটেলিজম থোরকহল্লি। ফিভমশিং অসি, 'ফিউডেল সমাজগী' (feudal

society) চৎনবোল্ল মথাদা, অপিকপা কোমোডিটি পুথোকপা মাওইশিংবু, থাক আন থোক্লা খাযদোবকখিবা মতম অদুৱাইদগী থোবকপা হৌবকখ্রবনি।

কেপিটেলিস্টকি মওংদা পোৎ পুথোকপগী থবক (capitalist mode of production) অসি যাম্না খোঙজেল থুহনখিবগী মকুওইবা মবমদি অচৌ অচৌবা লৌপুশিংনা (Big land lords), নৌনা খোবাক্লবা বুর্জোবাশিংনা (Bourgeoisie), অমদি সবকাবগী ফম্নাইবশিংনা লৈটিনবা মাযামশিংদ থেনা থিনা ওৎ নৈবা হেঙ্গৎলকপদগীনি। অদুগা কেপিটেল তংশিনবগা (capital accumulation) থবক হৌগৎলকপা মাসনা, কেপিটেলিজম থোবকহন্নবগা যাম্না দবকাব ওইববা ফিভম অদু শেমাগৎলে। মার্ক্সনা অসুম্না ইবমখি মদুদি অঙনবা মতমগী পৈশা তংশিনব (primitive accumulation) কবম্না হৌবকখিবনো হাযবসি অতে কাবসু নতে, মসিদি 'পোৎ পুথোক্লিবশিংনা' (producers) মখোযনা শিজিন্নবিবা 'পোৎ পথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিং' লৌসে মখোয মশানা শিজিন্নবা তোকলকপা হৌবকখিবদগীনি। মসিগী অর্থদ, পোৎ পুথোক্লবা মাওইশিং (producers) অদুনা মখোযনা শিজিন্নবম্না 'পোৎ পুথোকপগী উপাযশিং' অদুদু থাদোক্লগা অতোপ্পা মাওইশিংগ নেক্তুনা (hire) শিজিন্নহনবা হৌবকখিবদগীনি 'অঙনবা মতমগী পৈশা তংশিনবা' হাযবা অসি, মশক নাইবা মওং অম ওইনা, ইংলেন্দা থোবকপা হৌবকখি। মফম অদুদা লৌপুশিংনা, লৌমীশিংতগী ওইবা অপুনবা লৌফমশিংবু (peasant's communal land) নমদুনা মুল্লি অদুগা লৌমীশিংবুনা মযুম মযুমদগী তাম্থোকপিখি। অদুগা হান্না লৌ উনবম্বা লৌবকশিংব যাও যোকপা শঙ্গাবুংশিং (sheepraring pastures) ওন্থোকখিবম্নি।

হিংনবগী পাম্বৈশিং (means of subsistence) মৎপিরবা মীওই কয়া কয়াবু, ময়ুম-মকৈ লৈতবা (vagrants) চাক্লি-ফিনিবা, লমহেন তুহেনবা (villains) কয়া ওইহল্লকখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, চাক্লি ফিনিবা, লাইরবশিং অসিবু লাকশিন্নবগীদমক তমথিরবা আইন কয়া শেমলমখি। তশেংনর্মক্লি হায়করবদি, লৌমীশিংদগী লম মৎপিখিবা অসিদগী ফল (result) অনিখক থোরকখি, মখোয়শিং অদুদি, অহানবদা মৎলবা লমশিং অসি (য়েংনরুবদা মশিংদি পংয়াম য়ামদবা) মীওই খরগী লন্নাইগী সমপতি (private property) ওইবকখরে। অনিশুবদা ইন্দষ্ট্রিগীদমক্তদি, মশিং লাকঙমদ্রবা, খুৎশুমলগীদমক থবকশুবা মীওই (wage earners) কযা পুথোরকখ্রে। মতৌ অসুম্না কেপিটেলিজম থোবক্লবগী তঙাই ফদ্রবা ফিভমশিং অদু শেম্বা হৌরকখরে। মখোয়শিং অদুদি: মশা মশাশি মনিং তমজরবসু (freeman), 'পোৎ পুথোকপগী পাম্বৈশিংবু' মৎপিরবা, মশাগীনি হাযবা সমপতি লৈজদ্রবা মীওই কয়া কয়া লৈবা হৌরকখরে। মার্ক্সকি মতুং ইন্নদি, কোপিটেলিষ্টশিংনা, মখোয়গী চাওর-চাওববা কাববারশিং লিংখৎপদা য়াম্না দরকাব ওইরিবা অচৌবা শেনফমশিং অদু শেমগৎলকপদা ওইখিবা মক-ওইবা মরমশিংদি মখাদা পিজবি: (ক) লোইলম শেম্বগী চৎন-পথাপ (colonial system), অতোপ্লগী মপোৎ মরল মুন্দুনা লৌবা (plunder), অমেরিকা, এশিয়া অমসুং অফ্রিকাগী মীয়ামশিংবু মীনাইগী থাক্তা থমদুনা থবক শুহনখিবা। (খ) টেক্স খোমগৎপগী চৎনরোল (The Tax system) টেক্স খোমগৎফম শেম্বা (Tax Farming), মোনোপোলি (monopoly) অমসুং অতৈ অতোপ্লা লম্বিশিং শেমদুনা, মীয়ামদগী খোমগৎলবা অপুনবা টেক্স অদুদগী শরুক খরদং ফংহৌবা। (গ) অতোপ্লা ফাওজিল্লক্তনবা ঙাকশেনবগী

চৎনলোনচৎ (The system of protectionalism) লৈবাক অমগী সবকাব অমনা মহাক্কি ইন্দষ্ট্রিশিংবু ঙাকশেন্দুনা থম্নবগীদমক অতোপ্পা লৈবাকশিংগী ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোক চংহন্দবা। (ঘ) শিনমীশিংবু যাম্না নুংশি হৈতবা মওংদা থবক শুহনবা।

'কেপিটেল' কবিনো হায়বগী মতাংদা পুম্নমক্না যানববা ব্রংক্ম: কোমোডিটি পুথোকপা (commodity production) হায়বা অসিনা মপুং মবৈ ফাগৎলকপগী (develop) পবিংদা যাওবা তাঙ্কক অসদা. 'পৈশা' (money) হায়বসি কেপিটেল (capital) ওইবকই। C-M-C (C- Commodity M Money, C- Commodity) হায়বা ফোর্মুলা অসিদা উৎল্লিবদি, মসিদা পৈশানা তৌবিবা মথৌ অসি কেপিটেল অমগী নত্তে। মসিনা তৌবিবা অসিদি, মসিগী মতেংদগী কোমোডিটিশিংনা খুৎথাং খোঙজেলদা (circulation) যাওবা ঙমজবনি। কোমোডিটি অমা যোনবা হায়বা অসি অতোপ্পা কোমোডিটি অমা লৈননবনি। C-M-C হায়লিবা ফোর্মুলা অসিনা পিবিবা ব্রংহল্লোক্তি, কোমোডিটি অমা যোল্লগা ফংলকপা পৈশা অদুনা অমুক অতোপ্পা কোমোডিটি অমা লৈবান। খুদম ওইনা হায়ববদা, কোবি যোল্লগা ফংলকপা পৈশা অদুনা অনাবগী হিদাক লৈবশস্বনি। মসিদা পৈশানা লৌবিবা শক্তম (role) অসিদি, মহাক্কি মতেংদগী কোমোডিটিশিংবু খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) যাওহনবনি অমসুং পৈশা অসিমকসু খুৎথাং খোঙচৎতা যাওবিবনি। অদুগা M-C-M হায়বা ফোর্মুলা (formula) অসিদা উৎলিবদি, পৈশা অসিনা অমুক যোন্ননবগীদমক পোৎ লৈবনি। মসিদা পৈশানা তৌবিবা থবক অসিদি 'কেপিটেল' অমগী মথৌনি। পৈশানা কোমোডিটি অমা লৈবগা, মদুবু অমুক যোন্দুনা পৈশাদা ওন্থোকপা মতমদা, হান্নগী পৈশাগী চাং অদুগা মান্নবা যাই

মান্নদবা য়াই। **M-C-M** হাযবা অসি **M-C-M** ওইবক্কনি মদুদা, **M** গা **M'** গা মান্নবোই, অযাম্বা মতমদা **M** দগী **M** না হেন্না চাওগনি অনি অসিগী খেন্নবা অদু শেন্দোং (profit) হায়বদু ওইগনি। হায়রিবা শেন্দোং অসিগীদমক **M-C-M** হাযবা (ফোর্মুলা) অসি শিজিন্নবিবনি। অদুন্নদি ওইবগা **M** গা **M'** গা মান্নবসু য়াওবক্কনি -মদুদনা শেন্দোং যাওদবা কৌবে অদুগা **M** না **M'** দগী হেনবসু যাওবক্কনি মদুদনা - যোনবদা শেল মাঙবা হায়বদু ওইবে -অদুবু অসিগুম্বা থৌদোকশিং (case) অসি কদাচিৎনি (exception), অযাম্বা মতমদা থোক্কে। অসুম্নসু হায়বা যাই মদুদি, পৈশা অসি চাওথোকহল্লগে হায়ববদি,নৎত্রগা পৈশা অসিনা শেন্দোং লৈবা থবক (business) তৌগে হাযববদি **M-C-M** হাযবা ফোর্মুলা অসি শিজিন্নগনি - মসিদা **M** অসিনা কেপিটেল অমগী মগৌ তৌই। **C-M-C** হাযবা ফোর্মুলা অসিনা খঙহল্লিবদি, কোমোডিটি পুথোক্লিবগী মওং অসি ইচম চম্লনি (simple commodity production)। **M-C-M** হায়বা ফোর্মুলা অসিনা খঙহল্লিবনা, কোমোডিটি পুথোক্লিবগী মওং অসি শেন্দোং ফংননবগী মওংদনি (profit making), মসি কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোকপনি (Capitalist commodity production)। হৌজিক্তি ফোর্মুলা অাস **M-C-M** গী মওংদা লাক্লে, মসিদা **M** না ওইরিবসিদি অহৌবদা চংখিবা পৈশা **M + C** (অহেনবা পৈশা) অসিনি। মার্ক্সনা মসিগী অহেনবা পৈশা, অসিবু 'অহেনবা মমল' (surplus value) কৌই। কেপিটেলিষ্টশিংনা পৈশা হায়বা অসি, মসিগী খুৎথাংদা (medium) কোমোডিটিশিং অসি অমগা অমগা ওন্নবা য়াননবগী মওংদা শিজিন্নদে, মদুগী মহুৎতা শেন্দোং তান্নবগী অমসুং ইনাকখুল্লক্লবগী -খুৎলাই অমগুম্না শিজিন্নরকই। ঙল্লিঙৈগী মতমদা পৈশা অসিনা শিজিন্নরমখিবা মওংদি, কনাগুম্বগী পৈশা অমনা কোমোডিটি অমগা ওন্নদুনা মদুবু মহাক্না

শিজিন্নবে, অদুগা পৈশা পাইরিবা মীওই অদুনা অতোপ্পা কোমোডিটি অমগা অমুক ওন্নে অসুম্না পৈশা অসি খুৎথাং খোঙচৎতা (circulation) লৈহল্লি, অদুগা লোইননা কোমোডিটিশিংশু অমদগী অমদা চৎহন্দুনা খুৎথাং খোঙচৎতা য়াওহল্লি।অদুবু কেপিটেলিষ্টকি মওংদা পোৎ পুথোকপা (capitalist commodity production) হৌরকপদগীদি, পৈশা অসিনা কোমোডিটি অমগা ওন্নরে, মদু মহাক্না শিজিন্নদরে, অতোপ্পদা অমুক পৈশাগা ওন্নরে, হন্দক্তি মহাক্না লৌবিবা পৈশা অসি হান্নগী মহাক্কি পৈশা অদুদগী হেন্না লৌবে।মসিগী থৌদোক (case) অসিদদি মহাক্কি হান্নগী পৈশা অদু মচা পোকপা ঙম্বা পৈশা,হাযবদি কেপিটেল ওল্লে। পৈশাগা পোৎকা ওন্নরগা পোৎ অদু শিজিন্নথোক্রবদি (consume) পৈশাগী মতেংনা পোৎ অদু পুথোকপগী অর্থ ওইনা লৌবা য়াবে। অসুম্না পুথোক্লবা পোৎ অসি, পোৎ অদু পুথোকপদা চংখিবা পৈশা অদুদগী হেঙ্গৎনা, পোৎ অদুগা ওন্নববদি (যোল্লবদি), হেঙ্গৎলকইবা পৈশা অদু 'অহেনবা মমল' (value) কৌরে। মতৌ অসুম্না 'অহেনবা মমল' অসি তৎতনা ফংলক্লবদি মীওই অদু ইনাকখুনবা ওইবকই।

মশা মতোমতগী মমলবু (value) চাওথোকহঞ্জবা ঙম্বা, নৎত্রগা 'অহেনবা মমল' (surplus value) শেমজবা ঙমজবা 'মমল' (value) অদুবু 'কেপিটেল' (capital) কোই। অমবোমদা হায়রগা মচা পোকচবা ঙম্বা পৈশা অদুবু 'কেপিটেল' কৌই। পৈশা হায়বা অসি কেপিটেল ওইহন্নবগীদমক কেপিটেলিষ্টশিংনা কৈথেলদা থোরক্নুনা অসিগুম্বা কোমোডিটি অমা থিরকই মদুবু অমুক য়োষ্লোকপদা হান্নগী মমল অদুদগী হেন্না চাওবা মমল অম ফংহনবা ঙমগদবা, হায়রিবা কোমোডিটি অসিদি অতৈ করিসু নত্তে, মসিদি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসিনি।

# কোমোডিটি অমা ওইনা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল'
## (Labour power as a commodity)

'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (Labour power) হায়বা অসি মীওইবগী মশাদা য়াওবা, হকচাং অমসুং ব্রাখলগী থবক তৌবা ঙম্বগী-অপুনবা পাঙ্গল অদুবুনি। হাযরিবা পাঙ্গল অসি মহাক্না (মীওইবা অদুনা) পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নে। অদুবু কেপিটেলিজমগী (Capitalism) মখাদদি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসি কোমোডিটি ওইরকখরে। মসি 'মীনাই লোইবগী চৎন পথাপ যাওবা সমাজদদি' (slave owning society) কোমোডিটি ওইবমদে। অদুগা 'ফিউডেলিজমগী' (Feudalism) মখাদদি খব খব ওইবা হৌবকখরে। 'মীনাই লোইবগী সমাজদদি' (slavery) 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসি কোমোডিটি ওইবমদে। মরমদি, হায়বিবা সমাজ অদুদা পোৎ পুথোক্লিবা মীনাইশিং অদুনা শিজিন্নরিবা মখোয়গী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অদু মীনাই মপুশিং (slave masters) অদুনা লৈরগা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা নত্তে। অমরোমদা হায়রগা মীনাইশিং অদুনা, মখোয়গী মশাদা য়াওরিবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অদু মীনাই মপুশিং অদুদা যোল্লগা মদুগীদমক মমল অমফাওবা ফংদে। অসুম্নসু হাযবা যাই মর্দুদি, মীনাইশিং অদুগী মশাদা যাওবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলশিং' অদু লৈবা য়োনবা তৌদে- মসিগী মরু ওইবা মরমদি, হায়বিবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলশিং' অদুগী মপুদি (owner) মীনাই মপুশিং অদুনা ওইবদগীনি। অদুগা ফিউডেল সমাজগী মতমদি, মপুং ওইনা, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরম্না মীনাইশিং (slave) অদু লৈরকখিদবে, মখোয়গী মহুৎতা,

মপুংদা পোৎ পুথোক্লিবা মীওইশিং অসি 'লৌমী' (peasant) হাযবদু ওইবকখবে, অদুগা মীনাই মপু (slave masters) হাযনবম্বা অদুসু তোকথোক্লখবে, মদুগী মহুৎতা, লৌপুশিং (land owners) হাযনা খণ্ডনবকখবে। লৌপুশিংগী মখাদা লৈবিবা লৌমীশিং অসিগী মশাদা যাওাববা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলশিং' অসিগী মপু অসি লৌপুশিংনা ওইবকখিদবে, অদুমকপু, লৌমীশিং অসি চপচানা মনিংতম্বা মীওইশিং (freeman) ওইবববা হাযবদুদি নৎত্রি। অদুবু লৌপুশিং অদুনা লৌমীশিং অসিগী 'শু নোম্বগী পাঙ্গলশিং' অদুদি খব খব লৈদুনা (purchase) অতৈ থবকাশংদা শিজিন্নবা হৌবকখবে।

'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) হাযবা কোমোডিটি অসিগী 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) অসিদি হিংবদা চংবা পোৎ পুথোকপদা চংদবা যাদ্রবা অদুগুম্বা মচাক অমনি। 'শু নোম্বগী পাঙ্গল' অসিগী 'মমল' (value) অসিসু কবিনা লেপ্পগে হাযববু, কোমোডিটি অমগী মমল (value) লেপ্পগুম, 'সমাজনা যাববা, মসিবু পথোকপদা চংলিবা দবকাব ওইবব', শু নোম্বগী মতম' (The labour time socially necessary for its production) অসিনা লেপ্পি। 'শু-নোমলিবা পাঙ্গলগী' মমল অসিদি, শিনমী অসিবু হিংহনবদা চংলিবা দবকাব ওইবা কোমোডিটিশিং অদুগী অপুনবা মমল অদুনা লেপকনি। অসিদসু নৎতনা, হযবিবা 'শু-নোমলিবগী পাঙ্গল' অসিগী মমল অসিসু শিনমী অদুনা মহাক্কি সমাজ অদৃদা হিংলিঙ্গদা শরুক যাখিবা, সমাজগী থৌবমশিংদা তৌদবা যাদদুনা খবচ তৌখিবা, অদুগী মমলসু যাওগান। অদুগা মসিমসুনি, 'শু- নোমলিবা পাঙ্গলগী মমল' অসিদসু শিনমী অদুগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী হিংবদা চংলবা পোৎচংশিংগী মমলশিং অসিসু হাপচিনগনি। মবম

অদুনা 'শু-নোমলিবা পাঙ্গলগী' মমল অসিদি, লৈবাক অমদা চৎনরিবা, ময়ায় ওইবা মওংদা, শিনমী অমনা, মশা অমসুং মাগী ইমুং মনুংবু হিংহনবদা চংলিবা পোৎচংশিং, অদুগা লোইননা, সমাজগী থবক থৌরমশিংদা শরুক য়াবদা চংলিবা খরচশিং অদুগী অপুনবা মমল অদুনা লেপকনি। পৈশা ওইনা ফোংদোকপা 'শু-নোম্বা পাঙ্গলগী' মমল (value) অসিবু, পাঙ্গল অসিগী মমল (price) কৌই। অদুগা মমল অসি কেপিটেলিজমগী মখাদদি, 'খুশুমল' (wages) হায়রগা খঙনবে। কেপিটেলিজমদদি, 'শু-নোমলিবগী পাঙ্গল' অসি 'অহেনবা মমল' (surplus value) শেম্বদা শিজিন্নে। মসি মখাদা নৈনরকখিনি।

## 'অহেনবা মমল' পুথোকপা হায়বা অসি কেপিটেলিজমগী ওৎ-নৈবনি

(Surplus value is capitalist exploitation)

শু-নোম্বগী থবক তৌরকপদা, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসি শিজিন্নবকই। শু-নোম্বগী থবকশিং অসি সমাজগী তোঙাল তোঙালবা মওংশিংদা খেন্নে। সমাজ মখল খুদিংমক্তা, শু-নোম্বগী অকক্লবা থবক্কি মওং অসি, কনানা, 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা পাম্বৈশিংগী' (means of production) মপু ওইবিবগে হায়বা অসিগী মখা পোল্লি। কেপিটেলিজমদদি, কেপিটেলিষ্টশিংনা মপু ওই। মীনাই লোইবগী সমাজদদি ( slave society) 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপাযশিংগী' মপু অসি মীনাই মপুশিংনা (slave masters) ওই, অদুগা ফিউডেল সমাজদনা (Feudal society) মসিগী মপু অসি লৌপুশিংনা (land lords) অয়াম্বা শরুক

ওই। কেপিটেলিজমগী মখাদদি, শু-নোম্বগী থবকশিং অসি মখাগী অকক্লবা মওংশিং অসিদা চৎথরকই। মখোয়শিং অদুদি, অহানবদা শিনমী অমনা কেপিটেলিষ্ট অমগী মিৎয়েং মখাদা (supervision) থবক শুগনি। কেপিটেলিষ্ট অদুনা, পুথোরক্কদৌরিবা পোৎ অদুগী মশক লেপকনি, কয়া য়াম্না অমসুং করম্না পুথোক্কদগে হায়বা অদুসু লেপকনি। অনিশুবদা শু-নোম্বগী থবক চৎথদুনা পুথোক্লবা পোৎশিং অদু পোৎ পুথোক্লিবা শিনমীশিং অদুনা মপু ওইরোই, কেপিটেলিষ্ট অদুনা ওইগনি। অসিগুম্বা অকক্লবা মওংশিং অসিনা শিনমীশিংগী শু-নোম্বা অদু 'নমদুনা শুহনবা' শু-নোম্বগী (Forced labour) মওং লৌরকই।

## শু-নোম্বগী থবক চৎথদুনা মমল হেঙ্গৎহনবা হায়বা অসি কেপিটেলিস্তকি ওৎনৈবনি।
## (The labour process and the expansion of value is capitalist exploitation)

কোমোডিটি পুথোকপদা শিজিন্নরিবা 'শু-নোম্বা' (labour) অসিনা তোঙান তোঙানবা মওং অনি লৌরকই। অহানবা মওংনা 'শু-নোম্বা' অসি, 'শোকপা পায়বা য়াবা শু-নোম্বা' (concrete labour) ওইরকই অমসুং মসিনা কোমোডিটি অদুদা য়াওরিবা 'শিজিন্নবদা কান্নবা' (use value) হায়বা অদু শেমই। অদুগা অনিশুবা মওং অদুনা, 'শু-নোম্বা' অসি ' শোকপা পায়বা য়াদবা শু-নোম্বা' (abstract labour) ওইরকই, অমসুং মসিনা কোমোডিটি অদুগী মমল (value) অদু শেমই। কেপিটেলিষ্টশিংনা পোৎ পুথোক্লিবগী অরোইবা পান্দমদি 'অহেনবা মমল' (surplus value) পুথোক্লবনি।

মতৌ করম্না 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি শেম্বগে ?




M = কারবারগীদমক থাদবিবা পৈশা (capital)

C = থাদরিবা পৈশা অসিনা লৈবিবা (purchase) কোমোডিটিশিংনি।

L.P = C গী মনুংদা য়াওবা কোমোডিটি অমনি- মসি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলনি' (labour power)

MP = মসিসু C গী মনুংদা যাওবা কোমোডিটি অমনি- মসি 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পাম্বৈশিংনি' (means of production)

P = পোৎ পুথোক্লবগী থবক তৌবা (labour process)

C′ = অনৌবা কোমোডিটি

M′ = মসি অনৌবা কোমোডিটি C′ পু য়োল্লগা ফংবা পৈশানি।

M′ অসিনা হান্না থাদখববা পৈশা M দগী চাওবা হেল্লি। মথক্তা উৎলিবা ফোর্মুলা (Formula) অসিনা উৎলিবদি, কনাগুম্বা কারবাব তৌবা মীওই অমনা, মহাক্কি পৈশা খরা কেপিটেল (capital) ওইনা শিজিন্নদুনা কোমোডিটি ময়াম অমা লৈশিল্লে। হায়রিবা

কোমোডিটিশিং অসিগী মনুংদা য়াওবিবা মরুওইবা কোমোডিটিশিং অসিদি, শিনমীশিংগী মশাদা য়াওবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অমসুং 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিং' (means of production), খুদম ওইনা 'শিনশঙ শানবা লম', 'শিনশঙগী শং' (factory building), শিজিন্নগদবা মেছিনশিং (Required machines), ইর্লেক্ট্রিসিটি (electricity), অসিনচিংবা অসিনি। প্ম্নমক অসি লৈশিল্লবা মতুংদা, পোৎ পুথোকপগী থবক অসি হৌগৎলে, অমসুং অনৌবা 'য়োন্নবা পোৎশিং' (commodities) পুথোক্লে। পুথোক্লবা 'অযোনপোৎশিং' (commodities) অসি য়োল্লগা মদুদগী ফংলকপা পৈশা অদুনা হান্নগী থাদখিবা পৈশা অদুদগী চাওবা হেল্লি হায়বা অসিনি।

পুথোক্লবা পোৎশিং অসি চংখিবা মমলদা য়োম্বোক্লবদি, 'অহেনবা মমল' হায়বা অসি লৈতে। 'অহেনবা মমল' (surplus value) হায়বা অসি, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলনা' (labour power), মসিগী 'মমল' (value) অসি নোংমগী ওইনা থবকশুবিবা, মতম অদুগী মনুংদা পুথোকপা নত্তে, মসিদি মতম অদুগী শরুক মচেৎ অমর্থাক্ক মনুংদদা পুথোকপনি। 'অহেনবা মমল' (surplus value) হায়বা অসিদি, শিনমীশিংবু কেপিটেলিষ্টশিংনা 'অহেনবা শুহনবগী' (Surplus labour) ফলনি। 'অহেনবা থবক শুহনবা' অসিবুনি, শিনমীশিংবু ওৎ-নৈবা (exploitation) হায়বিবসি। অসি মথাদা অমুক নৈনরকখিনি।

শিনমী অমনা মহাক মশামক্কি ওইবা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পাম্বৈশিং' (means of production) অমত্তসু লৈতে, অদুগা হিংবদা শিজিন্ননবা পোৎলমশিংশু (subsistence) লৈতে।

মবম অদুনা মহাক্কি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসি যোম্বোক্তবা যাবক্তে। মবমদি, মহাক্কি ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ- চৈশিং লৈগদৌবিবনি। 'খুশুমলগীদমক শুবগী' (wage labour) চৎনবি অসিদি, খুশুমলগীদমক মীনাই (slave) ওইবগী চৎনবিনি। মসিগী ৱাহন্থোক্তি, 'খুশুমল' ফংদ্রবদি হিংবা ঙমদবা মীওই হাযবা অসি 'খুশুমলগী' মীনাই (slave) ওইববনি হাযবনি। মার্ক্সকি মতুং ইন্নদি: 'অহেনবা মমল' (surplus value) পুথোকপা হাযবা অসিদি ' কেপিটেলিষ্টকি মওংদা পোৎ পুথোকপগী' ( Mode of capitalist production ) গী মরু ওইবা নিযম (law) অমনি।

## দবকাব ওইবা অমসুং অহেনবা শু-নোম্বগী মতম (Necessary and surplus labour time)

কেপিটেলিষ্টকি শিনশং অমদা, থবকশুবগী মতমসি অনিথোক্না খাযদোকই অমনা 'দবকাব ওইবা শু নোম্ববগী মতম' (Necessary labour time) অদুগা অতোপ্পা অমনা 'অহেনবা শু নোম্ববগী মতম' (surplus labour time) হাযবা অসিনি। 'দবকাব ওইববা শু-নোম্ববগী মতম' নৎত্রগা 'দবকাব ওইরবা শু নোম্বা' (necessary labour) হাযবা অসি শিনমী অমনা মহাক্না শিজিন্নবিবা শু-নোম্বগী পাঙ্গল (labour power) অদুগী মমল (value) শেম্বদা

চংলিবা 'শু-নোম্নবগী মতম' (labour time) অমসুং 'শু-নোম্বগী চাং' (labour quantity) অদুনি। হায়বদি, মহাক্না হিংবদা দরকার ওইরিবা পোৎলমশিং অদুগী মমল (price) অদু চপচানা ফংবদা দবকার ওইরিবা মতম অমসুং শু-নোমলিবগী চাং অদুনি। অদুগা 'অহেনবা মতম' (surplus time) অমসুং 'অহেনবা শু-নোমলিবগী চাং' (surplus labour) হাযবা অসিনা 'অহেনবা পোৎথোক' (surplus product) পুথোকপদা শিজিন্নবনি। কেপিটেলিজমগী মখাদদি, 'অহেনবা পোৎথোক' (surplus product) অসিনা ' অহেনবা মমলগী' (surplus value গী) মওং লৌরকই, অমসুং মসিবু কেপিটেলিষ্ট অদুনা মহাক্কি ওইনা লৌথোকই। মসিগী মতাং অসি মতুংদসু নৈনবক্কনি, অদুবু মাঙজৌননা খব হাযনবা হোৎনজগে। মর্দুদি, কেপিটেলিস্ত অমনা, মহাক্কি থবক তৌবিনবা শিনমী অমা নেকপদা (নেকপা হাযবা অসিগী মনুংগী অর্থদি - শিনমী অদুগী মশাদা যাওবা 'শু-নোম্বা ঙম্বগী পাঙ্গল' অদুবু কেপিটেলিষ্ট অদুনা লৈবিবনি ) ঙাংনখিবা ৱাফমদি, অকক্লবা পুং খবগী মনুংদা থবক অসুক য়াম্না তৌবা, অদুগা মানা ফংগদবা পৈশানা অসুক্কি হাযবা অসিনি। অদুগা তশেংনা ওইবিবা ফিভমদি, শিনমী অদুনা অকক্লবা মতম অদুগী মনুংদা তৌবিবা থবক অদুনা পুথোক্লিবা পোৎ (commodity) অদুগী মমলর্দি, মঙোম্দা পিবিবা পৈশা অদুদগী হেল্লি। মসিনা অমুক তাক্লিবর্দি, শীনমী অদুনা অকক্লবা মতম অদুগী মনুংদা পুথোক্লিবা পোৎ (commodity) অদু মহাক্কি তশেংনা, মঙোম্দা পিরিবা পৈশা অদুগীদমক পুথোকফম থোকপা অদুদগী হেন্না পুথোকই হাযবা অসিনি। মবম অদুননি, 'অহেনবা পোৎথোক' (surplus production) অসিনা 'অহেনবা মমল' ( surplus value) মওং লৌবকই। মবমদি, 'অহেনবা পোৎথোক অদু য়োল্লগা ফংলিবা মমল' (price) অদু 'অহেনবা মমলনি' মদু কেপিটেলিষ্ট অদুগী

শেন্দোংনি (profit), মদু মহাক্লা লৌথোকই। ওৎ- নৈবগী (exploitation) চাং অসি মখাগী ফোর্মুলা অসিনা উৎলি, মদুদি:

$$\text{ওৎ-নৈবগী চাং} = \frac{\text{অহেনবা মতম (surplus time)} \quad \text{নৎত্রগা অহেনবা শু-নোম্বা (surplus labour)}}{\text{দবকাব ওইবা শুনবগী মতম (necessary time) নৎত্রগা দবকাব ওইবা শু-নোম্বগী চাং (necessary labour)}}$$

কেপিটেলিষ্টশিংনা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পান্থেশিংগী' (means of production) মপু ওইবা অসিনা সমাজ অসি 'য়েংথিনবা কাংলুপ' (Antagonistic classes) অনি থোক্লা খায়দোকই।

## বুর্জ্জুৱা সমাজদা য়াওবা কাংলুপকি শক্তম (The class structure of Bourgeois society)

'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পান্থেশিংগী' (means of production) মপু ওইবা যাবগী চৎনবি অসি হেক থোবকপদগী, মসিনা কাংলুপ (class) হায়বসি শেম্বা হৌবকখবে। লেনিনগী' মতুং ইন্নদি, ওৎ-নৈবা (exploitation) য়াওবা সমাজ অমগী মনুংদা, 'কাংলুপ' (class) হায়বা ৱাহৈ অসি, মীওই কয়ানা শেম্বা কাংলুপশিং অদুদা হায়নৈ। হায়রিবা কাংলুপশিং অদুগী মনুংদা, কাংলুপ অমনা অতোপ্পা কাংলুপ অমগী 'শু-নোম্বগী মহয়বু' (production of labour), সমাজ অদুগী চৎনরিবা ইকোনোমিগী ফিভম অদুগী মনুংদা, কবম্বা

মফমদা মহাক্কা লৈবিঝগে হাযবা অদুগী মতুং ইন্না, হেক্তা লৌথোকপা (appropriate) যাই। লেনিনগী মতুং ইন্নদি ওৎ-নৈবা যাওবা (exploitation) সমাজ অদু শোইদনমক্কি কাংলুপ নাইবা সমাজ (class society) ওইগনি। মবমদি কাংলুপ অমনা কাংলুপ অমবু ওৎলিবনি (exploit)। মসিগী মতাংদা, 'ওৎপিববা কাংলুপ' (exploited class) অমসুং 'ওৎলিবা কাংলুপ' (exploiting class) হাযবা অসি কবম্না মশক তাক্কদগে হাযবা অসিদা, লেনিন্না হাযবিবদি, সমাজ অদুগী ইকোনোমি (হাযবদি শিজিন্ননবা পোৎ-চৈ কবম্না পুথোকই) অদু কবম্না পাংথোক্লিবনো হাযবা ৱাফম অসিদা, কনানা (হাযবদি কবম্বা কাংলুপ্না) পোৎ পুথোকই ? কনানা 'পোৎ পুথোক্লিবা পাম্বৈশিংগী' (means of production গী) মপু ওইবি ? অদুগা কনানা পুথোক্লবা পোৎশিং অদুগী মপু ওইবি? অসিগুম্বা ৱাহংশিং অসিগী পাউখুমদা থোবক্লিবা কাংলুপাশং অদুনা সমাজ অদুগী মনুংদা যাওবিবা কাংলুপশিং অদুগী মশক তাকই। খুদম ওইনা হাযববদা শিনমীশিংনা পোৎ পুথোকই, অদুবু পোৎশিং অদুগী মপু মখোযনা ওইবা যাদে। কেপিটেলিষ্টশিংনা পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পাম্বৈশিংগী মপু ওই, অদুগা মখোযনা, পুথোক্লবা পোৎশিংগী মপুসু ওই। মখোযনা শু-নোমদুনা পুথোকচবা পোৎকি মপা ওইবা যাদবা শিন্মীশিং অসি ওৎপিববা কাংলুপনি (exploited class)। অদুগা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিংগী' (means of production) মপু ওইবা, অদুগা পুথোক্লবা পোৎশিংদুগীসু মপু ওইবা, কেপিটেলিষ্টশিং অসিনা 'ওৎলিবা কাংলুপ' (exploiting class) ওইবি। অদুবু ঙসিগী ওইবিবা কাংলুপ নাইবা সমাজ (class society) অসিদদি, মথক্তা পনখ্রিবা, যাম্না তশেং তশেংনা উববা কাংলুপশিং (distinct class) অসিগী মথক্তা মযেক শেংদবা কাংলুপ যাম্না থোবক্লে। খুদম ওইনা হাযববদা, অসিগুম্বা কাংলুপ, মখোযনসু

অতোপ্পা কাংলুপ্পু ওৎলি (exploit) অদুগা মখোয়বুসু অতোপ্পা কাংলুপ্পা ওৎপি। হায়বদি exploiter সু ওইবা, exploited সু ওইবা কাংলুপ হায়বনি। মসিনা খঙহল্লিবদি, কেপিটেলিষ্টশিংদসু মখোয়গী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' য়োনবা অদুগা মখোয়নসু অতোপ্পগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) লৈদুনা শিজিন্নবা ঙম্বা কাংলুপশিংনি। ঐখোয়গী শ্বাইদা হায়রগা, লৌমী লাইরবা (poor peasant) অমনা, খুল্লং (wage earner) নেক্তুনা মাগী লৌবুক্তা থবক শুহল্লি। অদুবু মহাক্কি লৌবুক অদু পিকপনিনা, মদুদগী ফংলকপা পোৎথোকশিং অদু, মহাক অমসুং মহাক্কি ইমুং মনুং হিংনবা হোৎনবদা কোয়দে। মরম অদুনা মহাক মশামকসু অতোপ্পগী লৌবুক্তা খুল্লং চৎলি। মহাক্নসু মীবু ওৎলি অদুগা মহাকপুসু অতোপ্পনা ওৎলি। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা সমাজগী শক্তমসু (Character) হান্নদগী হোংলকই।

মীনাই লোইবগী চৎন-পথাপ্পু য়াবা সমাজগী (slavery) মনুংদদি মীনাইশিং অমসুং মীনাইমপুশিং (slaves and slave mastars) হায়বা অসি য়েংথিনবা (antagonistic) কাংলুপ অনিনি। ফিউডেলিজমগী (Feudalism) মখাদাদি, সর্ফশিং (serfs) অমসুং 'ফিউডেল মপুশিং' (Feudal lords) অসি য়ানদবা কাংলুপশিংনি (antagonistic classes)। কেপিটেলিজম্না মপুং-মরৈ ফাগৎলকপগা ইরোইননা, 'মখুৎতৎলবা মীওইশিংগী' (proletariat) মশিং য়াম্না অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই। অদুনা 'কেপিটেলিষ্ট সমাজ' (capitalist society) অমগী মনুংদদি, কেপিটেলিস্তশিং (ইনাকখুনবশিং) অসিগা মখুৎ-তৎলবশিং (proletariat) অসি, য়ানদবা কাংলুপশিংনি (Antagonistic classes)। অসিদসু নৎতনা কেপিটেলিষ্ট সমাজগী মনুংদা, লৌপু ময়াম (land owners) অমসু লৈরি লোয়ননা অদুগা

ফিউডেল সমাজগী মতমদগী লৈবক্লবা লৌমী (peasant) কয়া অমসু য়াওরি। অদুগা কেপিটেলিজমগী মনুংদা য়াওরিবা, মথক্তা পনখ্রিবা কাংলপুশিং অসিগী মবক্তা, সমাজ, ইকোনোমি, অমসুং বাজনীতিগী (social, economy and polities) হিবমশিংদা, লৈবিবা খেন্নবশিং (inequalities) অসিবু বুর্জ্জুৱা সরকারশিংনা (Bourgeois states) থওইনা (deliberately) অদুম লৈহন্নবা হোৎনৈ। কেপিটেলিজমগী মখাদদি, মথক্কি কাংলুপশিং (Classes) অসি সমাজ অমগী মনুংদা পুন্না লৈমিন্নববসু, ইনাকখুনবশিংগীতা ওইবা (লাইববা কযা যাওহন্দবা) সমাজ অমা তোখায়না লৈবগুম উহল্লি, অদুগা ইকোনোমিগী মতাংদসু, ইনাক খুনবশিংনা হিংবগা মরি লৈননা শিজিন্নবিবা পোৎ- চৈশিং অদুগা লাইরবশিংনা শিজিন্নবিবশিং অদুগা যম্লা খেন্নে। অসিদসু নৎতনা, বাজনীতিগী মতাংদসু কেপিটেলিষ্ট সবকাব (capitalist state) অসিবু বুর্জ্জুৱা সরকাব (Bourgeois state) হাযবগসু খঙনৈ। অসিগুম্বা সবকাব অসি অযাম্বা মতমদা ডিমোক্রেসি (Democracy) চৎপা সবকাব (Democrtic state) ওই। মবম অদুনা মীখলগী (Election) মতেংনা সবকার শেমই। অদুবু অসিগুম্বা সবকাব অসিদা, লাইববগী মীহুৎ (representative) অম ফাওনা যাওহন্দনবা, ইনাকখুনবশিং অসিনা মতম পুন্নমক্তা শিল্লি (always maintained)। খুদম হায়ববু সরকার শেম্নবগী মীখলদা (Election) পৈশা যাম্না খবচ তৌহনবা অসিনি। বুর্জ্জুৱা সবকাবশিং অসিনা. লাইববশিংবু মীখলদা থোবক্কনু হায়বা অসি সবকাব অসিনা নাকোইননা (indirectly) খঙহনবনি। মতৌ অসুন্না কেপিটেলিজমগী মখাদদি, ইনাকখুনবা অমসুং লাইববশিং অসিগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবশিং (inequalities) অসি লেংদনা (হোংহন্দনা) থম্নবা বুর্জ্জুৱা

সরকারশিংনা কন্না হোৎনৈ। বুর্জ্জুৱা সমাজগী (Bourgeois society) য়াম্না মরু ওইবা শক্তম অমদি 'মখুৎ তৎলবা মীওইশিং' (Proletariats) অসিনা বুর্জ্জুৱাশিংগী মায়য়োক্তা 'কাংলুপকি লড়াই' (class struggle) হৌদুনতা লৈবা অসিনি। কেপিটেলিষ্ট সমাজগী মনুংদদি, 'মখুৎ তৎলবা মীওইশিং' অসিনা, খ্বাইদগী মাঙজিল থাবা 'য়াওল পাম্বা' (revolutionary) কাংলুপনি। 'মখুৎ তৎলবা মীওইশিং' অসিগী য়োল্লগা চাবা য়াবা মখোয়গী সমপতি (personal property) অমত্তা লৈত্রবনিনা মখোয়গী মশাদা য়াওবা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদু খক্তমক য়োনবা য়াবা পোৎশক হায়বদু ওইরে। মসিবু মখোয়না কেপিটেলিষ্টশিংদা (বুর্জ্জুৱাশিংদা) য়োল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা বুর্জ্জুৱাশিংগা লৈমিন্নদবা য়াদবদগী লৈমিন্নরুবনা, বুর্জ্জুৱাশিংনা মখোয়বু হকথেংননা ওৎলি (exploit)। অমরোমদদি মসি মান্নদবা মমায় অনি য়াওবা পোৎশক অমগুম উহল্লি (irony) মদুদি, মমাই অমনা, 'মখুৎ তৎলবা মীওইশিং' অসিনা মখোয়গী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' য়োন্দবা য়াদে অদুগা অমরোমদনা, মখোয়বু ওৎহন্দ্রবদি (exploit) হিংবা ঙমদে। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা, 'খুশুমলগী মীনাই ওইবা' (slave of the wages) তোক্লিংবগী ৱাখল অসি নুমিৎ খুদিংগী খন্দবা ঙমদে। মসিনা মখোয়বু 'য়াওল ইহৌ' (Revolutionary movement) অসি পামহল্লি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা, মখোয়শিং অসিবু বুর্জ্জুৱাশিংনা নেক্তুনা শিনশংশিংদা (factory) থবক শুহনবনিনা বুর্জ্জুৱাশিংনা মখোয়দা ডিসিপ্লিন (Discipline) তম্বি, অচৌ-অচৌবা, খঙবদা লুরবা (complicated, sophisticated) মেছিনশিংবু করম্না চলাইগদগে হায়বসু তম্বি। অতৈ হিরম কয়াদসু তম্বি- তাকপি মরমদি মখোয়দা শিন্নবা

বুর্জুৱাশিংগী থবক নিংথিজনা পাংথোকপা ঙমহন্নবনি। অসিগুম্বা হিরম কয়া অসিনা, 'মখুৎ তৎলবা মীওইশিং' অসি 'য়াওল ইহৌদা' (Revolutionary movement) মাঙজিল থাই হায়রিবনি।

বুর্জুৱা সরকার (Bourgeois state) হায়বা অসি 'ইকোনোমিগী হিরম খুদিংদা মাঙজিল থারিবা কাংলুপকি' (economically dominent class) 'রাজনীতিগী ওইবা খোঙবু' (political organisation) অমনি। অসিগুম্বা সরকার অসিগী তোঙান তোঙানবা শকওং কয়ামুক লৈ। পনবা য়াবা খরদি নিংথৌপানবা সরকার (monarchy), রিপব্লিক (Republic), গনতন্ত্র (Democratic state), ফেসিষ্ট (Fascist) নৎত্রগা 'শক্তি লোইনা পাইশিল্লগা লৈঙাকপা' (Despotic) অসিনচিংবনি। অদুগীসু মথক্তা বুর্জুৱা সরকার হায়বা অসি বুর্জুৱাশিংগীতা ওইবা সুপনমগী সরকারনি (Dictatorship Government)। অদুগা বুর্জুৱা সরকার হায়বা অসিনা খঙহল্লিবদি, খুৎশুমলগীদমক থবক শুরিবশিংবু (wage earners) কেপিটেলিষ্টশিংনা তুহৎপিবা (exploit) য়াহনবা সরকার অদুবুনি। সরকার খুদিংমক্তা সাসন তৌবা (লৈঙাকপা) য়াননবগীদমক আইন (law) ময়াম অম য়াওরিবনি। সরকারশিংদুগী মনুংদা, খুৎশুমলগীদমক থবক শুরিবশিংবু কেপিটেলিষ্টশিংনা তুহৎপিবদা, অথিংবা পিনবা আইন য়াওদে হায়বনি।

# কেপিটেল অমসুং মসিবু শাগৎলিবা মচাকশিং
## (Capital and its component parts)

'বুর্জুৱা ইকোনোমিস্তশিংনা'(Bourgeois economists) 'কেপিটেল' (Capital) হায়বা ৱাহৈ অসি, 'শু-নোম্বদা শিজিন্নরিবা খুজু-খুৎলাই' (Instrument of labour) পুন্নমক্তা কৌশিল্লি। মৈহৌরোলগী খুন্নাইদা (Primitive society) শিজিন্নরমখিবা, চৈ (Stick) অমসুং নুংগী (Stone) খুৎলাইশিং অদুবুসু 'কেপিটেল' কৌশিল্লি। তশেংবগীদি, 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা পাম্বৈশিং' (Means of production) অসিদি কেপিটেল নত্তে। মখোযশিং অসিদি সমাজ অমা হিংনবা হোৎনবকপদা চংদবা যাদ্রবা পোৎশক ঙাক্তনি। 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পাম্বৈশিং' অসিনা কেপিটেলিষ্টশিংগী লন্নাই সমপত্তি (Private property) ওইরক্লবা মতমদতা 'কেপিটেল' ওইবকপনি। অমসুং মসিগী মতেংনা শিনমীশিংগী কাংলুপ্পু ওৎ-নৈবি (exploit)। 'কেপিটেল' হায়বা অসি 'মমল' (value) অমনি অমসুং মসিগী মতেংনা শিনমীশিংবু ওৎ-নৈবগা 'অহেনবা মমল' (surplus value) ফংহনবা ঙমই। 'কেপিটেল' অসি 'মমল' অমনি হায়বগী ৱাহন্থোক্তি, মসিসু মমল য়াওবা কোমোডিটি অমনি, অতৈ কোমোডিটিগা ওন্নবা (exchange) য়াই। তৌবতবু ওন্নবিবা অসি মশাগী শিজিন্নথোক্লবা নৎতবা, অতোপ্পা মীওইশিংবু (শু-নোম্বগী পাঙ্গল য়োল্লিবা মীওইশিং) শিজিন্নহনগদৌবিবনি। কবিগী শিজিন্নহনগদৌরিবনো হায়রবদি, কোমোডিটি পুথোকহনগদৌবিবনি। অদুগা পুথোক্লিবা কোমোডিটি অদুগী মমলনা (Price) 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল'

য়োল্লিবা মীওই অদুদা পিখিবা মমল (price) অদুদগী হেনলিবনি। মসিগী ৱাহন্থোক্তি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' য়োল্লিবা মীওই অদুবু 'কেপিটেল' অসিগী মতেংনা 'অহেনবা মমল' (surplus price) অমা শেমহনবা ঙমই। 'অহেনবা মমল' শেমহনবা অসিবুনি ওৎপা (exploit) হায়রিবসি।

## লেংদনা লৈবা অমসুং অহোংবা নাইবা কেপিটেল
## (Constant and variablc capital)

লেংদবা কেপিটেল (constant capıtal): পোৎ পুথোকপগী পাম্বৈশিংদা, (Means of productıon) হায়বদি, খুদম ওইনা খরা পল্লবদা, মেছিন্নরি (Machınary), মেছিনগী খুৎলাইশিং (machın tools), পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবিবা মচাকশিং (Raw materıals) অসিনচিংবা অসিদা, খবচ তৌখিবা কেপিটেলগী শরুক খর, অমসুং হায়রিবা শরুক খরা অসিগী চাংদি, পোৎ পুথোকপগী থবক চৎথরিঙৈদা করিসু হোংদবা অসিগুম্বা কেপিটেলগী শরুক অসিবু 'লেংদবা কেপিটেল' (constant capıtal) কৌই। পোৎ পুথোক্লিঙৈদা Raw materıal শিং অসিগী চাং হোংবনিনা মসিবু কবম্না 'লেংদবা কেপিটেল' কৌগদৌরিবনো হায়না হংবা য়াই। অদুবু তশেংবগীদি, materıal গী চাংদি হোংদে শকওং (shape) হোংবগী ৱাতনি। মতৌ অসুম্না ইলেক্ট্রিক্কী মতাংদসু, পোৎ পুথোকপা মতমদা, ইলেক্ট্রিক (Electrıcity) অসি শিজিন্নথোকই, অমসুং মসিগী মমল অসি পুথোক্লিবা পোৎ অদুদা য়াওরবসু, হেঙ্গৎতে। মরম অসিনা পোৎ

পুথোকপা মতমদা ইলেক্ট্রিক অসি শিজিন্নথোক্লবসু ( consume) 'লেংদবা কেপিটেল' (constant capital) কৌই।

অহোংবা নাইবা কেপিটেল (Variable capital): 'শু-নোম্বগী' পাঙ্গল' (labour power) লৈবদা খরচ তৌখিবা কেপিটেলগী শরুক অদুদগী, শিনমীশিং অদুনা পোৎ পুথোক্লবা মতুংদা, পোৎ অদুগী মমল (price) লেপলকপদা, শিনমীশিংদগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' লৈবদা পিখিবা মমল (price) অদুদগী হেল্লি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, শিনমীশিং অদুবু অহেনবা পোৎথোক পুথোকহন্দুনা, অহেনবা মমল (value) শেমহল্লম্বদগীনি। 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিং' (means of production) অসিখক্তনদি পোৎ পুথোকপা য়াদে। মীওইবগী মশাদা য়াওবিবা 'শুব-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসি য়াওরগদি পোৎ পুথোকপা য়াবনিনা, পুথোরক্লবা পোৎতা অহেনবা মমল হাপচিল্লগা য়োনবা য়াহল্লিবা অসি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অদুননি। পুথোক্লবা পোৎতা 'অহেনবা মমল' হাপচিনবা যাহল্লিবা অদু 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অসিননি। পুথোক্লবা পোৎ অদুদা 'লেংদবা কেপিটেলগী' (constant capital) শরুক খবা যাওবিবা অদুগী মমলদি (price) হেঙ্গৎতে, অদুগা, 'শু- নোম্ব পাঙ্গল'গী মমলসু ( price) হোংহন্দ্রবদি, পোৎ অদুগী মমল (price) হেঙ্গৎলোই। অদুবু পোৎ অদুগী মমল হেঙ্গৎলবনিনা, হেঙ্গৎলিবা 'অহেনবা মমল' অসি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদুগীনি। অদুবু হেঙ্গৎলিবা 'অহেনবা মমল' অসি ফংফম থোকপা শিনমীশিংনা ফংদ্রদুনা, কেপিটেলিষ্টশিংনা শেন্দোং ওইনা লৌথোকপা অসিবুনি শিনমীশিংবু ওৎপা (exploit) হায়না খঙনরিবসি। অসুম্না শেমলিবা 'অহেনবা মমল' অসিবু মার্ক্সনা, সর্প্লস ভেল্যু (surplus value) কৌই। মরম অদুনা কেপিটেলিষ্টশিংনা শিনমীশিংদগী লৈরিবা

শু-নোম্বগী পাঙ্গল অসিবু 'অহোংবা নাইবা কেপিটেল' (variable capital) কৌই।

মার্ক্সনা যাম্না কন্না থিজিন-হুমজিল তৌবকপদগী ফংলকপা খ্বাইদগী মশক নাইবা অমদি, কেপিটেলবু শরুক অনি থোক্না খাইদোকপা যাই হাযবা অসিনি। অদুবু বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিষ্টশিংনদি (Bourgeois economists) কেপিটেলবু 'হোংদবা' (constant) অমসুং 'হোংবা নাইবা' (variable) কেপিটেল হাযনা খাইদোকপা অসিবু যাবা ঙমদে। মাস মখোযনা হৌজিকসু যাদ্রি। মখোযনা যাদ্রিবগী মবম অসিদি, কেপিটেলদা যাওবিবা 'মীবু মীনা ওৎপা ঙমহনবগী মগুন' (exploitative nature) অমা যাওবিবা অসি অতৈদা খঙহল্লিংদবগীনি। বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিষ্টশিং অসিনা মতম পুম্নমক্তা খাল্লন' বাখল'দ, কেপিটেলিষ্টশিংগী (কাববাব তৌবিবা ইনাক খুনবাশিংগী) শেন্দোং কবম্না হেন্না ফংহনগদগে অমসুং শিনমীশিংবু কবম্না, খঙহন্দনা ওৎপা (exploit) যানবগী পোবম থিবা অসিনি। মখোযনা কৈদৌঙেদসু, লাইববশিংগী ইকোনোমি ফগৎনবগী মবমদা শুবখন খনন্দে।

লেংদবা কেপিটেল (constant capital): অসুম্নসু হাযবা যাই মদুদি, কেপিটেলগী শরুক খব, মদুনা, মহাক্কি 'মমল' (value) অদুবু তপ্না তপ্না 'পুথোক্লবা পোৎশিংদা'(Finished products) হাপচিনখিদুনা, মন্থবকপা (worn out) হাযবদু ওইবকপা (খুদম ওইনা হাযববদা, শিনশংগী যুমশিং, মেছিনশিং অমসুং খুশু-খুৎলাইশিং) অদুবু 'লেংদবা কেপিটেল' (constant capital) কৌই। পোৎ পুথোক্ন বগীদমক শাবিবা শিনশংগী যুমশিং, 'মেছিনশিং', 'খুৎশু-খুৎলাইশিং' অসিনচিংবাশিং অসি, মতম খব পোৎ পুথোক্লবা মতুংদদি,

মন্থরকই (worn out)। মন্থরক্লবা মতমদদি, হায়রিবা পোৎশিং অসিগী মমলসু হন্থরক্লে। অদুবু হন্থরিবা মমল অসি কদায়দা চৎখিবনো হায়বগী মতাংদদি, মসি 'পুথোক্লবা পোৎশিং' (Finished products) অদুদা খজিক খজিক য়াওখিবনি হায়না লৌগনি। মমল হন্থবা অসিবু ডিপ্রেসিয়েসন (depreciation) হায়রগসু খঙনৈ। 'ডিপ্রেসিয়েসন' অসি পোৎ পুথোকপদা চংখিবা খরচ অমনি হায়না পানরিবনি। মরম অদুনা মথক্তা পল্লিবা অসিগুম্বা মখলগী পোৎশিং, হায়বদি 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা পাম্বৈশিংগী' (Means of production) শরুক খর অসিবু 'লেংদবা কেপিটেল' (constant capital) কৌই।

হন্দোক হঞ্জিন তৌবা কেপিটেল (circulating capital): কেপিটেলগী শরুক খর মদুদি, 'দরকার ওইবা পোৎচংশিং' (Raw material) লৈবদা, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) লৈবদা, অমসুং মৈ হৌনবা শীং / থাও (fuel)অসিনচিংবা লৈবদা শিজিন্নখিবা অমসুং মদুগী মমল অদু লোইনমক,'পুথোক্লবা পোৎতা' য়াওশিনখিবা অমসুং মদুবু (পুথোক্লবা পোৎশিং) য়োল্লগা পৈশা ওইনা অমুক কেপিটেলিষ্ট অদুদা কাখৎলকপা অদুবু 'হন্দোক হঞ্জিন তৌবা কেপিটেল' (circulating capital) কৌই। বুর্জুৱা ইকোনেমিষ্টশিংনা (Bourgeois economists), মথক্তা পল্লিবা 'হন্দোক হঞ্জিল তৌবা কেপিটেলনি' (circulating capital) হাযবিবা পোৎশিং, মদুদি দবকাব ওইবা পোৎচংশিং (Raw material) 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power), শীং / থাও (fuel) ইলেক্ট্রিক (Electricity) অসিনচিংবা কযা অসিবু 'কেপিটেলনি' হাযরিবা অসি মার্ক্সিস্ত ইকোনোমিষ্টশিংনা (Marxist Economists) য়াবা ঙমদে। মসিগী মরু ওইবা মরম অসি মখাগী অসুম্না উৎপা য়াই মদুদি, মথক্তা পনখ্রিবা পোৎশিং অসি পোৎ পুথোকপা

মতমদা লোইনা শিজিন্নথোক্লিবনি (consume)। শিজিন্নথোক্লবনিনা, পোৎ পুথোকপা অসিদা খরচ তৌরবনি হায়না বুর্জুৱা ইকোনোমিষ্টশিং (Bourgeois economists) অসিনা লৌবিবনি। অদুবু হায়রিবা, শিজিন্নথোকখ্রবা পোৎশিং অসিগী মমলদি (value) মাঙখিদে, মসিদি পুথোক্লবা পোৎশিং অদুগী মমলদা (value) তিনশিনখিবনি। অদুনা পুথোক্লবা পোৎশিং (Finished products) অসি অমুক য়োল্লোকপা মতমদা, ফংলকপা পোৎকি মমল (price) অদুদা, ঙসাইগী শিজিন্নথোকখ্রবা পোৎশিং অদুগী মমল (value) অদুসু য়াওবি। অদুগা পোৎ যোনবদগী ফংলকপা অশিংপা পৈশা অসি, মপু ওইবিবা কেপিটেলিস্ত অদুদা অমুক হল্লকপনিনা, শিজিন্নথোক্লনা মাঙখ্রে হাযবিবা মমল (value) অদু মাঙদ্রে, অমুক হন্না কেপিটেলিস্ত অসিগী কেপিটেল ওইনা মখুৎতা হল্লক্লে হাযবা অসিনি। মসিগী মিৎয়েং অসিদগীনি, মথক্তা পনলিবা পোৎশিং অসিবু 'হন্দোক হঞ্জিল তৌবা কেপিটেল' (circulating capital) কৌবিবনি। মার্ক্সকি অসিগুম্বা 'খঙলকপা' (discovery) অসিবু কনাগুম্বা বুর্জুৱা ইকোনোমিষ্ট অমত্তনা মতিক চাবা প্রমান (substantial proof) পিদুনা ককপা ঙমদ্রি।

| | | |
|---|---|---|
| হোংদবা কেপিটেল (constant capital) | শিনশ ্গী লম অমসুং যুমশিং- । মসিগী মনুংদা খিল্লিবা খুজু-খুলাইশিং, মেছিনশিং। | লেংদবা কেপিটেল (Fixed capital) |
| | দবকাব ওইবা পোৎচংশিং (Raw material) অমসুং মৈ হৌনবা পোৎচংশিং (Fuels)। | হন্দোক হঞ্জিল তৌবা কেপিটেল (circulating capital) |

| | |
|---|---|
| হোংবা নাইবা কেপিটেল (variable capital) | শিনমীশিংগী খুশুমল! (workers wages) |

## 'অহেনবা মমলগী' 'অপুনবা চাং' অমসুং খুজিং
## (The 'mass' and the 'rate' of surplus value)

অহেনবা মমলগী অকক্লবা চাং (magnitude) অমদি লৈজে। মসি 'তশেংনা ওইবা' (Absolute) অমসুং 'চাংদম্নবদা ওইবা' (relative) 'অহেনবা মমল' হাযবা অসিনি। ' হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) - (C) হাযবা অসিনা অহেনবা মমল (surplus value) শেমদে। ' হোংবা নাইবা কেপিটেল' (variable capital) (V) অসিনা 'অহেনবা মমল' (surplus value) শেমই।

খুদম: কেপিটেলিষ্ট অমনা লুপা ১০০,০০০/- (C) লুপা ২০,০০০/- (V), পুন্না লুপা ১২০,০০০/- থাদদুনা কাববাব তৌবে অমসুং যোন্ননবা কোমোডিটিশিং (commodities) পুথোক্লে হাযনা লৌবসি। পুথোক্লবা পোৎশিং অদু যোনবদা লুপা ১৪০,০০০/- শিংলে হাযনা লৌবশি। অদু ওইববদি কেপিটেলিষ্ট অদুনা ফংলিবা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি লুপা ২০,০০০/- নি। হাযবদি 'অহেনবা মমলগী চাং' (mass of surplus value) (M) অসিনা ওইবিবসি লুপা ২০,০০০/- নি। মসিদা 'অহেনবা মমলগী খুজিং' (Rate of surplus value) অসি কবিনা পিবগে হাযববু:

$$M^1 = \frac{m}{v} \times 100\% = \frac{20\,000/-}{20\,000/-} \times 100\% = 100\%$$

মসিনা কবি উৎলিবগে হাযববু, 'চাংদম্নবগী অহেনবা মমল' (Relative surplus value) অসি ১০০% নি। শিনমী অমগী নোংমগী 'দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী চাং' (necessary labour time) অসি নুমিৎ তংখায অমখক্তগীনি, অমসুং মহাক্কি 'অহেনবা

শু-নোম্বগী চাং' (surplus labour time) অসিসু নুমিৎ তংখায অমগীনি। মথক্কি খুদম অসিদা, কবিগুম্বা কেপিটেলিষ্ট অদুনা মহাক্কি পুথোক্লবা পোৎশিং (Finished products) অদু যোনবদা লুপা ১৪০,০০০/-দা যোনখিবা অদু, লুপা ১২০,০০০/-দা যোনলমলবদি, কেপিটেলিষ্ট অদুগী শেন্দোং (profit) কবিসু যাওদে, হাযবদি মসিদা 'অহেনবা মমল' (suplus value) কবিসু যাওদে। মসিনা তাক্লিবদি, শিনমী অদুনা নোংমদা দবকাব ওইবা শু নোম্বগী মতম, (necessary labour time) অদুখক্তমক শুই, অদুগা 'অহেনবা শু নোম্বগী মতম' (surplus labour time) অদুদি তৌবমদে হাযবনি, অদুনবু 'অহেনবা মমল' (Surplus value) শেমলমদে হাযবিবনি। হাযবিবা বাফম অসিগী ওইনদি, 'অহেনবা মমলগী খুজিং' (Rate of surplus value) অসি অসুম্না পিবে মদুদি :

$$M^{1} = \frac{m}{v} \times 100\% = \frac{0}{20\ 000/} \times 100\% = 0 \times 100\% = 0$$

মসিনা উৎলিবদি, অহেনবা মমলগী খুজিং (Rate of surplus value) অসি কবিসু লৈতে হাযবনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদদি কেপিটেলিষ্ট অমত্তসু পোৎ পুথোকপগী থবক তৌববোই। শেন্দোং (profit) ফংনবগীদমক কেপিটেলিষ্টশিংনা পোৎ পুথোকই, শেন্দোং ফংলোইদবা ওইববদি মখোযনা কৈদৌনুংদা পোৎ পুথোক্তে। কেপিটেলিজম্না মপুং মবৈ ফাগৎলকপগা লোইননা, 'অহেনবা মমলগী খুজিং' (Rate of surplus value) অসিসু অসুম অসুম চাওবা হেঙ্গৎলকই। শোক ১৮৮৯ দা ইউ: এস: এ:দা অহেনবা মমলগী খুজিং অসি ১৪৫% ওইবমখি। শোক ১৯১৯দা ১৬৫% ওইবকখি। শোক ১৯২৯দা ২১০% ওইবকখি। শোক ১৯৪৭ তনা চাওবাক্লা ২৬০% ওইবকখি। শোক ১৯৮৩ দনা চাওবাক্লা ৩০০% ওইবকখি।

## শিনমী কাংলুপ্পু নৈহৎপগী (exploit) চাং হেঙ্গৎহন্নবগী লম্বেল অনি লৈ।

কেপিটেলিজমগী মখাদা, নোংমদা থবক শুবিবগী মতম অসি শরুক অনিথোক্লা খাইদোকই। মখোযশিং অদুদি, অমনা 'দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী মতম' (Necessary labour time), অদগা অতোপ্পা অমদুনা, 'অহেনবা শু-নোম্বগী মতম' (surplus labour time) অসিনি।

'দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী মতম' (Necessary labour time): হাযবিবা মতম অসিগী মনুংদা শিনমী অদুনা হাস শুনা কোমোডিটি পুথোক্কদবনি মদুদি মখোযগী মমল অদুগা মঙোন্দা পিবিব 'শু-নোম্বগী মমল' (labour power) হাযবদি 'খুশুমল' (wage) অদুগা মান্নগদবনি। 'দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী মতম' অসিগা মনুংদদি, শিনমী অদুনা মঙোন্দা পিবিবা 'খুশুমল' (wage) অদুগীদমক শুফম থোকই। মহাক্না শুবিবা অসি পোং পুথোক্লবগীনি- অদুনা হাযবিবা মতম অসিগী মনুংদা, মহাক্না পুথোক্লিবা পোৎশিং অসিদা যাওবিবা মহাক্কি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অদুগী মমল (value) অদগা মঙোন্দা পিবিবা 'খুশুমল' (wage) অসিগা মান্নগদবান।

'অহেনবা শু-নোম্বগী মতম' (surplus labour time): অসিগী মনুংদা শিনমী অদুনা কেপিটেলিস্ত অদুগীদমক থবক শুই অমসুং 'অহেনবা মমল' (surplus value) পুথোকই। হাযবিবা 'অহেনবা শু-নোম্বগী মতম' (surplus labour time) অসিগী মনংদা,

কেপিটেলিষ্ট অদুনা মহাক্কি মরল হেঙ্গৎহন্নবগীদমক শিনমী অদুবু থবক শুহনগদৌরিবনি। কেপিটেলিষ্ট অদুগী মরল হেঙ্গৎহন্নবগীদমক শিনমী অদুনা 'অহেনবা শু-নোম্বগী মতম' অসিদা থবক শুহল্লিবনি হায়বা অসি শিনমী অদুনা খণ্ডজবরা, নৎত্রগা মঙোন্দা কেপিটেলিস্ত অদুনা খণ্ডহনবরা হায়বগী মতাংদদি করিসু খণ্ডহন্দে। অদুদি মসি করম্না ওইথোক্লিবনো হায়না হংবা ব্রাহংগী পাওখুমদি অসুম্না খুম্বা য়াই মদুদি, কেপিটেলিষ্ট অদুগা শিনমী অদুগগী মরক্তা 'যানবা' (contract) অম হান্না শেমই। মসিগী য়ানবা অসি ইচম চম্বা নত্তে লৈবাক্কি আইন (law of the land) অমগী মনুংদা শেম্বনি, হাযবদি Legal contract ওইবনি। ইচম চম্বা মওংদা অসুম্না ফোংদোকপা য়াই মদুদি, ' নোংমদা পুং কয়া থবক শুগদবনো' হায়বা অসিদা য়ানবা অসি শেমই- অদুগা অতোপ্পা অমনা, শিনমী অদুগী 'খুশুমল' (wage) নোংমগী কযা ওইগদগে হায়বা অসিদসু য়ানবা অসি শেমই। মতৌ অসুম্না য়ানবা অসি শেমলবা মতুংদা, কেপিটেলিস্ত অদুনা, নোংমদা শিনমী অদুনা শুগদবা থবক্কি পোবম (work programme) অসুম্না শেমদোকই মদুদি, নোংমগী শুগদৌরিবা মতম অদু অনিথোক্না খাইদোকই, অমনা 'দরকাব ওইরিবা শু-নোম্বগী মতম' (Necessary labour time) অমসুং হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা, শিনমী অদুদা পিরিবা 'খুশুমল' অদুগা মান্নবা মমলগী ওইবা পোৎথোক্কি (Finished products) চাং খর শিনমী অদুবু পুথোকহল্লি। অদুগা অতোপ্পা মতম অমনা, 'অহেনবা শু-নোম্বগী মতম' (surplus labour time) অসিনি। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা পুথোক্লিবা পোৎথোকশিং (Finished products) অসিগী মমল (value) অসিদসু শিনমী অদুগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদুগী মমলসু (value) য়াওরিবনি। পুথোক্লবা

পোৎথোক (Finished product) অদুগী মমল অসি কবি করিনা শেম্বগে হায়ববু, মসিদা য়াওরিবসিদি চাওরাক্লা হায়রবদা, শিনশং অমসুং মেছিনশিংগী মম্থুরকপগী মমল- (value of the depreciation), 'ইলেক্ট্রিসিতিগী মমল', '**Raw material** গী মমল', অমসুং শিনমীগী 'শু-নোম্বা পাঙ্গলগী' ( labour power ) মমল অসিনি। অদুবু মসিগী মতাং অসিদদি, শিনমী অদুনা ফংজগদবা মহাক মশাগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদুগী মমল অদু মহাক্লা ফংবগী- মহুৎতা কেপিটেলিস্ত অদুনা লৌথোকই। 'অহেনবা শু-নোম্ব মতমগী' মনুংদা পুথোকপা পোৎথোক্কি মমলদা য়াওরিবা শিনমীগী 'শু-নোম্ব পাঙ্গলগী' (labour power) মমল (value) অসিবুনি 'অহেনবা মমল' (surplus value) হায়রিবসে। মরম অদুনা 'অহেনবা মমল' (surplus value) হায়বা অসি শিনমীগী মশাদা য়াওবা 'শু-নোম্বা পাঙ্গলগী' মমলনি হায়বা অসি তশেংলবা ব্রাফম্নি। অদুবু মসিগী মমল অসি শিনমীনা ফংজবগী মহুৎতা কেপিটেলিষ্ট অদুনা লৌথোকই হায়বগীদমক শিনমীবু ওৎলি (exploit) হায়বিবনি। অদুগা কেপিটেলিষ্ট অদুনা, মহাক্কি শিনশংদা, শিনমীশিংনা থবক লেপ্তুনা শুরিবমখৈ, ইনাক খুনবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই হায়বিবা অসি, মহাক্লা 'অহেনবা মমল' (surplus value) তৎতনা ফংলকপদগীনি।

মখাগী খুদম অসি অমুক্তং যেংশি:

নোংমদা পুং ১০ থবক শুগদবা শিনমী অমনা মহাক্লা শুরিবগী মওং:

| পুং মঙা | পুং মঙা |
|---|---|
| দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী মতম (Necessary labour time) | অহেনবা শু- নোম্বগী মতম (surplus labour time) |

মতাং অসিদা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value গী) খুজিং (Rate of surplus value) অসি অসুম্না পি মদুদি,

$$M = \frac{m}{v} \quad \frac{\text{অহেনবা মতম পুং মঙা}}{\text{দবকাব ওইবা মতম পুং মঙা}} \times 100\% = 100\%$$

করিগুম্বদা 'দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী মতম' (Necessary labour time) অসি লেংহন্দনা থমলগা 'অহেনবা শু-[illegible]গী মতম' (surplus labour time) অসি হেঙ্গৎহল্লবদি, '[illegible] মমল' (surplus value) অসি হেঙ্গৎলি। নোংমদা 'শুবগী মতম' (working hour) অসি হেঙ্গৎহল্লগা, ফংলিবা অহেনবা মমল (surplus value) অসিবু মার্ক্সনা 'অশেংবা অহেনবা মমল' (Absolute surplus value) কৌনমখি। নোংমদা থবকশুবগী মতম (working hour) শাংদোকহনবা হায়বা অসিগী পংখৈ (limitation) [illegible] অমনা মহাক্ক সমাজগী থবক থৌরম যাওনবগী অমসুং [illegible] মনবগী মতম দবকাব ওই (লাইহাবকপাব, থবব পাবা, [illegible] হেৎবা চৎপা, সেন্দ্রাত, ফিরোই যাওকবা আসনাচিংবা)। [illegible] থৌরম্শিং তাস তেক যাওব্দবদা, মহাক অসি সমাজদগী [illegible] বদৌনা উবক্কনি। নোংমগী ওইনা, 'মরমচাব', '[illegible] শুবগী মতম' (logical working hour) অমগীদমক শিনমীশিংনা যাম্না কন্না থেংনদুনা লাকখি। মসিগীদমক মখোয়গী [illegible] পোল্লা শিনসু যাওখ্রবনি। মতৌ অসুম্না বানা থেংনবকপগী মহয ওইনা [illegible] (May Day) হায়বা অসি লৈবকখিবনি। চহি খুদিংগী [illegible] অহানবা নুমিৎ অসিবু মালেমগী মফম খুদিংমক্তা শিনমীশিংগী [illegible], 'মে [illegible]' হায়না পালন তৌনবি। মসিগী লড়াই (থেংনবা) আস

অহানবদা বৃটেন্দগী হৌবকখি অমসুং মসি শোক ১৮৬৬ তা বালটিমোবদা পাংথোকখিবা, অহানবা ইন্টবনেসনেল অমসুং লেবব কংগ্রেস (First International and labour congress) হায়বা, অদুগা জিনেভা কংগ্রেস হায়নসু খঙনবা অদুগী মতুংদগীদি অকনবা খোঙজং ওইবকখ্রে অমসুং নোংমদা থবক শুবগী মতম অসি 'পুং নিপাল' ওইগদবনি হায়বা খোল্লাও অসি থোবকখি।

'অহেনবা মমল' (surplus value) হেঙ্গৎহন্নবগী অনিশুবা লম্বেলদি, 'নোংমগী থবকশুগদবা মতম' (Length of working day) অসি লেংহন্দনা থমলগা 'দবকাব ওইববা শু-নোম্বগী মতম' (Necessary labour time) অসি হস্থহল্লবা অদুগা 'অহেনবা শু নোম্বগী মতম' (surplus labour time) অসি শাংদোকহনবা অসিনি। মসিগী অহুমশুবা লম্বেলদি, 'শু-নোমলগা পোৎ পুথোক্লিবগী চাং' (labour productivity) হেঙ্গৎহনবা অসিনি। মসিনা খঙহল্লিবদি 'শু নোমলিবা পাঙ্গলগী' (labour power) মমল (value) খব হস্তহনবা অসিনা 'দবকাব ওইবিবা শু নোম্বগী মতম' (Necessary labour time) হস্থহনবা হায়বা অসি ওইহল্লিবনি। 'পোৎ পুথোক্লিবগী চাং' (productivity) হেঙ্গৎহনবা হায়বগী অর্থদি, অকক্নবা মতম' অমগী মনুংদা পুথোক্লিবা পোৎ অদুগী চাং অদু হেঙ্গৎলবদি, পোৎ পুথোক্লিবা শিনমী অদুগী 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) হেঙ্গৎলে হায়গনি। 'নোংমদা থবকশুবগী মতম' (working day) অমগী মনুংদা 'দবকাব ওইবিবা শু-নোম্বগী মতম' (Necessary labour time) অদু লেংহন্দনা থমলবসু, হায়বিবা মতম অসিগী মনুংদা, শিনমী অদুগী 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) অদু হেঙ্গৎহল্লবদি, মসিনসু, শিনমী অদুনা শেমলিবা 'অহেনবা মমল'

(surplus value) অদু হেঙ্গৎহল্লি। মরম অদুনা 'নোংমদা থবক শুবগী মতম' (working day) অসিগী মনুংদা, শিনমী অদুগী 'শু-নোমদুনা পোৎ পুথোকপগী চাং' (labour productivity) অসি হেঙ্গৎলবদি, 'দবকাব ওইবিবা পোৎ পুথোকপগী মতম' (Necessary labour time) অসি তেনশিল্লি, অদুগা 'অহেনবা পোৎ পুথোকপগী মতম' (surplus labour time) অসি শাংদোকহল্লি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদনা, 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি হেন্না পুথোক্লকবনিনা, কেপিটেলিষ্ট অদুবু শেন্দোং (profit) যাম্না ফংহল্লি, যাম্না কান্নহল্লি। অদুগা অমবোমদনা শিনমীবু ওৎপগী (exploit ) চাংদি যাম্না হেঙ্গৎহল্লি। মসিদগীসু ঐখোযনা ইবাই লাইনা খঙবা ঙমলে মদুদি, শিনমীবু ওৎপগী চাং হেঙ্গৎলিবমখৈ, কেপিটেলিষ্টপু শেন্দোং হেন্না ফংহল্লি।

মখাগী খুদম অনি অসি যেংশি:

১।

| পুং মঙা | পুং মঙা |
|---|---|
| দবকাব ওইবা থবক শুবগী মতম<br>(Necessary labour time) | অহেনবা থবক শুবগী মতম<br>(surplus labour time) |

অহেনবা মমলগী খুজিং, m' = x ১০০% = ১০০%

২।

| পুং ৩ (অহুম) | পুং ৭ (তরেৎ) |
|---|---|
| দবকাব ওইবা থবক শুবগী মতম | অহেনবা থবক শুবগী মতম |

অহেনবা মমলগী খুজিং, m' = x ১০০% = ২৩৩%
(Rate of Surplus value)

মথক্কি খুদম অনিদা যাওবিবা 'অহেনবা মমলগী খুজিং' (Rate of Surplus value), m' অসি শিনমীবু ওৎপগী (exploit তৌবগী) চাংনি। ওৎপগী চাং অসি অহানবা খুদমদনা ১০০% নি অদুগা অনিশুবগীদনা ২৩৩% নি।

'শুরগা পুথোক্লিবা পোৎকি চাং' (labour productivity) অসিনা হেঙ্গৎলকপনা মবম ওইরগা 'অহেনবা মমলনা' (surplus value) হেঙ্গৎলকপা অসিবু 'চাংদম্নবদা ওইরিবা অহেনবা মমল' (Relative surplus value) কৌই। অসুম্নসু হায়বা য়াই মদুদি 'শুবগা পুথোক্লিবা পোৎকি চাং' অসিনা 'হেঙ্গলকপনা মরম ওইরগা হেঙ্গৎলক্লিবা' (surplus) অসিবু 'চাংদম্নবদা ওইবিবা হেঙ্গৎলকপা' (Relative surplus) কৌই।

## 'য়ামখৎলবা অহেনবা মমল'
## (Extra surplus value)

'যামখৎলবা অহেনবা মমল' (extra surplus value) অসিদি, অনৌবা মেছিন হাপচিল্লবা অমসুং 'পোৎ পুথোকপগী থৌবাং' (Production Technique) ফগৎহল্লবা মতমদা ফংবা ওমই। অনৌবা মেছিন হাযবদি, (হান্নদগী হেন্না ফগৎলবা), মেছিন অসিগী 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) হান্নগী মেছিন্দগী হেন্না ফগৎলবা হায়বনি। অসিগুম্বা হেন্না ফগৎলবা মেছিনশিং অসিনা হান্নগী মেছিনশিং অদুবু শিন্দোক্লবা, 'পোৎ পুথোকপগী থৌবম' (Production Technique) ফগৎহল্লবা, হায়বদি, 'পোৎ পুথোকপগী থৌরাং' অসিসু ফজনা অমসুং মবিকচুম্না, মতম অদুদা ওইলিবা ফিভমগা চাননা, হৈ-শিংলবা মীওইশিংবু শিলহন্দুনা (manage) হোৎনরবদি, 'য়ামখৎলবা অহেনবা মমল' (extra surplus value)

অসি ফংহনবা ঙমই। মসিনা অমুক তাক্লিবদি, শিনশং অদুদা লৈবিবা হান্নগী মেছিনশিং অদুবু অনৌবা অফবা মেছিনশিংনা শিন্দোক্লবা অদুগা, পোৎ পুথোক্লবগী থৌবাংসু ( management) ফগৎহল্লবদি, পোৎ পুথোক্লিবা শিনমী অদুগী, হান্নগী শিনশঙ অদুদা লৈবমখিবা ফিভম অদুদা মহাক্না পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবর্কখিবা, মহাক্কি 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদুদা, কবিগুম্বা অহোংবা (change) অমত্তা লৈহন্দনা, শিনশংগী অনৌবা ফিভম অসিদা, মহাক্না 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) হেঙ্গৎহল্লি। মসিনা অপীবা মতমগী মনুংদা (within the given time) হান্নদগী হেঙ্গৎলবা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসিবু 'যামখৎলবা অহেনবা মমল' (extra surplus value) কৌই

'যামখৎলবা অহেনবা মমল' (extra surplus value অসিদি 'সমাজনা লেপ্লবা কোমোডিটি অমগী মমল' (social value of the commodity) অদুগা 'লন্নাই পোৎ পুথোক্লবা অদুনা লেপলিবা মমল' (individual value) অনি অসিগী খেন্নব' (difference) অদুনা ওই। 'যামখৎলবা অহেনবা মমল' (Extra surplus value) অসিগী অর্থ অসি অসুম্না হনবা যাই মদুদি, মসিবু 'অহেনবা শেন্দোং' (extra profit) হাযনা হনবসু যাই। অদুগা অহেনবা শেন্দোং হাযবা অসি কবিদগী থোবকপগে হাযবদু, 'সমাজনা লেপলবা কোমোডিটি অমগী মমল' (social value of the commodity) অসিনা চাওবা (যাম্বা) হেল্লগা, পোৎ পুথোক্লিবা মীওই অদুনা লেপ্লা মমল (Individual value) অদুনা অপিকপা (হন্থবা) ওইবা মতমদদা ওই।

'যামখৎলবা অহেনবা মমল' (extra surplus value) অসিদি মতম খব খক্তগী ওই (temporary), মবমদি অতৈ পোৎ

পুথোক্লিবশিংনসু অনৌবা মেছিনশিং হাপচিন্দুনা অমসুং হান্নদগী শিনলাংবা ফগৎহন্দুনা (management ফগৎহন্দুনা) পোৎ পুথোকপা হৌবকই। কেপিটেলিজম্না মপুং-মবৈ ফাগৎহনবদা (develop তৌহনবদা) যামখৎলবা অহেনবা মমল (extra surplus value) অসিনা অচৌবা শক্তম (role) অমা লৌবকই। কবিগীনো হাযবদা পোৎ পুথোক্লিবশিংগী মবক্তা লোইবা খন্বা নাইদ্রবা হিদান্নবা (competition) অমা অসুম লৈবনিনা, অনৌবা অফবা মেছিনশিং হাপচিন্নবা তৎতনা হোৎনৈ। অনৌবা মেছিন হাপচিন্নবগীদমক অনৌবা মেছিনশিং পুথোকপা যাম্না দবকাব ওইবকই। মসিগী পান্দম অসি ফংনবগীদমক, সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি (science and technology) অসি মপুং মবৈ ফাগৎহনবা (develop তৌবা) যাম্না দবকাব ওইবকই মবম অদুনা সাইন্তিষ্ট কযাদা, অচৌ অচৌবা কেপিটেলিষ্টশিংনা, অচৌ অচৌবা কেপিটেল থাদদুনা, থিজন হুমজিনবগী থবক (Research) তৌহল্লি। মতৌ অসুম্না পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা অনৌ অনৌবা মেছিনশিং পুথোকহল্লি অমসুং কেপিটেলিষ্টশিংবু হেন্না হেন্না ইনাক খুলহল্লি। মবম অদুনা ব্রাফম অসিসু অচম্ন লায়ম ওহবে মদুদি, কেপিটেলিজম্না সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিন যাম্না থুন মপুং মবৈ ফাগৎহল্লি (develop)।

# কেপিটেলিজম অসিনা মপুং-মরৈ ফাগৎলকপদা থেংখাং অহুম লৈ

'চাংদম্নবগী অহেনবা মমল' (Relative surplus value) অসি কুপ্না নৈনবদগী খঙলে মদুদি, কেপিটেলিজমগী মখাদা, 'শু-নোম্বনা পোৎ পুথোকপগী চাং' (labour productivity) অসিনা মপুং - মরৈ ফাগৎলকখিবা (develop) অসি ইতিহাসকি ওইনা থাংখাং অহুম থোক্না লৈবকখ্রে। মখোয়শিং অদুদি,

(ক) ইচম চম্না তেংবাংনবা (simple co-operation)

(খ) খুৎনা পোৎ- চৈ শাবা (Manufacturing)

(গ) মেছিন শিজিন্নদুনা পোৎ-চৈ শাবা (Machine industry)

খ্বাইদগী ইহান হানবা, অদুগা খ্বাইদগী চম্বা শু-নোমলগা পোৎ পুথোকপগী চাং (labour productivity) হেঙ্গৎলকখিবা অসিদি 'কেপিটেলিষ্টকি ওইবা ইচম চম্না তেংবাংনবা' (capitalist simple co-operation) অসিনি। মসিগী অর্থদি শিনশং অমদা শিনমী ময়াম অমা, মানা মানা তৌবিবা থবক অদু হঞ্জিল হঞ্জিল তৌবা অসিনি। থবক অমা হঞ্জিন হঞ্জিন তৌবা হাযবা অসিগী মতাংদা ৱাহৈ খবা হাযবা যাই মদুদি, খুদম ওইনা হাযলবদা, হিপ্লবা কাংথোন চনবা শিনশং অমদা, শিনমী অমনা কাংথোনগী মখোংদমক পুথোক্লবা হোৎনৈ অতোপ্পা অমনা কাংথোন অদুগী চাকলেনতমক পুথোক্লবা হোৎনৈ, অতোপ্পা শিনমী অমনা, কাংথোন অদুদা চংগদবা উপাত্তমক শেমই মতৌ অসুম্না কাংথোন অদু পানখৎপদা চংগদবা মচাক (part) পুম্নমক তোঙান তোঙানবা শিনমীশিংনা শেমই অমসুং মাগী মাগী থবকশিং অদু হঞ্জিন হঞ্জিন তৌই।

মসিবুনি 'কেপিটেলিস্তকি ওইবা ইচম চম্না তেংবাংনবা' (Co-operation) হায়রিবসি। পৈশা পিরগা থবক শুহনবনি হায়বগীদমক কেপিটেলিষ্ট কৌরিবনি। মসিদি ময়াম্না খঙনরবা ৱাফম্নি মদুদি, শিনমী খরা পুন্না থবক শুমিন্নরগা 'পোৎ-চৈ পুথোকপগী চাং' (productivity) অদুনা মখোয়না তোঙান তোঙানবা মফমদা শুবদগী হেন্না ৱাংই। মফম অমত্তদা পুন্না শুমিন্নবিবা শিনমীশিং অদুগী অপুনবা 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) অদুনা, তোঙাল তোঙাল থবকশুরিবা শিনমীশিং অদুগী অপুনবা ' পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) অদুদগী হেল্লিবনি। ময়াম শুমিন্নবদগী হেঙ্গৎলক্লিবা অনৌবা 'শু -নোমলগা পোৎ পুথোকপগী চাং' (labour productivity) অসিগীদমক কেপিটেলিষ্ট অসিনা শিনমীশিংদা অহেনবা মমল (price) পিদে, হান্নগী অদুগা চপমান্ননা অদুম পি। অসিগুম্না 'অহেনবা খরচ' (extra expenditure) তৌদনা, কান্নবা হেন্না ফংবনিনা, কেপিটেলিষ্টশিংনা, অচৌ অচৌবা শিনশং শাদুনা, মদুগী মনুংদা শিনমী কয়া পুন্না থবক শুহন্দুনা অচৌবা শেন্দোং ফংই।

শিনশংশিংদা তপ্না তপ্না 'শিনলম খাইদোকপগী থৌরম' (Division of labour) অসি হাপচিনলকই। 'শিনলম খাইদোকপা' অমসুং 'খুৎ-শা হৈবগী থবক খুৎতৌদা' (handicraft technique) যুম্ফম ওইরগা লিংখৎখিবা 'কেপিটেলিষ্টকি থবক শুফমশিং' (capitalist enterprises) অসিবু 'খুৎনা পোৎ-চৈ শাফমশিং' (Manufactories) হায়না কৌবকখরে। অসিগুম্না 'খুৎনা পোৎ-চৈ শাফমশিং' অসিদা থবকশুবগী ফিভমশিং অসি অৱাবগী মশক্নি। শিনমীশিংনা থবক শুবদা, মখোয়গী হকচাংনা লেংলিবা (movement) মওং অদুদা হঞ্জিন হঞ্জিন লেংদুনতা লৈ। মসি করিদগীনো হায়বদা,

মখোয়না তৌরিবা থবক অদু হঞ্জিন হঞ্জিন তৌবদগীনি। 'খুৎনা পোৎ-চৈ শাফমশিং' (Manufactories) অসিদা মখোয়গী ফিভমশিং অসি অসুম অসুম হোংলক্লুনা, অচৌবা মেছিন্না থবক শুরবা ইন্দস্ত্রি ওইরক্লবগী মাইকৈবোমদা তপ্না তপ্না চংশিল্লকই। অসুম্না চংশিল্লকপগী মওং অসি মখাদা থমজবি, মদুদি,

১। থবক তৌবগী মওং লাইথোক্লবা হোৎনরকপা অসিনা, শিনমীশিংগী মখুৎশিংবু থবক তৌরিবা মেছিনশিংনা মহুৎ শিনলক্লবগী মাইকৈবোমদা চংশিল্লকই।

২। পোৎ পুথোক্লিবা শিনশংশিংদা, শিনমী মশাগী ওইনা থবক তৌনবকপা (individual operations) অসিনা, থবক শুবদা শিজিন্নবা, অখন্নবা খুশু খুৎলাই পুথোক্লবক্লে অমসুং মসিনা মেছিন পুথোবক্লবগী টেক্লিকেলগী ফিভমশিং (Technical preconditions) অদু লৈহল্লি।

৩। 'খুৎনা পোৎ-চৈ শাবগী থবক' (Manufactory) অসিনা মীওই কযাবু, মেছিন পুথোকপগী থবকশিংবু হৈননবা তম্বি। মতৌ অসুম্না 'খুৎনা পোৎ-চৈ শাবগী থবক' (Manufactory) অসিনা মীওইবা সমাজগী ইতিহাসকি তাঙ্কক অমদা য়াম্না শিংথানবা য়াবা (significant) থবক অমা তৌরে হায়বসি অচুম্বনি।

'খুৎনা পোৎ-চৈ শাবা' (Manufactory) হায়বা অসিনা পোৎ চৈ শানবা মেছিনশিং থোরকহন্নবগী অচৌবা মবম অমা ওইবে। মতৌ অসুম্না, কোমোডিটিশিং পুথোক্লবগীদমক মেছিনশিংগী থৌরাং (system of Machines) তৌবা হৌনবকখি। মেছিন শিজিন্নরকপা অমসুং অফবা মেছিন শেমগৎনরকপা অসিনা, 'শু-নোমলগা পোৎ পুথোকপগী চাং' (labour productivity) অসি অঙকপা ফংনা ব্রাংখৎলকখি অমসুং মসিনা মরম ওইরগা কোমোডিটিগী মমল

হোংথরকখি (হাইথরকখি)। মসিগা লোইননা 'খুৎনা পোৎ-চৈ শাবা শিনশং' মেছিন য়াওদবা পুন্নমক, অমাং অতা থোকহল্লে। মতম অমদা লৈরমখিবা খুৎনা পোৎ-চৈ শাবা শিনশংগী (Manufactories) মপুশিং (কেপিটেলিস্তশিং) অসি চপমান্ননা ইনাকখুনবা নত্তে। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা খরা হেন্না ইনাকখুনবা মপুশিং অদুনা মখোয় মখোয়গী শিনশংশিংদা মেছিনশিং হাপচিন্দুনা পোৎথোক মরাং কাইনসু পুথোকখরে অদুগা মমলসু হান্নদগী হন্থবগা যোনবা হৌরকখরে। অদুগা লাইরবা মপুশিং অদুনা মখোয়গী শিনশংশিংদা মেছিন হাপচিনবা ঙমদবদগী, পোৎথোকসু মরাং কাইদ্রে অদুগা মমলসু তাথবা ঙমদ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয়গী শিনশংশিং অদু থোং লোনবা তারকখ্রে।

কেপিটেলিষ্টশিংনা পোৎ পুথোকপদা, মেছিন অসি করম্বা মতমদা শিজিন্নরকপগে হাযববু, মহাক্না থবক্তগী লৌথোক্কদৌরিবা শিনমীশিং অদুগী অপুনবা খুগুমল (Wages) অদুদগী মেছিনগী মমলনা হন্থরবা মতমদা শিজিন্নরকই। খুৎনা পোৎ-চৈ শাবা শিনশংশিংদগী (Manufactories) মেছিন্না পোৎ-চৈ শাবা শিনশংলোমদা (factories) হোংলকখিবা অসিনা খঙহল্লিবদি, 'কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোকপা' (Capitalist mode of production) চপচান্না হৌবে হায়বা অসিনি। মসিনা অমুক তাক্লিবদি, কেপিটেলিজম হায়বা সমাজ অসি অঙাং ওইদ্রে মপুং- মবৈ ফাবে হায়বনি।

# কেপিটেলিজমগী মনুংদা মরু ওইবা য়ানদবা
## (The basic contradition of capitalism)

পোৎ পুথোকপগী অচৌবা থৌবাংশিং (Enterprises) অমদি ইন্দস্ট্রিশিং অসি অমগা অমগা মরি লৈনৈ (interlinked) অমসুং অমগা অমগা মথা পোন্নৈ (interdependent)। খুদম হাযববু, খুজু খুৎলাই শাবগী শিনশংশিং (Engineering plants) অসি, যোৎ অমসুং ইস্পাড (iron and steel) পুথোকপগী থবকশিং অসি য়াওদ্রবদি ওইথোক্তে, অদুগা হায়বিবা অকোনবগী থবকশিং অসিসু কয়লা (coal) যাওদ্রবদি য়াবা নত্তে। অদুগা খনিদগী কযলা পুথোকপা (coal mining) অসিসু খুজু-খুৎলাই শাবগী (engineering গী) শিনশংশিংগী অমসুং অতৈ পোৎ পুথোকপা শিনশংশিংগী (plants) মতেং যাওদ্রবদি ওইথোক্তে। মরম অদুনা শিজিন্ননবা পোৎ অমা পুথোকপদা থবক শুরিবা শিনমী পুম্নমক চেন্নবমলে (য়াওবমলে)। অদুনা শিজিন্ননবা পোৎ পুথোকপগী লমচৎ (character) অসি মীযাম্না পুথোকপগী শক্তমদা (social character) ওইরে। **'Social production'** হায়বদি মীয়াম্না পোৎ পুথোকপা হায়বনি। খুদম অমা ওইনা অসুম্না হায়বা য়াই মদুদি মীওই ৫/৬না লৈননবা, চেক্লা য়ুম্ফম শেমলগা, জিঙ্খ্না কুপ্পা য়ুম অমা শাবদা চংলিবা শু-নোম্বগী পাঙ্গল (labour power) অসি মীওই (শিনমী) লিশিং কযাগীনি। চেক শাবদা চংলিবা মীওইশিং বিলামতি শাবদা চংলিবা মীওইশিং, উ য়ানবদা চংলিবা মীওইশিং, হোরাই খাইবদা চংলিবা মীওইশিং, জিঙ্খ্ শানবগীদমক যোৎকি খনিদা (iron ore) থবক শুরিবা মীওইশিং য়োৎ শুংফমদা (iron smelting) শুরিবা মীওইশিং, য়োৎপি শাফমদা শুরিবা মীওইশিং অসিনচিংবনি। অদুবু

কেপিটেলিজমগী মখাদদি পোৎ পুথোকপগী থৌরাং পুম্নমক (all enterprises) লন্নাই কেপিটেলিস্তশিংনা মপু ওই। অদুগা পুথোক্লিবা পোৎ পুম্নমক মীয়াম চংদুনা পুথোক্লবসু (social production) পোৎশিং অদুগী মপুনা লন্নাই কেপিটেলিস্তশিংনা (individual capitalist) ওই। অসিগুম্বা পোৎ পুথোকপগী মওং অসিদা, য়ানদবা (contradiction) অমা থোরকখরে অমসুং মসি অসুম অসুম চাওথোরক্লি। য়ানদ্রিবা অসি করিগা করিগগী মরক্তা থোরকখিবনো হায়রবদি, মসি, পোৎ পুথোকপগী মওং অসিনা 'মীয়াম্না পুথোকপা ওইরগা' (social character of production ওইরগা) পুথোক্লিবা পোৎশিংগী মপুনা লন্নাই কেপিটেলিস্তশিংনা ওইবা (private capitalist form of appropriation ওইবা) হায়বা অনি অসিগী মরক্তনি। অমরোমদা, মীয়াম্না পোৎ পুথোক্লগা লন্নাইনা মপু ওইবা (social production and individual appropriation) অনি অসিগী মরক্তা য়ানদবনি। অমুক্কসু লাইথোক্না হায়বা য়াই মদুদি, মীয়াম্না পোৎ পুথোকপা হায়বা অসিগা পুথোক্লিবা পোৎ অদুবু লন্নাইনা মপু ওইবা হায়বা অসিগা য়ানদে।

কেপিটেলিস্তকি মরু ওইবা 'য়ানদবদি' নোংম নোংমগী অসুম অসুম মপুং ফাগৎলক্লিবা (develop) 'পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং' (Productive forces) অসিগা 'কেপিটেলিস্তকি ওইবা মওংদা পোৎকি মপু ওইবা' (capitalist relations of production) হায়বা অসিগা য়ানদবনি। পোৎ পুথোকপদা মীগী মশিং অসুম অসুম হেঙ্গৎলকপা মতমদা, কেপিটেলিজম অসিনা 'সমাজগী ওইবা পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং' (societies productive forces) ফগৎলকপদা (develop) অথিংবা পিরকই। অসিগুম্বা অথিংবা অসি

লৌথোক্লবগীদমক, কেপিটেলিস্তশিংগী সম্পতিশিং (private properties) তঙাই ফদনা মুথৎপা তাবকই। কেপিটেলিজম হায়বা অসিনা 'পোৎ পুথোকপগী পাঙ্গলশিংবুদি' (productive forces) য়াম্না কলহনবা ঙমই অদুবু মসিনা মখুৎ তৎলবা মীওইশিংদি (prolitariats) মশিং য়াম্না পুথোকই। অদুগা পোলোইদদি, 'মখুৎ তৎলবশিং' অসিনা কেপিটেলিজম্বু হাৎলগা ফুমজিনগদৌরি।

## কেপিটেলিজমগী মখাদা খুশুমল
## (Wages under capitalism)

খুশুমলগী মনুংগী ওইবা অথ 'শুব-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসিগী 'মমল' (value) অসিবু পৈশাদা ফোংদোক্লবদি মসিবু 'খুশুমল' (wages) হায়বগা খঙনবে। 'শুব-নোম্বা' (labour) হায়বা অসিদি কোমোডিটি নত্তে, অদুনা মসিগী 'মমল' (value) লৈতে, অদুনা 'মমলসু (price) লৈতে। কোমোডিটি ওইরিবদি 'শুব-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদুবুনি। মসিদি লৈবসু যাই য়োনবসু যাই। 'শুব-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসিগী 'মমল' (price) অদুবুনি 'খুশুমল' (wages) হাযরিবসি। কেপিটেলিস্তশিংনা 'মখুৎ তৎলবশিংগী' (prolitariats) 'শুব-নোম্বগী পাঙ্গল' অদুবু লৈবগা মখোয়গী পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নে। মরম অদুনা 'শুব-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসি শিজিন্নবা হৌদ্রিমখৈ মসিগী মমল (value) লৈতে। খুদম হায়ববু, থবক শুদবা শিনমী অমগী মশাদা য়াওরিবা 'শু-নোম্বগী

পাঙ্গল' অদুগী 'মমল' লৈতে। ঙসিগী কেপিটেলিষ্ট সমাজ অসিদা ঐখোযনা অসুম্না উই মদুদি, কেপিটেলিস্ত অমনা মাগী থবক শুবিবিবা মীওই অমদা, মাগী 'খুশুমল' অদু চপচানা পি। অদুবু তশেংবদি মদু ওইদে। খুদম অমত্তং যেংশি মদুদি, শিনমী অমগী মহাক্কি নোংমদা চংগদবা, হিংননবগী মচাকশিং অদু লৈবদা চংগদবা 'মমল' (price) অদু মহাক্না পুং ৬ কি থবক শুবদা ফংগদবনি হাযবা অসি 'সমাজনা যানববা শু-নোম্বগী মতম' (socially necessary labour time) অদুনা পি হাযনা লৌবসি। পুং ১দা মহাক্না শুবিবা থবক অসিগী 'মমল' (price) অসি লুপা ২০নি হাযববদি, পুং ৬ কিদি লুপা ১২০ থোক্লে। কেপিটেলিস্ত অসিনা শিনমী অসিদা নোংমগী লুপা ১২০ পিবগা পুং ৮ থবক শুহল্লবদি, নোংমদা শিনমী অসিনা শুবিবা থবক অদুগী মমল অসি পুন্না লুপা ১৬০ থোক্লে। মসিগী মনুংদা শিনমী অদুনা লুপা ১২০ ফংলগা লেমহৌবিবা লুপা ৪০ অসিনা কেপিটেলিস্তকি ওইহৌবে। লুপা ৪০ অসি শিনমী অসিনা পুথোকপা 'অহেনবা মমল' (surplus value) কৌই। মসিনা কেপিটেলিস্তশিংবু হেন্না হেন্না ইনাক খুলহল্লিবনি। অসিগুম্বা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) ব্রাফম অসি 'বুর্জ্জুবা ইকোনোমিষ্টশিংনা (Bourgeois economists) কৈদৌঙৈদসু ফোংদোক্তে। মসিবু মখোযনা যাম্না চেকশিন্না খঙহন্দনবসু হোৎনৈ। মবম অদুনা মখোযনা 'অহেনবা মমল' (surplus value) হাযবা অসি সুংলৈ লৈতে হাযাব।

শিনমীশিংবু ওৎ নৈবা (Exploit তৌবা) হাযবা অসি 'মীনাই লোইবা সমাজগী' (slave owning society) মনুংদদি ইফোং ফোংনা উই। মীনাইশিংবু থবক শুহল্লগা 'খুশুমল' পিদে, চাকসু মপুক থন্না পিজদে, মীনাই মপুনা (slave masters) মীনাইশিংবু হাৎনিংবা মতমদা

হাংতোকই মসিগীদমক্তা মপু অদু মীহাৎপগী দন্দি পিদে। ফিউডেলিজমগী (Feudalism) মতমদদি সর্ফশিংনা (serfs), হাযবদি মতম অদুগী লৌমীশিংনা লৌপুশিংদা, লৌশাল (Rent) পি হাযবিবা লৌশাল অসি 'শু-নোম্বনা' (labour না) ওইবা যাই, পোৎ চৈনা (kind) ওইবা যাই, অদুগা পৈশানা ওইবা যাই। কেপিটেলিজমদদি (capitalism) ওৎ- নৈবা (exploitation) অসি উহন্দে হাযবদি 'অহেনবা মমল' (surplus value) হাযবা অসি উহন্দে খঙহন্দে।

## খুশুমনগী মখল খবা
## (Forms of wages)

কেপিটেলিষ্ট সমাজদদি, 'খুশুমল' অসিগী তোঙাল তোঙালবা মওং খবদি লৈ। খুদম খবা যেংশি: কেপিটেলিষ্ট অমনা শিনমী অমবু থবক তৌননবগী নেকপা (hire) হাযবগী বাহঙ্গোক্তি, শিনমী অদুগী মশাদা যাওবিবা 'শু- নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অদুবু লৈগদৌবিবনি মবমদি মসি কোমোডিটি (labour commodity) ওইবদগীনি। অহানবদা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অদু কবম্বা মওংদা লৈগদৌবিবনো হাযবগী মতাংদা 'যানবা' (contract) অম শেমগনি। হাযবিবা 'যানবা' অদুদা নোংমগী ওইনবা, চযোলগী ওইনবা, নত্রগা থাগী ওইনবা, 'খুশুমল' অদু পিবগী যানবা অমা যাওগনি। অসিগুম্বা মওংগী 'খুশুমল' অসিবু 'মতমদা যানবা খুশুমল' (Time wages) কৌই। খুশুমলগী অতোপ্পা মখল অমনা 'অতৌ অতৌবা থবক্কি ওইনা পিবা খুশুমল' (piece wages) অসিনি। মসি পুং ১গী ওইনা নৎত্রগা নোংমগী ওইনা পিবা খুশুমলনি। মসিগী মতাংদা 'মার্ক্সনা'

হায়রম্বা অমা লৈ মদুদি, মসি 'মতমদা য়ানবা খুশুমলগী' (Time wages) মওং অমনি। অতোপ্পা খুদম অমনা থুমোক অমা শাবা লোইবদা, খোঙগ্রাও অমা তুবা লোইবদা, শীং কোকথোং অমা হেক য়ানবগা 'খুশুমল' পিবগী মওং অসিবু 'অতৌ অতৌবা থবক্কি ওইনা পিবা খুশুমল' (piece wages) কৌই। অসিগুম্বা 'খুশুমল' অসিগী মখাদা থবক তৌবা অসিদি (থবক অসিগীদমক থাদরিবা labour অসিদি) পুথোক্লিবা পোৎথোক (finished product) অদুনা কন্ট্রোল (control) তৌই। মবম অদুনা মসিগী মতাংদা মার্ক্সনা হায়বম্বা অমা লৈ মদুদি, অসিগুম্বা খুশুমলগী থবক খুতৌ অসিদি, শিনমী অদুনা মহাক্কি পুথোক্লিবা পোৎ অদু ফহন্নবগীদমক হঞ্জিন হঞ্জিন শেম্বনা, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) হেন্না থাদরগা খুশুমলনা ব্রাৎনা ফংই। ইতিহাসকি ওইনা য়েংলুববদি, 'মতমদা য়ানবা খুশুমল' (Time wages) হায়বা অসিনা 'অতৌ অতৌবা থবক্কি ওইনা পিবা খুশুমল' (piece wages ) অসিদগী থোরকপা হাল্লি। কেপিটেলিজম্না মপুং মরৈ ফাগৎলকপগী (develop) হৌগৎলকপদা, চৎনরমলিবা খুশুমলগী মওং অসিদি 'মতমদা য়ানবা খুশুমল' (Time wages) অসিনি। মবমদি মসিনা কেপিটেলিস্তশিংদা কান্নবা হেন্না পিরমখি। অদুবু মমৈদা, নোংমদা থবক শুবগী মতম অসি আইন্না 'অকক্নবা' অম থমলকপদগী 'মতমগী খুজিংদা পিবা খুশুমলগী' (Time -rate-Bonus) চৎনবি অসি মওং কয়ামুক্তা চৎনবা হৌরকখরে। অদুবু ঙসিগী মতম অসিদদি কেপিটেলিস্তশিং অসিনা 'চিংদুনা চৎপা মরি' (conveyer belt) শিজিন্নরকপদগী 'মতমদা য়ানবা খুশুমল' (Time wages) অসি অমুক হন্না শিজিন্নরক্লে। অসিগুম্বা মওংগী থবক খুশু অসিদদি, খুশুমলদি হেঙ্গৎতনা শিনমীশিংবু হান্নদগী হেন্না কন্না থবক শুহন্দুনা ওৎপগী (exploitation) চাং হেঙ্গৎহল্লি।

কেপিটেলিস্টশিংনা, মখোযনা ফংগদবা 'অহেনবা মমল' (surplus value) হেঙ্গৎহন্নবগীদমক 'হুমাং হেন্না থোকপা থৌবাং' (sweating system) কযা পুথোক্লি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা 'টেলরগী থৌবাং' (Taylor system) অসিসু অমনি। টেলর (Taylor) হাযবিবা অসি ইউ: এস: এ: গী ইঞ্জিনিযাব অমনি মহাক্কি মমিং লৌদুনা থোল্লিবনি। হাযবিবা 'থৌবাং' (system) অসিদা যাওবিবা মরু ওইবা ৱাফমদি, শিনশঙ অমদা থবক তৌবিবা শিনমী মযামগী মনুংদগী খ্বাইদগী মশা কনবা, অদুগা থবকসু হৈবা অমা খল্লগা, অকক্লবা থবক অমা, মহাক্কি ঙমজবি থাক্তা হোৎনদুনা তৌহল্লগা, মহাক্লা থবক অদু তৌবদা চংলিবা মতম অদু চপচানা খঙদোক্লগা (record) হাযবিবা মতম অদুগী মনুংদা শিনমী পুম্নমক থবক তৌহন্নবা হোৎনবা অসিনি। হাযবিবা মতম অসিগী মনুংদা থবক তৌবা ঙম্বা শিনমীশিংগী 'খুশুমল' অমা অদুগা ঙমদবশিংগীনা 'খুশুমল' অমা পিনবা হোৎনবা অসিনি। মতৌ অসুম্না শিনমীশিং অদুগী মবক্তা খুশুমল তোঙান তোঙান ফংবা কাংলুপ অনি থোক্লা খাইদোকই। শিনমী খবনা অবাংবা খুশুমল ফংই অদুগা খবনা অনেম্বা খুশুমল ফংই।

অতোপ্পা, শিনমীশিংগী 'হুমাং থোকপা হেঙ্গৎহনবগী থৌবাং' (sweating system) অমনা 'ফোর্ডিজম' (Fordism) আসনি। মসিগী থৌবাং অসিদা যাওবিবা ৱাফমদি 'চিংদুনা চৎপা মরিগী' (conveyor belt) 'খোঙজেল' (speed) হেঙ্গৎহনবা অসিনি। 'চিংদুনা চৎপা মরি' অসিগী খোঙজেল হেঙ্গৎহনবা অসিনা, শিনমী অমগী তৌবিবা থবক অদু হান্নদগী থুবা হেঙ্গৎহল্লি মসিনা হুমাং হেন্না থোকহল্লি - হেন্না ৱাহল্লি। অসিগুম্বা থবক খুশু অসিনা শিনমীশিংগী পুক্সিবু যাম্না থুনা কেমহল্লি। মশাগী চহি ৪৫ নৎত্রগা ৫০

শুরকপদা মখোয়বু শিনশংগী মপুশিংনা (factory owners) থবক্তগী লৌথোকই।

অতোপ্পা 'হুমাং থোকপা থৌরাং' (sweating system) অমনা, 'শেন্দোং ফংমিন্নবগী থৌরাং' (participation in profit system) হায়বা অসিনি। মসিদা য়াওরিবা মরু ওইবা ৱাফম্না অসিনি মদুদি, 'শিনমীশিংদা পিগদবা খুশুমল' অসি অতৈনা পিবদগী ৱাংনা পিগনি অদুবু চহি লোইরকপদা, কম্পনি (enterprise) অদুগী শেন্দোং অদুদগী শরুক থবা মখোযদা পিগনি' হাযবা অসিনি। অসিগুম্বা থৌরাং অসিদনা, কম্পানিগী শেন্দোং য়াল্লবদি, মখোয়সু পৈশা হেন্না ফংগনি হায়বা ৱাখল অসিনা শিনমীশিংবু থবক হেন্না কন্না শুনিংবা পোকহল্লি।

## মমিংখক্তা ওইবা অমসুং অশেংবা খুশুমল।
## (Nominal and Real wages)

কেপিটেলিজম হৌগৎলকপগী, অহানবা থাংখাঙশিংদদি, থবকশুবগী খুশুমল অসি, হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ- চৈ, হায়বদি, চেং-চাক ফিরোল ওইনা পিনরম্মি। ঙসিসু চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদদি (developing countries) খুশুমল অসি পৈশা খরগা পোৎ- চৈ (হিংবদা শিজিন্নবা পোৎ-চৈ) খরগা য়ান্নরগা পিবসু য়াওরি। হৌজিক ফাওবসু (শোক ২০১০) ম্যানমাবদা (Burma) পৈশাগা পোৎ-চৈগা য়ান্নরগা খুশুমল পিরি। খুশুমল ওইনা পৈশা খরা পিবা হায়বা অসি 'মমিংতগী ওইবা খুশুমল' (Nominal wages) কৌই। 'খুশুমল' ওইনা পিরিবা পৈশা অসি 'অশেংবা

খুশুমলদগী' ( Real wages) হেনবা য়াই, হ্রাংপসু য়াই। মরম অদুনা 'অশেংবা খুশুমল' কদায়বু কৌবগে হায়বা অসি খঙদবা য়ারক্তে। 'অশেংবা খুশুমল' অসি অসুম্না ফোংদোক্লরে মদুদি, শিনমী অমগী মশাগী অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী খ্বাইদগী হন্থবদা চংলিবা হিংবগী পোৎলমশিং অদুনি। মসিবু পৈশা ওইনা পিগে হায়রগনা, মসিবু লৈবা কোন্নবা পৈশা অদু ওইগদবনি।

কেপিটেলিজম্না মপুং মরে ফাগৎলকপগা ইরোইননা, 'অশেংবা খুশুমল' (Real wages) অসি অসুম অসুম হন্থরকই। হন্থবক্লিবা অসিগী মবম কয়ামুক্কি মনুংদা য়াম্না মরুওইবা অমদি, পোৎ চৈগী মমল (price) তাংখৎলকপা অসিনি। অদুগা অতোপ্পা মবম অমনা, মখল মখাগী 'টেক্স (tax) থিদোকখিবা অসিনসুনি। অদুগা মরু ওইবা 'অশেংবা খুশুমল' হন্থহল্লিবগী মরম অসিদি, থবক শুফমশিংদা, থবকশুবগা মরি লৈননা 'ফাইন' (fine) তৌবা, 'খুশুমল' ককপা অসিনচিংবনি। অসিদসু নৎতনা, কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদদি, নুপীগা নুপাগা 'খুশুমল' মান্ননা ফংহন্দে। নুপানা নুপিদগী হেন্না ফংহল্লি। U.S.A. গুম্বা কেপিটেলিষ্ট লৈবাক্তদি জাতি (race) খেন্নবগী খুদোংচাবা লৌরগা, কেপিটেলিষ্টশিংনা শেন্দোং (profit) য়াম্না চাওনা তাল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা, অমুবা জাতিশিংগী (black race) 'খুশুমল' নেমথহল্লি অদুগা অতোপ্পা চাওখৎতবা লৈবাকশিংদগী (under developing countries) চংলকপা মীওইশিংগী 'খুশুমল' য়াম্না হন্থনা পি। অয়াম্বা মতমদা কেপিটেলিষ্ট লৈবাক খুদিংমক্তা 'খুশুমল' অসি য়ারিবমখৈ খ্বাইদগী অনেম্বা থাক্তা হন্থনা পী।

# ‘কেপিটেল তুংশিনবা অমসুং থবক ফংদবা মীয়াম শেমগৎপা’
## (The Accumulation of capital and formation of an army of unemployed)
## ‘অমুক হন্না পোৎ পুথোকপা’ অমসুং ‘কেপিটেল তুংশিনবা’
## (Reproduction and Accumulation of capital)

কম্পানি (Entiepreneur) অমগী শিনশংশিংদা পোৎ খবা পুথোক্লে হায়না খল্লসি, অদুগা পুথোক্লিবা পোৎশিং অদু লোইনমক যোঙ্থোকখরে হায়না লৌবসি। মসিদা ঐখোয়না খঙলিবসি, কম্পানি অদুনা পোৎ পুথোক্লবগী থাদখিবা পৈশাশিং (capital) অদুনা যোন্ননবা পোৎশিং (commodities) ওইনা থোরক্লে অদুগা হায়রিবা পোৎশিং অদু য়োঙ্থোক্লগা ফংলকপা পৈশা অদুদা, হান্না থাদখিবা পৈশা অদুগী মথক্তা শেন্দোংসু য়াওবে। মতাং অসিন্নাইদা কম্পানি অদুগী থবক অদু লোইবে হায়না লৌবা যাদ্রি। মবমদি কেপিটেলিস্ত অদুগী ফংগদবা শেন্দোং অদু অহানবদা ফংলিবা অসিনা লোইবা পামদে, মবম অদুনা অমুক হন্না পোৎ পুথোক্কনা অনৌবা শেন্দোং অমুক ফংনবা হোৎনরকই। মতৌ অসুম্না পোৎ পুথোকপগী থবক অমুক হন্না তৌরকপা অসিবু ‘অমুক হন্না পোৎ পুথোকপা’ (Reproduction) কৌই। মরম অদুনা কম্পানি খুদিংমক্তা পোৎ হন্ন হন্না পুথোকই। ‘পোৎ হন্ন হন্না পুথোকপা’ (Reproduction) অসি য়াওদ্রবা কম্পানি (Entrepreneur) অদু ‘অশিবা কম্পানিনি’ (Death company) অমসুং মদুগী মপু কেপিটেলিষ্ট অদুনা অমুক হন্না শেন্দোং ফংলরোইদবনি।

মথক্তসু পনখ্রে মদুদি, 'শেন্দোং' (profit) হায়বা অসি অহেনবা মমলনি (surplus value নি) কেপিটেলিষ্ট খবদি মখোযগী শেন্দোং অসি লোইনা চাথোক্তুনা নুংঙাইথোকপসু য়াওই। মখোয অদুদি 'কেপিটেল তুংশিনবা' (capital accumulation) হায়বা অসি তৌদ্রে হান্নগী কেপিটেল অদুদগী হেঙ্গৎহনবা ঙমদ্রে। অসিগুম্বা কেপিটেলিস্তশিং অসিনা হিদান্নরকপদা (competition) মাইথিদুনা অযাম্বনা লৈহৌগল্লি। অদুনা কেপিটেলিস্ত খবদি, মখোযনা ফংলিবা শেন্দোং অদু খবা চাথোক্লবসু খরদি চাথোক্তনা তুংশিন্দুনা থমই। অসুম হাযনা শেন্দোংগী শরুক খরা তুংশিনবা অসিবু 'কেপিটেল তুংশিনবা' (capital accumulation) কৌই। অসিগুম্বা ' কেপিটেল তুংশিনবা' অসিনা কেপিটেলিস্ত অমগী 'কেপিটেল' চাওবা হেঙ্গৎহল্লি। হাযবদি মবল লৈবা হেঙ্গৎহল্লি। অসিগুম্বা মরল লৈবা হেঙ্গৎলবা কেপিটেলিস্ত অমনা মাগী হান্নগী কম্পানি (Entrepreneur) অদু অমুক্কসু চাওথোকহনবা ঙমই - হাযবদি অনৌবা শিনশং খরসু হান্নগী লৈবিবা অদুগী মথক্তা হাপচিন্দুনা শিনশং মশিং হেঙ্গৎহনবা ঙমই। শিনশং মশিং হেঙ্গৎলকপগা মবি লৈননা 'শেন্দোংসু' (profit) চাওবা হেঙ্গৎলকই। মরম অদুনা 'হন্ন হন্না পোৎ পুথোকপা' (reproduction) হাযবা অসিনা কেপিটেলিষ্ট অমবু 'কেপিটেল তুংশিনবা' (capital accumulation) ঙমহল্লি। মসিনা অমুক শেন্দোং হেন্না ফংহল্লি, অমসুং ইনাকখুনবা অসুম অসুম হেঙ্গৎহল্লি। মসিদগীসু ঐখোযনা খঙবা ঙমলে মদুদি, 'কেপিটেল তুংশিন্নবগীদমক' লাক্কদৌবিবা কেপিটেল অসি 'অহেনবা মমলদগীনি' (surplus value)। অতোপ্পা ৱাফম অমনা, 'অহেনবা মমল' (surplus value) হায়বা অসি শিনমীবু ওৎলগা (exploit) ফংলিবনিনা, ' পোৎ হন্না হন্না পুথোকপা'

(reproduction) অমসুং 'কেপিটেল তুংশিনবা' (capital accumulation) হায়বা অসিনা ওৎপিববা (exploit) শিনমীশিংগী মশিংশু হেঙ্গৎহল্লি। মসিগা মবি লৈননা মথক্তসু পনখ্রে মদুদি, কেপিটেলিস্ত সমাজনা অসুম অসুম চাওখৎলকপগা মবি লৈননা মখুৎ তৎলবা মশাগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল যোল্লিবা মীওইশিংগী (prolitariats) মশিং অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই।

বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিষ্টশিংনা (Bourgeois economists) অসুম্না হায় মদুদি, 'কেপিটেল তুংশিনবা' (capital accumulation) হায়বা অসি কেপিটেলিস্তশিংনা সমাজগী যাইফনবগীদমক মশাগী অপাম্বা কযাবু ককথদুনা পৈশা লিক্লা শিজিন্নবনি (thriftiness )। অসিগুম্বা মিৎযেং অসিবু খ্বাইদগী পুক্লিং হকচাং যাওনা শৌগৎপা মীওই অমদি, শকাব্দ ১৯গী বৃটিশকি বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিষ্ট (British Bourgeois economist) 'সেনিযব' (senior) হায়বা অসিনি। মহাক্লা অসুম্না হায়বমখি হায়দুনা মার্ক্সনা পল্লি (K Marx, capital vol 1 pp 559-60) মদুদি 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা খুৎলাই' (instrument of production) অমনি হায়না শিংথানবিবা কেপিটেল হায়বা ৱাহৈ অসিগী মহুত্তা 'এবস্তিনেন্স' (Abstinence) হায়বা ৱাহৈ অসি শিজিন্নবা পামই। মসিদা মার্ক্সনা যাম্না কন্না যানিংদবা উৎখি মদুদি, কেপিটেলিষ্ট অদুনা মহাক্কি কেপিটেল অদুবু মশা নুংঙাইনবগীদমক্তা শিজিন্নবমগদবা অদুবু তোকথোক্লগা, 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্ননবা' খুলাই লৈবদা, শিনশংশীংদা শিজিন্নদুনা, সমাজগী ফনবা তৌবিবনি হায়বিবা ৱাফম অসিদা, কবিগুম্বা খুলাইশিং অদু মশানা শিজিন্নবা ওইবমলবদি চুমলমগদবনি মদুগী মহুতা খুলাইশিং অদু শিনমীশিংবু শিজিন্নহল্লগা মদুদগী ফংলকপা শেন্দোং, হায়বদি 'অহেনবা মমল' (surplus value) অদু মহাক্লা লৌথোকপনি। মবম

অদুনা কেপিটেলিষ্ট অমনা মহাক্কি মবলগী শরুক খব কেপিটেল ওইনা, পোৎ পুথোক্লবগী থাদবক্লিবা অদু মহাক্লা সমাজগীদমক্তা তৌবা, কৎথোকপগী (sacrifice) থবক নত্তে লাইববা শিনমীশিংবু 'অহেনবা মমল' (surplus value) শেমহন্দুনা মহাক ইনাক খুল্লক্লবনি। শকাব্দ ১৯গী লোইশিল্লকপদা, সেনিযবগী থিওরি (Senior's theory) অসিবু অমুক হন্না 'বৃটিশকি বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিস্ত' (British Bourgeois economist) 'অলফ্রেড মার্সেল' (Alfred Marshall) অমসুং ইউ: এস: এ:গী বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিষ্ট (USA Bourgeois econonust) 'থোমাস কার্বব' (Thomas carver) অসিনা অমুক মখা শমথদুনা পুখৎলকখি মদুদি, 'এবস্তিনেন্সকি' (Abstinence) মহুভা 'এস্পেকেসন' (expectation কবিনো অমদি শোইদনা থোক্লবগনি) হাযবা বাহৈ অসিনা শিন্দোকপা পামলমখি। হাযবিবা থৌবাংশিং অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি, কেপিটেলিজমদা অবানবা অমত্তা যাওদে (justifying capitalism) হাযবা অসি উংনবনি।

কেপিটেল তুংশিনবগী (capital accumulation গী) থবক যাম্না থুনা খুমাঙ চাওশিনহন্নবগী মরু ওইবা থৌওংদি, 'শু নোম্বগী পোৎথোক হেঙ্গৎহনবা' (Rise in the productivity of labour) অসিনি। মসিগীদমক অহোংবা মেছিনশিং (cheap machinaries) শিজিন্নদুনা পোৎথোক যাম্না থুনা হেঙ্গৎহনবা অদুগা লোইননা কেপিটেল থাদবগী (capital investment) চাং হন্থবা অসিনি।

'কেপিটেল তুংশিনবা' অসিনা শিনমী কাংলুপ্তা (working class) কবম্বা চৈথেং পিবগে হাযবা অদু খঙগে হাযববদি মার্ক্সনা মীযামদা তম্বিবিবা 'কেপিটেল হাযবা অসি কবি কবিনা শেম্বনো' (the organic composition of capital) হাযবা অসি হান্না খঙগদবনি।

# কেপিটেলদা য়াওবা মচাকশিং
## (The organic composition of capital)

মার্ক্সনা মহাক্কি 'অহেনবা মমলগী থিওবিদা' (theory of surplus value) 'কেপিটেল' অসি 'হোংদবা' (constant) অমসুং 'অহোংবা' (variable) হাযদুনা অনি থোক্লা খাইদোক্লগা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) হৌবকফম (থোবকফম) অসি পুথোবকই। অদুগা মহাক্কি হাযবিবা থিওবি অসিবু অমুক্কা হেন্না মপুং ফাহন্নবগীদমক 'কেপিটেল অসি কবি কবিনা শেমই' (The organic composition of capital) হাযবা অসি পুথোক্লি। কেপিটেলদা যাওবিবা মচাকশিং (organic capital) অসি মাইকৈ অনিদগী যেংবা যাই, মদুদি, ১। তশেংনা ওইবিবা পোৎ (physical) অদুগা ২। মমল (value) অসিনি। 'মমল' (value) যেংলগা কেপিটেল অমগী মচাকশিং (organic capital) অসি অসুন্না লেপ্পি (determine), মদুদি, মসিগী শরুক কযানা ' হোংদবা কেপিটেলনো' (constant capital) অদুগা শরুক কযানা 'অহোংবা কেপিটেলনো' (variable capital)। অসিগুম্বা, কেপিটেল অমবু শরুক যেন্থোক্লবগী মওং অসিবু ' কেপিটেল অমগী মমলগী মচাকশিং (value composition of capital) হাযনা খঙনৈ। অদুগা তশেংনা ওইবিবা কেপিটেল, হাযবদি ' শোকপা যাবা, পাইবা যাবা কেপিটেল' (physical capital) অসি অসুন্না খাযদোকপা যাই মদুদি অমনা 'পোৎ পুথোকপগী উপাযশিং' (means of production) অদুগা অমনা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অসিনি। 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' অসিদি 'শোকপা পাইবা যাবা পোৎ নৎত্রবসু পৈশাগদি (physical capital) ওন্নবা

য়াবা পোৎ ওইবনা', 'পোৎ পুথোকপগী থৌরমদা' (production process) থাদখিবা 'কেপিটেল' অদুগী শরুক খরনি হায়না লৌবিবনি। অদুগা 'অপুনবা পোৎ পুথোকপগী উপায়শিং' (The mass of the means of production) অদুগা থাদখিবা (invest) অদুনা শরুক অমা ওইবগা, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলগী চাং' (the amount of labour power) অদুদা থাদখিবা (invest) অদুনা শরুক অমা ওইবগা, কেপিটেলবু খায়দোক্লিবা অসোমদা য়েংলগা 'কেপিটেলগী মচাকশিংবু' (the organic composition) মশক তাকপসু যাই। অসুম্না শরুক খায়দোকপা ( Ratio) অসিবু 'কেপিটেলগী টেক্নিকেল ওইবা মচল' (Technical composition of capital) কৌই। মসিদগী ঐখোয়না উবে মদুদি, 'মমলগী' (value গী) মিৎয়েংদগী কেপিটেলবু খাযদোক্লগা ফংলিবা মচাকশিং অসিবু 'কেপিটেল অমগী মমলগী মচাকশিং' (value composition of capital) হায়না খঙনৈ। মসি অসুম্নসু ফোংদোকপা যাই মদুদি,

$$\text{Value composition of capital} = \frac{\text{constant capital}}{\text{variable capital}}$$

অদুগা অতোপ্পা অমনা, 'শোকপা পাইবা য়াবগী মিৎয়েংদগী' ( Physical গী মিৎয়েংদগী) ' কেপিটেলগী মচাকশিংবু' (organic composition of capital) অসুম্না খায়দোক্লুনা উৎপা য়াই মদুদি,

Physical composition of capital

$$\text{or} \quad = \frac{\text{Mass of means of production}}{\text{Amount of labour power required}}$$

Technical composition of capital

অদুগা মার্ক্সকি 'কেপিটেলগী মচলশিং' (organic composition of capital) অসি মহাক্না অসুম্না উৎখি মদুদি, মসি কেপিটেলবু, 'কেপিটেলগী মমলগী মচাকশিং' (value of composition of capital) হায়বা শরুক অমা, অদুগা 'কেপিটেলগী টেক্নিকেল ওইবা মচল' (Technical composition of cap,tal) হায়বা শরুক অম, অসুম্না খায়দোক্তুনা উৎলি। মসি মখাগী অসুম্না উৎপা যাই মদুদি,

organic composition of capital

$$= \frac{\text{Value compostion of capital}}{\text{Technical composition of capital}}$$

অদুগা অসুম্নসু ফোংদোকপা য়াই মদুদি,

organic composition of capital

$$= \frac{\text{Constant capital}}{\text{Variable capital}}$$

$$= \frac{C}{V}$$

অমুক্কসু অসুম্না হায়বা যাই মদুদি,

**'Organic composition of capital'** হাযবা অসিদি 'V' না শরুক অমা (Unit) ওইবা মতমদা 'C না শরুক কয়া ওইগদগে হায়বা অসিনসু ফোংদোকই। হায়বদি, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গলগী চাং' (Amount of labour power) অসিনা শরুক অমা (Unit) ওইবা মতমদা ' হোংদবা কেপিটেলগী চাং' (Amount of constant capital) অসিনা কযানো হায়বা অসিনা organic composition of capital গী (কেপিটেলদা য়াওবা মচাকশিংগী) মবমদা খঙহল্লি।

**'organic composition of capital** না' ঐখোয়দা খঙহল্লিবদি, পোৎ পুথোকপগী থৌরাং (entrepreneur) অমদা 'থবক তৌরিবা শিনমীশিংগী চাংবু' খঙহল্লি। খুদম খব য়েংশি মদুদি, শোক ১৮৮৯ দা ইউ: এস: এ: দা organic composition of capital গী চাং অসি ৪.৫:১ ওইবমখি, শোক ১৯৩৯ দা ৬:১ ওইরমখি, অদুগা শোক ১৯৬৬ তনা ৮:১ নি। মসিনা উৎলিবদি কেপিটেলিজম্না অসুম অসুম মপুং মরৈ ফাগৎলকপগা লোইননা, শিনশংশিংদা হেঙ্গৎফম থোকপা শিনমীশিংগী মশিং হেঙ্গৎহন্দনা লৈহল্লি। শিনশঙ অমা চাওথোবকপদা, হায়বদি **'Raw material'** কয়া হান্নদগী হেঙ্গৎনা শিজিন্নবকপা, অনৌবা মেছিন কয়া হান্নদগী হেঙ্গৎলকপা, শিনশংদা অনৌবা শংশিং (buildings)কয়া হাপচিল্লকপা মতমদা, মফম অসিদা থবক তৌবিবা শিনমীশিংগী মশিংশু হেঙ্গৎফম থোকপা অদু হেঙ্গৎহন্দে মবমদদি Technology ফগৎলকপনা থোকহনবনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিনা থবক ফংদবা মীওইশিংগী মশিং হেঙ্গৎহল্লি।

## ইন্দস্ত্রিদা থবক তৌগদবা মীওই তেঙ্গোল অমসুং মখোয়গী মওংশিং।

## (The industrial Reserve Army and its forms)

থবক ফংদবা মীওই তেঙ্গোল থোবকখিবগী মরু ওইবা মরমদি **'organic composition of capital'** (কেপিটেলদা য়াওবা মচাকশিং হায়না খঙনবা পোৎশক) অসি হেঙ্গৎলকপদগীনি। মসি ওইরকখিবগী মরম খবদি, (ক) শিনমী থরবুনা মতম শাংনা থবক শুহনবা, অদুগা থবক শুবগী চাংসু হেঙ্গৎহল্লগা, অতৈবুনা থবক্তগী লৌথোরকপা

অসিনি। (খ) টেক্নোনোজি (Technology) ফগৎহন্দুনা থবক তৌবগী মওং লাইথোকহল্লগা নুপি অঙাংবু থবক শুহনবা অদুগা নুপা অতৈবুনা থবক্তগী লৌথোবকপা অসিনি। মবমদি নুপি অঙাংগী 'খুশুমল' (wages) যাম্না হস্থনা (পিক্না) পিবকপা অসিনি। (গ) হিদান্নবদা (competition) যাওবম্বা, পোৎ খজিক খজিক পুথোকপশিংগী (small producers) কাববাব মুথৎখিবদগী থবক তৌবা তোক্লক্লবা শিনমীশিং অসিনি।

থবক ফংদবা শিনমী তেঙ্গোল অসি লৈবদগী, কেপিটেলিষ্টশিংনা শিনশংদা থবক তৌবিবা শিনমীশিংদগী 'খুদোংচাবা' যাম্না লৌবিবি মখোযশিং অদুদি, খুশুমল হস্থবকপা, মতম হেন্না থবক শুহনবা, নিংঙাই তৌবা যাহন্দবা অসিনি মবমদি, হেক নিংঙাই ভৌবকপদা, থবক্তগী লৌখোক্কনি হাযনা কিহনবা অসিনি। মবম অদুনা মসিদগী, কেপিটেলিষ্ট সমাজ অমদা, কেপিটেলিষ্ট সবকাব অদুনা থবক ফংদবা লাইববা মীওইশিং মুথৎপা শুকপাম পামদে।

থবক ফংদবগী তেঙ্গোল অসি পোৎশক অহুম্না মশক তাকপা যাই মদুদি, ১। 'অতাওবা ওইনা লৈবা' (floating) ২। 'লৈদি লৈবগা লৈতবগুম উবা' (latent) অমসুং ৩। 'হেঙ্গৎতনা অদুম লৈবা' (stagnant) অসিনি।

ফ্লোটিং (floating): অতাওবা ওইনা লৈবা, থবক ফংন্দবশিং অসিদি, থবক অমুক হেক ফংবা, অমুক হেক ফংদবা অদুগুম্বা শিনমীশিং অদুনি। অনৌবা শিনশং অমা হাংদোবকপদা, শিনমী কযা থবক হাপচিনলকপদা যাওহৌবা অদুগা শিনশং অদুদা অনৌবা মেছিন কযা হাপচিনলক্তুনা শিনমী মশিং হস্থবগী দবকাব লৈরকপা মতমদা অমুক তাম্থোবকপদা য়'ওবকপা অসিগুম্বা শিনমীশিং অসিনি।

নৎত্রগনা শিনশং অদু কারবারদা শেল মাঙবদগী থুপচিনলকপা মতমদা থোরকপা শিনমীশিং অসিনি।

লেটেন্ট (latent): লৈদি লৈরগা লৈতবগুম উবা থবক ফংদবশিং অসিদি মরু ওইনা লৌউ- শীংউগা মরি লৈনবা হিরমশিংদা ওইনা তৌই। অশ্লিকপা লৌফমশিংগী মপুশিং অসিদি মখোয়গী লৌফমদগী ফংলকপা পোৎথোক অদুনা চাবা কোন্নদবদগী অতোপ্পা মফমশিংদা মখোয়গী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) য়োন্নবা শেম শাদুনা লৈবা মীওইশিংনি।

স্তেগনেন্ট (stagnant): হেঙ্গৎতনা হান্নগী চাংদা অদুম লৈবা থবক ফংদবশিং অদুদি 'লেপ্তুবি থবক' (permanent job) ফংদবা, অদুগা নোংমগী থোকউ থোকউবা অফংবা থবক তৌবা মীওইশিং অদুনি।

মরম অদুনা কেপিটেলিষ্টকি মখাদদি, থবক ফংদবা মীওইশিং (employed people) লৈবা হায়বা অসি মশাগা শাগোন্নজবা (inherent) মরম অমা ওইরমলে।

# মালথুসকি থিওরি
## (Malthus theory)

বুর্জুরা ইকোনোমিস্ত (Bourgeois economist) অযাম্বনা, থবক ফংদবা (unemployment) অমসুং লাইববা হায়বা অসি মহৌশাগী (nature গী) মনুংদা যাওজবা, খুৎশেমগী ওইদনা থৌদোকশিংনি হায়বি। মসিগী মতাংদা খ্বাইদগী জুৎ চাদনা থিওরি (Theory) অমদি, শোক ১৭৯৮ দা বৃটিশ ইকোনোমিষ্ট (British economist) অদুগা মশাসি ধর্ম্মগী মীওইসু ওইবা (Clergyman) 'মালথুস' (Malthus) হায়বা অসিনা পুথোকখি। শমলপ্পা মহাক্কি থেশিস (thesis ) অসিদা অসুম্না হাযবি মদুদি, হেক হৌবদগা হৌনা মীওইবগী মশিং (population) অসি জিওমিট্রিগা মওংদা (Geometrically) হাযবদি ১,২,৪,৮, অসুম্না হেঙ্গৎলকখি। অদগা হাযবিবা মীওইশিং অসিনা হিংবদা শিজিন্নগদবা পোৎ চৈশা মাংনা হেঙ্গৎলকপা অসিনা এরিথমেটিককি মওংদা (Arithmatically) হাযবদি ১,২,৩,৪,৫ অসুম্না হেঙ্গৎলকখি। মতাং অসিদা 'মালথুসকি' মত মতুংইন্নদি, ওইবক্লিবা ফিভম অসিদা যেংলুবগদি মালেম অাসদা 'কান্নদবা মীওইগী' (superfluous persons) মশিং অসি যাম্না লৈবে। মখোযশিং অসি থবকসু ফংদে, অদুগা চানবা চিঞ্জাকসু ফংদে। মতৌ অসুম্না 'মালথুসনা' লান্না পাবগী যুম্ফমদা (false statistic basis) মহাক্কি মিৎযেং শাগৎলকখি।

'মালথুসকি' থিওরি অসি লাল্লে হাযবা খণ্ডলবসু বুর্জ্জুবাশংনা য়াম্না তবাম্না লৌখি, কবিগীনো হাযবদা, মসিনা কেপিটেলিজম্গু অবানবা অমত্তা তৌদবনি (justified) হাযনা উহনবা অসিগীনি। 'মালথুসকি'

মততা (opinion দা) অসুম্না হায়খি মদুদি, পৎ-তৎনা নংলবশিং (proletariats) অমসুং থবক ফংদবশিং অসি কোকহন্নবগীদমক কেপিটেলিস্তকি থৌরাংশিং (capitalist orders) অসি মুথৎকদবা নত্তে। য়াইফ যুম্বালগী (Birth control) থৌরাং পাইখৎতুনা মীশিং হন্থহল্লগা ওইথোক্কনি। অসিমসু মহাক্কি মত ওইনা পিখি মদুদি, অচৌ অচৌবা লালশিং (big wars) অমসুং অচৌ অচৌবা লাইচৎশিং (great epidemics) অমসুং মহৌশাগী তমথিবা থৌদোকশিং (Natural calamities) অসি মীওইবগী য়াইফনবা (boons) ঙাক্কনি। অদুগা মালথুসকা ৱাখল মান্নবশিংগী মরক্তা রুশিয়াগী রিভোলুসনরি ডিমোক্রেট (Russian Revolutionary Democrate) ওইবা চর্নিশোভসকি (Chernyshevsky), পিশারেভ (Pisarev) অমসুং অতৈ কয়াসু য়াওরি। ইউ:এস:এ: দসু মালথুসকি ৱাখল্লোন অসি অসুম অসুম শন্দোরক্লি। ৱিল্লিয়াম ভোগটকি (william vogi) লাইরিক ' রোড টু সর্ভাইভেল' (Road to survival) হায়বা অদুদা অসুম্না ইরি মদুদি, মালেমগী মথক্তা মীওই কোটি ৫০দগী ৯০ ফাওবা হিংবা য়াগনি অদুগা অতৈদি 'অহেনবা কান্নদবা' মীওই ঙাক্কনি। মখোয়বু হাৎতোকখিবদা মতিক চারবনি।

'থবক ফংদবা' (unemployment) অমসুং 'লাইরবা' হায়বা অসিদি, মহৌশাগী ওইবা (Nature) পোৎনি হায়বা অসি তশেংনমক্কি লাল্লবনি। মসিগী মতিক চারবা খুদমদি, ঐখোয়না মফম কদায়দসু 'কৈ ইনাক খুনবা,' কৈ লাইরবা' 'উচি ইনাকখুনবা উচি লাইরবা, অমা ফাওবসু থেংনখিদ্রি। লাইরবা ইনাকখুনবা হায়বা অসি পীওইবশিংগী মরক্তদা উবা ফংই। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, 'হিংবদা চংবা পোৎ-চৈশিং' (Material wealth) অসি, হায়রিবা শাশিং অসিনা কৈদৌঙৈদসু পুথোক্তে। মরম অদুনা ' পোৎ পুথোকপদা

শিজিন্নবা উপায়শিংগী' (means of production) মপু ওইবা হায়বা অসি ওইথোক্তে অমসুং হায়রিবা ফিভম অসিনা 'লন্নাই সম্পতি' (private property) হায়বা অদু শাশিংগী ওইনদি লৈতে। মসিগী মপু ওইবা হায়বা অদু কৈদৌনুংদা ওইথোক্তবনিনা, লাইরবা ইনাকখুনবগী ব্রাফম মখোয়গীদি লৈতে। অদুবু ঐখোয়না মসিমদি খঙলে মদুদি, 'লন্নাই সম্পতি' (private property) শেন্বা ঙন্বা অমসুং মসিগী মপু ওইবা ঙন্বা মীওইবশিংগী মরক্তদি, 'লাইরবা' ইনাকখুনবা লৈরে।

থবক ফংদবা (unemployment) অমসুং 'লাইরবা' লৈরক্লিবগী মরু ওইবা মরমদি, ' কেপিটেলিজমদা' কেপিটেলিষ্টশিংনা মখোয়গী লন-থুম হেন্না হেন্না তুংশিন্নবগী ( capital accumulation) হোৎনরকপদা ওইরকখিবনি হায়বা অসি 'সাইন্তিফিক সোসিয়েলিজম্বু হৌদোকপিরম্বা' (Foundars of scientific socialism) সাইন্তিষ্টশিংনা পুথোকপিরম্বনি।

## কেপিটেলিষ্টশিংনা লন-থুম তুংশিনবগী, ময়াম্মা য়ানরবা, আইনশিং
## (The General laws of capitalist accumulation)

কেপিটেলিষ্টশিংনা মখোয়গী লন-থুম লেপশিন্নবা হোৎনরকপদা, মতম পুম্নমক্তা থোকহল্লিবা থৌদোকশিংদি, নাকল অমরোমদা, মীওই খরবু (কেপিটেলিষ্টশিংবু) লন-থুম পৈখৎহনবা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমরোমদনা, মখুৎতৎলবা লাইরবা কয়া

শেমগৎলকপা, থবক ফংদবা কযা শেমগৎলকপা অসিনি। মসি 'কেপিটেলিষ্টকি পোৎ মপুথোক' (capitalist mode of production) অসিনা লৈবিমখৈদি লৈখিগনি। মসিনি কেপিটেলিষ্টশিংগী লন থুম তৃংশিনবদা শিজিন্নবিবা খ্বাইনা যানববা আইনশিং।

মখুৎ তৎলবা মীওইশিংগী 'চানমক্কি' অমসুং 'চাংদম্নবদা' ওইবা লৈখা তাবকপগী ফিভমদা (Absolute and relative deterioration of the prolitariat) কেপিটেলিজম্না চাওখৎলকপগা ইবেইননা. সমাজ অমগী লন-থুম হেঙ্গৎলকপা মতমদা, হেঙ্গৎলিবা শরুক অদুদা শিনমীশিংগী ফংফম থোকপা শরুক অদুদি, মখোযগী ফংফম থোকপা অদুদগী তাথবকই। অদুগা কেপিটেলিষ্টশিংগী শরুক্তি হেঙ্গৎলকই। কেপিটেলিজম্না মপুং-মবৈ ফাগৎলকপগা ইবোইননা, সমাজ অমগী 'ইনকম' (income) অদুদা শিনমীশিংগী শরুক্না হন্থবকই অদুগা কেপিটেলিষ্টশিংগীনা হেঙ্গৎলকই। মসিগী খুদম অসি ইউ.এস এ., ব্রিটেন, ফ্রান্স অমসুং অতৈ লৈবাকশিংদা মযেক শেংনা উবা ফংই। ইউ এস এ:গী জাতিগী ইনকমদা (National income) শিনমীশিংগী শরুক অসি শোক ১৮৯০ দা, ৫৬ % নি, ১৯২৩ দা ৫৪ % নি, ১৯৮৪ দনা ৫০ % নি। মসিনি, মখুৎ তৎলবা শিনমীশিংগী 'চাংদম্নবদা লৈখা তাবকপা' (Relative Deterioration) হাযবিবসে।

শিনমী কাংলুপকি ওইনা 'তশেংনা লৈখা তাবকপা ফিভম' (The absolute deterioration of the position) হাযবা অসিদি 'শিনমীশিংগা থবক শুফম অমসুং হিংবগী ফিভম' (The workers working and living conditions) লৈখা তাবকপা অসিবুনি। হিংবগী ফিভম লৈখা তাবকপা হাযবদি, হান্না ফংলম্বা 'খুশুমল' (তলব) অদুনা হিংবদা চংবা পোৎ-চৈ লৈবা কোন্নবম্না অদু কোন্নবক্তবা

হাযবনি। কেপিটেলিস্ত লৈবাকশিংদা হিংবদা চংলিবা পোৎ- চৈশিংগী মমল অসি অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লি। 'হিংবগী মমল' অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লি। খুদম অমত্তং যেংশি মদুদি, শোক ১৯৭০ দা ইউ:এস:এ:দা 'হিংবগী মমল' অসি ডোল্লাব ১০০ ওইরে হায়না লৌবা মতমদা, ১৯৭৫ অমসুং ১৯৭৮ দদি মথংশিংনা ডোল্লাব ১৩৯ অমসুং ১৬৮ ওইখি। মসিনা তাকপদি শোক ১৯৭০ দগী ১৯৭৯ ফাওবদা ইউ:এস:এ: দা 'হিংবগী মমল' অসি চাদা ৬৮ হেঙ্গৎখি।

ইউ:এস:এ:দা লাইববগী পণ্ডখৈ (poverty line) হাযবা অসি কবম্না পুথোকপগে হাযববু, মসিদি, চাংচৎতা, সহবদা লৈবা মীওই মবিনা শাবা ইমুং অমনা চহি অমদা হিংনবগী শিজিন্নবিবা খ্বাইদগী যামদবা পৈশা অদুদা যুম্ফম ওইবগা লেপই। শোক ১৯৬৪ দা লাইববগী পণ্ডখৈ অসি ডোল্লাব ৩,১৩০ দা ওইখি, ১৯৬৯ দনা ডোল্লাব ৩,৭৪৩ ওইখি, ১৯৭২ দনা ডোল্লাব ৪,২৭৫ অদুগা ১৯৭৩ দনা ডোল্লাব ৪,৫০০ ওইখি। ওফিসিযেল ডাটাগী (official datta) মতুংইন্না শোক ১৯৭৩ দা ইউ:এস:এ: দা লাইরবা পণ্ডখৈগী মখাদা লৈবা মীওইশিংগী মশিং কোটি অনিগা লাক্ষ যাংখৈমঙা (২,৫৫,০০,০০০) ওইখি। অদুগা ১৯৭৯ দনা মীওই কোটি অনি লাক্ষ হুমফু (২৬০,০০,০০০) ওইখি।

শোক ১৯৭০ দা 'হিংবগী মমল' (খ্বাইদগী যামদ্রবদা) অসি ১০০ ওইবা মতমদা শোক ১৯৭৮ দা বৃটেন্দা (Britain) ২৭০ ওইখি, অস্ট্রেলিয়াদা (Australia) ১২৪ ওইখি, অস্ট্রিয়াদা (Austria) ১৬৭ ওইখি, ভাবত্তা ১৭৯ ওইখি, স্পেনদা (spain) ৩১০ ওইখি, মেক্সিকোদা (Mexico) ৩০৯ ওইখি, ফ্রান্সতা (France) ২৭০ ওইখি, অদুগা জাপান্দা (japan) ২৯১ ওইখি।

'শিনমীশিংগী হিংবগী থাক' (standard of living) তশেংনা হন্থবকপগী (absolute deterioration of the position) মক ওইবা মবমদি, কেপিটেলিস্তকি পোৎ পুথোকফমশিংদা (capitalist enterprises) থবক হেন্না কনশিন্না শুহনবা লেপ্তুনা হেঙ্গৎলকপা (continuous rise in the intensity of labour) অসিননি। থবক হেন্না কন্না শুহনবা অমসুং থবক শুফমদা শোইদ- ঙামদনবগী থৌবাং নিংথিজনা শেম্বিদবা (lack of the necessary safety measures) কযা অসিনা শিনমীশিংদা অশোক- অপন য়াম্মা নংহল্লি। অসুম্না পানৈ (estimated) মদুদি ইউ:এস: এ:দা মিনিট অহুম খুদিংগী শিনমী অমমম শি (died) অদুগা সেকেন্দ তবামাথোই খুদিংগী (every eleven seconds) শিনমী অমমম্ অশোক অপন নংই।

মার্ক্সিজম লেনিনিজম্বু (Marxism Leninism) থাজজবিবা অসিগী মাইযোক্তা বুর্জুৱাশিংনা অসিগুম্বা থিওবি অমা পুথোবক্লে, মসিবু মখোযনা 'মীযামগী কেপিটেলিজম' (People's capitalism) হাযনা মীংথোল্লে। মসিগী মচং ওইবা ৱাফমদি, হাযবিবা 'কেপিটেলিজম' অসিগী মখাদদি, শিনমী পুন্নমক মখোযগী 'খুশুমল' অসুক্কি মতিক হেঙ্গৎলক্কনি, মদুদি, মখোয়না কাব (car), যুম্নচিংবা লৈবা ঙমলক্কনি, মখোযগী সিযাব (share) হেঙ্গৎলক্কনি, মখোযগী বেঙ্কতা পৈশা লৈবা (bank deposit) হেঙ্গৎলক্কনি অসিনচিংবা। অদুগুম্বা মতম অদুদা 'মার্ক্সিজম' অসি কবিসু কান্নদবা ওইবক্কনি। মসিদা মখোযনা উৎলিবদি, কাংলুপ অনিগী (লাইববা কাংলুপ অমসুং ইনাকখুনবা কাংলুপ) মবক্তা চাওনা খেন্নবা যানদবা (unequal contradition) লৈবিবা অসি শোইদনা মাঙখ্রগনি। মবম অদুনা কাংলুপকি লডাই (class struggle) অসিগী দবকাব লৈববোই হায়বা

অসিনি। মসিদি কৈদৌঙৈদসু ওইথোকপা যাবোই। মসিগী মরু ওইবা মবমদি, মীযাম পুম্নমক পৈশা পাইদে, পৈশা পাইবিবদি মীওই খবদনি। পৈশা পাইদবা মীওইশিংনা কৈদৌঙৈদসু কেপিটেলিষ্ট ওইবা যাবোই, পৈশা পাইদবশিংনা কৈদৌঙৈদসু, ' পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিংগী' (Means of production) মপু ওইবা ঙমলোই অমসুং শিনমীশিংগী 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) লৈদুনা শীজিন্নবা ঙমলোই।

## ইতিহাসতা কেপিটেল তুংশিনবগী খোঙচৎ

## (The historical trend of capitalist Accumulation)

সাইন্তিফিক সোসিযেলিজম্বু (Scientific socialism বু) হৌদোকপিবম্বশিংনা অসুম্না হাযবি মদুদি, ' কেপিটেলিস্তকি লন- থুমগী (Capitalist property গী) হৌবকফমদি 'লন্নাইগী লন-থুম' (Private property) অসিনি। অসিগুম্বা লন- থুম অসিদি, 'অপিকপা কোমোডিটি পুথোক্লিবশিংগী' (small Commodity producers) মখুৎতা লৈবমখি। অসিগুম্বা 'কোমোডিটি পুথোকপা মচা মচাশিং' অসিগী মবক্তগী খবা 'হৈথোই-শিংথোইবা মবাইবক চুম্বা-দাওকাবা' থোবকখবে অমসুং হিদান্নবদা মখোযগী মখুৎতা অযাম্বা ' কোমোডিটি পুথোকপা মচা মচাশিং' (small commodity producers) অসি মাইথিহৌবদগী 'অচৌবা কেপিটেলিস্ত' (Big capitalist) থোবকপা হৌবকখি। মতমগী মতুং ইন্না অনৌ- অনৌবা মেছিন কযা হাপচিল্লক্তুনা 'অচৌবা,

কোমোডিটি পুথোকপা' (Big commodity producers) কেপিটেলিস্তশিং লৈরকপা হৌরকখি। অসিগুম্বা মতাং অসি য়ৌরকপদদি, কোমোডিটি পুথোকপা অসিদা শিনমী মশিং য়াম্না হেঙ্গলকপদগী 'মীয়াম্না পোৎ পুথোকপগী মওং' (production become social in character) ওইরকখরে। 'মীয়াম্না পোৎ পুথোকপগী মওং' অসি হেক লাকপদগীদি, পোৎ পুথোকপগী চাং অসি খঙহেন হেঙ্গৎলক্লে অমসুং মসিগী 'ফল' (result) ওইনা 'অহেনবা মমলসু' (surplus value) য়াম্বা হেঙ্গৎলকখরে, লোইননা কেপিটেলিষ্টকি লন-থুমসু অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎলকখরে। শিনমীশিংবু হেন্না হেন্না ৱাহল্লগা, 'অহেনবা মমল' (surplus value) হেন্ন হেন্ন শেম্বনিনা, কেপিটেলিষ্টশিংবু হেন্না ইনাকখুনবা হেঙ্গৎহল্লি অদুগা শিনমীশিংবু ওৎপিবগী (exploit) চাংসু হেঙ্গৎহল্লি।

মীয়াম চংদুনা পোৎ পুথোকপগী (socialisation of production) থৌওং (process) অসিনা অচৌ অচৌবা কেপিটেলিষ্টশিংগী (capitalist tycoons) মশিংশু তপ্না তপ্না হন্থহল্লি। কা হেন্না চাওরবা কেপিটেলিষ্ট খরা খক্তা ঙাইহৌরবনিনা, মখোয়গী মখুত্তা লন- থুম অয়াম্বা পৈশিনখ্রে অদুগা লোইননা শিনমী লাক্ষ কয়াগী পুন্না শুমিন্নবগী পোৎথোক পুম্নমক্কি মপু মখোয়না ওইরকখরে। মসিদা ৱাফম অমা থোরকখরে মদুদি, মীয়াম্না শুরগা মীওই খরা খক্তনা পোৎথোক পুম্নমক্কি মপু ওইরকখরে (social production and appropriation by a few)। মসিনা 'পোৎ পুথোক্লিবশিংগা' (workers) 'পোৎকি মপু ওইরিবশিংগগী' (owners of the produce) মবক্তা লৈরিবা 'য়ানদবা' (contradiction) অসি চাওবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকখি। কেপিটেলিজম্না মপুং ফাবা হেঙ্গৎলক্লিবমখৈ

(develop) হায়রিবা 'য়ানদবা' অসি চাওবা হেঙ্গৎলকই। মসিনা মমৈ থংদদি, 'লন্নাইগী লন-থুম' (private poverty) হায়বদি 'কেপিটেল' অসিনা 'পোৎ পুথোকপগী পাঙ্গলনা' (productive force) মপুং মরৈ ফাগৎলকপা অসিদা অচৌবা 'অথিংবা' অম ওইরকখরে। 'পোৎ পুথোকপগী পাঙ্গলদা' (productive force) মরু ওইনা য়াওরিবসি, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) অমসুং 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপায়শিং' (means of production) অসিনি। 'পোৎ পুথোকপগী পাঙ্গলবু' (productive force) ফগৎহনবদা অথিংবা পিবা হায়বা অসিনা তাক্লিবদি, অমনা, 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' হেঙ্গৎহন্দবা, নৎত্রগনা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপায়শিংবু' ফবা হেঙ্গৎহন্দবা নৎত্রগনা আনিমক ফবা হেঙ্গৎহন্দবা অসিনি। মসিবু চুমলে' হায়বা য়াবগী মবম অমদি, অফবা মেছিন হাপচিনলকপগী মতুং ইন্না 'কেপিটেলদা যাওবা মচাকশিং' (organic composition of capital) অসিগী 'মগুন' (property) অমা ওইনা থবক শুরিবা শিনমীশিংগী মশিং হন্থহল্লি। মসিনা থবকশুবা ঙম্বা শিনমী ময়াম অমবু থবক শুহন্দনা লৈহনবা অসিনা, মপুং ওইনা য়েংলকপদা, 'পোৎ পুথোকপগী পাঙ্গল' (productive force) অসি ফবা হেঙ্গৎহন্দে।

মার্ক্সনা অসুম্নসু ফোংদোকলমখি মদুদি, ইনাকখুনবা মচা মচা মুথৎলগা, ইনাকখুনবা মপিশিং (magnets of capital) থোবকখিবা অসিনা, অমসুং পোৎথোক পুম্নমক মখোয় খরা অসি খক্তনা পুথোরকখিবদগী (Monopolising the production) থবক ফংদবা শিনমীশিংগী মশিং অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎলকখি অমসুং মখোয়গী অৱা অনাসু হেঙ্গৎলকখি। মতৌ অসুম্না 'কেপিটেল তুংশিনবগী

খোঙচৎ' (Trend of capital accumulation) অসি মতোল লোমলকখি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদগী 'সাইন্তিফিক সোসিযেলিজম্গী হৌদোকপিবম্বশিংনা' (Founders of scientific socialism) অসুম্না ওইবকপা যাই হায়না ৱামাঙ যাল্লমখি মদুদি, 'কেপিটেলনা' (capital) শেমজবা 'থবক ফংদবা শিনমীশিং' (unemployed) অমসুং অৱা -অনা কযা মাইযোক্নবিবা, অতৈ 'শু-নোমলিবা মীওইশিংনা' (Toiling masses) নোংমদি 'কেপিটেলবু' হাংলগা শোইদনমক্কি ফুমজিনগদৌবি হাযবা অসিনি।

## কেপিটেলগী মশক নাইবা মওংশিং
## (Specific Forms of capital)

'শু-নোমলিবা মীওইশিংবু' (working people) ওৎলিবা (exploit তৌবিবা) কাংবুশিং অসিদি, 'শিনশংগী মপুশিং' (Industrial capitalists) অসি খক্তা নত্তে, অতৈসু লৈবি, মখোযশিং অদুদি 'ললোনবা ইনাকখুনবশিং' (commercial bourgeoise), 'বেঙ্ক তৌবিবশিং' (Bankers), 'ইনাকখুনবা লৌউ-শিংউগী 'থবক তৌবিবশিং' (Agricultural capitalists) অমসুং 'লৌযামচাবশিং' (Big landlords) অসিনি। 'কেপিটেলিষ্টকি মওংদা পোৎ পুথোকপা' (capitalist production) অসিগা মবি লৈননা, বুর্জ্জুৱাশিং অসি কাংলুপ মখল খবা থোক্লা খাযদোক্লুনা নৈনবা যাই।

# কেপিটেলনা লেংবগী মওং

## (The movement of capital)

'কেপিটেল' হায়বা অসি মতম পুম্নমক্তা লেংদুনতা লৈ (always in motion)। মসিনা হেক লেংবা তোকপদা, কেপিটেলিস্ত অমগী ফংগদবা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি হেক্তা হুই। 'কেপিটেল' অসিনা তাঙকক (stage) অহুম থোক্লা চংলি। অদুগা তাঙকক খুদিংমক্তা মহাক্কি শকলোন হোংই।

'অহানবা তাঙকক': 'কেপিটেল' অসিনা মহাক্কি খোঙচং হৌবকপদদি পৈশাগী (money) শকলোন লৌই। কেপিটেলিস্ত অমনা, অহানবদা মাগী পৈশা অসিনা 'পোৎ পুথোকপগী উপাযশিং' (means of production) অদুগা 'শু-নোম্বগী পাঙ্গল' (labour power) লৈশিল্লি। অসিগী মতুংদা মহাক্লা থবক শুবগী মওং (process) অসি চৎথবগা 'কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোকই' (capitalist production) মথাগী খুৎযেক অসিনা অহানবগী তাঙ্কক উংলি।




M- পৈশা (money), C- কোমোডিটি (commodity), LP- শু-নোম্বগী পাঙ্গল (labour power), MP-পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা উপায়শিং।

মতৌ অসুম্না 'পৈশাগী' মওংদা লৈবা 'কেপিটেল' অসি, 'পোৎ পুথোকপা ঙম্বা কেপিটেল' (productive capital) গী মওংদা ওল্লোক্লে।

'অনিশুবা তাঙকক' : শিনমীশিংবু মেছিনশিংদু শিজিন্নহন্দুনা থবক শুবা হৌহল্লে। অসুম্না থবকশুবা অসিগী ফল (consequence) ওইনা, 'অনৌবা মমল' (new value) যাওববা কোমোডিটিশিং পুথোক্লে। অসুম্না 'অহেনবা মমলসু' (surplus value) পুথোক্লে। মতাং অসিদা ওইবিবা ' কেপিটেলগী' খোঙচৎ অসিবু মখাগী খুৎযেক অসিনা ফোংদোক্লি।




মসিদা **P** অসিনা তাক্লিবদি, থবক শুবগী থৌওং (process) অসিবুনি, অদুগা **C'** অসিনা উৎলিবনা নৌনা পুথোক্লবা কোমোডিটিশিং অদুবুনি। মতৌ অসুম্না অনিশুবা তাঙকক অসিদদি 'পোৎ পুথোকপা ঙম্বা কেপিটেল' (Productive capital) অসিনা 'অনৌবা কোমোডিটিগী মওং লৌববা' কেপিটেল ওল্লে।

'অহুমশুবা তাঙকক': অহুমশুবা অসিদদি, অনৌবা কোমোডিটিগী মওং লৌববা কেপিটেলশিং অসি পৈশা ওহোক্লে (realised)। অসিদা ওইবিবা 'কেপিটেলগী খোঙচৎ' অসিবু মখাগী অসুম্না ফোংদোক্লি।

$$C^1 - M^1$$

মসিদা উৎলিবা **M'** অসি শেন্দোং যাওববা হান্নগী কেপিটেল M অদুদগী ওল্লকপনি। মসিবু অসুম্না ফোংদোক্লি,

$$M^1 = M + \text{শেন্দোং (surplus value)}$$

মসিদগী ঐখোযনা উবে মদুদি, 'কেপিটেলগী- খোঙচৎ'

অসি অহানবদা পৈশাদগী হৌবগা, অবোইবদা শেন্দোং যাওববা হান্নদগী চাওবা হেঙ্গৎলবা পৈশাদা অমুক হল্লকই। মতৌ অসুম্না কেপিটেলনা মহাক্কি তাঙকক (stage) অহুম যাওবা খোঙচৎ অসিদা, মহাক্কি মওং অমদগী অতোপ্পা মওং অমদা অসুম হোংলকপা অসিবু 'কেপিটেলগী কোইনা চৎপা খোঙচৎ' (The circuit of capital) কৌই।

| পৈশাগী মওং ওইবা কেপিটেলগী কোইনা চৎপা খোঙচৎ (The circuit of money capital) |
|---|
|  |

| পোৎ পুথোকপা ঙম্বা কেপিটেলগী কোইনা চৎপা খোঙচৎ (The circuit of productive capital) |
|---|
|  |

| কোমোডিটি ওইবা কেপিটেলগী কোইনা চৎপা খোঙচৎ (The circuit of commodity capital) |
|---|
|  |

'কেপিটেলিষ্টকি ওইবা পোং মপুথোক্তা' (capitalist production দা) মক ওইনা য়াওরিবা অসিদি, 'পোং পুথোকপা' (production) অমসুং পুথোক্লবা পোংশিংবু য়োন্থোক্লগা পৈশা ওন্থোকপনি (Process of circulation)।

## মখল কয়াগী কেপিটেল শেম্বা অমসুং কেপিটেলিস্তশিংগী কাংলুপ।

### (The Formation of various types of capital and groups of capitalists)

ইন্দস্ত্রিদা শিজিন্নবা কেপিটেলগী কোইনা চংপা খোঙচংতা (circuit of industrial capital) লৈবিবা তাঙকক (stages) অহুমগা চানবা কেপিটেলগী (corresponding) মওং অহুম লৈ। মখোয অদুদি 'পৈশা' (Money), 'পোং পুথোকপা ঙম্বা কেপিটেল' (Productiive capital), অমসুং 'কোমোডিটি কেপিটেল' (commodity capital) অসিনি। কেপিটেলনা অসুম মপুং-যবৈ ফাগৎলকপগা লোইননা, কেপিটেল মখল অহুম অসি অসুম থাপ্লোক্লকই। ললোন ইতিক্তা (commercial) শিজিন্নবা, অমসুং থবক তৌনবগী পৈশা পুবদা (loan ) শিজিন্নবা কেপিটেলশিং অসি, পোং পুথোকপদা (production) শিজিন্নবা কেপিটেলদগী শেংতোরক্নুনা মনিং তম্না (independently) ললোনবা (trade) অমসুং শেল পুথোকপগী (credit) হিবমশিংদা (area) থবক তৌবা

হৌরকখরে। অদুগা কেপিটেল মখলশিং অসিগা মরি লৈনবা বুর্জ্জুৱা কাংবুশিংশু (Bourgeois groups) থোরকখরে। মখোয়শিংদি, 'ইন্দস্ত্রি তৌবা' (Industrialist), ললোন ইতিক তৌবা (marchants), অমসুং বেঙ্ক লিংখৎপশিং (Bankers) বুর্জ্জুৱাশিংসিনি।

ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্তশিং' (Industrial capitalists) অসিনা 'হকথেংননা (Directly) শিনমী কাংলুপশিংনা পুথোকপা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি লৌথোকই। অদুগা 'ললোন ইতিক তৌবা কেপিটেলিস্তশিং' (Marchant capitalists) অসিনা 'কোমোডিটি কেপিটেল' (commodity capital) অদু 'পৈশাগী কেপিটেলদা' (Money capital) ওন্থোকই। ' পৈশা শান্দোকপা কেপিটেলিস্তশিং' (loan capitalists) অসিনা ইন্দস্ত্রি তৌবিবশিংদা পৈশা শান্দোকই (loan)। কেপিটেলিস্ত অহুম অসিনা, শিনমীশিংনা শেমলম্বা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অদুগী শরুক খবা খবা ফংনৈ।

মখোয়শিং অসি নৎতবা, শু-নোমলিবশিংবু (toiling masses) ওৎপা (exploit) কাংলুপ অমসু লৈবি -মখোযশিংদুবু লৌযামচাবশিংনি (land owners) হাযবগা খঙনৈ। মখোযশিং অসিসু কেপিটেলিস্ত সমাজদা ফমফম অমা কল্লিবনি। মবমদি মখোযসু যাম্না মরু ওইবা 'পোৎ পুথোকপগী উপায' (means of production) অমা ওইরিবা 'লৌবুক' (land) হাযবদুগী মপু ওইবিবনি। মথক্তা পল্লিবা কেপিটেলিস্তশিং অসিনা, শিনমীশিংনা পুথোকপা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অদুবু মাগী মাগী শরুক লৌনদুনা য়েন্থোক্লবনি। অদুগা মখোয মখোয়না লৌনরিবা শরুক অদু শেন্দোংগী মওংদা ওই। খুদম হায়ববু, ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্তশিংনা (Industrial capitalists) ফংলিবা অদুবু 'ইন্দস্ত্রিগী শেন্দোং' (Industrial profit),

ললোনবশিংনা ফংলিবা অদুবুনা ললোনবগী শেন্দোং (commercial profit), অদুগা বেঙ্ক তৌবশিংনা (Bankers) ফংলিবা অদুবুনা 'পৈশা শান্দোকপগী শেন্দোই' (Interest on loan) অসুম্না কৌনৈ। অদুগা লৌয়ামচাবশিংনা (land owners) ফংলিবা অদুবুনা 'লৌশাল' (land rent) হায়না কৌনৈ।

## পোৎ পুথোকপদা চংবা পৈশা অমসুং শেন্দোং। শেন্দোংগী খুজিং।

## (Production costs and profit)

## (The rate of profit)

কেপিটেলিস্তকি পোৎ পুথোকফম (Enterprise) অমদা, পুথোক্লবা পোৎ অমগী মমল অসি শরুক অহুম থোক্না থুগাইবা য়াই মদুদি ঃ-

'অহানবদা' C– 'হোংদবা কেপিটেলগী মমল' (The value of the constant capital)। মসিদা য়াওবিবসি, মেছিনশিংগী মমলগী শরুক খরা (Part of the value of the machinary), শিনশংগী মমলগী শরুক খরা (Part of the value of the premises), রো মেটরিয়েলগী মমলগী শরুক খরা (part of the value of the raw materials), মৈ হৌনবা পোৎশিংগী মমলগী শরুক খরা (Part of the value of the Fuel) অদুগা, অতৈ, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিংগী মমলগী শরুক-খরা, মখোয়শিংদু পুথোক্লবা পোৎশিং অদুদা য়াওশিনখ্রবা (part of the value of other means of production,

used up during the given production process and transferred to the commodity created)

'অনিশুবদা' V– 'অহোংবা নাইবা কেপিটেলগী মমল' (the value of the variable capital) অমসুং

'অহুমশুবদা' M– অহেনবা মমল (surplus value), মখোযশিং অসিনি।

মথক্তা পল্লিবা মমলগী শরুক অহুম অসিগী মনুংদা 'অহানবা' অমসুং অনিশুবা শরুক অসিখক্তমক কেপিটেলিস্ত অমনা 'পোৎ পুথোকপদা চংখিবা মমল' (production costs) ওইনা পি। হাযবদি কেপিটেলিস্ত অমগী পোৎ পুথোকপদা চংখিবা ' পৈশা' (production cost) অসিদি হোংদবা অমসুং অহোংবা কেপিটেল (constant and variable capital) হাযবদি C+V অসিখক্তনি। মবম অদুনা অহুমশুবা মমল, 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি পোৎ পুথোকপগী শেন্দোংনি। পোৎ পুথোকপদা চংলিবা কেপিটেল পুম্নমক্কি মনুংদা যাওবিবা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) শরুক অসিবু (The ratio of surplus value to the capital) 'শেন্দোং' (profit) কৌই। বুর্জুৱা ইকোনোমিস্তশিংগী (Bourgeois economists) মিৎযেংদদি, পোৎ পুথোকপদা থাদখিবা অপুনবা কেপিটেলদগী, পুথোক্লবা পোৎশিং অদু যোল্লগা (realise) ফংলকপা পৈশা অদুনা হেনলিবা অদুবু মহাক্না থাদখিবা (invest) পৈশাশিং অদুগী ফলননি (result ) হায। নৎত্রগনা মহাক্না **'invest'** তৌখিবা পৈশা অদুগী **'return'** নি হায। অদুগা অযাম্বা মতমদা মখোযনা শেন্দোংগী (profit) ৱা ঙাংদে - 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) ৱা ঙাংদে। মখোযনা মতম পুম্নমক্তা **'investment'** অমসুং

**'return'** হায়বা ৱাহৈশিং অসি শিজিন্নে। মখোয়না কৈদৌঙৈদসু 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) ৱা পন্দে, অদুগা 'অহেনবা মমল' অসি 'হোংবা নাইবা কেপিটেল' (variable capital) হায়বদি, 'শিনমীশিংগী শু-নোম্বগী পাঙ্গল'(worker's labour power) অসিনা শেম্বনি হায়বা অসি হৌজিক ফাওবা য়াদ্রি। 'সাইন্তিফিক সোসিয়েলিজম হৌদোকপিরম্বশিংনা' (Founders of scientific socialism) ফোঙদোক্নি মদুদি, 'শেন্দোং' হায়বা অসি 'অহেনবা মমলগী' অতোপ্পা মশক অমনি (Profit, a tantamount form of surplus value)।

কেপিটেলিষ্ট অমগী পোৎ পুথোকফম (capitalist Enterprise) অমগী 'কান্নবা' (profitability) অসি 'শেন্দোংগী খুজিংনা' (Rate of profit) লেপই। অদুগা 'শেন্দোং' হায়রিবা অসিদি অপুনবা থাদখিবা কেপিটেল অদুগা য়েংনবদা ওইরিবা 'অহেনবা মমলগী শরুক' (Ratio of surplus value to the total capital advanced) অদুনা ওইরি। অদুগা 'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) হায়রবদি, মথক্তা পল্লিবা, 'অহেনবা মমলগী শরুক' (Ratio of surplus value) অসি চাদা কয়া য়াওরিবগে হায়বা অসিনি। খুদম অমত্তং য়েংশি: অপুনবা থাদখিবা কেপিটেল (Total capital advanced) অসি (C+V) নি হায়বদি লুপা ২০০,০০০/- নি হায়না লৌরসি। হায়বদি (C+V)= $১৬,০০০_{C}$ + $৪০,০০০_{V}$, অদুগা 'অহেনবা মমল' (surplus value) m অসিনা 'চহি অমগী' লুপা ৪০,০০০/- নি হায়না লৌরসি, অদু ওইরবদি 'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit)$P^{1}$ অসি অসুম্না পি মদুদি:

$$P^1 = \frac{m}{c+v} \times ১০০\% = \frac{৪০,০০০}{২০০,০০০} \times ১০০\% = ২০\%$$

চেকশিন্না য়েংগদবা অমনা, 'শেন্দোংগী খুজিংগা' ( Rate of profit) 'অহেনবা মমলগী খুজিংগা' (Rate of surplus value) মান্নদে খেন্নে। 'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) অসিদি মতম লৈবখিবিক্তা 'অহেনবা মমলগী- খুজিংদগী' (Rate of surplus value) হন্থগনি। মথক্কি খুদম অসিদা 'অহেনবা মমলগী খুজিং' (Rate of surplus value)$m^1$ অসি অসুম্না পি মদুদি:

$$m^1 = \frac{m}{c} \times ১০০\% = \frac{৪০,০০০}{৪০,০০০} \times ১০০\% = ১০০\%$$

শেন্দোংগী খুজিং (Rate of profit) হায়বা অসিনা কেপিটেলিস্ত অমবু থবক যাম্না তৌনিংহল্লি (motivate)। থবক য়াম্না তৌনিংহল্লিবগী মরুওইবা মবমদি, শেন্দোং যাম্না ফংদুনা ইনাক হেন্না খুনবা ঙমহনগনি হাযবা অসিনি। অসি ফাওবা হায়নৈ, মদুদি, শেন্দোং হেন্না হেন্না ফংদুনা ইনাকখুনবা হেঙ্গৎনবগীদমক কেপিটেলিস্তশিংনা লৈবাক্কি আইন (laws of the land) ফাওবা শিংনদুনা খোঙনেৎনবা ঙমহল্লি। কেপিটেলিস্ত সমাজ অমগী মনুংদদি, খ্বাইদগী মবল লৈবা মীওই অমবু লৈবাক অদুগী আইন্না শোকপা, পাক্লা ঙমদে, ঙমলবসু যাম্না তাঙনা থোকপনি অমসুং মাগী মাইয়োক্তা মঙোন্দগী হেন্না পৈশা পায়বা অমা নৎতনদি মাবু শিংনবা ঙমদে।

## চাংচৎ ওইবা শেন্দোংগী খুজিং শেম্বা অমসুং পোৎ পুথোকপদা চংখিবা মমল শেম্বা।
## (The formation of the average rate of profit and the price of production)

কেপিটেলিস্ত ইকোনোমি (capitalist economy) হায়বা অসিদি মখল মখা কয়াগী কোমোডিটিশিংবু 'মখল কয়াগী পোৎ পুথোকফমশিংনা' (various enterprises) শেম্বনি। হায়বিবা 'পোৎ পুথোকফমশিং' (Enterprises) অসি পিকপা চাওবা অমত্তা মান্নদে, অদুগা অসিগুম্বা 'পোৎ পুথোকফমশিং' অসিদা শিজিন্নরিবা টেক্নোলোজিশিং (Technologies) অসিসু অমত্তা মান্নদে। মরম অদুনা চপমান্নবা মখলগী পোৎ (commodity) ওইজরবসু, 'পোৎ পুথোকফমশিং' (Enterprises) অসিদগী পুথোরকপা পোৎশিংগী মমল অমত্তা মান্নদে। অসিগুম্বা মতম অসিদা, পোৎকি মমল অসি কৈথেলনা ( Market) লেপলকই। মসিদা ওইরিবা মনুংগী ইচেলদি 'সমাজনা' লেপলকই, পোৎ পুথোক্লিবা অদুনা লেপ্পা য়ারক্তে হায়বনি। পোৎকি মমল অসি 'সমাজনা' হায়বদি 'কৈথেলনা' লেপ্লবনিনা, খ্বাইদগী ফবা টেক্নোলোজি (Technology) অমসুং মেছিনশিং শিজিন্নবা, 'পোৎ পুথোক্লিবশিং' (Enterprises) অদুনা খ্বাইদগী হেন্না শেন্দোং ফংই (মসিবু Super profit হাযবগা খণ্ডনৈ)। অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি কুইনদি ফংগন্দে মবমদি, অতৈসু অফবা টেক্নোলোজি অমসুং মেছিনশিং শিজিন্নবা হৌবকই। অনৌবা টেক্নোলোজি অমুক পুথোক্লরকপনিনা অহেনবা অচৌবা শেন্দোং (Super profit) অমুক ফংবা হৌনবকই। মতৌ অসুম্না অনৌবা টেক্নোলোজি পুথোরকপা লেপ্তে।

চপ মান্নবা পোৎ পুথোকপা কেপিটেলিস্তশিংগী মরক্তা হিদান্নবা (Intersectoral competition) লৈ। অসিগুম্বা মখলগী 'হিদান্নবা' (competition) অসিনা, 'য়াম্বা মান্নবা কেপিটেল' (equal amount of capital) পুথোকপা কেপিটেলিস্তশিংদা, 'মান্নবা শেন্দোং' (equal profit) ফংহন্নবা হোৎনবকই।

হৌজিক কেপিটেলিস্তশিংগী মরক্তা, করম্না 'মান্নবা শেন্দোং' (equal profit) ফংহনবগে হাযবা অদুগী খুদম অমত্তং যেংশি। সমাজ অমদা 'চাং মান্নবা কেপিটেল' পুথোক্নুনা কারবাব তৌবা ইন্দস্ত্রি অহুম লৈরে হাযনা লৌবসি। মখোয অদুগী মনুংদা অমনা শউনগী ইন্দস্ত্রি (leather industry) তৌই, অনিশুবনা 'ফিগী ইন্দস্ত্রি' (textile industry) তৌই অদুগা অহুমশুবা অদুনা 'মেছিন অমসুং মেছিনগী পার্টশিং শাবগী ইন্দস্ত্রি' (Engineering industry) তৌই। তৌইগুম্বসুং ইন্দস্ত্রি অহুম অসিদা থাদবিবা ( invest) কেপিটেলশিং অসি মান্নববসু, মখোযগী কেপিটেলদা যাওবা মচাকশিং (organic composition of capital) অদুদি মান্নদে। হৌজিক অসুম্না লৌবসি মদুদি, ইন্দস্ত্রি অহুমমক্তা লুপা লাক্ষ চামা চামা থাদবে। মসিগী মনুংদা 'শাউনগী ইন্দস্ত্রিদা' থাদবা কেপিটেল অসি অমুক থুগাইবে মদুদি, 'হোংদবা কেপিটেলদা' (constant capital) লাক্ষ ৭০ অদুগা 'অহোংবা কেপিটেলদা' (variable capital) লাক্ষ ৩০, মতৌ অসুম্না 'ফিগী ইন্দস্ত্রিদনা,' 'হোংদবা কেপিটেলদা' (constant capital) লাক্ষ ৮০ অদুগা 'অহোংবা কেপিটেলদনা' (variable capital) লাক্ষ ২০, অদুগা 'মেছিন পার্টকি ইন্দস্ত্রিদনা' 'হোংদবা কেপিটেলদনা' (constant capital দা) লাক্ষ ৯০ অদুগা অহোংবা কেপিটেলদনা (variable capita) লাক্ষ ১০নি। অদু

ওইববদি ‘শঊনগী ইন্দস্ত্রিদনা’ ‘অহেনবা মমল’ (surplus value) অসি লাক্ষ ৩০ ওইবগনি, ‘ফিগী ইন্দস্ত্রিদনা’ ‘অহেনবা মমল’ অসি লাক্ষ ২০ ওইবগনি, অদুগা ‘মেছিন পার্টকি ইন্দস্ত্রিদনা’ লাক্ষ ১০ ওইবগনি।

‘শঊনগী ইন্দস্ত্রিদা’ পুথোকপা পোৎকি মমলনা লাক্ষ ১৩০ ওইবগনি, ‘ফিগী ইন্দস্ত্রিনা’ পুথোকপা পোৎকি মমলনা লাক্ষ ১২০ ওইবগনি। অদুগা ‘মেছিন পার্টকি ইন্দস্ত্রি’না পুথোকপা পোৎকি মমলনা লাক্ষ ১১০ ওইবগনি। অদুগা ইন্দস্ত্রি অহুম অসিনা পুথোকপা পোৎকি অপুনবা মমলনা লাক্ষ ৩৬০ ওইবগনি। খ্বাইদগী ‘শেন্দোং’ যাম্না ফংলিবা অসি ‘শঊনগী ইন্দস্ত্রি’ অসিনি, অদুগা মযায ওইনা ফংলিবা অসিনা ‘ফিগী ইন্দস্ত্রি’ অসিনি, অদুগা খ্বাইদগী যামদনা ফংলিবা অসিনা, ‘মেছিনগী পার্ট শাবা ইন্দস্ত্রি’ অসিনি। অদুবু ‘শেন্দোং’ যাম্না ফংনিংদবা কেপিটেলিস্ত লৈতবনিনা, ‘পার্ট শাবা ইন্দস্ত্রি’ (Engineering industry) তৌবিবা কেপিটেলিস্ত অদুনা মাগী ইন্দস্ত্রি অদু তোকথোক্লগা ‘শঊন ইন্দস্ত্রিদা’ চঙলক্লে। হৌজিক ‘শঊনগী ইন্দস্ত্রি’ অনি শুববনিনা, মসিগী পোৎথোক হান্নদগী শরুক অনিবোম হেঙ্গৎলে। মবম অদুনা কৈথেলদা (market) মসিগী পোৎথোক অসি শিংপা হন্থবে। মবম অদুনা ‘শঊনগী ইন্দস্ত্রি’ অনিমক ‘শেন্দোং’ হন্থনা ফংলে। মতৌ অসুম্না ‘শেন্দোংগী খুজিং’ (Rate of profit) অসি ‘কৈথেলনা’ (market) চাংচৎ অমদা থম্বা ঙমহল্লি। মসিবু ঐখোযনা মমলগী আইন, হাযবদি, কোমোডিটি পুথোকপদা যাওবিবা ইকোনোমিগী আইন’ (The law of value, An economic law of commodity production) হাযবগসু খঙনৈ। কোমোডিটি অমা পুথোকপদা চংলিবা মমল (cost price) অসি হান্না ঐখোযনা পান্নবম্বা (c+v+m) অসিদা **m** অসি ‘অহেনবা মমল’

(surplus value) ওইবস্বা অদু 'কৈথেলনা' মবম ওইদুনা যাহন্দ্রে। মসিগী মহুৎতা 'সমাজনা' লেপ্পা হায়বদি 'কৈথেলনা' লেপ্পা চাংচৎকি শেন্দোং (Average rate of profit) p হাযবা অসিনা ওইবগনি। মবম অদুনা (c+v+m) গী মহুৎতা (c+v+p) না ওইবগনি। মসিবু কৈথেলনা ওইহনবা পোৎ পুথোকপগী মমল (cost price) ওইবে।

## শেন্দোংগী খুজিং অসি হন্থরক্কদবগী হেক্তা তৌরকই।
## (The tendency of the rate of profit to fall)

কেপিটেলিজম্মা মপুং মবৈ ফাগৎলকপগা ইবোইননা 'কেপিটেলদা যাওবা মচাকশিং' (organic composition of capital) অসি অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই। মসিনা তাক্লিবদি, বো মেটবিযেল (raw material) শিজিন্নবগী চাং অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই শিজিন্নবা মেছিনগী মশিং হেঙ্গৎলকই, অদুগা শিনমীশিংগী মশিংনা হেঙ্গৎফম থোকপদগী হন্থনা তপ্না তপ্না হেঙ্গৎলকই। মসিনা কবি উৎলিবগে হাযববু, 'হোংদবা কেপিটেলনা' (constant capital) হেঙ্গৎপা অদুমুক 'অহোংবা কেপিটেলনা' (variabic capital) হেঙ্গৎতে। অসিমসু ঐখোযনা খঙলবনি মদুদি 'কেপিটেলদা যাওবা মচাকশিং' (organic composition of capital) অসিনা ৱাংখৎলিবমখৈ,'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) অসি হন্থে। অসুম তৌই হাযদুনসু 'অপুনবা শেন্দোংদি' ( Mass profit) হন্থবা নত্তে। খুদম অমত্তং যেংশি মদুদি, অহানবদা, লুপা কোটি ১০০গী কেপিটেল অসি থাদবে ( invest)। মসিগী ওইবিবা মওং অসি

(৭০c+ ৩০v) নি হায়না লৌরসি। চহি ২০গী মনুংদা 'কেপিটেল' অসি লুপা কোটি ২০০ শুবে হায়না খল্লসি। মসিগী মনুংদা (১৬০c+৪০v) নি হায়না লৌবশি। অদুগা অহেনবা মমল (surplus value) অসি ১০০দা ১০০নি হায়না লৌবশি। অদু ওইববদি হেক হৌগৎলকপদা ফংলিবা অপুনবা শেন্দোং (mass profit) অসি লুপা কোটি ৩০ ওইবে। অদুগা চহি ২০গী মতুংদনা, 'অপুনবা শেন্দোং' অসি লুপা কোটি ৪০ ওইবে। অদুগা হাযবিবা চহি ২০ অসিগী মনুংদা 'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) অসি ৩০% দগী ২০% দা হন্থবে। ' শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) হন্থবকপগী মবমাদ 'কেপিটেলদা যাওবা মচাকশিং' (organic composition of capital) অসি হেঙ্গৎলকপদগীনি। অদুবু কেপিটেলিস্তশিংনা মখোযগী। 'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) হন্থবকপা থিংননবা হোৎনদবা নত্তে। মসিগীদমক মখোযনা লৌখৎপা থবক্তি, শিনমীশিংবু ওৎপগী (exploit) চাং হেঙ্গৎহনবা অসিনি।

ঐখোয অমুক মথক্কি খুদম অসিদা যেংলশি মদুদি, চহি ২০গী মতুং অসিদা 'ওৎপগী চাং' (degree of exploitation) অসি ২০০% দা হাইগৎহল্লে হায়না লৌবশি, অদু ওইববদি মসিদা ফংগদবা 'অপুনবা শেন্দোং' (Mass profit) অসি লুপা কোটি ৮০নি, অদুগা 'শেন্দোংগী খুজিংনা' (Rate of profit না) অসুম্না ওইবনি মদুদি,

$$\frac{৮০}{১৬০+৪০} \times ১০০\% = ৪০\%$$

শিনমীশিংবু ওৎপগী (exploit) চাং হেঙ্গৎহল্লবদি, 'শেন্দোংগী খুজিং' (Rate of profit) হেঙ্গৎহনবা ঙমই। হেন্না তেন্না ইনাকখুনবা পামলিবা কেপিটেলিস্তশিংনা শিনমীশিংবু 'ওৎপগী চাং'

(degree of exploitation) হেঙ্গৎহল্লি। মরম অদুনা শিনমীশিংগী পুন্সিবু তিনজং- কাইজংহল্লি অমসুং তেনশিনহল্লি।

## ইন্দস্ত্রি অমসুং ললোল ইতিক্তা থাদবা কেপিটেল।

## (Industrial and commercial capital)

'অহেনবা মমল' (surplus value) হায়বা অসি পোৎ পুথোকপা মতমদা শিনমীশিংনা শেমজবনি। অদুবু মসি 'পোৎ পুথোকফম' (Enterprises) অদুগী মপু ওইবা কেপিটেলিস্ত অদুনা লৌথোকই। অদুবু ব্রাহং অমা য়েংবা য়ারিবদি অসিনি, করিগীদমক্তা ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্ত (Industrial capitalist) অমনা মহাক্না ফংলিবা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) শরুক খরা, 'ললোল ইতিক তৌবা কেপিটেলিস্তা' (commercial capitalist) খাইরিবনো? মসিগী মরুওইবা মরমদি, পুথোক্লিবা পোৎ অসি কোমোডিটি ওইবনিনা, মসিবু য়োল্লগা পৈশা ওন্থোক্তবা (realised) য়াদে। মসিগী থবক অসিদি ললোল ইতিক্কী কেপিটেলিস্তশিংনা পাংথোকই। থবক অসি তৌবদা কেপিটেল চংই, মরমদি, কৈথেলদা পোৎ য়োন্নবগীদমক অচৌবা থৌরাং অমা চংই অমসুং মীওই কয়া শিজিন্নদবা য়াদে। অদুবু 'ললোন ইতিক তৌবা কেপিটেলিস্ত' অদুনা মহাক্না থাদখিবা (invest) 'কেপিটেল' অদুগী মথক্তা 'অহেনবা মমলসু' (surplus value) ফংগদবনি। হায়রিবা 'অহেনবা মমল' অসিদি 'ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্ত'

(Industrial capitalist) অদুনা পিবক্কদবনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, 'ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিষ্টনা' পোৎ য়োনবগী থবকসু তৌরবদি, অতোপ্পা 'কেপিটেল' অমসু থাদগদবনি (invest), লোইননা থবক তৌবা মীওই কযাবুসু শিজিন্নগদবনি। মসিদি মঙোন্দা তোঙালবা পোৎলুম অমা ওইগদৌবিবনি। মসিগী পোৎলুম অসি পুনিংদবদগী 'ললোন-ইতিক তৌবা কেপিটেলিস্ত' (marchants) শিংদা শিন্নবনি। অমসুং মখোযনা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) শরুক খবা খাইবিবনি। অতোপ্পা অমনা, 'ললোন-ইতিক তৌবা কেপিটেলিস্তনা' যোন্নবা ফংলিবা পোৎ মহাক্না যোন্নিংবা মমলদা যোনবা যাদে মবমদি 'সমাজনা' পোৎকি মমল লেপ্পি (socially necessary labour time)।

## ললোন-ইতিক্তা ফংবা শেন্দোংগী লাকফম।
## (The source of commercial profit)

'ললোল ইতিক্কি শেন্দোং' (commercial profit) হাযবা অসিদি 'পোৎ পুথোক্লিবনা' (manufacturer) ললোনবশিংদা (marchants) পোৎ যোনবিনবগীদমক খাযদোবকপা 'অহেনবা মমল' (surplus valuc) অদুনি। মসি অসুম্নসু হাযবা যাই মদুদি, 'ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্তশিংনা' (Industrial capitalist) ললোন ইতিক তৌবা মীওইশিংদা (marchants) পোৎ পুথোকপগী মমলদগী (price of production) হন্থনা কোমোডিটিশিং অদু যোন্নবা পি অদুগা মখোযনা 'পোৎ পুথোকপগী মমলদা' (prices of

production দা) য়োল্লি। ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্তশিংনা (Industrial capitalist) 'কেপিটেল' য়াম্না চাওনা থাদবনিনা (invest) মখোযগী 'অপুনবা শেন্দোং' (mass profit) অদু যাম্না চাউনা ফংই। 'ললোন ইতিক তৌবা কেপিটেলিস্তশিংনা' (marchants) কেপিটেল পিক্না থাদবনিনা মখোযগী 'অপুনবা শেন্দোংদি' (mass profit) পিকই। অদুম ওইনমক থাদনবিবা কেপিটেলশিং অদুগা চাংদম্নববদি, 'শেন্দোংদি' চপমান্ননা ফংই হাযগনি। কেপিটেল অচৌবগীনা অচৌবা, মচাগীনা শেন্দোং মচা ফংবগী ব্রা খক্তনি।

## পোৎ (য়োন্নবগী) য়েন্থোকপদা চংলিবা পৈশা। (The cost of circulation)

কোমোডিটিশিংবু পৈশা ওন্থোক্নবা হোৎনবকপদা (Realisation of commodities) পৈশা খবদি অদুম্মক তিংদবা যাদ্রে। অসিগুম্বা খবচ (expenditure) অসিবুনি, 'পোৎ যোন্নবগী য়েন্থোকপদা চংলিবা পৈশা' (The costs of circulation) হাযবিবসে। কেপিটেলিস্তশিংনা পোৎ যোনবগী মতাংদদি হাযবিবা 'খরচ' অসি মখল অনি শুই। অমনা, 'তশেংনা চংখিবা পৈশা' (Net or real costs ) অদুগা অতোপ্পা অমনা 'অহেনবা চংখিবা পৈশা' (Additional costs) অসিনি। 'অশেংবা চংখিবা পৈশা' (net costs of circulation) অসিনা উৎলিবদি, কোমোডিটিশিং লৈবদা, য়োনবদা, এডভর্টাইজ (Advertise) তৌবদা, দুকানশিং হাংবদা (Trading companies), মরু ওইনা হাযবিবা থবকশিং অসি

তৌবদা, শিজিন্নরিবা শিনমীশিংগী 'খুশুমল' পিবদা, খরচ (expenditure) তৌখিবা পৈশাশিং অসিনি। 'অসিগুম্বা অশেংবা চংখিবা পৈশা' (net costs of circulation) অসি য়োল্লিবা পোৎ অদুগী মমলদা হাপচিন্দে, মসিদি 'ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিষ্ট' (Industrial capitalist) অদুনা লৌহৌবা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অদুদগী শরুক খরা খায়দোরকপা অদুনা ওই। কেপি-টেলিস্তশিংনা কারবার তৌবদা, 'পোৎ য়েন্থোকপগী থবকশিংদা থাদরিবা পৈশা' (costs of circulation) অসি অয়াম্বনা 'অশেংবা খরচনি' (Net costs of circulation) অদুগা 'অহেনবা, পোৎ যোনবগী থবক্তা খরচ তৌবা' (Additional costs of circulation) হায়বা অসিনা খণ্ডহল্লিবদি, পোৎশিং অদুগী 'থম্ফম শেম্বদা' (storing), 'পোৎশিং অদুবু ফজনবা শেম্বদা' (Finishing), 'পোৎশিং অদুবু হোন্দোক হোঞ্জিল তৌবদা' (Transporting) চংখিবা খরচ অদুনি। অদুগা 'অহেনবা, পোৎ য়োনবগী থবক্তা খরচ তৌবা' (Additional costs of circulation) অসিদি পোৎকি মমলদা হাপচিনগনি। মরমদি, মসিদা চংখিবা পৈশা অসি 'ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্তনা' (Industrial capitalist) পিদে, ললোনবা কেপিটেলিষ্ট (marchants) অদুনা পুথোকখিবনি। মরম অদুনা শেনফম অসিদি 'পোৎ শিজিন্নরিবশিংদগী' (consumers) লৌখৎকদবনি। মরম অদুনা হায়রিবা খরচ অসিদি 'পোৎ পুথোকপদা চংখিবা খরচ' কা (costs of production) করিসু খেন্নদ্রে হায়না লৌগনি। কেপিটেলিষ্ট সমাজদদি, 'পোৎ য়োনবগী খরচ' (costs of circulation) অসি অসুম অসুম ৱাংখৎলকই। মসিদা, এডভর্টাইজগা (advertise) মরি লৈনবনিনা 'অশেংবা খবচ' (Net costs) অসি ৱাংখৎলকপনি। মসিনা লায়রবা, শুরি-নোম্লিবশিংদা অকনবা চৈফু পীরকই।

# কেপিটেলিষ্টশিংনা তৌবা ললোন ইতিক্কি মওংশিং।
# (The Forms of Capitalist Trade)
## মীরৈবাক্কা তৌনবা ললোন ইতিক।
## (Foreign Trade)

ঙসিগী ওইবিবা কেপিটেলিষ্টকি ইকোনোমি (capitalist economy) অসিদদি লৈবাক মনুংদা ললোনবগী (Home Trade) মওং অসি মরু ওইনা অনি শুই- মখোয় অদুদি, 'পুন্না য়োনবা' (whole sale) অমসুং 'চোইনা য়োনবা' (Retail sale) অসিনি। 'পুন্না য়োনবগী' ললোনবা মওং অসিদি 'ইন্দস্ত্রি তৌবশিং' (Industrialists) অমসুং ললোনবা কেপিটেলিস্তশিংগী (marchants) মরক্তা তৌনৈ। অদুগা 'চোইনা যোনবা' (Retail sale) হাযবা অসিনা লৈবাক অদুগী প্রজাশিংদা, শিজিন্নথোকখিনবগী (consume) য়োনবনি।

পুন্না য়োনবগী ললোনবা (whole sale Trade) অসিদি 'পুন্না যোনবগী কৈথেলশিংদা' (whole sale markets) পাংথোকই। কৈথেলশিং অসিদদি 'পোৎকি নোমুনাশিং' (samples) খক্তা থমই। লৈবাক অদুগী ওইনা পোৎশিং অদু 'কয়া যাম্না পাম্নে, কয়া য়াম্না পুথোক্লে' (supply and demand) হায়বগী মরম অদু অসিগুম্বা কৈথেলশিং অসিদগী খঙবা ঙমই।

'মীরৈবাক্কা তৌনবা ললোন ইতিক' (Foreign Trade): অসিগুম্বা ললোনবগী মওং অসিদি, লৈবাক অমগা লৈবাক অমগগী

মরক্তা তৌনবা ললোনবনি। য়োনখিবা পোৎশিংগী (Export) মমল অমসুং লৈরুবা পোৎকি (Import) মমল অদু শরুক কয়া কয়ানো (Ratio) হাযবা অসিনা অসিগুম্বা ললোনবগী ফিভম (Trade balance) অদু খঙহল্লি। লৈরুবগী (Import) মমলনা য়োনখিবদগী (export) হেল্লবদি, ললোনবগী ফিভম অসি শোল্লি (passive) লোই। অদুগা য়োনখিবগী মমলনা লৈরুবগী মমলদগী হেল্লবদি, ললোনবগী-ফিভম অসি অকনবগী মওংদা (Active) লৈ হায়না লৌগনি।

কেপিটেলিস্তশিংনা মখোয়গী কোমোডিটিশিং মীরৈবাক্তা (Foreign) যাম্না যোনবা ঙমলবদি মখোযগী শেন্দোং (profit) য়াম্না ফংহল্লি। ইন্দস্ত্রি যাম্না চাওখৎপা লৈবাকশিংনা (Industrially developed countries) মখোয়গী ইন্দস্ত্রিগী পোৎথোকশিং অদু ইন্দস্ত্রি য়াম্না 'চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংদা' (under developed countries) মমল তাংনা য়োল্লি (export)। অদুগা 'চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদগী (developing countries) অহোংবা মমলদা 'বো মেটবিযেলশিং' (Raw materials) 'চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা' (developed countries) লৈ (হায়বদি, চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা 'চাওখৎত্রিবা লৈবাকশিংদগী' 'বো মেটরিযেল' (import) তৌই। মবম অদুনা অয়াম্বা মতমদা 'চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী' (developing countries) 'মীরৈবাক্কা ললোন ইতিক তৌবা' (Foreign trade) অসি 'অশোনবা ওই' (passive ওই)।

# পৈশা শান্দোকপগী কেপিটেল অমসুং মসিগী শেন্দোই।

## (Loan capital and its Interest)

'কেপিটেলগী কোইনা চৎপা খোঙচৎতা' (circuit of capital) যাওবা 'ললোন ইতিক্কি কেপিটেল' (commercial capital) অসি খক্তা নৎতনা 'পৈশাগী কেপিটেলসু' ( money capital) 'পৈশা শান্দোকপা কেপিটেলগী' (Loan capital) মশক লৌবগা, হাযবিবা খোঙচৎ অসিদগী তোখাযবকই (Seperated out)। মসিদা ৱাহং অমা থোবক্লিবদি অসিনি মদুদি, হাযবিবা কেপিটেল অসি কদাযদগী থোবকপনো? খুদম অমা যেংশি মদুদি, ইন্দস্ট্রি তৌবা মীওই অমনা মহাক্কি পুথোক্লবা পোৎশিং (commodities) অদু থা থাগী ওইনা যোল্লি হাযনা লৌবশি, অদুগা লৈবিবা (Purchase) 'বো মেটবিযেল' (Raw material) অদুনা থা তকক তকক খুদিংগী লৈবে ( Purchase) হাযনা লৌবশি। অদু ওইববদি, মহাক্কি মখুৎতা শিজিন্নদবা পৈশা (Idle money) খবদি থা মঙাগী লৈবে। কেপিটেলিষ্ট অদুনা মস্থবক্লবা মেছিনশিং অদুগী (depreciated machines) যাদবা পার্টিশিং (worn out parts) অদু শিন্দোক্লবা পৈশা তুংশিনবা অদুসু শিজিন্নদবা পৈশা ওইনা (idle money) মখুৎতা লৈবগনি। অদুগা তুংশিল্লিবা পৈশাশিং অসিসু চহি কযাগী মতুংদা খুজু খুলাইশিং লৈগদৌবিবনি।

অতোপ্পা মফম খবদনা, কেপিটেলিষ্ট খবদদি, মহাক্কি পোৎশিং অদু মতমচানা যোনবা ঙমহৌদবদগী, মহাক্কি লৈগদবা (Purchase) 'বো মেটবিযেলশিং' (Raw materials) অদুদি লৈশিন্দবা

য়ারক্ত্রবদা, মহাক পৈশা য়াম্না দরকার লৈরকই। মতৌ অসুম্না, কেপিটেলিষ্ট খরনা মখুত্তা শিজিন্নদবা পৈশা (Idle money) পাইদুনা লৈ, অদুগা খরনা, তাঞ্জা চানদবদগী পৈশা যাম্না দরকার ওইরকপা য়াওরকই। অসিগুম্বা মতমদা, 'শিজিন্নদবা পৈশা' (idle money) পাইবা কেপিটেলিষ্টশিংনা, পৈশা দরকার লৈবা কেপিটেলিষ্টশিংদা মখোয়গী পৈশা অদু শান্দোক্তুনা মতম খরগী ওইনা শিজিন্নহল্লি। 'শান্দোক্লিবা কেপিটেল' (Loan capital) অসি 'পৈশাগী কেপিটেলনি' (money capital)। মসিবু অতোপ্পদা, মতম খবগী ওইনা শান্দোক্লগা, মদুদগী কান্নবা খবা ফংবা অদুগীনি। মসিদা ফংলিবা কান্নবা অসিবু শেন্দোই (Interest) কৌই।

## কেপিটেলিষ্টশিংগী পোৎ শোৎতোকপা।
## (Capitalist credit)
## বেঙ্ক অমসুং বেঙ্ক তৌবশিংগী শেন্দোং।
## (Banks and Banker's profit)

'শান্দোক্লিবা কেপিটেল' (Loan capital) অসিনা 'শোৎতোকপগী' (credit) মওং লৌবকই। 'কেপিটেলিষ্টকি শোৎতোকপা' (capitalist credit) অসি মখল অনি শুই, অমনা, 'ললোন ইতিক্তা শোৎতোকপা' (commercial credit) অদুগা অমনা বেঙ্কনা শোৎতোকপা (Bank credit) কৌই।

'ললোন ইতিক্কি শোৎতোকপা' (commercial credit):

মসিগী মওং অসি 'ইন্দস্ত্রি তৌবা' অমসুং ললোন- ইতিক তৌবা কেপিটেলিষ্টশিংনা (Industrial and marchant capitalists) অমনা অমদগী পোৎ শোৎপদা (purchase on credit) শিজিন্নৈ। যোল্লিবা (seller) অদুনা 'পোৎ শোৎলিবা' (buyer on credit)অদুদগী, অকক্লবা শেনফম অমা (a certain sum of money) অকক্লবা নুমিৎ অমদা (by a particular date) শোযদনা শিংগনি (to pay) হাযবগী 'অইবা চে অমা' (a promissory note) পিগদবনি।

বেঙ্কনা শোৎতোকপা (Bank credit): মসিগী মওং অসিদি, 'বেঙ্ক তৌবিবা কেপিটেলিস্ত' (Bankers) অমনা 'ইন্দস্ত্রি তৌবা অমসুং ললোন ইতিক তৌবা কেপিটেলিষ্টশিংদা' (Industrial and marchant capitalists) পৈশা শোৎতোকপা / পুথোকপা (credit granted) অসিবুনি। অদুগা 'শোৎতোক্লিবা শেনফম' (loan পীবিবা শেনফম) অসিদি বেঙ্কতা থমজিল্লকপা (deposit), শিজিন্নদবা পৈশাশিং (Idle money) অদুনি।

# কেপিটেলিষ্টনা শোৎতোকপগী মওংশিং

## (Forms of capitalist credit)







কেপিটেলিষ্ট সমাজদদি (in capitalism) বেঙ্ক হায়বা অসি কেপিটেলিষ্টশিংগা মরি লৈনবা পোৎনি (capitalist concern), মসিনা তৌরিবা থবক্তি, পৈশা পুথোক্লিবশিংগা (creditors) পৈশা পুরিবশিংগা (Debtors) মরি লৈনহনবনি। বেঙ্ক লিংখৎলিবা অসি অহেনবা পৈশা ফংননবনি, ইনাক হেন্না খুন্নবনি। বেঙ্কতগী লাক্লিবা শেন্দোং অসিদি, বেঙ্কতা থমজিল্লরিবা (deposit তৌররিবা) পৈশা অসিদা বেঙ্কনা পিরিবা শেন্দোই অসিগা, বেঙ্কনা পুথোকলিবা (loan)

পৈশা অসিদগী ফংলকপা শেন্দোই অনি অসিগী খেন্নবা (difference) অদুনা শেন্বনি। পিখিবা শেন্দোইদগী ফংলকপা শেন্দোইনা হেনবনিনা বেঙ্কতা অহেনবা পৈশা লাক্লিবনি। মসিসু 'অহেনবা মমলনি' (surplus value) হায়না লৌগনি। মরমদি বেঙ্কতা থবক তৌরিবশিংনা (Bank employees) থবক শুদ্রবদি, 'অহেনবা শেনফম' (profit) অসি লাক্লোইদৌবিবনি। বেঙ্ক হায়বা অসিসু ইন্দস্ত্রিগুম্না লৌবা য়াই, মসিদা 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) য়াওরি, অদুগা 'অহোংবা কেপিটেলসু' (Variable capital) য়াওরি। মসিদা য়াওরিবা অহোংবা কেপিটেল অসিনা 'অহেনবা মমল' (surplus value) শেন্বদগী বেঙ্ককি শেন্দোই (profit) ফংলিবনি। বেঙ্কতসু, 'কেপিটেলদা য়াওবা মচাকশিংগী' (organic composition of capital) ইথিলসু (influence) অদুম্মক য়াওরি। মরম অদুনা বেঙ্ককি শেন্দোং অসিসু বেঙ্ককি কর্ম্মচাবিশিংবু ওৎলগা (exploit) ফংলিবনি।

## তোঙাল তোঙালবা কেপিটেলশিংনা পুন্সিল্লগা কারবার তৌবশিং।

## (Join stock companies)

ওল্লিইঙেগী মতমদদি কেপিটেলিস্তশিংনা মতোম মতোমতগী ওইনা 'থবক তৌফমশিং' (companies) লিংখৎনরম্মি। মমৈথংদদি চাওর চাওরবা থবকশিং তৌদবা য়ারক্তবদগী, খুদম ওইনা হায়রবদা, 'রেলৱেগী লম্বী' (Railway lines) শেম্বা, হিথাংফম (docks) শেম্বা, 'য়োৎ অমসুং ইস্পাতকি' (Iron and steel)

থবক শুফম লিংখৎপা অসিনচিংবা থবকশিং অসি তৌবকপা মতমদদি, কেপিটেলিস্ত অমখক্তগী কেপিটেলনা থবক অসি তৌবা যাবক্তে। মসিগীদমক কেপিটেল অচৌবা দবকাব ওইবকই। অসিগুম্বা মতম অসিদা কেপিটেলিস্ত খবনা মখোয মখোযগী কেপিটেল পুথোবক্লগা 'অপুনবা কেপিটেল' অমা শেমগৎতুনা, মখোয মযাম্না মপু ওইবা থবক তৌনবা কম্পানি (company) অমা লিংখৎলগা থবক তৌই। অসিগুম্বা থবক তৌনবা অমা শেমলিবা কম্পানি অসিবু 'অপুনবা কেপিটেলগী থবক তৌনবা কম্পনি (joint stock company) কৌই। অসিগুম্বা কম্পানি (company) অসিদা কেপিটেল পুথোক্লিবশিং অদুগী, মখোযনা পুথোক্লিবা কেপিটেল অদুগা চানবা 'সিযাব' (share) হাযবা চে অমমম পাইনগনি। সিযাব (share) হাযবা অসি 'শকতাকচে' (certificate) অমনি মসিবু 'সেক্যুবিটি' (security) হাযবগসু খঙনৈ। হাযবিবা 'সেক্যুবিটি' অসিনা কবি খঙহল্লিবগে হাযববু, 'হোংবা' 'চাওবা' হাযবা মীওইশিং অসিনা 'কম্পানি' অসিদা কেপিটেল কযা কযা থাদবিবগে হাযবা অদু খঙহল্লি। অদুগা কম্পনি (company) অদুগী 'অপুনবা শেন্দোং' অদু 'অপুনবা সিযাবশিং' অদুদা যেন্থোবকপদা থুংলিবা শরুক অদুবু 'ডিভিডেন' (Dividen) কৌই। হাযবিবা 'সিযাবশিং' (Share) অসি 'যোনথোকপসু' (sale) যাই, 'লৈবসু' (Purchase) যাই। মসিগী 'যোনফম' 'লৈফমগী' কৈথেল অসিবু 'সিযাব মাকেট' (Share market) হাযনা কৌই। মবম অদুনা হাযবিবা 'সিযাবশিং' অসি 'কোমোডিটি' মখল অমনি। অদুগা 'সিযাবশিং' অসিগী মমলদি 'মতম মতমগী মতুং ইন্না' লেপ্পি অমসুং অসিগুম্বা লেপথোক্লবা মমল অসিবু 'সিযাব কোটেসন' (Share Quotation)

হায়রগা খঙনৈ। 'সিয়ারগী মমল' (Share Quotation) অসি হিরম অনিগী মখা পোল্লি। অমনা, 'বেঙ্কতা পৈশা থমজিল্লকপশিংদা' (Bank depositers) পীরিবা শেন্দোই। অদুগা অতোপ্পা অমনা, চহিগী ওইনা 'সিয়ার' অমমম্না ফংগদবা শেন্দোং (Dividend) অদুনি। খুদম অমাঃ লুপা ১০০গী 'সিয়ার' অসিনা চহি অমদা লুপা ১০/- গী 'ডিভিডেন্দ' (Dividend) ফংই হায়না খল্লসি। অদু ওইরবদি মসি (Share) য়োনবা মতমদা ওইগদবা মমল অসি, করিগুম্বা মসিনা বেঙ্কতা থমজিনবা মতমদা শেন্দোই ওইনা বেঙ্কতগী লুপা ১০/- ফংগদবনি। করিগুম্বা বেঙ্ককি শেন্দোই অদুনা লুপা ১০০/- দা লুপা ৫/- ওইরবদি, শেন্দোই লুপা ১০/- ওইননবগীদমক লুপা ২০০/- দা য়োনগদবনি। অদুবু 'জোইন্ট স্তোক কম্পানি' (Joint stock campany) হায়বা অসিদি কেপিটেলিজমগী পোৎ ওইবনিনা, অদুগা সিয়ার (share) হায়বা অসিসু কোমোডিটি (commodity) ওইবনিনা, 'য়োনগে হায়বগা লৈগে হায়বগা' (supply and Demand) অনি অসিগী ফিভম অসিনা, সিয়ারগী মমল অসিসু, মথক্তা পিরিবা 'অসি ওইগনি' হায়বা মমল অসিদা কৈদৌঙৈদা লৈতে। 'লৈগে হায়বা মীনা' (Purchaser) মশিং হেল্লগনা মমল তাংখৎলি, ৱাৎলগনা হম্থরকই 'জুৱারগুম্বনি' (Gamble)। হায়রিবা 'জুৱার' অসিদা ময়ুম- ইংখোল মুৎখিবা, কেপিটেলিস্ত সমাজ অসিদা উরবনি। অসিগুম্বা 'সিয়ারগী কৈথেল' (share market) অসিদা 'পোৎফম ফমলিবশিংবু' (লৈবসু য়োনবসু তৌরিবশিংবু) 'ব্রোকর' (Broker) হায়রগসু খঙনৈ। অতৈ দুকান ফম্বা মীওইশিংগুম্না 'ব্রোকরশিং' অসিসু, করিগুম্বা মতমদা করোরপতি

(Millionaire) ওইবকপসু যাওই অদুগা মুৎখিবসু যাওই।

কম্পানি (Company) অমগী কেপিটেলবু শাগৎপদা শরুক পুথোকখিবা মীওই খুদিংমক 'সিযাবগী মপু ওইবিবা' (share holder) মীওইশিং ওাক্তনি। মখোযশিং অসিবু 'সিযাব হোলদব' (share holder) কৌই। 'সিযাব হোলদবশিংগী' মিটিং (meeting) তৌবগা, কম্পানি অদু চলাইনবা মীওইশিং খনগনি। 'চৎনবি' অমা ওইনা (as a rule), সিযাবগী শরুক অযাম্বা 'অচৌবা কেপিটেলিস্ত' খবগী মখুৎতা লৈবনা, মখোযশিং মখুৎতা কম্পানি (company) অসি মশানা তানা লৈবকই। 'সিযাব' মশিং যাম্না পাইবা লন্নাই মীওইশিংগী মখুৎতা কম্পানি অদুগী থবক থৌবম পুন্নমক শিন্নবকপা মতমদা, মখোয খবা অদুগী 'অপুনবা সিযাব' অদুবু 'কম্পানি অদুবু মমাই চুমলিবা সিযাবশিং' (controlling block of shares) কৌই।

সেক্যুবিটি (security) হাযবিবসি, সিযাব (share) ওইনা, 'বোন্দ' (Bond) ওইনা ( হাযবদি সবকাবনা, অকক্নবা মতম অমগী মতুংদ' শেন্দোইগা কোন্ননা পৈশা হন্দোবক্কনি হাযনা ইবা, 'যোল্লিবা চে' অদুবুনি) শক্তম লৌদুনা লৈবিবা কেপিটেল, অমসুং মদুনা কেপিটেলিস্ত অদুদা 'ইনকম' (income) অমা ফংহল্লিবা অদুবুনি। মসিবু 'তৌশিন্নবা কেপিটেলসু' (Fictitious capital) কৌই। মবমদি, 'সেক্যুবিটিনি' (security নি) হাযদুনা পাইবিবা চে মচেৎ অদুনা কবিগুম্বা পোৎ অমত্তসু লৈবা যাদে। মখোযশিং অসিনা তৌবিবা থবক্তি, চুম্নদগী 'কেপিটেলগী খোঙচৎ' (movement of capital) অদুতমক উৎপনি।

'জোইন্ট স্তোক কম্পানিশিং' (Joint stock companies) মবাং কাইনা থোবকপদগী কেপিটেলিস্ত অযাম্বা, পৈশা শান্দোকপগী

'শেন্দোই' (interest) ওইনা অমসুং 'সিযাব' পাইবগী (Share holder) 'ডিভিডেন্দ' (dividend) ওইনা, হেন্না ফংনবক্লে। অদুগা থাঙ্গেশেংবা, শিনশংশিংদা পোৎ পুথোকপগী থবকশিং অসিনা, 'অনেকপা মেনেজবশিংগী' (hired managers) মখুৎতা শিন্নথোক্লে। মবম অসিনা কেপিটেলিস্তশিংনা, মপুং ওইবগা তৌবা থবকশিংদা, মখোযশিং অসি 'উতাংবিগুম' (parasite) হিংবা হৌবকখবে।

'সিযাব' হাযবা অসি সমাজগী অনেম - অৱাং থাক্তা লৈবা মীওই অযাম্বনা পাইনৈ। মসিদি কেপিটেলিস্তশিংদা যাম্না কান্নবা পোৎনি। মবমদি, সিযাবগী মশিং অসি অসুক্কি মতিক যামলিবমখৈ কেপিটেলিস্তকি মখুৎতা অচৌবা কেপিটেল ওইবকই মসিনা মখোযবু অচৌবা পোৎ পুথোকফম (Enterprises) শেম্বা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা পোৎ পুথোকপগী থবকশিংদা মীওই কযাবু 'মপুওইনা' যাওহনবা ঙম্বা অসিগী ফিভম অসিবু বুর্জুৱা ইডিলোজিষ্টশিংনা (Bourgeois Ideologists), মখোযগী ডিমোক্রেটিক (**Democratic**) ওইবা মওংদা কেপিটেলবু শিজিন্নবা (Democratisation of capital) হাযবা থিওরি (Theory) অদু চুম্লবনি (justified) হাযনা ফোংদোক্লিবনি। অদুবু তশেংনা ওইবিবা ফিভমদি, সিযাবগী মশিং যামদনা পাইবা 'সিযাবগী' মপু ওইবা মীওইশিংবুদি কম্পানিগী থবক শিন্দোক শিঞ্জিন্দা (management) যাওহনবা নত্তে। মসিগী (management) থবক অসিদি 'কম্পানিবু মমাই চুমলিবা সিযাবশিংগী শরুক' (controlling block of the shares) অদুগী মপু ওইবিবা, অচৌবা কেপিটেলিস্তশিং অদুনা তৌবিবনি। অদুগা 'শিংথানবা যাদবা সিযাবগী শরুক' (Negligible portion of the

shares) খরগী মপু ওইরিবা শিনমীশিংনা 'কম্পানিগী' (Joint stock company) শিল- লাংবদা (management of the company) করিসু শরুক য়াবা ঙমদে। অসুম্না হায়বা য়াই মদুদি, 'সিয়ার মশিং য়ামদবগী মপু ওইবা' অদুনা কম্পানিগী management তা য়াওরুবা য়াদে।

## কেপিটেলিস্তশিংনা ফংবা লৌশাল।
## (Capitalist land rent)

লৌপু (land owner) অমগা কেপিটেলিস্ত অমগা মান্নদে। লৌপু অমনা অয়াম্বা মতমদা লৌ উদে। পোৎ পুথোকপা কেপিটেলিস্তশিংদা (capitalist enterpreneurs) মাগী লৌফম শান্দোকই। কেপিটেলিষ্ট অদুনা শিনমী ময়াম অম নেক্কুনা মহাক্কি লৌফম অদুদা থবক শুহল্লি। অসুম্না থবক শুরকপা অসিদা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসি শেমলকই। মসিদা থোরকপা 'অহেনবা মমল' পুম্নমক কেপিটেলিস্ত অসিগী মখুৎতা লাকই। মসিদগী মহাক্কি শরুক লৌহৌরগা অরেম্বা অদু লৌপুদা (Land owner) পীরকই। মহাক্কি শরুক অসি কয়া য়াম্বনো হায়রগদি, কেপিটেলিস্তশিংনা কেপিটেল থাদরগা (invest) ফংলিবা শেন্দোং অদুগা মান্নহল্লিবনি। মতৌ অসুম্না কেপিটেলিস্ত অদুনা মহাক্কি শরুক ওইনা ফংলিবা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) শরুক খরা অদুবু 'কেপিটেলিস্তশিংনা ফংবা লৌশাল' (capitalist land rent) কৌই। অদুগা করিগীদমক্তা লৌপু অদুসু, লৌবুক্তা থবক শুরিবা শিনমীশিং অদুনা শেম্বা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) শরুক

খরা ফংলিবনো হায়বগী মতাংদদি 'থবক শুরিবা লৌফম' অদুগী মপু (owner) মহাক্না ওইবদগীনি। মরমদি 'লৌবুক' অসি 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিংগী' (means of production) মনুংদা শরুক অমা ওইবদগীনি। 'লৌশাল' (land rent) হাযবা অসি অতৈ করিসু নত্তে, মসি ওইবকপগী / লৈবকপগী মরু ওইবা মবমদি, 'লন্নাইনা পোৎ পুথোকপগী উপায়শিংগী মপু ওইবা যাবদগীনি' (private ownership of the means of production).

কেপিটেলিজমগী মখাদা লৈবা 'লৌশালগা' 'ফিউডেলিজমগী' ( Feudalism) মখাদা লৈবা 'লৌশালগা' মান্নদে। ফিউডেলিজমগী মতমদদি, 'লৌশাল (land rent) অসিগী মওং অসি, 'শু-নোম্বা' (labour) নৎত্রগা, 'পোৎ (kind) ওইনা, নৎত্রগা 'পৈশা' (money) ওইনা লৈ। হাযবিবা লৌশালগী মওং অসিনা 'ফিউডেলিজমগী পোৎ পুথোকপগী মবিশিং' (Feudal Relations of production) অদু উৎলি। অদুগা হাযবিবা মবি অসি, মরু ওইনা লৌপুশিং (land owners) অমসুং 'সর্ফশিংগী' (serfs) মবক্তা লৈবম্বনি। অদুগা 'কেপিটেলিজমগী' মখাদদি 'লৌশাল' অসিনা ফোঙদোক্লিবা 'পোৎ পুথোকপগী মবিশিং' (relations of production) অসি, লৌপুশিং (land owners). 'লৌশাল্লিবা কেপিটেলিস্তশিং' (tenant capitalists) অমসুং 'অনেকপা লৌশুবশিং' (hired agricultural labourers) হাযবিবা অহুম অসিগী মরক্তা লৈবনি। 'ফিউডেলিজমগী' মখাদদি 'লৌপুনা' ফংলিবা 'লৌশাল' (land rent) অসি, লৌমী অদুনা পুথোক্লিবা 'অহেনবা মমল' (surplus value) পুম্নমক অদুনা ওই। অদুগা কেপিটেলিজমগী' মখাদদি 'অহেনবা মমল' অদু লৌশুবশিং (Agricultural labourers)

অদুনা পুথোক্লগা, লৌশুবশিংবু ওৎলিবা (exploit) লৌশাল্লিবা কেপিটেলিস্তশিং (tenant capitalist) অমসুং লৌপুশিংনা (land owners) ফংই।

'লৌশাল' হাযবা অসি মখল অনি শুই: অমনা 'খেন্নবদা যুস্ফম ওইবগা শেন্বা লৌশাল' (Differential rent) অদুগা অতোপ্পা অমনা 'অশেংবা লৌশাল' (Absolute rent) অসিনি।

## খেন্নবদা যুস্ফম ওইরগা শেন্বা লৌশাল।
## (Differential rent)

'লৌবুক' হাযবা অসিদি চপ মান্নদে। খবনা 'অফবা' লৌফম ওই, খবনা 'মযায ওইবপ ফবা', অদুগা খবনা 'ফত্তবা' লৌফম ওই। মবম অদুনা লৌবুক্কি পোৎথোক (Agricultural produce) অসিসু মান্নদে। লৌ-শাল্লিবা কেপিটেলিস্ত' (Tenant capitalist) অদুনা মহাক্না শাল্লিবা লৌবুক অদুগী 'ফবা, ফত্তবগী' মতুং ইন্না, মহাক্না 'লৌশাল' তমগনি। মবম অদুনা মযামগী ওইনা চাংচৎতা তম্নবিবা লৌশাল (Average rent) অদুগা মহাক্না তমলিবা অদুগা মান্নবোই। মসিগী মরু ওইবা মবমদি, 'লৌফম মখল অহুম' অসিদগী লাকপা ইনকম (income) অদু মান্নদবদগীনি। মবম অদুনা অসুম্না হাযবা যাই মদুদি, 'খেন্নবদা যুস্ফম ওইবগা শেন্বা লৌশাল' (Differential Rent) হাযবা অসিদি, 'অফবা' লৌফমদা লৌ উবদগী (Farming under the most favourable conditions) ফংলকপা 'চাংচৎকি ওইবা শেন্দোং' (Average profit) অদুদগী হেল্লকপা 'অহেনবা

মমল' (surplus value) অদুনা ওই। মসিদা ফংলিবা 'শোন্দোং' অসি লৌবুক অদুদগী থোরকপা নত্তে - মসিদি 'অফবা লৌবুক' অদুদা থবক শুরিবা শিনমীশিং অদুদগী থোরকপনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি, 'অফবা লৌবুক্তা' থবকশুবা শিনমীশিংগী 'পোৎ পুথোকপগী চাং' (productivity) অসি ৱাংই। মসিদগী অসুম্না হায়বা য়ারে মদুদি, 'ফত্তবা লৌবুক্তগী' থোরকপা, 'চাংচৎ ওইবা শেন্দোংগী' (Average profit) মথক্তা লাকপা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসিদি পিকই, অদুগা 'অফবা লৌবুক্তগী' থোরকপা 'অহেনবা মমল' অদুদি ৱাংগনি। অসিগুম্বা মখলগী, 'খেন্নবদা য়ুম্ফম ওইরগা শেন্বা লৌশাল' (Differential Rent) অসিবু **'Differential Rent -I'** হায়রগা খঙনৈ। অদুগা করিগুম্বা লৌবুক অদুদা 'কেপিটেল অহেনবা' থাদদুনা লৌ উবদগী (Intensive farming তৌবদগী) শেমলকপা লৌশাল অদুবুনা **'Differential Rent-II'** হায়বগা খঙনৈ। **'Differential Rent-I'** অমসুং **II** অসিদগী হেন্দোক্লুনা, 'অশেংবা লৌশালসু' (Absolute rent) লৌপুনা (Land owner) ফংই।

## অশেংবা লৌশাল অমসুং লমগী মমল

## Absolute rent and price of land

কেপিটেলিজমগী মখাদদি, লৌবুকশিং অসি লন্নাই মীওইশিংগী লন্নাই সম্পত্তি (private property) ওইনা থমই। মরম অদুনা কেপিটেলিস্ত অমত্তনসু অসিগুম্বা লৌবুকশিং অসিবু, লৌপুদা

পৈশা পিদ্রবদি শিজিন্নবা যাদে। অর্থদি 'ইন্দস্ত্রিদা' শিজিন্নবিবা কেপিটেল অসি লৌবুক্তা 'অথিংবা অমত্তা যাওদনা' থাদবকপদি যাদে (invest)। মবমদি, লৌপুগী অযাবা যাওদনা, মহাক্কি লৌবুক শিজিন্নবা যাদে। মসিনি 'অথিংবা' অমা যাওবি হাযবিবসি। অদুগা লৌবুক্তা পোৎ পুথোক্লবগীদমক মেছিন যান্না শিজিন্নদবনিনা, মসিদা যাওবিবা 'কেপিটেলগী মচল' (organic composition of capital) অসি যান্না হন্থনা যাওই, কেপিটেলিষ্টশিংনা ইন্দস্ত্রিদা থাদনবিবা মান্নবা কেপিটেলশিং অসিনা ফংহল্লিবা 'অহেনবা মমলদগীদি' (surplus value) লৌবুক্তা থাদবিবা অসিনা হেল্লি। কেপিটেলিস্তশিংনা লৌবুক্তা পোৎ পুথোক্লবা হোৎনবকপদা (organise Agriculture production) ইহান হান্না লৌপুদা পৈশা পীদবা যাবমদে। মবম অদুনা লৌপুদা পৈশা পি। অসিগুম্বা, লৌপুনা মাগী লৌবুক অদু মশাগী 'লন্নাই সমপত্তি' (private property) ওইবনিনা, মাগী লৌবুকপু শাল্লিবা কেপিটেলিস্ত (Tenant capitalist) অদুদগী লৌবিবা পৈশা অদুবু 'অশেংবা লৌশাল' (Absolute Rent) কৌই। মসি অমবোমদা যেংলুবগদি, কেপিটেলিস্ত অদুনা মহাক্কি 'পোৎ পুথোক্লবগী থৌবাংদা' (process of production) 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায' (means of production) অমা ওইবিবা লৌবুক অদুবু 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) ওইনা শীজিন্নবকপনি হাযনা লৌবসু যাই। 'পোৎ পুথোকপগী উপাযশিং' ফংনবগীদমক কেপিটেলিষ্টশিংনা পৈশা খবচ তৌই। খবচ তৌবিবা পৈশা অসি 'লৌপুদা' লৌবুক্কিদমক পীবিবা পৈশা অসিনি। 'অশেংবা লৌশাল' হাযবা অসি 'সমাজনা যানববা লৌবুক্কি পোৎথোক্কি মমল' (social price of agricultural production) অদুদগী হেঙ্গৎলকপা মমল (Excess of the value of the agricultural produce over the social

price of production) অদুবুনি। মসিগী খুদম অমত্তং যেংশি:

ইন্দস্ত্রি অমদা, কেপিটেলগী মচল (organic composition of capital) অসি ৪:১ নি হায়না লৌবশি, অমসুং মসিগী মওং অসিনা (৮০c +২০v) ওইবে হায়না লৌবসি। মসিদা ৮০ অমসুং ২০ অসি খুজিংনি (unit) অদুগা 'অহেনবা মমলগী চাদা ওইবিবা খুজিং' (Rate of surplus value) অসিনা চাদা ১০০নি হায়না লৌবা মতমদা, খুজিং ২০ ওইবা অহেনবা মমল পুথোক্কনি। অদু ওইববদি ইন্দস্ত্রি অসিদা পুথোক্লিবা পোৎ অপুনবগী মমল অসি খুজিং ১২০ (১২০ units) ওইবগনি। অসিমসু ঐখোযনা খঙলবনি মদুদি, লৌউ- শীংউগী থবক্তা থাদবিবা (Agriculture) 'কেপিটেল' অসিগী 'মচল' (organic composition of capital) অসি ইন্দস্ত্রিদা থাদবিবা কেপিটেলগী মচনদগী পিকপনিনা, মসি (৬০c + ৪০v) ওইহল্লসি, হাযবদি 'মচল' অসি ১.৫:১ ওইবে হায়না লৌবশি। হৌজিক 'অহেনবা মমলগী চাদা ওইবিবা খুজিং' (Rate of surplus valuc) অসি চাদা ১০০ ওইবা মতমদা, পুথোক্লিবা পোৎ অসি 'অহেনবা মমল' অসি ৪০ ওইবগনি। অদু ওইববদি লৌউ- শীংউগী থবক অসিদা পুথোক্লিবা অপুনবা পোৎথোক্কি মমল অসি খুজিং ১৪০ ওইগনি। 'লৌ শাল্লিবা কেপিটেলিষ্ট' (Tenant capitalist) অসি ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিষ্ট-গুম্না (industrial capitalist) 'চাংচৎকি ওইবা শেন্দোং' (Average profit) অসি, হাযবদি, খুজিং ২০ অসি ফংই। মবম অদুনা লৌউ- শীংউগী পোৎথোক (Agriculatural produce) অসিগী অপুনবা মমল কযা ওইগদগে হাযববু, পোৎ পুথোকপগী মমল (costs of production)+ চাংচৎকি ওইবা শেন্দোং (average profit) হাযবদি খুজিং (১০০ + ২০) = ১২০ অসি ওইগনি। অদুনা, পোৎথোকশিং অসি যোল্লিবগী অশেংবা মমলনা খুজিং ১৪০ ওইববদি, হেঙ্গৎলক্লিবা মমল খুজিং

(১৪০-১২০) = ২০ অসি 'অশেংবা লৌশাল' (absolute rent)।

অমুক্কসু অসুম্না হাযবা যাই মদুদি, 'অশেংবা লৌশাল' (absolute rent) হাযবা অসিদি, লৌপুনা, মহাক্কি লৌবুক অদু অফবা ওইগেবা, ফত্তবা ওইগেবা, 'শাক্লিবা মীওই' (tenant) অদুদগী লৌবিবা লৌশাল অদুনি।

লমগী মমল (price of land)সি হাযবিবা মমল অদু bankতা থমজনবা মতমদা bankনা পীবকপা শেন্দোই অদু অশেংবা লৌশানগা মানগদবনি।

## 'মীযামগী কেপিটেল' হন্না হন্না পুথোকপা অমসুং ইকোনোমিগী ৱাথোকশিং।

## (The reproduction of social capital and economic crises)

কেপিটেলিস্ত ইকোনোমিদা (capitalist economy) খ্বাইদগী মরু ওইনা যাওবিবা অসিদি, লন্নাই মীওই কযানা, মানা মানা থোকপা, মনিংতম্না পোৎ পুথোক্লবগী থৌবাং তৌনবা অসিনি। কেপিটেলিস্তশিং অসিনা মানা মানা খনবা, শেন্দোং লৈগনি হাযবা পোৎশিংদু পংপুদা পুথোক্লবনি। মবম অদুনা লৈবাক অমগী ওইনদি 'পোৎ পুথোকপদা অথিংবা যাওদ্রবা, মফম মবাং খঙদবা' (Anarchy in production) হাযবা অদু ওইবে। মবম অদুনা, কবিগুম্বা মফম অমদা পোৎ হেন্না পুথোকমনবদগী (over production) মীযাম্না, লৈবা ঙম্নবক্তবদগী 'পোৎ শিত্তবা' হায়বা অদু ওইবক্তুনা লৈবাক অদুগী ইকোনোমি

অদুদা, ব্রাথোকশিং (crises) লৈরকই। মরম অদুনা ঐখোয়না, কেপিটেলিস্ত সমাজ অমদা, 'মীয়ামগী কেপিটেল' (social capital) করম্না হন্না হন্না পুথোকপগে হায়বা অদু খঙদবা য়াদে।

## লন্নাইগী অমসুং মীয়ামগী কেপিটেল।
## (Individual and social capital)

কেপিটেলিস্ত সমাজদদি (under capitalism), 'মীয়াম্না পোৎ পুথোকপা' (social production) হায়বা অসি, মফম অমদা লৈবা 'পোৎ পুথোকফম' (Enterprise) অমখক্তদা পোৎ পুথোকপা নত্তে। মসিদি তোঙান তোঙানবা মফম কযাদা, লন্নাই মীওই কযানা, অদুগা সরকারনসু মফম কয়াদা পোৎ পুথোকপা অদুবুনি। পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নরিবা কেপিটেলশিং অসি 'লন্নাইগীসু' ওই (private capital), অদুগা 'সরকারগীসু' ওই (state capital)। 'মীয়াম্না পোৎ পুথোকপা' (social production) হাযবা অসি ইচম চম্না লৌবসু যাদে মরমদি মপুং ফাবা পোৎ অম পুথোকপদা, মসিদা য়াওরিবা 'মচাকশিং' (parts) অসি 'পোৎ পুথোকফম কয়াদগী' (Enterprises) য়ৌরকখিবনি। অদুগা পোৎ পুথোকফমশিংগী মপুশিংশু (capitalists) তোঙান তোঙানবা ঙাক্তেনি। তোঙাল তোঙালনা পুথোক্লিবা পোৎশিং অসিসু পৈশাদা ওন্থোক্রবদি (sale) মথং অমুক পুথোকপা য়ারোইদৌরিবনি। মবম অদুনা পোৎ পুথোক্লিবশিং অসি অমগা অমগা মখা পোন্নে (Interdependent) অমসুং মরি লৈনৈ (Inter connected)। মরম অদুনা 'মীয়ামগী

কেপিটেল' (social capital) হায়বা অসি অসুম্না ফোংদোকপা য়াই মদুদি, লন্নাইগী কেপিটেলশিং (Individual capitals), করম্বনো হায়বদা, অমগা অমগা মখা পোন্নবা, অমসুং মরি লৈনবা, অদু ওইরবদি, অসিগুম্বা কেপিটেলশিং অসিগী অপুনবা অসিবু 'মীয়ামগী কেপিটেল' (social capital) হাযবগা খঙনগনি। অদুগা কেপিটেলিস্ত সমাজ (under capitalism) অমদা, পোৎ হন্না হন্না পুথোকপা (reproduction) অসি কবম্বা মতমদা ওইথোকপগে হাযববু, তোঙান তোঙানবা কেপিটেলিষ্টশিং অসিনা পুথোক্লিবা পোৎশিং অসি 'কৈথেলদা পৈশা ওম্থোকপা যাববা মতমদা ওইগনি' নৎত্রবদি ওইথোক্তে। 'মীযামগী কেপিটেল' (social capital) অসি মতৌ কবম্না হন্না হন্না পুথোক্লিবনো হাযবা অসি খঙননবগীদমক ঐখোয়না, মীযাম্না পুথোক্লিবা অপুনবা পোৎথোক (the aggregate social product) অসিবু কবি কবিনা শেমলিবনো (its composition) হাযবা অসি খঙদবা যাদে।

## অপুনবা মীয়াম্না পুথোকপা পোৎ
## (The Aggregate social product)

'অপুনবা মীযাম্না পুথোকপা পোৎ' (the aggregate social product) হায়বা অসিদি, অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা (চহি অমা হায়রো) সমাজ অমগী মীওইশিংনা পুথোক্লিবা পোৎশিং [মেছিনশিং, মেছিনগী পার্টশিং, চানবা-থক্লবা, মৈ থানবা পোৎলমশিং (Fuel), হিদাক লাংথক অসিনচিংবা] অদুগী অপুনবা

অদুবুনি। অদুগা অসিগুম্বা 'অপুনবা পোৎথোক' অসিগী মমলদি করম্না পাথোক্কনি ? মসিগী ওইনা, য়াম্না চম্বা মওংদা, অসুম্না পাথোকপসু য়াই মদুদি, ঐখোয়না পোৎ পুথোকপদা অয়াম্বা মতমদা থেংনরিবা অসিদি, পোৎ পুথোকপদা চংলিবা 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital), 'অহোংবা কেপিটেল' (variable capital), অমসুং 'অহেনবা মমল' (surplus value) অসিগী চহি অমদা চংখিবা অমসুং ফংখিবা অপুনবা মমল (Total value) অদুনি হায়গনি। মবম অদুনা, 'মীয়াম্না পুথোকপা অপুনবা পোৎকি মমল' (value of the aggregate social product) অসিদি (C+V+M) হাযবদি (হোংদবা কেপিটেল + অহোংবা কেপিটেল + অহেনবা মমল) অসিনা লেপকনি।

অপুনবা মীযামগী পোৎথোক (Aggregate social product) অসিগী মচাকশিং (parts) অসিনা তোঙান তোঙানবা মওংগী শক্তম লাংলকই (play different roles)। 'হোংদবা কেপিটেলনা' (constant capital) পোৎ পুথোক্লবগী থবকশিংদা (in the process production) অদুম মতেং পাংদুনা লৈগদবনি। 'অহোংবা কেপিটেলনা' (variable capital) শিনমীশিংগী 'খুশুমল' (wages) ওইরক্তুনা, মসিনা মখোয়গী 'শু-নোম্বগী শক্তি' (labour power) মশাদা হন্না হন্না শেমগৎনবগীদমক দরকার ওইবা পোৎ-চৈ পুম্নমক লৈবা (purchase) ঙমহল্লি। চম্না পোৎ পুথোকপগী মওংদদি (under simple production) 'অহেনবা মমল' (surplus value) পুম্নমক কেপিটেলিষ্ট অদুনা, মশাগী ওইনা শিজিন্ননবা লৌথোকই। অদুবু 'পাকচাওনা' পোৎ পুথোকপগী মওংদদি (under extended production) 'অহেনবা মমলগী'

(surplus value) শরুক খরদি, কেপিটেলিস্ত অদুনা লৌথোকই অদুগা অরেম্বা শরুক অদুনা 'অহেনবা পোৎ পুথোক্লবগী উপায়শিং' (Additional means of production) অমসুং 'অহেনবা শু-নোম্বগী পাঙ্গল (Additional labour power) লৈবদা শিজিন্নগনি। অসিদসু নৎতনা 'মীযামগী কেপিটেলবু' (social capital) হন্না হন্না পুথোকপা অমসুং যেন্থোকপগী থবকশিংবু (reproduction and circulation) নৈনবকপদা মরু ওইবা অম ওইবিবদি, 'মীয়াম্না পুথোকপা অপুনবা পোৎ' (Aggregate social product) অদু 'অশেংবা পোৎকি মওংদা' (in physical form) লৈবা অদুনি।

'অশেংবা পোৎকি মওংদা লৈবা' (in physical term) হায়বা অসি মখল অনি শুই মদুদি 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিং' (means of production) অমসুং 'শিজিন্নগদবা' (চাবদা, থকপদা, শেৎপদা, অসিনচিংবা) পোৎ-চৈশিং (consumer goods) অসিনি। মসিদগী অসুম্না হায়বা য়াই মদুদি, মীযাম্না পুথোক্লিবা পোৎ-চৈশিং (social production) অসি শরুক অনি থোক্লা থুগাইবা য়াই মদুদি, অহানবদা, **Department -I** (কাংলুপ-১), মসিদা য়াওগদৌরিবা অসিদি, 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপাযশিংবু পুথোকপা' (production of means of production) অমসুং অনিশুবদা, **Department -II** (কাংলুপ-২), মসিদা য়াওগদৌরিবা অসিনা 'শিজিন্নথোক্লবা পোৎ' (consumer goods) পুথোকপা (production of consumer goods) অসিনি। **Department - I** (কাংলুপ-১) অসিনা তৌরিবা অসিদি, 'হন্না হন্না পোৎ পুথোকপা' (reproduction) য়াননবনি, অদুগা **Department -II** (কাংলুপ-২)না তৌরিবা অসিদি

'মীযামগী শিজিন্নবা পোৎ-চৈ হন্না হন্না পুথোকপনি' (Reproduction of the means of consumption for satisfying personel requirement)।

## পুথোক্লবা পোৎপু পৈশা ওন্থোক্লবা হোৎনবদা থেংনবিবা অৱাবা।

## (The Essence of the problem of realisation)

'মীযামগী কেপিটেলবু' (social capital) হন্না হন্না পুথোকপা (reproduction) হাযবা অসিদা যাওবিবা অসিদি, 'মীযামগী কেপিটেল' (social capital) অসিগী 'খোঙচৎ' অসি মপুং ফাহনবনি (complete its circuit)। মসিনা খঙহল্লিবদি, অহানবদা 'পৈশা' অসিনা 'পোৎ পুথোক্লবগী মওংদা' ওন্থোকপা (Transfer to the productive form), পোৎ পুথোক্লবা মওং অসিদগী 'কোমোডিটি ওন্থোবকপবোমদা' (From productive form to commodity form), অদুদগী কোমোডিটিগী মওংদগী 'পৈশাদা অমুক ওন্থোবকপা' (From commodity form to money form) অসিনি। অসুম্নসু, ইচম চম্না হাযবা যাই মদুদি, কেপিটেলগী 'মপুং ফাবা খোঙচৎ' (complete circulation) অসিদি, অহানবদা 'পৈশা' অসিনা 'শিনশং লিংখৎপা' যোন্নবা পোৎ পুথোকপা, পুথোক্লবা যোন্নবা পোৎশিং অদুবু কৈথেলদা যোন্থোক্লবা 'পৈশা অমুক ওন্থোকপা' অসিনি। হাযবিবা 'কেপিটেলগী খোঙচৎ' অসিবু মপুং ফাহন্দ্রবদি, 'কেপিটেল' অসিনা ইকোনোমিগা মবি লৈনবা থবক তৌবা ঙমদে।

## ইচম চম্না কেপিটেলিষ্টকি মওংদা পোৎ পুথোকপগী মখাদা, পুথোক্লবা পোৎশিং অদু করম্বা ফিভমদা পৈশা ওম্হোকই?
## (The conditions for realisation under simple commodity production)

ইচম চম্বা মওংদা, হন্না হন্না পোৎ পুথোকপা (under simple reproduction) হাযবা অসিদদি, পোৎ পুথোকপগী থৌশিল (production process) অসি অপিকপা চাং অমদা (small scale দা) হন্না হন্না পুথোকপনি। হৌজিক ঐখোয়, ইচম চম্না, হন্না হন্না পুথোকপগী মখাদা (under simple reproduction) মীয়াম্না পুথোক্লবা অপুনবা পোৎপু (entire social product) 'কবম্না পৈশা ওম্হোকই' হাযবগী মতাংদা খজিক্তুং য়েংশি। কাংলুপ- ১দা (**Department -I**) যাওবিবা 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) অসি লুপা ক্রোব ৪০০০নি হায়না লৌরশি, অদুগা 'অহোংবা কেপিটেলনা' (variable capital) লুপা ক্রোর ১০০০নি হায়না লৌবশি, অদুগা 'অহেনবা মমলসু' (surplus value ) লুপা ক্রোর ১০০০ নি হাযনা লৌবশি অদুগা কাংলুপ- ২ (**Department -II**) গীনা 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) অসি লুপা ক্রোর ২০০০নি, অদুগা 'অহোংবা কেপিটেলনা (variable capital না) লুপা ক্রোব ৫০০নি, অদুগা 'অহেনবা মমলসু' (surplus value) লুপা ক্রোব ৫০০নি হায়না লৌরশি। অদু ওইরবদি 'মীয়াম্না পুথোকপা অপুনবা পোৎথোক' (Aggregate social product) অসি মখাগী মচাকশিং অসিনা শেম্গনি। মদুদি:

Department –I: ৪০০০c + ১০০০v + ১০০০m = ৬০০০ (লুপা ক্রোর)

Department –II: ২০০০c + ৫০০v + ৫০০m = ৩০০০ (লুপা ক্রোর)

**Department –I** দা য়াওরিবা অপুনবা পোৎথোক্কি (total product) মমল, লুপা ক্রোর ৬০০০/- অসিদি চহিগী অরোইবদা, মেছিনশিং ওইনা রো মেটরিয়েল (Raw material) ওইনা, অসিনচিংবগী মওংদা লৈগনি। অদুগা হায়রিবা মতম অসিদা, পোৎ অমুক হন্না পুথোক্লবগীদমক, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিং' (means of production) অসিদা নৎতনা, শিনমীশিংশু 'অহিংবা অম ওইনবা' অদুগা কেপিটেলিস্ত অদুসু মশাগী ওইনা শিজিন্ননবা পোৎ-চৈ কয়া অম 'দরকার' লৈবনিনা, মমাওগী চহিদা পুথোকখিবা পোৎশিংদু য়োল্হোক্তবা য়াদে।

ইচম চম্না হায়বা য়াই মদুদি, মীয়াম্না পোৎ পুথোকপসি অমুকখক্তং পুথোকপদি য়াদে - হন্না হন্না পুথোকপা দরকার ওইরকই। অদুগীসু মথক্তা, মথং মথং পুথোক্লিবা পোৎশিং অদুসু হান্নদগী ফবা খরা হেঙ্গৎনা পুথোকপা দবকার ওইরকই। পুথোক্লিবা পোৎশিং অসি মখল অনিনি অমনা 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিং' (means of production) অসিনি, করিগীনো হায়বদা হান্না শিজিন্নরম্বা অদু মন্থরকপদগী অমদি ফবা ব্রাৎলকপদগী, মদুবু শিন্দোক্লবা অনৌবা অম দরকার ওইরকপদগীনি। অদুগা অতোপ্পা অমদুনা, 'হিংবদা শিজিন্ননবা পোৎচৈশিংনি' (consumer goods)। মসিনা শিনমীশিং অমসুং কেপিটেলিষ্টশিংশু হিংহনগদৌরিবনি। শিজিন্নথোক্লবদি লোইবা নাইবনিনা, অনৌবা অম অমুক হন্না

পুথোকপা দবকাব লৈবকপনি। মবম অদুনা হান্না লৈরম্বা কেপিটেল অদুদি **'Department–I'** অমসুং **'Department–II'** গী পোৎথোকশিং পুথোকপদা চংখ্রবনিনা অনৌবা অমুক পুথোক্লবগীদমক, হান্ননা পুথোক্লবা পোৎশিং অদু যোন্থোক্লগা অনৌবা 'কেপিটেল' অম শাগৎপগী 'দবকাব' লাকই। মবম অদুনা পোৎ হন্না হন্না পুথোক্ল বগীদমক হান্না পুথোক্লবা পোৎশিং যোন্থোক্তুনা 'পৈশা' ওন্থোক্তবা যাদে (মসিবু realise তৌবা কৌই)।

## চহি অমদা জাতি অমনা ফংলিবা লন-থুম (পুথোক্লবা শিজিন্ননবা পোৎ) হায়বসি করিনো? (What is the national income?)

'মীযামগী অপুনবা পোৎথোক' (Aggregate social product) হাযবা অসি সমাজ অদুনা চহি অমদা (অকক্লবা মতম অম হেক্তা ওইবা যাই) পুথোক্লিবা 'শিজিন্ননবা পোৎলমশিং' (material wealth) অদুবুনি। 'মীযামগী পোৎথোক' (social product) অসিনা 'হোংদবা কেপিটেলবু' (constant capital) অমুক নোহৈনা হাপচিনলিবনি (replace constant capital)। মসিগী অর্থদি, শিজিন্নথোকখ্রবা **'constant capital'** অদুগী মহুৎ অমুক হাপচিনবনি। কদাযদা শিজিন্নখিবনো হাযবগী মতাংদদি, হান্নগী 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) অদুদগী নৌনা পুথোকপা পোৎথোকশিংদা (newly produced out put) মসিগী 'মমল' (value) খবা হাপচিনখিবদগীনি। অনৌবা পোৎ পুথোকপদা, মেছিনশিং অসি তুমশিল্লকই (মন্থরকই), অসুম্না মন্থরকপদা 'মেছিনগী মমল হন্থবকই'। হন্থবক্লিবা 'মমল' (value) অসি

'অনৌবা পুথোক্লবা পোৎ' অদুদা হাপচিনখিবদগীনি (transfer)। 'মীয়াম্না পুথোকপা অপুনবা পোৎথোক' (Aggregate of social product) অদুদগী শরুক খবা 'হোংদবা কেপিটেলদা' (constant capital) মহুৎ হাপচিনখ্রগা, লেমহৌরিবা শরুক অসি চহি অমদা শেম্বা 'অনৌবা মমলনি' (new value created in the year)। লেমহৌরিবা শরুক অসিনা কবিগী শক্তম লৌদুনা লৈবগে হাযববদি 'অহোংবা কেপিটেল' (variable capital) ওইনা, অদুগা 'অহেনবা মমল' (surplus value) ওইনা লৈ। অসুম্না, হায়বিবা লেমহৌবিবা শরুক (variable capital অমসুং surplus value) অসিবু জাতিগী চহি অমদা ফংলিবা লন-থুম (national income) কৌই। খুদম অমত্তং য়েংশি: লৈবাক অমগী চহি অমদা পুথোক্লিবা অপুনবা পোৎথোক অসিগী মমল অসি লুপা ক্রোব ৯০০০/- নি হায়না লৌরশি, অদুগা লুপা ক্রোব ৬০০০/- না চহি অদুগী মনুংদা মন্থরক্লবা 'পোৎ পুথোকপগী উপায়শিং' (means of production) অদুগী মহুৎ শিনজিনবদা শিজিন্নথোকখরে হায়না লৌবশি। অদু ওইববদি, লৈবাক অদুগী 'জাতিগী ইনকম' (National income) অসি লুপা ক্রোব ৩০০০/- ওইগনি হায়না পানৈ। অদুগা তশেংনা ওইবিবা পোৎশক অমা ওইনদি (In physical terms) 'জাতিগী ইনকমদা' (national income) যাওগদৌবিবা অসিদি 'শিজিন্নগদবা পোৎ-চৈশিং' (consumer goods) অমসুং 'অহেনবা হাপচিল্লবা, পোৎ পুথোকপগী উপায়শিং' (Additional means of production) অদুসুনি।

তশেংনমক্কিদি, 'জাতিনা ফংলিবা লন-থুম' (National income) অসিদি, 'পোৎ পুথোকপগী থৌবাংদা শিজিন্নবিবা' (in the process of production), হায়বদি শিনমীশিংনা, লৌমীশিংনা,

খুৎ-শা হৈবশিংনা অমসুং লাইবিক-লাইশু হৈববা, অসিনচিংবা কযা অসিনা পুথোকপনি। অদুবু 'বুর্জুৱা ইকোনোমিষ্টশিংনদি' (Bourgeois economists) মথক্কি ৱাফম অসি যাদে। মদুদি, 'পোৎ পুথোকপগী থৌবাংদা' (production process) খ্বাইদগী মরু ওইবিবদি 'মেছিনশিং' অসিনি। অসিদসু নৎতনা অসিমসু হাযবি মদুদি, মসিদা 'শিনমী খুদিংমক অসি মেছিনগুম্বা ঙাক্তনি' মসিদা কবিসু খেন্নবা লৈতে। ৱাফম অসিনা ঐখোযদা খঙহল্লিবদি, 'শিনমীশিং' অসিসু 'হোংদবা কেপিটেল' (constant capital) ওইনা লৌগদবনি, মখোযবু 'অহোংবা কেপিটেল' (variable capital) ওইনা লৌফম শুংথোক থোক্তে। মবম অদুনা 'অহেনবা মমলগী' (surplus value) ৱাফম অসি ওইদবা 'ভাবনা পংশা শাবা' (imaginary) পোৎনি। মবম অদুনা 'শিনশং' লিংখৎপা ঙম্বা কেপিটেলিষ্ট অমনা অসুম অসুম ইনাকখুনবা হেঙ্গৎলক্লিবা অসিগী মরু ওইবা মবমদি, মহাক্না 'মেছিনশিং পুথোকপা ঙম্বা কেপিটেল' থবক্তা থাদবকপগী ফলননি (result)। মবম অদুনা কেপিটেলিষ্টশিংনা ইনাকখুনবা হেঙ্গৎলক্লিবা অসি শিনমীশিংবু 'ওৎলগা' (exploit) ওইবিবনি হাযবা অসি চুমদবা ৱানি। মখোযগী ৱা অসিদি 'মর্ক্সিষ্ট ইকোনোমিবু' (Marxist economy) লান্না উহন্নবা হোৎনবনি।

# সমাজনা ফংবা লন-থুম করম্না য়েন্থোকই
# (Distribution of National Income)

'সমাজনা ফংলবা লন-থুম' (National Income) অসি 'থাঙখাং' অনি থোক্লা য়েন্থোকই, মসিবু 'অহানবা' (Primary) অমসুং 'অনিশুবা' (secondary) 'থাঙখাং' হায়না খঙনৈ। 'অহানবা থাঙখাংগী যেন্থোকপা' (Primary distribution) অসিদা য়াওরিবা অসি 'কেপিটেলিষ্ট' অমসুং 'শিনমীশিংদনি'। শিনমীশিংনা 'খুশুমল' (wages) ওইনা ফংলে অদুগা কেপিটেলিষ্টশিংনা 'অহেনবা মমল' (surplus value) ওইনা ফংলে। কেপিটেলিষ্টশিং হায়বা অসিগী মনুংদা য়াওরিবা অসিদি, 'ইন্দস্ত্রি তৌবা কেপিটেলিস্তশিং' (Industrial capitalists), 'ললোন-ইতিক তৌবা কেপিটেলিষ্টশিং' (Marchants), 'বেঙ্ক তৌবশিং' (Bankers) অমসুং 'লৌয়াম চাবশিংনি' (land owners)। অদুগা অকোনবগী 'অনিশুবা থাঙখাংগী য়েন্থোকপা' (secondary distribution) অসিদি, হান্না য়েন্থোকপদা ফংনখ্রবশিং অদুনা অমুক হন্না য়েন্থোবকপগী (redistribution) ৱানি। খুদম ওইনা পল্লবদা, 'সরকাবগী বিভেন্যু' (state revenue) শেমগৎপদা, শিজিন্নরিবা উপায় (means) অসি মীয়ামদগী 'টেক্স' (Tax) লৌবা অসিনি। শিনমীশিংশু টেক্স পিবি। টেক্স পিবদা চৎলিবা শেল অসি, 'অহানবগী য়েন্থোকপা' (primary distribution) অদুদা মখোযনা ফংখ্রবা শেলফমদগীনি। 'সবকারগী রিভেন্যু' অসিদগী অমুক য়েন্থোরক্লুনা ফংনরিবা অসিনা, 'সিফাইশিং' (Armed forces), 'পুলিসশিং' (police) 'ৱায়েনশংদা থবক তৌবা মীওইশিং'

(judiciary bodies), 'সবকারগী ডিপার্টমেন্টশিংদা থবক তৌবা মীওইশিং' (Bureaucrates) অসিনচিংবনি। হায়রিবা মীওই কাংলুপশিং অসিদি পোৎ পুথোকপদা য়াওবা মীওই অমত্তসু নত্তে (production process। মখোয়শিং অসিবু 'পোৎ পুথোকফমশিংদা থবক তৌদবা মীওইশিং' (people working in non-productive units) কৌই। অসিমসু চুমলবনি মদুদি, কেপিটেলিজম্না অসুম অসুম মপুং মবৈ ফাগৎলকপগা ইবোইননা, টেক্স (Tax) লৌবগী চাংসু অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই। ইউ:এস:এ: অমসুং বৃটেনগুম্বদদি 'সবকানগী বিভেন্যু' (state revenue) অসি টেক্সকি ৯০% না ওই। 'টেক্স' হাযবা অসিসু 'খুশুমলনা' হিংলিবা মীওইশিংবু 'ওৎলিবগী' (exploit) মওং অমনি।

## মতৌ করম্না সমাজনা ফংলিবা লন-থুম অসি শিজিন্নে।

## (How the National income is used)

কেপিটেলিজমগী মখাদদি (under capitalism) 'সমাজনা ফংলিবা লন-থুম' (National income) অসি অয়াম্বনা 'চাথোকপদা' (comsumption দা) অমসুং 'তুংশিনবদা' (accumulation দা) শিজিন্নথোকই। অদুগা মশিং য়ামখ্রবা লাইববশিংদি, শেৎপা চাবা মনিংথুংবা ঙমদ্রি। মখোয়না 'জাতিনা ফংলিবা লন-থুমদগী' (National income দগী) মখোযগীদমক কায়থোক্লিবা শেলফম অসিনা মখোয়গী 'খ্বাইদগী য়ামদবা দরকাব' (minimum needs) অদু ফাওবা ফংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং 'জাতিগী

ফংলিবা লন-থুম' অসিগী খ্বাইদগী চাওবা শকত্তি সমাজগী 'ওৎলিবা কাংলুপ' (exploiting class) অসিনা লৌথোকই। মখোয়না চাবদা, থকপদা, অতৈ অকে অমৌদা (luxuries), মীনাই ময়াম থম্বদা শিজিন্নে। অদুগা শরুক খবনা, 'শিনশং' চাওথোকহন্দুনা পোৎ হেন্না পুথোকপদা শিজিন্নে। অদুগা অতোপ্পা শরুক খবনা 'পোৎ পুথোক্তবা থবকশিংদা' (unproductive institution) শিজিন্নে। খুদম ওইনা পল্লবদা, 'লানমীনা শিজিন্ননবা পোৎ-চৈ শাবদা' (Militarisation of economy), মশিং হেন্না হাপচিল্লবা সবকাবগী থবক তৌবশিংগী তলব পিবদা, এডভার্টাইজ (Advertise) তৌবদা, অসিনচিংবা।

## ইকোনোমিদা থোক্লকপা ৱাথোকশিং অমসুং মসিগী মরু ওইবা মরমশিং

( Economic crises, its essence and main reasons)

'পোৎ হেন্না পুথোকপদগী' (over production) ওইবকপা ৱাথোকশিংগী (crises) ইঙ্গিৎ (sign) অসিদি: কাববাব মুথবকপা' (Trade dries up), 'কৈথেলদা, যোনবা শিত্তবা পোৎশিংনা পৈদুনা লৈরকপা' (Heaps of unsold goods in the market), 'শিনশংশিং অমসুং থবক শুফমশিং থোং- লোনশিল্লকপা' (close down of factories and plants), 'শিনমী কযানা হিংবদা চংবা পোৎ-চৈশিং ফংজিল্লত্তবা' (wants of means of subsitance for the workers) অসিনচিংবনি। মতাং অসিদা ৱাহৈ খবা

হায়বা য়াই, মদুদি, কৈথেলদা, য়োনবা শিত্তবা পোৎ কয়া পৈশিন্দুনা লৈরে হাযবিবসি, মীয়ামগী শিজিন্নবা কোন্নবদগী হেন্না পোৎ পুথোক্লে হাযবা নত্তে-তশেংনমক্কিদি মসি, মীযামদা 'পোৎ-চৈ লৈনবগী পাঙ্গল' (purchasing power) লৈবক্তবদগীনি। অমরোমদা অসুম্না হায়বসু য়াই মদুদি, পোৎ-চৈ লৈবা ঙম্বা মীওইগী মশিংদগী হেন্দোক্লা পোৎ পুথোবকপদগীনি। খুদম ওইনা পল্লবদা, সহব অমদা কাব ১০০ লৈবা (purchase) ঙম্বা মীওইশিং লৈ হাযনা লৌবশি, অদুগা পুথোক্লিবা কাবগী মশিংনা ১৫০ ওইববদি, অহেনবা কাব ৫০ অসি যোনবা শিত্তবা কাব ওইগনি। মসিবুনি 'হেন্না পোৎ পুথোকপা' (over production) হাযবিবসি। অদুগা ইকোনোমিগী 'লাইথোকপা মওংদা নৎতবা' ৱাহৈ শিজিন্নদুনা অসুম্নসু ফোংদোকপা যাই মদুদি, কেপিটেলিজমদা ইকোনোমিগী ৱাথোকশিং (economic crises) থোবকপগী মরু ওইবা মবমদি, কেপিটেলিজমগী মরুওইবা যানদবা (Basic contradiction of capitalism), হাযবদি, 'পোৎ পুথোকপা অসিনা মীযাম্না পুথোকপগী মওংদা ওইবগা' (social character of production) 'পুথোক্লবা পোৎশিং অদুগী মপুনা লন্নাই কেপিটেলিস্তনা ওইবগী মওং' (private capitalist form of appropriation) অসিননি।

'মীয়াম্না পোৎ পুথোকপগী মওং ওইবগা' (social character of production), 'লন্নাই কেপিটেলিস্তনা মপু ওইবগী মওং' (private capitalist form of appropriation) হাযবা অসিগী মতাংদা ৱাহৈ খবা হাযবা য়াই মদুদি, 'কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোকপা' (capitalist production) হাযবা অসিগী যুম্ফমদি, 'সমাজগী শিনফম খাইদোকপদা' (social division of labour দা)

ওইবনি। কেপিটেলিজম্মা মপুং- মরৈ ফাগৎলকপগা ইবোইননা, শিনফম খাইদোকপগী থবকশিং অসিসু অসুম অসুম হেঙ্গৎলকইবনি। জাতিগী অমসুং মালেমগী কৈথেলদা য়োন্ননবগীদমক চাউর- চাউরবা শিনশঙ কয়াদা, শিনমী লাক্ষ কয়া থবক শুরিবনি। অদুগা শিনশঙশিং অসিগী থবকশিং অসিদি অমগা অমগা মরি লৈনবা ঙাক্তনি। য়ামখ্রবা শিনমীশিং অসি অপুনবা শিনশং অমদা, থবক শুহনবগুম শিন্দোক্লগা (organise) কেপিটেলিস্তশিং অসিনা মখোয়গী পোৎ পুথোক্লিবগী মওং অসি অপুনবা শিনমীশিং অসিনা পুথোকপগুম (Social character) উহল্লি। অদুগা পুথোক্লবা পোৎশিং অদুদি লন্নাই কেপিটেলিস্ত (Private capitalist) খরা খক্লা মপু ওই (private capitalist appropriation)। অদুবু শিনশংশিংনা শিজিন্নবিবা 'পোৎ পুথোকপগী উপায়শিংদি' (means of production) লন্নাই কেপিটেলিস্তশিংগী ওইবনা শিনশংশিং অসিদা পুথোক্লিবা পোৎকি মপুদি কেপিটেলিস্তশিং অসিনা ওইবিবনি। মবম অদুনা, পোৎনা অমনা পুথোক্লগা মপুনা অমনা ওইবা হায়বা অসি খ্বাইদগী মরু ওইবা 'য়ানদবনি' ( basic contradiction)।

'কেপিটেলিষ্টকি মওংদা পোৎ পুথোকপা' (capitalist production) হায়বা অসিদা 'মফম মরাং খঙদবা' (Anarchy) হায়বা অম য়াওরিবন্দিনা, কেপিটেলিস্তশিংনা, মানা মানা পান্বা মওংদা, শেন্দোং হেন্না ফংনিংবদগী, অরোইবি থাদুনা (Maximum) পোৎ পুথোক্লরকপদগী, লৈবা (purchase) ঙমগদবা মীওইশিংগী মশিংদগী হেন্না ফাওবা পুথোক্লরকপা অদুনা 'হেন্না পোৎ পুথোকপা' (over production) হায়বা অসি থোকহল্লিবনি।

# কেপিটেলিস্তকি পোৎ মপুথোক্তা, অমুক অমুক থোকপা, থোক্লমদাই অমসুং থোকখ্রবা মতুংগী ফিভমশিং।
## (The capitalist cycle and its phases)

'পোৎ হেন্না পুথোকপগা' (over production) লোইনবা বাথোকশিং (crises) অসি অমুক অমুক থোকই (occur periodically)। অহানবা 'ইন্দস্ত্রিগী ৱাথোক' (Industrial crisis) অসি বৃটেন্দা শোক ১৮২৫ দা থোকখি। শোক ১৮৪৭ - ৪৮ ফাওবগী মনুংদা ইউ:এস:এ: যাওনা, ইউরোপকি লৈবাকশিং অযাম্বদা থোকখিবা 'ৱাথোক' অদু মালেমগী অহানবা 'ইকোনোমিগী ৱাথোক্নি' (economic crisis)। ১৯ শুবা শাতাব্দিদা থোকখিবা 'খ্বাইদগী চাওবা ৱাথোক্তি' (deepest crisis) শোক ১৮৭৩ দা থোকখিবা অদুনি। মসি কবম্বা মতমদা থোকখিবনো হাযববদি, মোনোপোলি (monopoly) মমাঙগী কেপিটেলিজম্না (pre monopoly capitalism) মোনোপোলি কেপিটেলিজমদা (monopoly capitalism) চংশিল্লকপা মতমদনি। ২০ শুবা শতাব্দিগী খ্বাইদগী চাওবা 'ৱাথোক', গ্রেট ডিপ্রেসন' (Great Depression) হাযনা খঙনবিবা অসিদি শক ১৯২৯দগী ১৯৩৩ ফাওবগী মনুংদা থোকখিবা অসিনি। 'ৱাথোক' অমা হৌবদগী অতোপ্পা 'ৱাথোক' অমা হৌবা ফাওবগী মতম অসিবু 'ইকোনোমিগী খোঙচৎ' (economic cycle) কৌই। হাযবিবা খোঙচৎ অসিগী মনুংদা তাঙ্কক (phase) মরি যাওবি মখোয অদুদি, ১) 'ৱাথোক' (crisis), ২) 'হন্থবকপা' (Depression),

৩) 'হঙ্গৎলকপা' (Recovery), অমসুং মতোল লোম্বা (Boom) অসিনি।

ৱাথোক (crisis): খোঙচৎশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা তাঙ্কক্তি 'ৱাথোক'হায়রিবা অসিনি। মসিবু করিনা মশক তাকপগে হায়রবদি, অহানবদা, 'লৈবা ঙম্বা' মীওইগী মশিংদগী 'পোৎ হেন্না পুথোকপা' (over production of commodities) অনিশুবদা, মমল য়াম্না শাথিনা হন্থরকপা (sharply falling prices), 'মফম মফম খুদিংদা পৈশা লৈনরক্তবা' (multiple bankruptcies), 'পোৎ পুথোকপগী চাং খঙহন হন্থবকপা' (A sharp drop in production), 'থবক ফংদবগী চাং হেঙ্গৎলকপা' (a rise in unemployment), 'খুশুমল হন্থবকপা ' (A fall in wages), 'যোন্নবা পোৎ-চৈশিং, মেছিনশিং অমসুং শিনশংশিং শিজিন্নবিদনা হুন্দোক্লবকপা' (Actual destruction of commodities equipments and enterprises) অমসুং 'লৈবাক মনুংগী' অমসুং 'মীবৈবাক্কি কাববাবদা হন্থবকপা' (A reduction of home and foreign trade) অসিনি। 'পোৎ পুথোকপগী শক্তি' (productive force) হেঙ্গৎলক্তুনা পোৎ যাম্না পুথোক্লবসু পুথোক্লবা পোৎশিং অদু 'পৈশা ওন্থোকপা' (realise) য়াবক্তবা অসিনা, হেঙ্গৎলক্লিবা পোৎ পুথোকপগী শক্তি অদুবু ফাজিল্লকই (Brake) হাযবদি হেঙ্গৎহন্দে। মবম অদুনা 'পোৎ পুথোকপগী চাং অসি' 'পোৎ লৈবা ঙম্বা শক্তিগী চাং অদুদা' (at the level of the purchasing power) হন্থহন্দুনা থমই।

'হন্থরকপা' (Depression): খোঙচৎকি (cycle) অনিশুবা তাঙ্কক অসিবু 'হন্থবকপা' (Depression) হাযবগা খঙনৈ। মসিগী

তাঙ্কক অসিবু তাক্লিবা খুদমশিংদি, 'ব্লাথোক' (crisis) অসি, মতাং অসিব্রাইদা হেঙ্গৎপা লেপ্পগনি, ইন্দষ্ট্রিগী পোৎ পুথোকপগী (**Industrial production**) চাং অমদা লেপ্পুনা লৈরগনি (stagnant), কোমোডিটিশিংগী মমল নেমগনি (low commodity prices), ললোল ইতিক্কি থবক তপথগনি (slack trade) অমসুং শেন্দোংগী চাং য়াম্না নেমগনি (a low rate of profit)। অদুগা 'থবক ফংদবা' (unemployment) অমসুং 'খুশুমল'গী চাংদি 'ব্লাথোক থোক্লিঙৈ' মনুংদা ওইখিবা অদুগী চাংদা লৈগনি। 'পৈশিন্দুনা থম্বা পোৎ-চৈশিংগী' (Accumulated stocks of goods) শরুক খবদি মাঙহনখ্রনি (destroy) অদুগা শরুক খরনা অতাবা মমলদা য়োনগনি (sales prices - পোৎ হোংনা য়োনবসু '**sales**' হায়রগা খঙনৈ)। মতম অসিদা, কেপিটেলিষ্টশিংনা অমুক হন্না পোৎ য়োন্ননবগীদমক, 'অনৌবা মেছিন' হাপচিন্দুনা 'অহেনবা কেপিটেল' (Additional capital) অমুক থাদদুনা, 'অহোংবা মমলদা' (cheaper price) পোৎ পুথোক্লবা কন্না হোৎনবক্কনি। মতৌ অসুম্না কন্না হোৎনরবা মতুংদা, মথংগী তাঙ্কক হায়বদি 'হঙ্গৎলকপদা' (Recovery দা) চংলক্কনি।

'হঙ্গৎলকপা' (Recovery): 'হঙ্গৎলকপা' হাযবা খোঙচৎকি তাঙ্কক অসিবু অসুম্না মশক তাকপা যাই মদুদি, 'ব্লাথোক' (crisis) অসিদা হিংহৌবা 'পোৎ পুথোকপশিং' (Enterprises) অদুনা মখোয়গী 'অরেপ্পা কেপিটেল' (Fixed capital) অদুবু অমুক নৌথোকহন্দুনা (Renew) তপ্ন তপ্না পোৎ পুথোকপা হেঙ্গৎলকই। অসুম্না তপ্লি তপ্লি হেঙ্গৎলকই। মসিদগীদি, 'লৈবা য়োনবগী থবক' (trade) কনখৎলকই অমসুং মসিগা লোইননা 'মমলসু' (price)

হেঙ্গৎলকই, 'শেন্দোংসু' (profit) হেঙ্গৎলকই। 'থবক ফংনকদ্রবা কয়াসু' (unemployed) থবক ফংনবকই। মতৌ অসুম্না কেপিটেলিষ্টশিংনা পোৎ পুথোক্লবকপদা 'ব্রাথোক' (crisis) থোক্লমদাইগী (pre-crisis) পোৎথোক অদুদগী হেঙ্গৎলকপা মতমদা, ফিভম অসিবু 'মতোল লোম্বা' (Boom) হাযবা তাঙ্কক অদু কৌবে।

'মতোল লোম্বা' (Boom): 'মতোল লোম্বা' হাযবা অসি 'খোঙচৎকি' (cycle) 'অবোইবা' তাঙ্কক্নি। তাঙ্কক অসিদদি, পোৎ পুথোকপগী চাং অসি 'মতোল লোম্মি'। মসিনা মবম ওইদুনা কৈথেলদা, 'যোন্নবা পোৎ-চৈনা' (commodities) পিক থন্না লৈবকই। অদুনা কৈথেলদা 'পোৎ শিত্তবা' হাযবা অদু ওইবকই মবমদি, 'লৈবিবা (purchase) মীওইশিংদগী পোৎনা মশিং হেল্লে' (Demand দগী supply না হেল্লে)। 'কেপিটেলিস্ত ইকোনোমিদা' (capitalist economy) 'পোৎ শিত্তবা' হাযবদি, 'কোমোডিটিবু পৈশা ওন্থোকপা যাদবা' হাযবা অসি 'ব্রাথোক' (crisis) থোবক্লবগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মবম্নি। মতৌ অসুম্না 'ইকোনোমিগী ব্রাথোক' (economic crises) অমা অমুক থোবক্তুনা মথক্তা পল্লিবা খোঙচৎ (cycle) অসি অমুক হৌবকই।'ইকোনোমিগী ব্রাথোক' হায়বা 'ইকোনোমিগী থৌদোক' (economic phenomenon) অসিদা যাওবিবা মরু ওইবা যানদবশিং' (contradiction) অসিদি, 'পোৎ পুথোকপগী শক্তিগা' (productive force)'পুথোক্লবা পোৎকি মপু কনানা ওইবি' (relations of production) হাযবা অনি অসিগী মবক্তা লৈবনি। 'পোৎ পুথোকপগী শক্তিদা' মরু ওইনা যাওবিবা অসি 'শিনমীশিং' অসিনি, অদুগা পুথোক্লবা পোৎকি মপুনা মখোযনা

ওইদবনিনা, মপুক থন্না চাবা শেৎপা ফংলক্তবদগী, অরাম খৌরাংবা পোল্লকপা অমসুং মশা শোস্থরকপা অসিনা 'পোৎ পুথোকপগী শক্তি' অসি মপাঙ্গল শোস্থরকই। মসিনা মরম ওইদুনা হেন্না 'শেন্দোং ফংননবগীদমক পোৎ হেন্না পুথোকহন্নিংলিবা' কেপিটেলিস্তশিংগী অপাম্বগী মায়য়োক্তা লৈরকই।

'ইকোনোমিগী ৱাথোক' (economic crisis) হায়বা অসি ইচম চম্না অরাইবা মওংদা উৎপসু য়াই। মদুদি, মসি 'পোৎ হেন্না পুথোকপদগী' (over production) থোবকপনি। পোৎ হেন্না পুথোকপা হায়বগী অর্থদি, 'লৈবা ঙম্বা মীওইশিংগী' (purchase) মশিংদগী হেঙ্গৎনা পোৎ পুথোকপা হায়বনি। খুদম অমতং য়েংশি মদুদি, চহি অমদা কার ১০০০ লৈবা ঙম্বা লৈবাক অমদা কাব ১৫০০ পুথোল্লবদি, কার ৫০০ দি 'য়োনবা শিত্তবা' হায়বদু ওইবগনি। য়োনবা শিৎত্রিবা কার ৫০০ অসি পৈশা ওস্তোকপা য়াদ্রবনিনা, কম্পানি (company) অদুগী শেন্দোংসু হস্থবগনি অদুগা কম্পানি অদুগী 'অরেপ্পা কেপিটেলদা' (fixed capital) পৈশা অমুক হন্না থাদবসু ৱাংলগনি। মরম অদুনা মথং চহিগী ওইনা অমুক হন্না কার পুথোকপদা (reproduction) মমাঙ চহিদা পুথোকখিবগুম্না কার ১৫০০ পুথোকপা য়াররোই। পুথোক্কে হায়দুনা পুথোল্লবদা কার ১০০০ দগী হেন্না পুথোকপা য়ারোই। কার ১০০০ খক্তা পুথোকপগীদি, হান্না শিজিন্নরম্বা শিনমীশিংগী মশিং অদু শোইদনা হন্থরগনি নৎত্রবদি অরেম্বদা খরচ (expenditure) তৌগদৌবিবনি। অরেম্বদা খবচ তৌবা হায়বা অসিদি কম্পানি অমত্তনা তৌনদে। মরমদি, কম্পানিগী শোন্দোং হস্থহনবা য়াদে। মসিনা মবম ওইদুনা, কম্পানি অদুদগী 'অহেনবা শিনমীশিং' থবক্তগী লৌথোরক্কনি। অসুম্না 'থবক্তগী

লৌথোরক্লবা' শিনমীশিং অদুগী 'পোৎ লৈবা ঙম্বগী শক্তি' (purchasing power) হন্থবগনি। মসিনা মরম ওইদুনা শিনমীশিং অদুগী ইমুং মনুং অদু হিংবদা অৱাবা থেংনরগনি। মসিগী 'ৱাথোক' (crisis) অসি ইকোনোমিগী 'মশা খুদিংমক্তা' (in every branches) শন্দোরক্কনি। খুদম হায়ববু মসিনি: কম্পানিদগী তাম্থোরক্লবা শিনমী অদুগী 'খুশুমল' (wages) ফংদ্রবনিনা, মানা 'চানবগীদমক শোৎলগা লৌরম্বা' দুকানশিং অদুগী পৈশা শিংবা ঙম্লরোই, মৈ, ঈশিং, ইলেক্ট্রিসিতিগী থিফম থোকপা খাজনা (Tax) থিবা ঙম্লরোই, লাইয়েংবা ঙম্লরোই, অসিনচিংবা কয়া অমা থেংনগনি। অসিদসু নৎতনা 'বেঙ্কতগী পুরুবা' শেনফম' অদুগী শিঙ্গৎফম থোকপা পৈশা শিঙ্গৎপা ঙম্লরোই। শম্মা হায়রবদা মখোয়দগী (কম্পানিদগী তাম্থোরক্লবা শিনমীশিং Retrenched workers) পৈশা লাক্লগা কারবার তৌবিবা পুম্মমক্তা চবক চহিংনাইবা 'ৱাথোক' (crisis) কয়া থোকহল্লে। অমরোমদা হায়রগা, 'থবক ফংদবা মীওইশিং' থোরকপা অসিনা হিরম কয়াদা কারবার তৌরিবা মীওইশিংগী 'পোৎশিৎ' (sale proceeds) য়াম্না হন্থহল্লি। পোৎ শিৎন্নবগীদমক পোৎ- চৈগী মমল হন্থরবসু, লৈবিনবা মীওইগী মশিং ৱাৎলে। মতৌ অসুম্না 'কারদা' (car) নৎতনা অতৈ 'শিজিন্নবা পোৎ' পুথোক্লিবশিংনা, 'হেঞ্জিন্না পোৎ পুথোরকপদা' (over production) মথক্তা পল্লিবা ফিভমশিং অসিদা হেক্তা তারক্কনি। অদুগা মতম খরগী ওইনা পোৎ 'শিত্তবা' অসি অসুম হেঞ্জিল্লক্কনি। মসিনা ইকোনোমিগী ফিভম অসি অসুম অসুম হাইথরক্কনি। অসুম্না 'হাইথরকপা' অসিবু **'Depression'** হায়রিবসিনি। অদুদগী 'হাইগৎলকপা' (recovery) হায়বা অসি হৌরক্কনি। মসিগী ফিভম

অসি ইচম চম্না অসুম্না ফোংদোকপা য়াই মদুদি, 'ব্রাথোক্কি' (crisis) হৌগৎলকপদা কাব ৫০০ য়োনবা 'শিৎখিদবা' অদু হেক 'শিৎপা' লোইবগা, 'হাযগৎলকপা' (recovery) হায়বা অসি তপ্না তপ্না হৌগৎলক্কদৌবিবনি। হৌজিক ফিভম অসিদা অমুক লাক্লে মদুদি, 'যোনবা শিত্তবা' কাব অমত্তা লৈত্রবনিনা, ইনৌ নৌনা, কৈথেলগী ফিভম (Market condition) য়েংলগা, কার মশিং খরা য়াম্না শাবা হৌগৎলকপদা, শিনমীগী মশিং হেঙ্গৎতবা য়াদবনিনা, 'তাম্থোক্লুরবা শিনমীশিংদু' অমুক লৌশিনবা হৌবে। মতৌ অসুম্না 'লৈবা ঙম্বগী শক্তি' (purchasing power) মাঙলুববা শিনমীশিংগী শক্তি অসি অমুক নৌহৌনা ফংলকপদগী শিথরুববা কারবার কয়াসু অমুক মতোল চোংলক্কুনা নৌনা হিংলকই। ইকোনোমিগী ফিভম অসি অসুম অসুম ফগৎলক্কুনা পোৎ চৈ পুথোকপগী থবক অসি মতোল লোমলকই (Boom)। মসিগী মথংদদি, অমুক হন্না 'পোৎ হেন্না পুথোকপদগী' (over production) অনৌবা ইকোনোমিগী 'ব্রাথোক' (crisis) অম অমুক হৌগৎলকই। মসিনি 'কেপিটেলিষ্ট ইকোনোমিদা' (capitalist economy) 'ইকোনোমিগী ব্রাথোক' ( economic crisis) থোকহন্দবা শুকযা যাদনা, অমুক অমুক থোক্লিবনি (priodically occur)। অদুবু 'বুর্জ্জুৱা ইকোনোমিস্তশিংনদি (Bourgeois economists) অসিগুম্বা 'ইকোনোমিগী হন্দোক হঞ্জিন চৎপা' (economic cycle) অসিবু, ইকোনোমিগী অমুক 'চাওথোকপা' অমসুং 'পোকখায়বা' (বোল অকাম্বিদৌনা চাওথোকপা অমসুং পোকখাইবা) মসিবু **'Boom and Burst'** হায়রগসু খঙনৈ, 'কারবার তৌববদি শোইদনা থোক্লগদবনি' (Business cycle) হায়না লৌশিন্নরগা, মনুংদা, তশেংনা ওইরিবা 'পোৎ হেন্না পুথোকপদগীনি'

(over production) হায়বা অসিদি কুপশিন্দুনা থমই। মরম অদুনা মখোয়না অসিগুম্বা **'economic cycle'** অসি লাকশিন্দুনা থম্নবগীদমক মখল মখা কয়াগী থৌবাংশিং শিজিন্নে। অদুবু খবমখৈদি 'শাফহনবা' ঙমলবসু তশেংনা লাকশিনবদি শুকঙম ঙমদে। অসিগুম্বা থৌরাংশিং অসিবু 'বুর্জুৱা ইকোনোমিষ্টশিংনা' (Bourgeois economists) **'Regulatory Measures'** 'চুমথোক্লবগী উপায়শিং' হায়রগসু কৌনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা,ভারতকি ওইনদি, PMRY, NREGS, **'Indira Yojna'** অসিনচিংবা থৌরাং কয়ামরুম অসি **'Regulatory Measure'** ওইনা শিজিন্নে। হাযরিবা 'স্কিমশিং' (schemes) অসিদা যাওবিবা মরু ওইবা ৱাফমদি (Essense), মীযামদা 'লৈবা ঙম্বগী শক্তি' (purchasing power) ৱাংলকপদগী, 'ইকোনোমিগী ৱাথোক' (economic crisis) থোক্লিবনি হায়বা অসি খঙলবনিনা, হাযবিবা 'ৱাথোক' (crisis) অসি হন্থহন্নবগীদমক, মথক্তা পনলিবা 'স্কিমশিং' অসিগী খুৎথাংদা মীয়ামদা শেল য়ৌহল্লি অমসুং মসিনা 'লৈবা ঙম্বগী শক্তি' (purchasing power) হেঙ্গৎহল্লি। খুদম ওইনা হাযববদা, যেন লোইগদবা মীওই অমদা, অসিগুম্বা স্কিম অসিগী খুৎথাংদা 'শেন্থং' পি। ফংলিবা 'শেন্থং' অসিনা, লৈগদৌরিবা পোৎ-চৈশিং অসিদি, অয়াম্বনা **'Secondary Industry** দা' পুথোকপা পোৎ চৈ শিংনা অয়াম্বনি (Secondary Industry দা পুথোকপা হায়বদি Factory দা পুথোকপা হায়বনি)। থৌরাংশিং অসিনা নাকোইননা 'ফেক্টরিগী' পোৎ- চৈশিংবু 'শিংহল্লি'। মসিনা খরদা ওইরবসু 'শিত্তদুনা' লৈরম্বা পোৎ-চৈশিংদু শিংহল্লি। অসিগুম্বা থৌরাং কয়া তৌরগসু, 'কেপিটেলিস্ত ইকোনোমিদা' (Capitalist economy)

'ইকোনোমিক সাইকল' (economic cycle) থোকহন্দবদি ঙসি ফাওবা ঙমদ্রি অদুগা ঙমসু ঙমলোই। মসিগী মরু ওইবা মবমদি, 'কেপিটেলিষ্ট ইকোনোমিদা' 'শেন্দোংগী দমক্তা' মানা মানা পান্বগী চাংদা পোৎ পংপুদা পুথোক্লবা' (Anarchy of production) অসি যাওবদগীনি। মসিবু যাওবিবমখৈদি, 'কেপিটেলিস্ত ইকোনোমিদা' 'ইকোনোমিগী ব্রাথোক' (economic crisis) অদুম থোক্কনি। অদুগা, 'ইকোনোমিগী ব্রাথোক' থোক্লিবা খুদিংগী অব্রাবা মাযযোক্লগদৌবিবদি 'লাইববা' ঙাক্তনি।

## ইম্পেৰিযেলিজম
## (Imperialism)

কেপিটেলিজমদা 'মতোমতনা থবক তৌবা' (Monopoly capitalism) অসিবু 'ইম্পেৰিযেলিজম' (Imperialism) কোই। ইম্পেৰিযেলিজমগী মরুওইবা শকলোন্দি পোৎ পুথোকপদা হিদান্নবম্বা (free competition) অদু 'অমখক্তনা পোৎ পুথোবকপা' হাযবা অসিনা 'লাকশিল্লকপা' (monopoly domination) অসিনি।

হাযবিবা ইতিহাসকি তাঙ্কক অসিদা 'পোৎ পুথোকপগী শক্তি' (productive force) অসি অসুক্কি মতিক মপুং মবৈ ফাবকখবে মদুদি, 'যোৎ পুথোক্লবগী অনৌবা মওং' (New methods of steel smelting) কযা অমা পুথোক্লবে। মখোযশিং অদুদি 'বেশেমব' (Bessemer), 'থোমাস' (Thomas) অমসুং 'ওপন হার্থ (open

hearth) হায়বশিং অসিনি। অদুগা শতাব্দি ১৯গী অরোইবা শরুক্তা মখল মখা কয়াগী মেছিনশিং পুথোক্লরকখরে, মখোয়শিং অদুদি: শোক ১৮৬৭ তা 'দাইনামো মেছিন' (Dynamo machines), শোক ১৮৭৭ তা 'মনুংদা মৈ চাকপা ইঞ্জিন' (Internal combustion engine), 'মনিলগী ইঞ্জিন' (steam engine) অসি শোক ১৮৮৩ অমসুং ১৮৮৫ গী মরক অসিদা পুথোকখিবনি। হায়রিবা মেছিনশিং অসিনা, 'ইন্দষ্ট্রি' অমসুং 'মী অমসুং পোৎ-চৈ পুথোকপুশিন্দা' (transportation) য়াম্না চাওনা কান্নবা পিরকখি। অনৌবা মওংগী 'মোটোর' (motor) কয়া পুথোরকপা অসিনা, মখল কয়াগী গাড়ীশিং পুথোরকখরে। মখোয়শিং অদুদি, শোক ১৮৭৯ দা 'ট্রাম' (Trams), ১৮৮৫ দনা 'কার' (cars) অদুগা ১৮৯১ দা 'ডিজেল ইঞ্জিনশিং'(Diesel Engines) পুথোরকখি অমসুং শোক ১৯০৩ দনা 'এরোপ্লেন' (Aeroplane) পুথোরকখি। অসিগা লোইননা 'সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিদা' (Science and Technology) মাইপাকপা কয়া অম য়াওরকপদগী, 'ইলেক্ট্রিক' (electric) শিজিন্নদুনা পোৎ পুথোকপগী মাইকৈদা অচৌবা খোঙথাং লৌরকখি।

শাতাব্দি ১৯গী অরোইবা চহি ৩০ অসিগী মনুংদা 'অচৌবা ইন্দষ্ট্রিনা' (Heavy industry) 'ইন্দষ্ট্রি মচাশিংবু' (Light industries) লাকশিনবা হৌরকখরে। 'অচৌবা ইন্দষ্ট্রিশিং' অসিগী 'মশা মরেংশিং' (Branches) য়াম্না থুনা পাকথোক চাওথোরকখি। শোক ১৮৭০ দগী ১৯০০ ফাওবগী মনুংদা, 'মলেমগী ওইনা য়োৎ পুথোকপগী' (World steel output) চাং অসি হান্নদগী শরুক ৫৬ হেঙ্গৎলে। মসি শোক ১৮৭৩ দা থোকখিবা 'ইকোনোমিগী ৱাথোকশিং' (economic crises) অদুগী মতুংদগীনি।

'পোৎ পুথোকপগী শক্তি' (productive force) মপুং মবৈ ফাগৎলকপগা (develop) লোইননা 'পোৎ-চৈ পুথোকপগী চাং' (scale of production) খঙহেন হেঙ্গৎলকপা অসিদা, 'কেপিটেলিজমগী মনুংদা যাওবিবা যানদবশিং' (contradictions of capitalism) 'মুকখাইনবকপা' অসিসু হেঙ্গৎলকখি। মসিগা লোইননা 'ইকোনোমিগী ৱথোকশিং' (economic crises) অসিসু তোইনা থোকপা হেঙ্গৎলকখি। মসিনা মবম ওইদুনা, 'থবক ফংদবা' (unemployment) কযা অমসু পুথোবকখি। অসিদসু নৎতনা 'কেপিটেলিস্ত লৈবাকশিংদা' (capitalist countries) থোকপা লালসু (wars) তোইবা হেঙ্গৎলকখি।

শোক ১৯১৬ তা লেনিন্না (Lenin) 'ইম্পেরিয়েলিজম হাযবা অসি কেপিটেলিজমগী খ্বাইদগী অৱাংবা থেংখাওনি' (Imperialism, the highest stage of capitalism) হাযনা মিংথোনবা লাইরিক অসি পুথোকখি। লেনিন্না 'ইম্পেরিয়েলিজম' হাযবা অসি নৈনবকপদা, কেপিটেলিজমগী খোঙচৎতা 'মোনোপোলিগী থেংখাও' (monopoly stage) যৌবকপদা উৎলকপা ইকোনোমিগী মরু ওইবা শকওংশিং (basic economic features) অদুগী মশক তাক্লি। মখোযশিং অদুদি: ১) 'পোৎ পুথোকপগী থবক অসি মফম খবখক্তদা ওইবকখবে' (concentration of production) অমসুং মীওই খবখক্তি মখুৎতা 'কেপিটেল' অসি অসুক্কি মতিক চাওনা লৈবকখবে মদুদি, মীওই অদুবু মতোমতনা থবক তৌবা ঙমহল্লে (monopoly) অমসুং মসিনা ইকোনোমিগী থবক খুদিংমক্তা (economic life) যাম্না মরু ওইবা শক্তম লাংলক্লে (মরু ওইবা role লৌবকখবে)। ২) 'বেঙ্ক কেপিটেলগা' (Bank capital) 'ই-

দষ্ট্রিগী কেপিটেলগা' (Industrial capital) পুন্সিল্লকপা (merge তৌরকপা) অমসুং মসিদা য়ুম্ফম ওইরগা 'অচৌবা পৈশা শানবশিংগী' (Financial oligarchy) 'পৈশা শান্দোক্নবা কেপিটেল' (Financial capital) শেমগৎলকপা। ৩) 'কোমোডিটিশিংবু মীবৈবাক্তা থাদোকপগা' (export of commodities) য়াম্না শাথিনা খেন্নরবা (great difference) 'কেপিটেলবু মীরৈবাক্তা থাদোকপা' (export of capital) হায়বা অসি, থোইদোক হেন্দোক্না মরু ওইবা পোৎশক অমা ওইরক্লি। ৪) 'মালেমগী ওইনা মোনোপোলি তৌবা কেপিটেলিষ্টশিংগী (monopoly capitalists of the world) মরুপ (Association) শেমলকপা অমসুং মসিনা মালেম্বু মখোয়গী মরক্তা য়েন্থোক্নবা' (Division of the world among themselves)। ৫) খ্বাইদগী চাওবা কেপিটেলিষ্ট শক্তিশিংগী (Biggest capitalist powers) মবক্তা, মালেমগী লম পুম্নমক্কি ঙমখৈবু মখোয়গী মবক্তা যাৎথোকপা (territorial division of the world among themselves) অসিনি। 'ইম্পেরিয়েলিজমগী' (Imperialism) মরমদা, মার্ক্স (Marx) অমসুং 'এঙ্গেলসনা' (Engels) নিংথিজনা নৈনরমদে। মসিবু লেনিন্না লৌখৎতুনা নিংথিজনা নৈনরমখি। মসি মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকি 'পোলিটিকেল ইকোনোমিগী' (political economy) ৱাখলদা, লেনিন্না 'অনৌবা ৱাফম' হাপচিন্দুনা 'নৌহৌনা, মতমগা চাননা মপুং মরৈ ফাহনবনি' (up date) মতমগা চুননা **'up date'** তৌবা হায়বা অসি সাইন্তিষ্ট অমগী মথৌনি। মসিনা অমুক ঐখোয়দা খঙহল্লিবদি, মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকি ৱাখল্লোন অসি সোসিয়েল সাইন্স' (social science) ওইবা মবম্না, মসিদা মতম মতমগী চানবা 'ৱ

াখল্লোন' লেপ্পা লৈতনা হাপচিন্দবা যাদে (up date) হাযবা অদু তাকই। মসিসু কবিগুম্বা **'up date'** তৌদ্রবদি সাইন্স ওইববোই, 'ধর্ম্মগী পাওতাক' (Religious doctrine) ওইবগনি। 'ধর্ম্মগী পাওতাক্লা' নুমিৎ খুদিংগী থোবক্লিবা 'মীওইবা সমাজগী অনৌবা প্রোব্লেমশিংবু' (New problems) কৈদৌঙৈদসু কোকহনবা (solve) ঙমলোই।

## ইম্পেরিয়েলিজমদা য়াওরিবা মরু ওইবা ইকোনোমিগী শকলোনশিং।
## (The Basic Economic Features of Imperialism)

'১' - পোৎ পুথোকফমসি খবখক্তদা ওইবকপা অমসুং মপু অমখক্তনা থবক তৌবকপা (concentration of production and monopoly) ঃ-

ইম্পেবিযেলিজম থোবক্লিঙৈগী মমাঙদদি, কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোকপা মীওইশিং (capitalist producers) অসি মশিং যামলমই অমসুং মখোযশিং অসিগী মবক্তা যাম্না কন্না হিদান্নবমই (competition)। হাযবিবা 'হিদান্নবা' অসিনা মবম ওইবগা, অপিকপা, অশোনবা, পোৎ পুথোক্লিবশিং (small producers) অসিবু, অচৌবা, অকনবা, পোৎ পুথোক্লিবশিংনা (Big producers) মখুৎ থদৎপিবম্লি। মওং অসিনা, পোৎ পুথোকফমশিং (Enterprises) অসিগী মশিং অসুম অসুম হন্থবক্তুনা, মমৈথংদদি খজিক খক্তা ঙাইশিল্লকখি। মসিবুনি পোৎ পুথোকফম খবখক্তা ওইবকপা

'**Concentration of production**' হায়বিবসি। মবম অদুনা, 'পোৎ পুথোকপগী মপুং-মবৈ ফাগৎলকপগী' তাঙ্কক অমদা '**Concentration of production**' হায়বা অসি থোক্লিবনি। মসিনা অমুক 'অমখক্তনা থবক তৌবকপা' (monopoly) হায়বা অসি ওইহল্লকপনি। '**Concentration of production**' না মপুং-মবৈ ফাগৎলকপা (develop) অসিনা, 'মতোললোম্বা' ফাওবা যৌবকপা অসি '**monopoly**' গী মখাদনি।

শোক ১৮৮২ দা জর্ম্মন্দা লৈবা শিনশংদা থবক তৌবা মীওই (Factory workers) পুম্নমক্কি অপুনবা মশিংগী চাদা ২২ খক্তমক, শিনমী ৫০ নৎত্রগা ৫০ দগী খবা হেনবনা থবক শুবা 'পোৎ পুথোকফমশিংদা' (enterprises) থবক শুহন্নবগীদমক নেক্লবম্মি (employed)। চাদা ওইবিবা মশিং (percentage) অসি অসুম অসুম হেঙ্গৎলকখি। হায়বদি শিনশংদা থবক তৌবা শিনমীশিংগী মশিং অসি হান্নদি ৫০ নৎত্রগা ৫০দগী খবা হেনবনা ওইনবম্বদগী অসুম অসুম যাম্বা হেঙ্গৎলকখি। ফিভম অসিবু তশেংনা ওইহল্লিবগী মরু ওইবা মবমদি, 'থোং লোনখ্রবা' শিনশং- শিংদগী থোবকপা শিনমীশিং অদুনা 'থোঙ লোন্দ্রিবা' শিনশংশিংদা যাওশিল্লকপদগীনি। অদুনা শোক ১৮৯৫ দা 'চাদা যাওবা মশিং' (percentage) অসি ৩০ ওইখিবা অদু ১৯০৭ তা মশিং অসি ৩৭ ওইখি। অদুগা শোক ১৯২৫ দা মশিং অসি ৪৭.২ ওইখিবা অদুগা ১৯৩৯ দা ৪৯.৯ ওইখি। শোক ১৯৭০গী চহিশিংদা, এফ: আব: জিদা (F R G - Federal Republic of Germany) লৈবিবা শিনশং পুম্নমক্তা থবক তৌবিবা অপুনবা শিনমীশিংগী চাদা ৪০.২ খক শিনমী লিশিংগী মথক্তা শিনশংশিংদা থবক তৌই। অসিগুম্বা শিনশংশিং অসিদি, লৈবাক অসিদা লৈবিবা 'ইন্দষ্ট্রিগী পোৎ পুথোকফমগী'

(industrial enterprises) মশিংগা য়েংনরুরবদি চাদা ১.৩ খক্তনি। মসিনা তাক্লিবদি, অপুনবা শিনশংগী মশিংদা চাদা ১.৩ খক্তা ওইবা শিনশংশিংদা, শিনশং পুম্নমক্তা থবক তৌরিবা অপুনবা শিনমীগী চাদা ৪০.২না থবক শুরি। মসিনি **'Concentration of production'** (মফম খজিকখক্তদা পোৎ পুথোকপা) হায়বিবসি। অদুগা ইউ:এস: এ:গী ওইনা য়েংলুরগদি, শোক ১৯০৪দা লৈবাক অসিগী অপুনবা শিনশংশিংগী মশিংদা চাদা ০.৯ খক্তা ওইবা শিনশং খরনা, ডোল্লার মিলিয়ন অমা (লাক্ষ ১০) হেনবগী পোৎ পুথোকই অমসুং হায়বিবা শিনশংশিং অসিদা, লৈবাক অসিদা লৈবিবা অপুনবা শিনমীগী চাদা ২৫.৬ না থবক শুই অমসুং মখোয়না লৈবাক অসিগী 'অপুনবা ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোক্কি' (gross output of American industry) চাদা ৩৮ পুথোকই। শোক ১৯৩৯ দনা, ইউ: এস: এ:গী অপুনবা ইন্দষ্ট্রিগী চাদা ৫.২ ওইবা ইন্দষ্ট্রি খরা অসিদা, লৈবাক অসিগী 'অপুনবা শিনমীশিংগী' চাদা ৫৫ থবক শুহল্লি অদুগা লৈবাক অসিগী 'অপুনবা ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোক্কি' চাদা ৬৭.৫ পুথোকখি। শোক ১৯৭০ দদি ইউ:এস:এ: অপুনবদা য়োল্লিবা 'ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোক' অসি চাদা ৬৬ তি খ্বাইদগী চাওবা কম্পানি ৫০০ খক্তনা পুথোকখিবনি। হায়রিবা কম্পানি ৫০০ অসিগী মনুংদগী শুপ্নগী কম্পানি ৫০ খক্তনা, (মসিদি লৈবাক অসিগী অপুনবা কম্পানি মশিংদা যেংলুবগদি চাদা ০.৫ খক্তনি) লৈবাক অসিগী 'অপুনবা মেছিন্না শাবা ইন্দষ্ট্রিনা' (Manufacturing industry) পুথোকপা পোৎথোক্কি, শরুক মবি থৌকপগী শরুক অম ওইখি। অদুগা শোক ১৯৮৩ গী অদুৱাইদদি, ইউ:এস:এ:গী খ্বাইদগী চাওবা কম্পানি ১০০গা অতৈ 'ইম্পেরিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী' (imperialist countries) খ্বাইদগী চাওবা কম্পানি ১০০ গনা পুল্লগা,

পুথোক্লিবা ইন্দষ্ট্রিগী পোৎথোকশিং অসিদি, মালেমদা লৈরিবা 'কেপিটেলিস্তকি মওংদা পোৎ পুথোক্লিবসিগী' (capitalist production) অপুনবা পোৎথোক্কি শরুক অহুম থোকপগী অমা ওইখি। মতৌ অসুম্না ঙসি ফাওবা অসিদা মালেমগী ওইনা 'মোনোপোলিগী' (monopoly) মশিং হেঙ্গৎলক্লি, অমসুং মখোয়গী 'কেপিটেল' অসি অসুম অসুম চাওবা হেঙ্গৎলক্লি। ঙসিদি ভারত্তসু অসিগুম্বা 'মোনোপোলিশিংগী' মশিং হেঙ্গৎলক্লি। মালেমগী ওইনা য়াম্না ইনাকখুনবা 'মোনোপোলিশিংগী' মমিং মথং মনাও নাইনা ইরকপদা, ভারতকি মোনোপোলিসু ১০গী মনুংদা চল্লবনি। মখোযগী 'কেপিটেল' অসি 'বিলিয়ন' (Billion ক্রোর ১০০না) খুজিং ওই।

## মোনোপোলিগী শকওংশিং
## (Forms of Monopoly)

মফম খব-খত্তুদা পোৎ-চৈ পুথোরকপা (Concentration of production) হায়বা অসিনা 'মোনোপোলি বোমদা' (Towards monopoly) চংশিলহল্লি। অদুবু 'অচৌ-অচৌবা কেপিটেলিস্তশিং' (Big capitalists) অসিনা 'অমনা অমবু মখুৎ তৎহনবা ঙম্নদবদগী' মখোয় মশেল অমগা অমগা পুনশিন্নদুনা মরুপ (Association) শেমলকই। 'মরুপ' শেমলকপগী মরুওইবা মরমদি, অমগী থবক্তা অমনা য়েৎশিল্লক্তনবনি। মবম অদুনা, 'মোনোপোলি' হায়বা অসি অতৈ করিসু নত্তে - মসিদি, পৈশা য়াম্না পাইবা, কারবার য়াম্না চাওনা তৌবা (production and sales)

কেপিটেলিষ্টশিংগী 'মরুপ্পি' (Association)। অসিগুম্বা মখলগী 'মরুপশিং' অসি মখল কয়া থোক্লা খাইদোকপা য়াই। অদুবু মখল পুম্নমক অসিদা 'মান্নবা' অমা য়াওরি মদুদি, মখোয় খুদিংমক্লা 'অহেনবা শেন্দোং' (Maximum profit) পামই।

লেনিন্না ইতিহাসকি লমাইশিংদগী মখাগী ৱাফমশিং অসি পুথোরকই মদুদি, ১) শোক ১৮৬০ গী অমসুং ১৮৭০ গী চহিশিংদা, 'নিংতম্না হিদান্নবগী' (Free competition) মতোল লোম্বা মতম্নি। মতম অসিৱাইদা, 'মোনোপোলি' থোবকপা হৌরক্লে। ২) শোক ১৮৭৩ গী 'ৱাথোকশিং' (crises) মতুংদগীদি, 'মোনোপোলি' ময়াম অমা থোরক্লে তৌইগুম্বসুং মখোযশিং অসি 'মরাদি চেৎত্রি, (stable)। ৩) ১৯ শুবা শতাব্দিগী (19th century) অরোইবদা থোকখিবা, পোৎ-চৈ পুথোকপগী 'মতোল লোম্বা' (Boom) অমসুং ১৯০০ দগী ১৯০৩ ফাওবদা থোকখিবা 'ইকোনোমিগী ৱাথোকশিং' (economic crises) অসিগী মতুংদগীদি, 'মোনোপোলি' হায়বা অসি 'ইকোনোমিগী পুন্সিগা' (economic life) থাদোক্নবা য়াদ্রবা অমা ওইখরে।

'মোনোপোলিগী' হৌগৎলকপা মতমদদি মরু ওইনা 'অচৌবা ইন্দষ্ট্রিদা' (Heavy industry) থবক তৌরম্মি। মসিগী মতুংদগীদি, মসিগী মশা মরেং ময়াম অম শন্দোরকখি। হৌগৎলকপদদি 'মোনোপোলি' শেমলিবা কেপিটেলিষ্টশিংগী মরক্তা 'য়ানবগী' (agreement) মওং অসি 'অতেনবা মতমগী' (short term) ওই। মমৈথংদা 'অশাংবা মতমগী' (long term) ওইরকখি। মখাদা 'মোনোপোলিগী শক্তমশিংগী' মওং উৎলি।




'কার্টেল' (Cartel): মসি কেপিটেলিস্তশিংগী 'মরুপ' (Association) অমনি। হায়রিবা 'মরুপ' অসিনা য়ানরিবা ব্রাফমদি, পোৎ য়োনফম কৈথেলশিং, (markets) মখোয়গী মরক্তা য়েন্থোক্লবা (distribution among themselves), অদুগা 'য়োনগদবা মমলগী' (sale price) মতাংদসু য়ানবনি। অসিদসু নৎতনা, 'পোৎ কয়া য়াম্না পুথোক্লগদগে' (Quantity of commodities to be produced) হায়বা অসিসু - লেপথোক্লে। 'করি করি পোৎ পুথোক্কদগে' অমসুং 'করম্না য়োনগদগে' হায়বা অসি মাগী মাগী অপাম্বা ওইগনি। অসিগুম্বা মখলগী 'মোনোপোলি' অসি লান মমাঙগী (World War -I) জর্ম্মনিদা (Germany) য়াম্না পাক শন্না লৈবমখি।

'শিন্দিকেট' (Syndicate): মসি খরা ব্রাংখৎলবা থাক্তা লৈবা 'মোনোপোলি' মখল অমনি। অসিগুম্বা 'মোনোপোলিশিং' অসিদা য়াওবা কেপিটেলিষ্টশিংনা 'মনিং তম্না পোৎ পুথোকই' (produce independently) অমসুং মখোয়গী 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিং' (means of production) অদুবুদি অমত্তা তেক্তা-কায়দনা মপু (ownership) অদুম ওইজবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী 'ললোন- ইতিক্কি নিংতম্বদি' (commercial independence) লৈত্রে। অসিগুম্বা 'মোনোপোলিগী' মেম্বরশিংনা

মখোয়না পাম্বা মওংদা 'পোৎ য়োনবা' অমসুং রো মেটরিয়েল (Raw material) লৈবদি য়াদ্রে। মসিগীদমক মখোয়না অতোপ্পা 'অপুনবগী ওইবা কারবার' (a joint trading apparatus) অমা লিংখৎলি। অসিগুম্বা মখলগী 'মোনোপোলি' অসি 'রিভোল্যুসন তৌরমদাইগী রুশিয়াদা' (pre revolution in Russia) য়াম্না পাক শন্না লৈরমখি।

'ট্রস্ত' (trust): মসি 'মোনোপোলিগী' মখল অমনি। মসিদদি, পোৎ পুথোকফমশিং (Enterprises) অসি 'পুন্না মপু ওইমিন্নে' (joint ownership) অমসুং 'হান্নগী মপুশিং' (Former owners) অদু 'সিযার পাইবা' (Share holders) ওইরকখরে। মখোয়না ফংগদবা শেন্দোংদি, মখোযগী 'সিযাবশিং' অদুগী 'চাওবা পিকপগী' মতুং ইল্লে।

কর্ন্সন (concern): মসিসু 'মোনোপোলিগী শক্তম' অমনি, মসিদা 'মখল কযাগী ইন্দষ্ট্রিশিংগী কম্পানিশিং' (Enterprises in various industries), 'বেঙ্কশিং' (Banks), ললোনবগী ফর্মশিং (Trading Firms), 'ট্রান্সপোর্ট' (Transport) অমসুং 'ইন্সুরেন্স কম্পনিশিং' (insurance companies) অসিনা, 'অচৌবা শেল শাল্লিবা কেপিটেলিস্ত কাংলুপ' (Group of big financial capitalists) অমগী 'মখা পোন্না' কারবার তৌবগী য়ুম্ফমদা শেম্বা 'ট্রষ্টশিংগী' (trusts) নৎত্রগা 'কম্পানিশিংগী মরুপ্পি' (Association)। 'ট্রস্ত' অমসুং 'কর্ন্সনশিং' (concerns) অসিদি 'ইউ:এস:এ:' দা 'বৃটেন্দা', 'জপান্দ' অমসুং অতৈ লৈবাকশিংদা য়াম্না পাক শন্না লৈ।

## মফম খর খক্তদা পোৎ পুথোকপগী অমসুং কেপিটেলগী অনৌবা মওংশিং- ।
## (New forms of concentration of production and capital)

অনৌবা মওংগী 'মফম খব খক্তদা পোৎ পুথোকপা' (concentration of production) হায়বা অসিদি 'মোনোপোলিগী ওইবা' (monopolistic ওইবা) হায়বদি, পোৎ পুথোকপদা 'পুন্সিনবা' (combination) অমসুং 'ফদোকপগী' (diversification) মওংশিংনি। মসিগী মতাংদা 'লেনিন্না' মহাক্কি লাইবিক **'Imperialism, the highest stage of capitalism'** হায়বা অদুদা অসুম্না ইবমখি মদুদি, 'পোৎ পুথোকফম' (Enterprise) অমখক্তদা, ইন্দষ্ট্রিগী অতৈ তোঙান তোঙানবা পোৎলমশিং পুথোকপা অদুবুনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, মফম অমখক্তদা 'য়োৎ শুংদোকপা' (smelting of iron), শুংদোক্লবা য়োৎ অদুনা **'Pig iron'** ওন্থোকপা, অদুগা **'Pig iron'** অসিবু **'Steel'** ওন্থোকপা অসিগুম্বা থবকশিং তৌবকপা অসিবুনি। 'পুন্সিনবা' (combination) হাযবা অসি, 'টেক্লোলোজিগী মরমদদি মবি লৈনবা' (Technologically interlinked) অদুগুম্বা থবক শুফমশিং (Enterprises) 'পুন্সিনবা' অদুবুনি। ২০শুবা শতাব্দিগী হৌগৎলকপদদি, 'য়োৎ অমসুং স্তিলগী ইন্দষ্ট্রিশিং' (Iron and steel industries) অসিদা মকওইনা 'পুন্সিনবা' (combination) হায়বা অসি থোকখি। 'পুন্সিনবা' হায়বা অসি মখল অনি শুই, অমনা 'চপযুংবা' মওংদা (Vertical) ওইবা।

'রো মেটরিয়েল' (Raw material) লৌশিনবদগীনা পোৎ পুথোকপা লোইবা ফাওবা (Finished product) তৌবিবা থবকশিং অসি মফম অমখক্তদা তৌবা অসিনি। অদুগা অতোপ্পা 'পুন্সিনবা' (combination) অমনা 'ৱাংবা মান্নবা' মওংদা (Horizontal) 'পুন্সিনবা' মসিনি। মসিদনা, পুথোক্লিবা পোৎ খুদিংমক (various types of out put) 'রো মেটরিয়েল' (Raw material) অমখক্তদগী পুথোকপা অসিনি।

অদুগা অনিশুবা মখলগী 'মফম খবখক্তদা পোৎ পুথোকপগী' (concentration of production) মওং অসিবুনা 'ফাদোকপগী মওং' (diversification) অসিনি। খুদম ওইনা তাযববদা, 'ইউ:এস:এ:দা লৈবা খ্বাইদগী চাওবা মোটোর কম্পানিশিং ওইবিবা 'ফোর্ড' (ford), 'খ্রাইসলর' (chrysler) অসিনা 'কম্প্যুটর' (Computer) অমসুং 'রোকেট' (Roket) শানবা মচাকশিংগী ইন্দষ্ট্রিশিংসু (Rocketry গী ইন্দষ্ট্রিশিংশু) অদুগা 'লৌউ-শীংউগী মেছিনশিংশু' (Agricultural machines) অমসুং 'মিলিটরিগী পোৎশিং' (Military hard ware) পুথোকপগী ইন্দষ্ট্রিশিংশু অদুম্মক তৌই। অসিদসু নৎতনা 'স্পেসপু খণ্ডননবগী থিজিন হৃমজিনবদসু' (space research) অদুম পাঙথোকই।

মতৌ অসুম্না '**concentration**গী' মওং অসি মখল কযা থোক্লা লৈববসু, মনুংগী অর্থদি চপ মান্নে মদুদি, 'অচৌবা মোনোপোলি তৌবশিংনা' (biggest monopolies) মখোযগী পোৎথোক অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎহন্দুনা, 'খ্বাইদগী অহেনবা শেন্দোং' (super profit) ফংননবগীনি।

# মোনোপোলি অমসুং হিদান্নবা
# (Monopoly and competition)

'বুর্জুৱা ইডিওলোজিস্তশিংনা' (Bourgeois ideologists) অসুম্না কন্না হায মদুদি, 'মোনোপোলি' হাযবা অসিনা 'হিদান্নবা' (competition) তোকহল্লি। (হাযবদি 'হিদান্নবসি' মুথৎলি হাযবনি)। তশেংবগীদি মসি 'অবানবনি' মবমদি:

'অহানবদা': কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংগী (capitalist countries) ইকোনোমি অসি 'মোনোপোলিশিংনা' খুদুম চল্লবসু, চাদা চাম্মা 'মোনোপোলিশিংনা' পোৎ পুথোকই হাযবদি লানগনি। মবম অদুনা অসুম্না হাযগনি মদুদি, 'মোনোপোলিশিংগী' মবক্তা, অদুগা 'মোনোপোলিদা' যাওদবা কেপিটেলিস্তশিংগী মবক্তা হিদান্নবা (competition) অসি অদুম থোকই। 'মোনোপোলিদা' যাওদবা কেপিটেলিস্তশিং অসিবু 'মপান্দা লৈবা' (outsider) কৌই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা, 'মোনোপোলিশিং' অসিনা মখোযগী লৈজবা পুম্নমক শিজিন্নদুনা 'মপান্দা লৈবশিংবু' মখোযদা যাওশিল্লক্লবা হোৎনৈ নৎত্রগনা মখোযগী মখুৎ থদৎনবা হোৎনৈ।

'অনিশুবদা': 'মোনোপোলিশিংগী' মবক্তসু 'হিদান্নবা' (competition) অসি অদুম লৈ। 'কার্টেলশিংদা' (cartels) অমসুং 'সিন্দিকেটশিংদা' (syndicates) যাওবশিংনা, 'শেন্দোং হেন্না লৈবা কৈথেলশিংবু' মুন্নবদা, অদুগা 'পোৎ হেন্না পুথোকপগী শরুক হেন্ন ফংনবগীদমক' (for bigger share of production) হিদান্নৈ (competition)। 'মোনোপোলিশিংগী' মবক্তা লৈবিবা

হিদান্নবা অসিদি অয়াম্বা মতমদা খঙহন্দে- অদুবু য়াম্না শাথিবা ফিভমদা লৈবক্লবদি খঙনবকই। অসিগুম্বা হিদান্নবা অসিদা লৈহৌবা, মাইথিহৌবা 'মোনোপোলি' অদুগী মহুৎতা অতোপ্পা অম অমুক থোবকই।

'অহুমশুবদা': ইন্দষ্ট্রি মখল অমগী মনুংদা (in one and the same industry) লৈবা 'মোনোপোলিশিংশু' হিদান্নে। মসি করম্বা মতমদা থোকপগে হায়ববু ইন্দষ্ট্রি মখল অমখক্কি মনুংদা মোনোপোলি যাম্না লৈরক্লবা মতমদা। খুদম ওইনা হায়রবদা 'কার' (car) শাবগী ইন্দষ্ট্রিদা 'মোনোপোলি' য়াম্না লৈরক্লবদি, মখোয়শিংশিগী মরক্তা হিদান্নবা' (competition) অসি থোক্লকই।

'মবিশুবা': তোঙাল তোঙালবা কেপিটেলিস্ত লৈবাকশিংগী 'মোনোপোলিশিংগী' মরক্তা, পোৎ য়োনফম কৈথেলগীদমক (sales market), বো মেটবিয়েল (Raw material) লৈফমশিংগীদমক (sources of raw materials) অমসুং 'কেপিটেল থাদফমগীদমক' (sphere of investment) অকনবা মওংদা হিদান্নে।

অদুগা 'বুর্জ্জুৱা ইডিওলোসিস্তশিংনা' (Bourgeois ideologists) অসুম্নসু কন্না হায় মদুদি, 'মোনোপোলি' হায়বা অসিনা খঙহল্লিবদি, 'হান্ননা থৌবাং যাৎথোকপনি' (plan) অমসুং 'থোং মান্ননা' কেপিটেলিস্ত ইকোনোমিবু (capitalist economy) মপুং- মবৈ ফাগৎহনবনি (balance development of capitalist economy)। মসিদি 'অচুম্বা' নত্তে, মরমদি, 'হিদান্নবনা' (competition) 'অশোনবশিং' হাৎতোকই, অকনবশিংনা কনবা অসুম হেঙ্গৎলকইবা অসি 'থোং মান্ননা' (balanced) মপুং - মরৈ ফাগৎপা নত্তে।

## ২- কেপিটেল তাশিল্লকপা অমসুং বেঙ্কিংদা মোনোপোলি থোরকপা !

## (The concentration of capital and monopoly in Banking)

'পোৎ পুথোকফম মফম খজিত্তুদা ওইশিল্লকপা' (concentration of production) অমসুং ইন্দষ্ট্রিদা 'মোনোপোলি' থোরকপা অসিনা, 'বেঙ্কিংদসু মোনোপোলি' থোরক্লবগী ফিভম ওইহল্লকই। হৌজিক্কি মতমদা লৈরিবা মোনোপোলিশিংগী (modern monopolies) শক্তি অসি খঙনবা হোৎনবদা ঐখোয়না, 'বেঙ্কনা' লৌরিবা 'থৌদাং' (role) অসিবু তশেংনা খঙদ্রবদি, কৈদৌঙৈদসু খঙবা ঙমলোই। 'বেঙ্কিংগী' হিরমদসু 'অকনবা হিদান্নবা' (Big competition) লৈবনা, বেঙ্ক মচাশিংবু অচৌবশিংনা য়োৎশিল্লি। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা, বেঙ্কিংদসু 'মোনোপোলি' থোবকই। মতৌ অসুম্না, 'বেঙ্ককি মোনোপোলিশিংনা' মখোয়গী মখাদা অপিকপা বেঙ্ক কয়ামুক থবক তৌহল্লি। শোক ১৯০০ দা 'ইউ:এস:এ:'দা বেঙ্ককি মশিং অসি ১০,৩৮২ নি, অদুগা মখোয়না শিজিন্নরিবা পৈশানা (মখোয়গী assets না) ডোল্লার কোটি ১০৭.৮৫ নি অদুগা শোক ১৯৪০ দনা, বেঙ্ককি মশিং অসি ১৫,০১৭ নি, অদুগা মখোয়না শিজিন্নরিবা পৈশানা ডোল্লার কোটি ৪০২.১৩ নি। শোক ১৯৫০ দদি 'অচৌবা বেঙ্ক' ৫০ খক্তনা, বেঙ্ক অপুনবনা শিজিন্নবা পৈশাগী চাদা ৩২.৪ ওইখি। অদুগা শোক ১৯৬০ দনা, চাদা ৩৯ ওইখি, অদুগা শোক ১৯৭০ দনা চাদা ৪৭.৮ ওইখি। শোক ১৯৭৫ দনা, বেঙ্ক অপুনবগী চাদা ০.০১ ওইখিবা ইউ:এস:এ:গী বেঙ্ক ১৭৭ না বেঙ্ক পুম্নমক্তা শিজিন্নরিবা পৈশাগী চাদা ৪৮.৫ শিজিন্নখি। শোক ১৯৮৩ গী

অদুৱাইদদি, 'বৃটেন্দা' খ্বাইদগী চাওবা বেঙ্ক মরিনা, বেঙ্কতা 'ডিপোজিৎ' (deposit) তৌববা শেল পুম্নমক্কি চাদা ৯০ শিজিন্নৈ। ফ্রান্সতনা খ্বাইদগী চাওবা বেঙ্ক ১০ না বেঙ্ক পুম্নমক্তা 'ডিপোজিৎ' (deposit) তৌবা শেলফমগী চাদা ৮০ শিজিন্নৈ। হাযবিবা মতম অসিৱাইদা, কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা লৈবিবা 'অচৌবা বেঙ্ক' ১০০না, 'পৈশা শান্দোকপগী থবক তৌবিবশিংগী' (Financial operations) শিজিন্নবিবা পৈশাশিংগী চাদা ৮৫ দগী ৯০ ফাওবা শিজিন্নৈ।

'বেঙ্ককিংদা তাশিল্লকপা' (concentration in banking) হাযবা অসি 'ইন্দষ্ট্রিদা' থোক্লিবা অদুগা করিসু খেন্নদে। বেঙ্কিংদা 'তাশিল্লকপা' হাযনা খণ্ডনবিবা অসিদি, 'বেঙ্কমচা' ময়াম অম মখুৎ থদৎলকপা অদুবুনি। মখুৎ তৎলবা বেঙ্কশিং অসিনা বেঙ্ক অচৌবাশিংগা 'যানবা' (Agreement) শেমদুনা বেঙ্কিংগী লমদা (area দা) 'মোনোপোলি' শেমলকই। 'ইন্দষ্ট্রিদা' থোক্লকখিবগুম্না বেঙ্কিংদসু মখাদা পিবিবা 'মোনোপোলি' মখলশিং অসি থোবকই।

'বেঙ্কিং কার্টেল' (Banking Cartel): মসি বেঙ্ক কযানা পুন্সিল্লগা শেম্বনি। মেম্বরশিং অসিনা অমগা অমগা মতেং পাংনবদা যানৈ (agreeing to coordinate)। যানবিবা হিবমশিংদি, বেঙ্কশিংনা 'পিথোকখিগদবা শেলফমশিংদা' (liabilities) 'দায়ত্ত্ব' (responsibility) লৌমিন্নবা অদুগা 'থমজিল্লববা' (deposit) অমসুং বেঙ্কনা পৈশা শান্দোকপগী (loan) 'শেন্দোই' মান্নবা (identical interest rate) ওইহনবা অসিনি।

'বেঙ্কিং সিন্দিকেট' নৎত্রগা 'কোনজোর্টিয়ম' (Banking Syndicate or consortium): মসি বেঙ্ক খব পুন্সিল্লগা শেম্বনি। বেঙ্ক

অমখক্তনা পাংথোকপা ঙমলোইদবা, শেন্দোং য়াম্না লৈগদবা থবক খরা পাংথোকপা ঙম্লনবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা, সরকারগী 'লোন' (loan) ময়াম অম মীয়ামদা ফংহনবগী থবক (the floating of Government loans), পৈশা য়াম্না চংবা 'অপুনবা কারবার শেমগৎপগী' (The promotion of joint stock companies with a large capital), অসিনচিংবা থবকশিং অসিনি।

'বেঙ্ক ট্রস্ত' (Bank Trust): মসি অচৌ- অচৌবা বেঙ্ক ময়াম পুন্সিল্লগা (Merge), মখোয়গী অপুনবা কেপিটেল অদুনা থবক তৌবা (চল্লাইবা) বেঙ্কনি।

'বেঙ্কিং কনর্সন' (Banking concern): মসি 'মনিংতম্না থবক তৌরিবা বেঙ্কশিংগী' (Independent Banks) 'অপুনবা মরুপ' (Association) অমনি। অদুবু মসি, হায়রিবা 'মরুপ' অসিদা য়াওরিবা বেঙ্কশিং অসিগী 'অসুপ্পা ওইনা থবক তৌরিবা সিয়ারশিং' (controlling blocks of shares) অদুবু লৈশিল্লবা (purchase) অচৌবা বেঙ্ক অমনা, 'শেল পুথোক পুশিনগী অসুপ্পা' (financial control) ওইনা থবক তৌই। অরাইবা মওংদা অসুম্না হাযবা য়াই মদুদি, 'বেঙ্কিং কনর্সন' (Banking concern) হায়বা অসিবু **'control'** তৌরিবা বেঙ্ক অসিদি 'অচৌবা বেঙ্ক' অমনি, মসিনা 'কনর্সন' অসিদা য়াওরিবা বেঙ্ক পুম্নমক্তগী, খ্বাইদগী চাওবা 'সিয়ারশিংবু' (share) লৈশিনলি। খুদম ওইনা হায়ববদা, **'European Bank International'** মসিনা শিজিন্নরিবা পৈশানা ১১০.১ বিল্লিয়ন ডোল্লারনি, **'Associated Bank of Europe'** মসিনা শিজিন্নরিবা পৈশানা ৬৪.১ বিল্লিয়ন ডোল্লারনি, অসিনচিংবা।

## বেঙ্কনা নৌনা লৌখৎলক্লিবা থবক্কি মওংশিং।
## (The New Role of The Bank)

হৌগৎলকপদদি, বেঙ্কনা তৌবিবা থবক অসি কবিনো হাযবদা, পৈশা পিথোক-পিশিনগী থবক অসিনি (Intermediaries in payment)। কেপিটেলিজম্না মপুং-মবৈ ফাগৎলকপগা লোইননা, পৈশা পিথোক-পিশিনগী থবক অসি যাম্না পাকথোক-চাওথোবক্লে (credit operation expand)। অকক্লবা মতম অমদা (at a given time) কেপিটেলিস্ত অমগী মখুৎতা লৈবা পৈশা অদু শিজিন্নফম, মতম খবগী ওইনা লৈতবা মতাং অদুদা, মখোযদগী পৈশা অদু লৌথোক্লগা, 'বেঙ্কতা থমজিল্লগা' (deposit in the Bank), অতোপ্পা, মতম খবগী ওইনা 'শিজিন্ননবা পৈশা (**capital**) ,লৈতবা' কেপিটেলিষ্টশিংদা, পৈশা অদু শান্দোকই (loan)। মতাং অসিদা 'বেঙ্ককি শেন্দোং' (Bank profit) কবম্না তাল্লি হাযবগী মতাংদদি, অসুম্না হাযগনি মদুদি, '**deposit**' তৌববিবা কেপিটেলিস্ত অদুদসু বেঙ্কনা 'মথোই' (interest) পি, অদুগা বেঙ্কনা পৈশা শান্দোক্লিবা (loan) কেপিটেলিষ্ট অদুদগীসু 'মথোই' (interest) লৌই। তৌইগুম্বসুং, বেঙ্কনা পিখিবা 'মথোইদগী' মহাক্না ফংলিবা 'মথোইনা' হেন্না চাওহল্লি। মতৌ অসুম্না লৈবাক অমগী ইকোনোমিদা বেঙ্কনা লৌবিবা থৌদাং (Role) অসি অসুম অসুম চাওবা হেঙ্গৎলকই, মমৈদদি, বেঙ্ক যাওদ্রবদি লৈবাক অমগী ইকোনোমি পাইখৎপা (চল্লাইবা) শুকযা যাবক্তে। মতৌ অসুম্না ইন্দষ্ট্রি তৌবা কেপিটেলিস্তশিংবু, অচৌ- অচৌবা বেঙ্কশিং অসিনা, মখোযগী অপাম্বগী মতুং ইন্না থবক তৌহনলক্লে।

# শান্দোক্লিবা কেপিটেল অমসুং পৈশা শান্দোকপদা অচৌবা শক্তি পাইরিবা মীওই খুজোক খরগী মরুপ (Association)
## (Finance capital and Financial Oligarchy)

'লেনিন্না' 'ফিনান্স কেপিটেলগী' (Finance capital) মরমদা অসুম্না ইবিবমখি মদুদি, 'মফম খরা খক্তদা পোৎ পুথোকপা' (concentration of production), অসিগুম্বা ফিভম অসিদগী 'মোনোপোলি' থোরকপা, বেঙ্কশিংগা ইন্দষ্ট্রিগা পুন্না থবক তৌমিন্নবকপা (merging or coalescence of the Banks and industries), হায়বিবশিং অসি 'ফিনান্স কেপিটেল' (Finance capital) থোরকপগী ইতিহাসনি।

'বেঙ্কশিং অসিনা 'ইন্দষ্ট্রিগী' 'ললোন-ইতিক তৌবগী' (commercial activities), 'ট্রান্সপোর্টকি' (transport) 'ইন্সুরেন্সকি' (insurance) অমসুং অতৈ 'মোনোপোলিশিংগী' সিয়ারশিং (shares) লৈশিল্লগা, হায়রিবশিং অসিগা পুন্না 'মপু ওইমিন্নবা' (co-owners) ঔবকই। হায়বদি মথক্তা পল্লিবা কম্পানিশিং (companies) অসিদা বেঙ্কশিংশু যাওশিল্লকই হায়বনি। অদুগা মসিগী মতুং তারকপদা, 'ইন্দষ্ট্রি তৌবা মোনোপোলিশিংশু' (industrial monopolies) বেঙ্কশিংগী সিয়ারশিং (shares) লৈশিল্লগা, বেঙ্ককি থবক্তসু মখোয় য়াওশিল্লকই। মতৌ অসুম্না 'মোনোপোলিগী বেঙ্কশা' (monoplistic Bank), 'মোনোপোলি ওইবা ইন্দষ্ট্রিগা' (monopolistic industry) কেপিটেল পুক্সিন্নরগা থবক তৌমিন্নরকই (intertwining and coalescence take place)।

'বেঙ্ক' অমসুং 'ইন্দষ্ট্রি' অনিমক্কি কেপিটেল পুন্সিল্লকপগী মওং অসিদি, 'বেঙ্ক' তৌরিবা, 'ইন্দষ্ট্রি' তৌরিবা, 'ললোল-ইতিক' তৌরিবা অমসুং অতৈ 'মোনোপোলিশিংগী' মপুশিং অসি চপমান্নবা মীওই খরনা ওইরকপা অসিনি। মসিগী অর্থদি, মীওই খর খক্তনা, 'বেঙ্কসু' তৌবা, অদুগা অতৈ কারবারসু তৌবা অসিনি। খুদম হায়ববু, বেঙ্ককি মকোক ওইবশিং (heads of banks) অদুনা ইন্দষ্ট্রিশিংগী 'বোর্ড মেম্বরসু' (Board members) ওইশিনবা অসিনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিনা শেন্বা 'য়ুম্ফমদগী' 'ফিনান্স কেপিটেল' (financial capital) হায়বা অসি থোরক্লিবনি। অসিগুম্বা 'ফিনান্স কেপিটেল' (finance capital) অসিগী 'শক্তি' অসি করিনা মশক তাকপা য়াবগে হায়ববু, অয়াম্বা কারবার পুম্নমকপু, 'পৈশা শান্দোকপদা অচৌবা শক্তি পাইরিবা মীওই খুজোক খরা' (finance oligarchy) অসিগী খুবাম মনুংদা থমলকপা অসিনি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা 'রাজনীতিগী শক্তিসু' পাইশিল্লকই (কেপিটেলিষ্ট সমাজদা য়াওরিবা 'রাজনীতি' অসি '**capitalist politics**' হায়না কৌবসু য়াই) মসিদদি 'পৈশা পাইবশিংবু' ভোটতা ইন্থুবা ঙমদবনিনা, ভোট কারক্লগা 'রাজ-নীতিগী শক্তি' পাইরক্লগা লৈবাক্কি 'সাসন' তৌরকই। অমসুং 'ইকোনোমিগী শক্তিসু' (Economic power) মখোয়গী খুবাম মনুংদা থমজিল্লকই। তশেংনমক্কি হায়রুরবদি মখোয়শিং অসি কেপিটেলিষ্ট সমাজগী মনুংদদি 'নিংথৌ' ওাক্তনি হায়বা য়াই। মখোয়শিং অসি মরল মথুম য়াম্না লৈবতা নৎতনা, কেপিটেলিষ্ট সমাজগী মনুংদা য়াওরিবা আইনশিংনা মখোয়বু ইরাই লাইনা শোকপা ঙমদে।

অসিগুম্বা মীওইশিং (oligarchy) অসিগী মশক নাইবা শক্তম অমদি, 'পৈশা শান্দোকপা মোনোপোলিগী কাংলুপ' (mono-poly finance group) অসিনি। শোক ১৯৮৩ গী অদুৱাইদদি, ইউ:এস:এ:গী ইকোনোমিগী মবাইবক অসি 'পৈশা শান্দোকপা কাংলুপ' (finance group) ১৮ না লেপই। মখোযশিং অসিনা বিল্লিযন ডোল্লাব ৬৭৪.৪গী মপু ওই। মসিগী মনুংদা বিল্লিযন ডোল্লাব ৩১৯.৫ অসিনা বেঙ্কতা শিজিন্নবম্মি অদুগা বিল্লিযন ডোল্লাব ৩৫৮.৯ না ইন্দষ্ট্রি (industry), ললোন-ইতিক (commerce) অমসুং 'সেবাগী' (services) হিবমশিংদা শিজিন্নবমখি। খ্বাইদগী চাওবা **'finance group'** শিংগী মনুংদা, 'মোর্গানশিং' (Morgans), 'বোক ফেল্লবশিং' (Rockefellers), 'কালিফোর্নিযা' (Carlifornia) অমসুং 'চিকাগোগী কাংলুপশিং' (chicago group) অসিনি।

'মোর্গানগী শক্তিনা কোল্লিবা মফমশিংদি' (The morgan sphere of influence) 'যোৎ' অমসুং 'স্তিল ইন্দষ্ট্রি' (Iron and steel Industry), কেমিকেল ইন্দষ্ট্রি' (Chemical industry), 'মোটব' (motor), 'ইলেক্ট্রিক্কি খুজু-খুলাইশিং' (Electrical Engineering), 'ইলেক্ট্রোনিক্স' (Electronics), 'ববৰগী ইন্দষ্ট্রি' (Rubber industry) অসিনচিংবনি। হাযবিবা কাংলুপ (group) অসিগী 'অপুনবা মবল' অসি বিল্লিযন ডোল্লাব ১৬৭.৫ নি। মসিগী মনুংদা বিল্লিযন ডোল্লাব ৫৪.৭ না মখোযগী বেঙ্কশিংদা শিজিন্নবি, অদুগা বিল্লিয়ন ডোল্লাব ১১২.৪না মখোযগী 'ইন্দষ্ট্রি' 'ললোন-ইতিক' (commerce) অমসুং 'সেবাগী' (services spheres) হিবমদা শিজিন্নবি ১৯৮৩।

'রোকফেল্লারগী কাংবুনা' মখোয়গী শক্তি শিজিন্নরিবা মফমশিংদি (Rockefeller sphere of interest), থাও (oil), এরোপ্লেন শাবা (Aviation), চে-শাবা (pulp and paper), কেমিকেল ইন্দষ্ট্রি' (Chemical industry) অসিনচিংবনি। হায়রিবা 'কাংলুপ' (group) অসিনা, শিজিন্নবিবা পৈশাদি বিল্লিয়ন ডোল্লাব ১২৪.৬ নি। মসিগী মনুংদা বিল্লিয়ন ডোল্লাব ৬৭.৪ না মখোয়গী 'বেঙ্কশিংদা' শিজিন্নে অদুগা বিল্লিয়ন ডোল্লাব ৫৭.২না মখোয়গী ইন্দষ্ট্রিদা শিজিন্নে। (১৯৮৩)।

'কালিফোর্নিয়া মোনোপোলি ফিনান্স কাংলুপ্না' (The California monopoly Finance group) থবক তৌরিবা মফমশিংদি (Sphere of interest) 'থাও' (oil), 'স্পেসতা পাইবগী' (Aero-space), 'ইলেত্রিক্কি মপোৎ-মচৈ শাবা (Electrical Engineering) অমসুং ইলেক্ত্রোনিক্সকি ইন্দষ্ট্রিশিংদা (Electronics industry) অসিনচিংবনি। হাযবিবা কাংলুপ অসিনা শিজিন্নবিবা পৈশানা বিল্লিযন ডোল্লার ৬৬.৭নি। মসিগী মনুংদা মখোযগী বেঙ্কশিংদা বিল্লিয়ন ডোল্লাব ৪৫ শিজিন্নে অদুগা মখোয়গী ইন্দষ্ট্রিদনা বিল্লিয়ন ডোল্লাব ২১.৭ শিজিন্নে।

'চিকাগো মোনোপোলি-ফিনান্স কাংলুপশিংনা' (The chicago monopoly Finance groups) কোল্লিবা হিরমশিংদি (sphere of interest) 'য়োৎ অমসুং স্তিলগী ইন্দষ্ট্রি' (Iron and steel industry) 'থাও' (oil), 'ইলেত্ত্রিক্কি মপোৎ-মচৈ শাবা' (Electrical Engineering) অমসুং 'চিঞ্জাক্কি ইন্দষ্ট্রিশিং' (Food industry) অমসুং 'লৌউ-শীংউগী মেছিনশিং' (Agricultural machinary)। মখোয়না শিজিন্নরিবা পৈশানা বিল্লিযন ডোল্লার ৫৫নি।

মসিগী মনুংদা বিল্লিয়ন ডোল্লার ১৭.৪ না মখোয়গী 'বেঙ্কশিংদা' শিজিন্নৈ, অদুগা বিল্লিয়ন ডোল্লার ৩৭.৬না মখোযগী ইন্দষ্ট্রিশিংদা শিজিন্নৈ। (১৯৮৩)

'জাপান্দনা' (In japan), মিটসুই (Mitsui) অমসুং 'মিটশুবিশি' (Mitsubishi) হায়বা ফিনান্স কাংলুপশিং' (Finance group) অসিনা খুদুম চল্লিবা 'ইকোনোমিগী মশাশিংদি' (Branches of Economy) 'য়োৎ শুংদোকপা' (Metallurgy), 'ইঞ্জিনিয়ারিং অমসুং ইন্সট্রুমেন্ট' শাবা' (Engineering and instrument making), কেমিকেল ইন্দষ্ট্রি' (chemical industry), 'পোৎ হোন্দোক হোঞ্জিনগী থবকশিং' (Freight Transfers) 'বেঙ্কি' থবকশিং অমসুং 'ইন্সুরেন্সকি' থবকশিং (Banking and insurance), 'ললোন-ইতিক' (Trade) 'পোৎ থমফমশিং' (Storage) অসিনচিংবনি।

কেপিটেলিস্ত লৈবাকশিংদা (Capitalist countries) 'অচৌবা পৈশা শান্দোক্লিবা মীওই খবগী মরুপ' (financial oligarchy) অসিনা 'বাজনীতি' অমসুং 'ইকোনোমিবু' (politics and economy) খুদুম চনবা হাযবা অসি মতম পুন্নমক্তা থোকই। 'ফিনান্সিয়েল ওলিগার্কিনা (financial oligarchy না) 'পোলিটিক্সপু' (বাজনীতিবু) খুদুমচনবা মরম্মা, 'সবকাবনা শিজিন্নরিবা লোইশংশিংগা' (State machinary) 'লন্নাই ওইরিবা' (সরকারগা মরি লৈনদবা) 'মোনোপোলিশিংগা' অমত্তা ওইনা পুন্সিল্লকই (monopoly merge with state machinaries) অসিগুম্বা ফিভম অসিদগী 'স্তেত মোনোপোলি কেপিটেলিজম' (state monopoly capitalism) হায়বা অসি থোরকই।

## ৩ - কেপিটেলবু মপান্দা থাদোবকপা
## (The export of capital)

'ইম্পেবিয়েলিজমগী' (Imperialism) মমাঙদদি, লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগগী মবক্তা লৈনবম্বা 'ইকোনোমিগী মরি' (economic link) অসিদি, 'মীবৈবাক্কা তৌনবা কাববাব' (Foreign Trade) অমসুং 'কোমোডিটিশিং থাদোক-থাজিন তৌনবা' (Export and import of commodities) অসিনা ওইবম্বনি, অদুবু 'ইম্পেবিয়েলিজমগী' মখাদদি, হান্নগী লৈবমলিবা অদুগী মথক্তা, 'কেপিটেলবু মপান্দা থাদোকপা' (Export of capital) হায়বা অসিনা মরু ওইবা মচল অমা ওইবক্লি। 'কেপিটেলবু মপান্দা থাদোকপা' (Export of capital) হায়বা অসি অতৈ কবিসু নত্তে, মসিদি, লৈবাক অমগী 'মোনোপোলিশিংগী' (monopolies) অমসুং '**Financial oligarchy**' গী কেপিটেলশিং অতোপ্পা লৈবাকশিংদা, 'মোনোপোলিগী শেন্দোং' (monopoly profit) হেঙ্গৎহন্নবা; অদুগা 'মোনোপোলিশিংনা' 'মীবৈবাক্কি কৈথেল্লশিং' (Foreign markets) মুন্নবকপদা খুদোংচাবা লৌননবগীদমক; লৈবাকশিং অমগী 'ইকোনোমি' অমসুং 'রাজনীতিগী' (economic and political) ফিভম ফগৎহন্নবগীদমক থৌবাং তৌবদা শিজিন্নবা উপায (means) অমনি। অসিদসু নৎতনা, মরু ওইবা 'ইম্পেবিয়েলিষ্ট লৈবাক' (imperialist countries) খরনা মালেমগী লেমহৌরিবা 'চাওখৎলক্লিবা কেপিটেলিস্ত লৈবাকশিংদগী' (Developing capitalist countries)

'ওৎ-নৈদুনা' (exploit) শেন্দোং হেন্না ফংননবগী থৌবাংসু ওই। অচম্বা ৱাহৈদা, 'ইনাকখুনবা মোনোপোলিশিংনা' মখোযগী শেন্দোং হেন্না ফংনবগীদমক, অমসুং মখোযগী লৈবাক অদুগী 'ইকোনোমি' অমসুং 'বাজনীতিগী' ফিভম হেন্না ফগৎহন্নবগীদমক, মখোযগী 'অহেনবা কেপিটেল' (surplus capital) অদু 'চাওখৎলক্লিবা মীবৈবাক্তা' থাদোবকপনি।

'কেপিটেল' থাদোবকপা মতমদা, 'থাদোক্লিবা লৈবাকশিং' (exporting countries) অদুগীসু, অদুগা 'কেপিটেল লৌবিবা লৈবাকশিং' (Importing countries) অদুগীসু মাঙজবা (disadvantage) অদুম লৈ হাযনা লৌবা যাই। মবমদি 'থাদোবক্লিবা লৈবাকশিংগীনা' (Exporting countries) মখোযদগী 'কেপিটেল' থাদোকখ্রবনিনা মখোযগী লৈবাক্তা 'অনৌবা ইন্দষ্ট্রি' লিংখৎপা নৎত্রগা হান্নগীদু 'চাওথোকপগী' ৱাফম লৈত্রে। মসিনা মবম ওইদুনা অনৌবা শিনমী কয়া থবক ফংবগী ৱাফম লৈত্রে। মসিগীদমক শিনমীশিংনা মখোযগী লৈবাক্কি 'মোনোপোলিশিংবু' যান্না শাওই। মসিগী মযেক লাববা খুদমদি, 'ইনাকখুনবা লৈবাকশিংগী' (G-20) মিটিং তৌফমশিংদা ইম্পেবিযেলিষ্ট লৈবাকশিংগী শিনমীশিংনা 'অচৌবা অন্দোলন' (movements) তৌবা ঐখোযনা উবিবসিনি। অদুগা 'কেপিটেল লৌবিবা লৈবাকশিংগীনা' (Importing countries) মখোযনা লৌকবিবা 'কেপিটেল' অদুনা লিংখৎপা ইন্দষ্ট্রিশিংদা, শিনমীশিংনা শেম্বা 'অহেনবা মমল' (surplus value) অদু লৈবাক অদুদা লৈহনবা ঙমদে - কেপিটেল থাদোবক্লিবা লৈবাকশিংদা চৎখি।

'মপান্দা কেপিটেল থাদোকপা' (export of capital)

অসি মখল অনিথোক্লা উবা যাই। অমনা, 'পৈশা ওইনা থাদোকপা'. মসিগী মতাংদনা (case), 'কেপিটেল লৌবিবা' (importing country) অদুনা, পৈশা অদু মহাক্লা অপাম্বা মওংদা শিজিন্নবা যাবা অসিনি। অদুগা অতোপ্পা মওং অমনা, 'পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নগদবা মেছিনশিং' ওইনা পিবকপা অসিনি। অমবু ওইবে অমবু ওইবে, 'থাদোবক্লিবা' অসি (export) কেপিটেলিনি শেন্দোইগীদমক্তনি। মসিসু 'পৈশা' (capital) ওইনা ফংবা যাই, অদুগা 'পোৎ' ওইনা ফংবসু যাই। অদুবু 'কেপিটেল থাদোক্লিবা' লৈবাকশিংগী' 'মোনোপোলিশিংনা' 'শেন্দোই' ফংবা হাযবা অসিদি শুংশোই শোইদ্রে।

'বুর্জুৱা ইডিওলোজিষ্টশিংনা' (Bourgeois ideologists) অসুম্না উৎনবা হোৎনৈ মদুদি, 'লাইববা লৈবাকশিংদা' (developing countries) 'ইনাকখুনবা লৈবাকশিংনা' (developed countries) 'কেপিটেল' থাদবিবা অসি 'মতেং' (Aid) পীবিবনি৷ মসি 'লাইববা লৈবাকশিংদা' (developing countries) 'কান্নজবো (Boon) হাযবগা চপমান্নে। অদুবু মসিদি অচুম্বা নত্তে, মবমদি, মতেং হাযবা অসিগী মতুংদা 'শোন্দোই' হাযবা অসি যাওবি, অমসুং মসিনা তাক্লিবদি 'ওৎপগী' (exploit) ৱাফম যাওবি। 'শেন্দোই' ফংলোইদৌবা মফমদা কৈদৌঙেদসু 'ইনাকখুনবা লৈবাকশিংনা মতেং' পিদে।

'মীবৈবাক্তগী পৈশা লৌবিবা লৈবাকশিংনা' (importing capital countries) মসিগী 'কান্নবা কান্নদবা' মবম লৈ। 'কান্নবগী মতাংদনা' অসুম্না হাযগনি মদুদি, 'পোৎ পুথোকপদা' কেপিটেল চংই- মখোয় অদুদি, 'হোংদবা কেপিটেল' (constant

capital), 'অহোংবা কেপিটেল' (variable capital), 'লেংদবা কেপিটেল' (fixed capital) অসিনচিংবা। হায়রিবা 'কেপিটেলশিং' অসি লৈত্রবদি পোৎ পুথোকপা য়াদে। 'লাইরবা লৈবাকশিংদদি' হায়রিবা 'কেপিটেলশিং' অসি লৈতে। পোৎ পুথোক্রবদি সমাজ অম হিংবা ঙমদবনিনা অতোপ্পদগী কেপিটেল 'পুরগা' (loan লৌরগা) পোৎ পুথোক্লবা হোৎনবদা করিসু অকাইবা লৈতে হায়না লৌবা য়াই। অদুগীসু মথক্তা, 'পোৎ পুথোকপগী থবকশিং অসিদগী' (production process) লৈবাক অদুগী মীওইশিংগী (প্রজাশিংগী) 'মীওইবা অমা ওইবগী গুনশিং' (human essence) অদু হেঙ্গৎহনগনি। 'হিংবদা শিজিন্ননবা পোৎ-চৈ' (material wealth) লৈবাক অদুদা ফংহনবা অমসুং মীয়ামগী 'মীওইবগী গুনশিং' হেঙ্গৎহনবগীদমক 'মমল' খরা পিবা (মসি লৈবাক অসিনা পিরিবা শেন্দোই অদুনি ) হায়বা অসিদা কবিসু অকাইবা লৈতে হায়গনি।

'কান্নদবগী মতাংদনা' অসুম্না হায়গনি মদুদি, করিগুম্বা 'পৈশা পুরিবা লৈবাকশিং' (capital importing countries) অদুগী 'সরকার' অদুদা 'করপসনগী' (corruption) চাং অসি য়াম্না ৱাংনা লৈরবদি, 'পুরুরিবা পৈশা' অদু পোৎ-চৈ পুথোকপদা অমসুং 'ইনফ্রা স্ত্রকচর' (Infra structure) শেমগৎপদা 'শিজিন্নদদুনা' লৈবাক অদুগী মন্ত্রিশিংনা (ministers) অমদি 'ব্যুরোক্রেটশিংনা' (Bureaucrates) মরন্নাইগীদমক শিজিন্নথোক্লবদি, লৈবাক অদু, হান্না ৱারিবা অদুদগী অমুক্কসু হেন্না অৱাবা নংগনি। মসিগুম্বা 'অশোনবা লৈবাকশিংগীদমক্তদি' অতোপ্পা লৈবাক্তগী পৈশা পুবগী মহুৎতা, ৱারবসু ৱানা 'মশামক্কি কেপিটেল' (own capital) শেমগৎচবনা হেন্না অফবা ওইগনি। তৌবতবু 'মপুং-মরৈ ফাগৎলকপগী

লমজেলদদি' (competion for development) মনিংদা লৈহৌরগনি। মসিনসু অমুক লৈবাক অদুবু খুদোংথিবা মাইয়োকনহনগনি। মরম অদুনা লৈবাক অমগী 'ইকোনোমি ফহনবা' হায়বা অসি, লৈবাক অদুদা লৈরিবা 'করপসন' অদু তঙাইফদনা হন্থহনবা য়াম্না দরকার ওই। মসিগী থবক অসিদি 'রাজনীতিগী' থবক্নি। মসিদা মাইপুননা লুচিংগদৌরিবা 'রাজনীতি' অদুদি 'সোসিয়েল সাইন্সতা' (Marxism Leninism) য়ুম্ফম ওইগদবনি অমসুং হায়রিবা 'সাইন্স' অসি 'মতমগী অহোংবগা' চাননা লেপ্তুনা 'develop' তৌগদবনি নংত্রবদি কান্নবা ফংলোই।

মালেমগী ওইনা 'কেপিটেল থাদোকপগী' (capital export) হিরম অসিদা মাঙজিল থারিবা অসি 'ইউ:এস:এ:' নি। শোক ১৯৭৯ দা লৈবাক অসিনা 'থোদোক্লিবা কেপিটেল' অসি চাওরাক্লা বিল্লিয়ন ডোল্লার ১৮০ নি (কোটি ১,৮০০)। হাযরিবা শেনফম অসি মালেমগী 'অপুনবা থাদোক্লিবা কেপিটেলগী' (Total export capital of the world) চাদা ৬২.৫ নি। শোক ১৯৮৩ ফাওবদা হায়রিবা ফিভম অসি হোংদে। কেপিটেল থাদোকপগী' থবক অসি 'ইউ:এস:এ: খক্তা নত্তে, 'কেপিটেল থাদোক্লিবা ইম্পেপবিয়েলিষ্ট' লৈবাক ময়াম অম লৈবনিনা, মখোয়শিংশিগী মরক্তা 'হিদান্নবা' (competition) অসি থোকই। অসিগুম্বা 'হিদান্নবা' অসিনা কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈবিবা 'য়ানদবা' (contradiction) অসি 'তমথিবা' হেঙ্গৎহল্লি।

কেপিটেলিষ্ট মরুপশিংগী মরক্তা,

ইকোনোমিগীদমক, মালেম্বু খায়দোকপা।

## (The economic Devision of the world between capitalist Alliances)

কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদা (capitalist countries) 'মোনোপোলিশিংনা' মাগী 'লৈবাক্কি কৈথেলদা' (Domestic market) কনাগুম্বা অমত্তা চংহন্দনা, মখোযগী পোৎ 'মমল তাংনা' যোল্লি অমসুং 'শেন্দোং' যাম্না ফংই। মসিগীদমক্তা মোনোপোলিশিংনা মীবৈবাক্কি পোৎ-চৈ অমা ফাওবা মখোয়গী লৈবাক্তা 'চংহন্দনবা' হোৎনৈ। মসিগীদমক্তা মখোযগী 'সবকাবনা' (সবকাব অসি মখোযনা শেমজবনি)। মীবৈবাক্কি পোৎ-চৈ চংলকপদা 'কস্তমগী-টেক্স' (custom duties) যাম্না চাওনা লৌই, কবিগুম্বা মতমদদি, অখন্নবা পোৎ-চৈ খবদি মখোযগী লৈবাক্তা শুংচংবু চংহন্দে। কবিগুম্বা মতমদদি, 'কস্তমগী-টেক্স' অসি পুশিল্লক্লিবা পোৎ অদুগী মমলদগী শরুক ৩ নত্রগা ৪ ফাওবা হেঙ্গৎনা লোই। মতৌ অসুম্না মীবৈবাক্কি পোৎ- চৈ মখোযগী কৈথেলদা চংহন্দে।

অদুবু মশাগী লৈবাক্কি কৈথেলদি (Domestic market) 'চাওদবনিনা', পোৎ পুম্নমক মখোযগী কৈথেলদা যোনবা ঙমদে। মবম অদুনা 'মীবৈবাক্কি কৈথেলদা' (Foreign market) যোন্দবা যাবক্তে। অদুবু মসি পাংথোকপদি অবাইবা নত্তে মবমদি মীবৈবাক্কি কৈথেলশিংশু অতোপ্পা মীবৈবাক্কি পোৎ-চৈ অমত্তা চংহন্দনবা হোৎনবিবনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা 'কেপিটেল থাদোকপা' (capital export) হাযবা 'উপায' অসি শিজিন্নদুনা, 'অৱাংবা কস্তমগীপলি' (High customs duty) অদু লাম্থোক্লবা হোৎনৈ। হাযবিবা 'উপায' অসি শিজিন্নদুনা, মীবৈবাক্তা অচৌ- অচৌবা 'শিনশংশিং' (Factories, Enterprises) লিংখৎতুনা, পোৎ-চৈ

অসুক্কি মতিক য়াম্না পুথোকই অমসুং মমল হোংনা য়োন্দুনা লৈবাক অদুগী কৈথেল অদুবু খুদুম চনশিল্লি। য়াম্না হোংবা মমলদা (করিগুম্বা মতমদা, পোৎ অদুগী অশেংবা মমলদগী যাম্না তাথনা) অতোপ্পা লৈবাক্কি কৈথেলশিংদা থাজিন্দুনা, কৈথেলশিং অদুবু খুদুমচন্নবা হোৎনৈ। মসিগী মতৌ অসিবু 'ডমপিং' (Dumping) হায়বগা খঙনৈ। মসিগী মতুংদা মমল অমুক হেঙ্গৎহন্দুনা, হান্নগী অমাংবা (loss) অদুবু অমুক কুপখৎলি।

মতৌ অসুম্না 'মীবৈবাক্কি কৈথেলশিং' (Foreign market) মুন্নবকপদগী; 'বো মেটবিযেল' (Raw material) ফংনবগী মুন্নরকপা; অদুগা 'পৈশা শান্দোকফম' (sphere of investments) মুন্নবকপা অসিনা, মালেম অসিবু মোনোপোলিশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী কাববাবগীদমক 'যেন্থোক্লবকই' (divided among themselves)। মতৌ অসুম্না 'মোনোপোলিশিংনা' মখোযগী পোৎ য়োনফম অসি মখোযগী লৈবাকশিংদগী হেন্দোবক্তুনা 'মীরৈবাক্কি কৈথেল' লানশিন্নবক্লবা মতম অসিদদি, 'পৈশা তাশিল্লকপা' অমসুং 'মফম খজিক্তদা পোৎ পুথোবকপগী' (concentration of capital and production) অনৌবা 'থাঙখাং' (stage) অমদা হায়গৎলক্লে। ফিভম অসিদা ওইবিবা 'মোনোপোলি' অসিবু 'লেনিন্না' 'কা হেন্না চাওববা মোনোপোলি' (super monopoly) কৌরমখি।

'ট্রস্তশিংনা' (Trusts) নৎত্রগা 'সিন্দিকেটশিংনা' (syndicates) কেপিটেলিস্তকি সংসার (capitalist world) অসিদা, মখোযনা 'পোৎ পুথোকপগী অকক্লবা মশা অমদা' (in a particular branch of production) 'মরুওইবা থৌদাং অম' (a decisive role) লৌবক্লবা মতমদা, 'জাতিশিংগী ওইবা

মোনোপোলিশিং (International monopolies) শেমগৎলকই। 'জাতিশিংগী ওইবা মোনোপোলিশিং' (International monopolies) অসিদা যাওবিবা অসিদি, তোঙাল তোঙালবা লৈবাকশিংগী, 'অচৌবা মোনোপোলিশিংগী' মবক্তা, 'কৈথেল যেন্থোক্লবগী' (Division of markets); 'বো মেটবিযেলগী লৌফম যেন্থোক্লবা' (Division of the sources of Raw materials); 'পোৎ পুথোকপগী চাং (scale of production) লেপথোকপগী; 'মমল লেপ্পগী ৱাখল্লোলদা' (price policy) অমদি 'হিবম কযাদা যানবশিং' (Agreements on many other areas) অসিনচিংবনি।

খ্বাইদগী ইহান হানবা 'জাতিশিংগী ওইবা মোনোৱ পোলিশিং' (International monopolies) অসি শোক ১৮৬০ গী চহিশিংদগী ১৮৮০গী চহিশিং ফাওবগী মনুংদা থোবকপা হৌবকখবে। শাতাব্দি ১৯গী লোইবকপা অদুৱাইদদি, মখোযগী মশিং অসি ৪০ বোম শুবে। 'অনিশুবা মালেমগী লাঞ্জাও' (Second world war) তৌবমদাইগী অদুৱাইদদি, মশিং অসি ৩০০ লোম শুবে। শোক ১৯৮৩গী মতম অদুৱাইদদি 'অচৌবা জাতি মযামগী মোনোপোলিশিং' (multi-nationals হাযবগা খঙনবে) অসিগী মশিং অসি ৩০০ লোম শুবে। মখোযনা 'কেপিটেলিষ্টকি সংসাবদা' (capitalist world) 'পুথোক্লিবা অপুনবা পোৎ-চৈগী' শরুক মবি থোকপগী অহুমদি মখোযনা পুথোক্লে। মতম কুইববগী মমাঙদা লৈনিন্না উৎলমখ্রে মদুদি, 'অহানবা মালেমগী লাঞ্জাও' (world war I) মমাঙদা 'ইলেক্ট্রিক্কি মপোৎ মচৈশিং' (Electrical Engineering) পুথোকপগী থবকশিং অসি 'জর্ম্মনিগী' (Germany) 'A.E.G.' অমসুং 'ইউ:এস:এ:গী' GEC

(General Electric company) অসিনা 'মোনোপোলি' লৌবম্মি (monopolised)। মখোয অনি যানবগী মতুং ইন্না 'জর্ম্মনগী' কম্পানি অসিনা 'ইউবোপ' অমসুং 'রুশিযাগী' লৈবাকশিংদা মখোযগী পোৎ 'শাবা' অমসুং 'যোনবা', অদুগা 'ইউ:এস:এ:গী' '**GEC**' (General Electric company) অসিনা 'অমেবিকা মহাদেশকি' (American continent) মফমশিংদা 'শাবা' অমসুং 'যোনবগী' হিবমশিংদা যানবম্মি।

থাওগী (oil) মতাংদনা, 'স্তেন্দার্দ ওইল' (standard oil) হাযবা অমেবিকাগী কম্পানি অসিগা 'বোযেল দটচ শেল' (Royal dutch shell) হাযবা 'এঙ্গলো দটচ ওইল কম্পানি' (Anglo-dutch oil company) অনি অসিনা 'থাও যোনফম' যেন্নবমখি।

'অনিশুবা মালেমগী লাঞ্জাও' (World war II) মতুংদা, 'কাহেন্না চাওববা মোনোপোলিশিং' (super monopolies) অসিগী অমুক্কসু 'মপুং-মবৈ ফাগৎলকপগী (develop) অনৌবা শক্তমশিংদি, 'ইম্পেবিযেলিষ্ট শক্তিশিংগী' (Imperialist powers) মবক্তা, 'মালেমগী কৈথেল' (World market) পুন্নমক মখোযগী মবক্তা 'যেন্থোক্ক বগী অযাবা' (Agreements on distribution) শেমলকপা অসিনি। মতৌ অসুম্না 'ইউবোপকি কযলা অমসুং স্তিলগী কাংলুপ' (European Coal and steel community) শেমলকপা অসিনি। মসিনা কোম্সিল্লিবা লৈবাকশিংদি, 'ফ্রান্স' (France) '**FRG**' (Federal Republic of Germany নোংচুপ জর্ম্মনি), 'বেলজিযম' (Belgium), 'হোল্লেন্দ' (Holland), 'লক্সেমর্বক' (Luxembourg), অমসুং 'ইটালিনি' (Italy)। মসিগী মতুংদা 'ইউবোপকি ইকোনোমিগী কাংলুপ' (European

economic community), মসিবু, 'অপুনবা কৈথেল' (common market) হায়বগসু খঙনৈ। মসিনা কোল্লিবা লৈবাকশিংনা, **FRG** 'ফ্রান্স', 'বেলজিযম', 'লক্সেমবর্গ' (Luxembourg), 'হোল্লেন্দ', 'বৃটেন', 'ডেনমার্ক' অমসুং 'আইবলেন্দ' (Ireland) অসিনি। অদুগা 'ইউবোপকি মনিংতম্বা কাববারগী মকুপ' (European Free Trade Assocition) অসি থোরকখি। মসিনা কোল্লিবা লৈবাকশিংদি, 'অষ্ট্রিযা' (Austria), 'বৃটেন,' 'ডেনমার্ক (Denmark), 'নোবৱে' (Norway), 'পোর্টুগেল' (Portugal), 'স্নুইজবলেন্দ' (Switzerland) অসিনি।

কেপিটেলিস্ত লৈবাকশিংদা (capitalist countries) 'থোং মান্নদনা চাওখৎপা' (Uneven development) লৈবা মবম্না, মোনোপোলিশিংগী মবক্তা লৈবিবা 'শক্তিগী খল' (Balance of power) অসি 'হোংদুনতা লৈ' (constantly changing)। মতম খবগী মতুংদদি, 'ট্রান্সনেসনেল' অমসুং 'মলটিনেসনেল' মোনোপোলিশিং (Transnational and Multinational monopolies) থোবকপা হৌবকখবে। 'ট্রান্সনেসনেল মোনোপোলিশিং' (Transnational monopolies), মখোয়শিং অসিগী 'কেপিটেল' অসি 'জাতি' (Nation) অমগী ওইবা অদুগা 'পোৎ পুথোকপা অমসুং য়োনবগী হিবমদনা' (in terms of production and commercial activities) তোঙাল তোঙালবা লৈবাকশিংদা ওইবা অসিনি। খুদম হায়ববু **'Ford Motors'** হায়বা কম্পানি অসিগী 'কেপিটেল' অসি 'ইউ:এস:এ:', অদুগা মসিনা, পোৎ পুথোক্লিবা অমসুং কারবাব তৌবিবা মফমশিংদি তোঙান তোঙানবা লৈবাক কুম্থাগী মথক্তা ওইবি। অদুগা 'মলটি নেসনেল মোনোপোলি'

(Multinational monopoly) হায়বা অসিনা, মখোয়গী 'কেপিটেল' অসি 'লৈবাক অমখক্তদগী ওইদে' অদুগা পোৎ পুথোকপা অমসুং কারবার তৌবদি, লৈবাক কয়াদা তৌই। খুদম ওইনা হায়রবদা, 'ইম্পেরিয়েল টোবেক্কো কম্পানি' (Imperial Tobacco company) হায়বা অসি 'মলটি নেসনেল মোনোপোলি' ওই, মরমদি, মসিগী কেপিটেল অসি 'ইউ:এস:এ:' অমসুং 'বৃটেন' হায়রিবা লৈবাক অনি অসিগীনি। কম্পানি অসিগী 'পোৎ পুথোকপা অমসুং য়োনবগী' থবক অসি মালেমগী লৈবাক অয়াম্বদা তৌই। ভারত্তা মসিগী কম্পানি অসিনা, 'গোলড ফ্লেক' (Gold fake) অমসুং 'কেপস্তেন' (capstan) হায়বা অহাওবা চুরুটশিংদু শারমখি। (মনিপুরদা মতম অমদা মীয়াম্না য়াম্না পাম্না থক্লখিবা, অহোঙবা মমলগী চুরুট 'অকবর শাহ' (Akbar shah) হায়বা অদুসু হায়রিবা কম্পানি অসিনা শাখিবনি।)

## ইম্পেরিয়েলিজম হায়বা অসি মোনোপোলি কেপিটেলিজম্নি।

### (Imperialism is Monopoly capitalism)

'মোনোপোলি কেপিটেলিজমগী' (Monopoly Capitalism) মরমদা 'লেনিন্না' (Lenin) 'মরু ওইবা শক্তম' (Important features) খরা থম্বিরমখি, মখোয় অদুদি:

'অহানবদা': 'মোনোপোলি' (Monopoly) হায়বা অসি 'পোৎ পুথোকপগী চাং অসিনা মফম খরখক্তদা ওইরকপগী মওং অসিনা য়াম্না হেঙ্গৎলক্লবা মতমদা' (When concentration

of production reached a very high degree) পোল্লকখিবনি। 'মোনোপোলিগী মরুপ' (Monopoly Association) শেমলকপা অসিদগী 'ইকোনোমি' অমসুং 'লৈঙাক সাসন্দা' (Economic and political affairs) মসি যাওদবা যাদবা অম ওইবল্লি।

'অনিশুবদা': 'মোনোপোলি' থোবকখিবা অসি 'বেঙ্কনা' ইচম চম্না পৈশা পিথোক-পিশিন তৌবম্বদগী ( modest intermediaries) 'যাম্না মপাঙ্গল লৈবা, শেল শানবা মফমশিং' (Omnipotent Financial centres) ওইবকপদগীনি। 'কেপিটেলিস্ত লৈবাক' খুদিংমক্তগী 'বেঙ্ক চলাইবিবা শেনফমগা ইন্দষ্ট্রি চলাইবিবা শেনফমগা পুন্সিন্নবকখ্রে। মসিগী অপূনবা শেনফম অসি লুপা ক্রোব কযা কয়াগীনি। মবম অদুনা 'ক্রোবপতিশিংনা' (Billionaries and Millionaries) ইন্দষ্ট্রিশিংবু পাযশিনবতা নৎতনা 'লৈঙাক সাসনসু' (state সবকাবসু) পাযশিল্লকখি।

'অহুমশুবদা': 'মোনোপোলিশিং' অসিনা 'বো মেটবিযেলগী' (Raw material) ফংফম (sources) পুম্নমকসু পাযশিল্লকখি। 'পোৎ যোনফম খুদিংমক' অমসুং 'পৈশা শান্দে দাকফম খুদিংমকপুসু' (sales market and investment spheres) পাযশিল্লকখি। মখোযগী 'ইথিল' (influence) অসিনা লৈবাক অমখকপু নৎতনা 'মহাদেশশিংবুসু' (Even the whole continent) পাযশিল্লকই। মসিনা মবম ওইদুনা, 'কেপিটেলিস্তকি সংসাব' (capitalist world) অসিদা 'যানদবগী' (contradiction) ফিভম অসি তমথিবা (exacerbation) হেঙ্গৎলকই।

'মবিশুবদা': 'ইম্পেপবিযেলিস্তকি শক্তিশিংনা'

(Imperialist powers) মীবৈবাকশিংবু মখোয়গী 'লোইলম' ওন্থোকপগী রাখল্লোন (colonial policy) অসিদগী 'মোনোপোলি' হাযবা অসি থোরকপনি। 'কেপিটেল' অমসুং 'কোমোডিটিশিং' অতোপ্পা লৈবাকশিংদা থাদোরকপা (export of capital and commodities) অসিনা, লৈবাকশিং অদুগী 'ইকোনোমি' অমসুং 'লৈঙাক সাসন' (সরকার) অদু 'মীখা পোনবা' ওইহল্লি (enslave the nations both economically and politically)।

'মোনোপোলিশিংনা' লাকশিল্লকপা (domination of monopoly) অসিনা কবি ওইহল্লকপগে হাযববু 'কেপিটেলিজমদা' যাওবিবা 'য়ানদবা' (contradiction) হায়বদি, 'পোৎ পুথোকপনা মীযাম্মা পুথোকপগী মওং ওইবা অদুগা পুথোক্লিবা পোৎশিং অদুগী মপুনা লন্নাই কেপিটেলিষ্টশিংনা ওইবা' (social character of production and the private capitalist form of appropriation of the results of production) হায়বা অসি অসুম অসুম তমথিবা (exacerbation) হেঙ্গৎলকই।

'লেনিন্নসু' উৎলমখি মদুদি, 'মোনোপোলি' হায়বা অসিনা পোৎ পুথোকপগী মওং অসি অসুম অসুম 'মীয়াম্মা পোৎ পুথোকপগী' (socialisation of production) মাইকৈরোমদা চংশিল্লি। অরাংবা থাক্তি, 'মীয়াম চংদুনা পোৎ পুথোকপা' অমসুং 'মসিগী' মপুং-মবৈ ফাগৎলকপা (socialisation and development) 'অসিনা' মমৈথংদা 'সোসিয়েলিজমদা' হোংদোরক্লবগী মরম ওইবকই (for a socialist transformation of society)।

## ইম্পেরিয়েলিজম অসি উতাংবিগুম্বনি নৎত্রগা নিংখাইরক্লবা কেপিটেলিজমনি।

## (Imperialism is a parasite or a Decaying capitalism)

'ইম্পেপবিযেলিজম' হায়বা অসি 'মোনোপোলি কেপিটেলিজম' (monopoly capitalism) খক্তা ওইবা নত্তে, মসিদি 'উতাংবিগুম্বনি' (parasitic) নৎত্রগনা 'শিথবক্লবা কেপিটেলিজমনি' (Decaying capitalism)। 'ইম্পেপবিযেলিজমগী উতাংবিগুম্বা লমচৎ' (parasitic charactor of Imperialism) অসি কবম্বা মওংদা উৎথোবকপগে হায়ববু, 'অচৌবা কেপিটেলিষ্টশিং' (Big capitalists) অসি, 'পোৎ পুথোকপগা' থোইনা মবি লৈনবক্তে (in no way connected with the production process)। মখোযশিং অসি অযাম্বনা 'সিযাব পাইবশিং' (share holders) ওইববখ্রে। অদুগা অচৌবা ইনকম (Big income) ফংবা 'সবকাবগী বোন্দশিংগী' (state bonds) অমসুং অতৈ 'সেক্যুবিটিশিংগী' (securities) মপু ওইবকখ্রে। অদুগা 'পোৎ পুথোকপগী' মতাঙদদি, 'অনেকপা মেনেজবশিং' (hired managers) ঙাক্তা শীজিন্নবে।

'ইম্পেপবিযেলিজমগী উতাংবিগী লমচৎ' (parasitic character of imperealism) অসি হিবম অসোমদসু উৎলকই মদুদি, মসি, 'কেপিটেল থাদোবকপদনি' (expoit of capital)। 'কেপিটেল থাদোবক্তুনা' 'শেন্দোং' যাম্না তানলকপা অসিনা উৎলিবদি, 'ইম্পেপবিযেলিষ্টশিং' অসিনা মখোয মখোয়গী লৈবাকশিংদা, 'পোৎ পুথোক্লবগী থবকশিং চাওখৎনবা হোৎনবদা' থব্রাই যাওবক্তে (lose interst in developing production)। অদুগা মখোযনা 'কেপিটেল' থাদবিবা 'চাওখৎত্রিবা

লৈবাকশিং' (developing and importing countries) অসিদনা, মীওই খুজোক খব কান্নবা ফংজরবসু অযান্বা মীওইশিংদি (লাইরবা প্রজাশিংদি) অঙকপা ফংনা 'ওৎপি' (exploit) অমসুং লৈবাক অদুগী 'ইকোনোমি অমসুং রাজনীতি' অদু 'কেপিটেল থাদরক্লিবা লৈবাকশিং' (capital exporting countries) অদুগী মীখা পোন্না (dependent) হিংহন্নবা হোৎনৈ - অমসুং লৈবাক অদুগী চাওখৎ খোঙথাংসু থিন্থহনবা য়াওই।

ইম্পেরিয়েলিজম্না পিবা 'কান্নবা' হিবম (useful aspect) অমনা অসিনি মদুদি, মসিনা 'সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি অসিবু খুমাঙ চাওখৎহল্লি' (science and technological progress)। মসিগী মকুওইবা মবমদি, 'হিদান্নবদা' (competition দা) মাইপাক্লবগীনি। 'অফবা টেক্নোলোজি' (Advanced Technology) অদুনা 'পোৎ পুথোকপদসু' হান্নদগী হেঙ্গৎহল্লি- মসিনা 'মোনোপোলিশিংগী হিদান্নবদা' (competition among monopolies) অচৌবা 'পাঙ্গল' পি। অদুগীসু মথক্তা,'অফবা টেক্নোলোজি' অসিনসু 'পাক্তক্লনা মাঙতাকহনবগী খুলাইশিং' (Mass destructive weapons) পুথোকপদসু অচৌবা মতেং পি। মসিনা লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈবিবা 'ইডিওলোজিগী লানফমদসু' (ideological struggle) মাইপাক্লবগী হিরমদা অচৌবা মতেং পি। অসুম্না শম্না হায়বা য়াই মদুদি, 'ইম্পেরিয়েলিজম্না সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিবু (**science and technology**) অঙকপা ফংনা খুমাঙ চাওশিলহল্লি'। মসিগী মরু ওইবা মবমদি, হিরম খুদিংমক্তা, 'চিঞ্জাক পুথোকপদা' (Food production) ওইবো, 'মৈ থান্নবা পোৎ (Fuel) পুথোকপদা ওইরো, লাইয়েংবগী হিদাক লাংথক পুথোকপদা (medicines

and other health care instruments) ওইরো, অসিগুম্বা হীবমশিং অসিদা হিদান্নরকপদা (competition) মায়পাক্লা হিংহৌনবনি।

'ইম্পেরিয়েলিষ্টশিংনা' মখোয়গী মাইকৈদা হৌবকপা, 'লৈঙাক সাসনগা মরি লৈনবা ইহৌ' (political movements) পুন্নমকপু নমথনবা হোৎনবদা, মখোয়গী 'কেপিটেল' শিজিন্নে। খুদম হায়ববু, শিনমীশিংগী ইহৌ, শাগৎলিবা লুচিংবশিংবু, মখোয়গী 'কেপিটেল' শিজিন্নদুনা পাংথোকপা থবকশিংনা 'অসিগুম্বা ইহৌশিং' অসিদগী নাথৈহনবা ঙমই। খুদম ওইনা হায়ববদা, অশিগুম্বা ইহৌগী লুচিংবশিংবু থবক শুবা যাওহন্দনা 'অহেনবা খুশুমল' (Excess wages) পিশিল্লি- লেম্না গাডী (car) অমসুং লৈনবগীদমক অফবা মফম (Luxurious flat) পিশিল্লি, লাইযেংনবগীদমক 'অহেনবা খবচ' পিশিল্লি, অসিনচিংবা।

## ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলজিম করম্না থোরকই অমসুং মসিদা মরু ওইবা পোৎ করি য়াওরি? (The Emergence and Essence of state monopoly capitalism)

'ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম' (state monopoly capitalism) হায়বা অসি কবিনা মশক তাকপগে (characterise) হায়ববু, মসিদি 'অৱাংবা থাক্কি, মীয়াম চংদুনা পোৎ পুথোকপা' (A high degree of socialisation of production) হাযবা অসিনা তাকই। মসিদি 'লন্নাই' অমসুং 'ষ্টেট মোনোপোলিশিংগী' (private and state monopolies) 'য়েৎশিন্নদুনা' (intertwining)

শেম্বা পোৎশক অমনি। অদুগা ষ্টেটকি মেছিনশিংবু (state machines- সবকাবনা সাসন তৌবদা শিজিন্নবিবা খুলাই পুম্নমক, খ্দমদি, parliaments, judiciary অমসুং Executive শিংনি) 'অচৌবা পৈশা শান্দোকপা মকুপশিংদা' (Financial oligarchy) মখোযনা শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নহনবা অসিনি। শম্না হাযববদা, 'ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম'(state monopoly capitalism) হাযবা অসি, 'পৈশা পাইবা মীওইশিংদা' সবকাবগী পোৎ-চৈ পুম্নমক শিন্নদুনা মখোযনা তৌনিংবতা তৌহন্দুনা 'অহেনবা পৈশা' তালহনবা অসিনি। লৈবাক অমগী 'ইকোনোমিগী থৌবাংশিংদা' (economic process) 'সবকাবসু' যাওশিল্লগা (intervene), 'মোনোপোলিশিংবু' অমুক্কসু হেন্না ইনাকখুলহন্নবা শেম্বনি। মসিগী মরু ওইবা মবমদি, অচৌবা পৈশা শান্দোকপগী মকুপশিং' (Financial oligarchy) অসিগী অযাম্বা মেম্ববশিং 'ষ্টেট পোলিতিক্সতা' যাওশিল্লকপদগীনি (মখোযশিং অসি সবকাব শেমলিবা, বাজনীতি তৌবা মীওইশিং ওইবকপদগীনি)। মসিনা উৎলে ম্দুদি, 'কেপিটেলিজমদদি,' পৈশা পাযবশিংনা সবকাব পায হাযবসিনি।

ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম (state monopoly capitalism) হাযবা অসিনা মোনোপোলিশিংগা সবকাবগা পুন্সিন্দুনা ইকোনোমিগী থৌবাং অম পাইখৎলগা, 'মোনো-পোলিশিংবু' মপাঙ্গল কলহন্নবা হোৎনৈ। মতৌ অসুম তৌদুনা, কেপিটেলিজমগী পুন্সি শাংদোক্নবা হোৎনৈ।

'মোনোপোলি কেপিটেলিজমদগী ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজমদা' চংশিল্লকখিবা অসিগী মরু ওইবা মবমদি, 'পোৎ

পুথোকপগী থবক' অসি অসুম অসুম পাকথোক চাওথোবকপদগী (Extended production) 'পোৎ পুথোকপগী শক্তিশিং' (productive forces) মপাঙ্গল কনখৎলক্তুনা, পোৎ পুথোকপগী থবক অসি ব্রাংখৎলকপদগীনি (developing level of production) হায়গনি। থবকশিং অসি ওইহন্নবা হোৎনবদা যাম্না কন্না মতেং পাংলিবা হিবম অমদি, 'সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী মপাঙ্গল কনখৎলকপা' অসিনি। 'ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম' হায়বা অসিনা চাওব-চাওববা ইন্দষ্ট্রিগী -'মকোনশিং' (Industrial complexes) শাগৎলকই। অসিগুম্বা থৌওং অসিনা, লন্নাই কেপিটেলিষ্টশিংনা, পোৎ পুথোকপদা শিজিন্নবা উপায়শিংগী মপু ওইদুনা (private capitalist ownership of the means of production) থবক তৌবিবশিং অসিগা 'ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজমগী' মবক্তা যাম্না চাওনা 'যানদবা' (contradiction) থোবকই। মবমদি 'হিদান্নবকপদা' (competition) 'অশোনবা', ওইবিবা, 'লন্নাই কেপিটেলিষ্ট ওইনা পোৎ পুথোক্লিবশিং' (private capitalist producers) অসি মখুৎ তৎলক্কদৌবিবনি। অমুক্কসু নিংশিংবা যাই মদুদি, 'মোনোপোলি' হায়বা অসি 'পোৎ পুথোকপগী থবক তৌবিবা কেপিটেলিস্তশিংগী' (capitalist producers) 'পূন্না থবক তৌমিন্নবিবা' মরুপ (Association) অমনি। অসিগুম্বা মরুপ (Association) অসিগা সবকাবগা (state) পূন্সিল্লগা ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজম (State monopoly capitalism) হায়বা অসি শেমলিবনি। অসুম্না 'পূনশিনবা' অসিদা খ্বাইদগী মরু ওইবা ব্রাফম যাওবিবদি 'সবকাবনা' শিজিন্নবিবা খুজু-খুলাই পুম্নমক (All state machinaries) 'মোনোপোলিশিং' অসিবু মখোয়না পাম্বা মওংদা শিজিন্নহনবনি, অমসুং 'মোনোপোলিশিংবু' অমুক্কসু

ইনাকখুনবা হেঙ্গৎহল্লিবনি।

'পোৎ পুথোক্লিবা কম্পানিশিংনা' (producing companies) খ্বাইদগী খৌরাংনা ঙাইহিরিবসি, 'সপ্লাই ওর্দর' (supply order) ফংবা অসিনি। সরকারগা শম্নবা অচৌ- অচৌবা মোনোপোলিশিংদা সবকাবগী অচৌ- অচৌবা সপ্লাই ওর্দর পিশিল্লি। 'সপ্লাই ওর্দবদা' খ্বাইদগী তোংবদি (শেন্দোং লৈবা) মিলিটরিগী শিজিন্ননবা মপোৎ- মচৈশিং (Military Hardware) অসিনি। কেপিটেলিষ্ট লৈবাক খুদিংমক্তা খ্বাইদগী 'শেন্দোং লৈনা' পোৎ পুথোক্লিবা মফমশিংদি (Enterprises) মিলিটরি ইন্দষ্ট্রিরেল কমপ্লেক্স (Military industrial complex) অসিনি। অসিগুম্বা ইন্দষ্ট্রিশিংগী শেন্দোং অসিদি চাদা ৪০০/ ৫০০ য়ৌনবিবনি। মরমদি মসিগী 'সপ্লাই ওর্দব অসিদি, সবকারনা, মখোয়গা শম্নবা 'মোনোপোলিশিংদা' পিবদগীনি। অসিগীসু মথক্তা, অসিগুম্বা 'মিলিটবিগী মপোৎ-মচৈশিং' (Military Hard ware) অসিদি 'সবকাব' নৎতনা অতৈ কনাসু লৈবিনবা লৈতে। অসিদসু নৎতনা, অসিগুম্বা 'মিলিটবি কমপ্লেক্স' অসিগী 'মপু' শিং অসি 'সরকাব' পাইবা মীওইশিংগী মবক্তসু যাওরি। অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা, কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংনা, মখল অম নৎত্রগা অমগী 'লাল' (war) মালেমগী মফম খুদিংদা তৌনবা হোৎনবগী মরু ওইবা মরম অমদি, মখোযগী ওইনা পৈশিন্দুনা, লেমপানা লৈববা (saturated point), লানদা শীজিন্নগদবা খুৎলাইশিং অদুবু 'শিজিন্নথোক্তুনা' (consume), অনৌবা অমুক শাননবগী 'সপ্লাই ওর্দর' পিবা য়ানবা ফিভম শেমলকপনি।

জাতিশিংগী মরক্তা ওইবা, ষ্টেট মোনোপোলি

## কেপিটেলিজমগী মওংশিং।
## (The International Forms of State Monopoly Capitalism)

'জাতিশিংগী ওইবা ষ্টেট মোনোপোলি কেপিটেলিজমগী মওং' (International form of state monopoly capitalism) অসি শেমগৎলকপগী মকুওইবা পান্দমদি, 'জাতিশিংগী মবক্তা লৈবিবা ইকোনোমিগী মবিশিং' (International Economic relations) অসিবু 'চাং অমদা থম্নবনি' (regulate)। অসিগুম্বা 'চাং অমদা থম্নবগী থৌবাং (Regulatory measures) অসি মখল অনি শুবে হাযনা লৌবা যাই। মখোযশিং অদুদি, 'অহানবদা- 'লম্‌ইগী ওইবা মওংদা, জাতিশিংগী মবক্তা লৈবিবা ইকোনোমিগী মবিশিংবু যেংশিন্নবা শিনবা' (Regulation of individual types of international economic relations)। খুদম ওইনা হাযববদা, 'জাতিশিংগী ওইবা কাববাব অমসুং পোৎ পুথোক-পুশিন' (International Trade and Transport) অমসুং 'জাতিশিংগী ওইবা পৈশা শান্দোকপা' অমসুং 'চৎনবিবা পৈশাগী মবিশিং' (International credit and currency relations) অসিগী মবমদা যেংশিন্নবগী থৌবাংশিং' অসিনি। খুদম ওইনা হাযববদা, শোক ১৯৪৭তা 'জনেবেল এগ্রিমেন্ট ওন তাবিফস এন্দ ট্রেড' (General Agreement on Tariffs and Trade) **'GATT'** হাযবা অসি শেমখি। **'GATT'** কি 'যানৱাবোল' পুম্নমক (মক ওইনা মতৌ কবম্না থবক পাণ্ডথোক্কদগে, হাযবগী Policy শিং) অসি, 'ইম্পেপবিযেলিস্তকি শক্তিশিংনা' শেমখিবনি। মসিদা

'চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী' (developing countries) কান্নগদবা ব্রাফম অমা ফাওবা য়াওহন্দে। খুদম ওইনা হায়রবদা, 'চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিং' অসিগী 'রোমেটবিয়েলশিং' (Raw materials) অমসুং 'চিঞ্জাক্ল চিংবা' পোৎলমশিংগী 'মমল' লেপচনবগী ব্রাফমশিং মসিদা য়াওহন্দে। অতোপ্পা ব্রাফম অমনা, শোক ১৯৪৭ তা 'ইন্টরনেসনেল মনিটরি ফন্দ' (International monitary Fund) অমসুং 'অমুক হন্না শেমগৎশাগৎপা অমসুং চাওখৎ থৌরাংগীদমক শিজিন্নগদবা ইন্টরনেসনেল বেঙ্কসু' (International Bank for Reconstruction and Development) লিংখৎখি অমসুং মথৌ তৌবা হৌখি। 'অমুক হন্না শেমগৎ - শাগৎপা অমসুং চাওখৎ থৌরাং' হায়বিবা অসিগা মবি লৈনবা ব্রাফমদি, মালেমগী 'অনিশুবা লাঞ্জাওদা' (World War II) থুগাইখিবা, মাঙতাকহনখিবা ময়াম অদুবু অমুক হন্না শেমগৎ শাগৎপগী ব্রাফম অসিনি। মক ওইনা ইউরোপকি লৈবাকশিং অমসুং জাপাননি। 'বেঙ্কশিং' অসি 'ইউনাইটেড নেসন্সকি' (UN গী) 'অখন্নবা ইষ্টিট্যুসনশিংগী (Institutions) মখাদা শেমখিবা ওইববসু 'ইউ:এস:এ:'গী অচৌবা পৈশা শান্দোকপশিংগী (US Financial oligarchy) অপাম্বগী মতুং ইন্না চল্লাইরিবনি।

'অনিশুবদা' মসিদা ওইবিবা 'মওংগী' (Form) মখল অসিনা 'ইম্পেরিয়েলিষ্টশিংনা পুন্সিন্নবকপদগীনি' (Imperialist integration)। খুদম ওইনা হায়রবদা, 'ইউরোপিয়ান ইকো-নোমিক কম্যুনিটি' (European Economic Community), মসিবু **'Common market'** হায়বগসু খঙনৈ অমসুং 'ইউরোপিয়ান ফ্রি ট্রেদ এসোসিয়েসন' (European Free Trade Association)

ট্রেদ এসোসিযেসন' (European Fiee Trade Association) অসির্নচিংবনি। হাযবিবা 'কমন মার্কেট' (Common market) অসি হেক শেমলকওঁদগী, মসিদা যাওবা ইউবোপকি লৈবাকশিংগী মনুংদা 'কোমোডিটিশিং' (Commodities) অসি 'মনিংতম্না' পুথোক পুশিন তৌবে। হাযবদি **'Free movement'** তৌবা যাবে। মসিদা 'কষ্টম দ্যুটিশিং' (Customs duties) অম ফাওবা লৌনখিদ্রে। অসিদসু নৎতনা 'কেপিটেল' (Capital) অমসুং 'শিনমীশিং' ফাওবা অথিংবা লৈতনা থাদোক থাজিন অমসুং চৎথোক চৎশিন তৌনবে। অসিগুম্বা 'এসোসিযেন' অমা শেমখিবা অসিদগী ইউ:এস:এ: নচিংবা অতৈ কেপিটেলিষ্ট লৈবাকশিংদগী 'কোমোডিটিশিং' ইলাই লাইনা চংশিল্লকপা ঙমহন্দ্রে।



## *Biodata of the Author!*

| | |
|---|---|
| Name | **Salam Indubhushan** |
| Father's Name | **Salam (L) Mani Singh** |
| Mother's Name | **Salam Ongbi Irengbam Ningol (L) Dinodini Devi** |
| Address | **Meino Leirak, Sagolband, Imphal, 795001** |
| Date of Birth | **February 22,1940** |

***Educational Qualification:***

Matric — **Gauhati University**

I Sc — **Punjab University (Undivided Punjab)**

B Sc — **Bombay University**

Social Science — **Lenin Institute of Social Science MOSCOW (USSR)**

# BIODATA OF THE AUTHOR



Name
**SALAM INDUBHUSHAN**

Father's Name
**SALAM (L) MANI SINGH**

Mother's Name
**SALAM ONGBI IRENGBAM NINGOL (L) DINODINI DEVI**

Address
**MEINO LEIRAK, SAGOLBAND, IMPHAL, 795001**

Date of Birth
**FEBRUARY 22,1940**

## EDUCATIONAL QUALIFICATION

Matric
**GAUHATI UNIVERSITY**

I Sc
**PUNJAB UNIVERSITY (UNDIVIDED PUNJAB)**

B Sc
**BOMBAY UNIVERSITY**

Social Science
**LENIN INSTITUTE OF SOCIAL SCIENCE, MOSCOW (USSR)**